লুবাং নোংহম শঙলেন

খুনুং ' হারাউ লাইরোন' খোংকুম ফম্নান লাইনিংথৌ লাইরেমা

খুনথোক থৌনিরোন

(হারাউ লাইরোনি আসি মাথাক্কী মকমদা)



কোংদোকচপা — শ্রীহিজম ইবোবী

হেড পণ্ডিত অচৌপা

প্রেসিদেন্ট-লুবাং নোংহম শঙলেন, হেড পণ্ডিত আওম্বা লাংওম পুরেন ইমা লৈপাকী শেপাকংচরিপা

ং অচোবা, মাইচৌ অমুপপা।
। লৈকাই, ইম্ফাল।




| | |
|---|---|
| কল লাইশোন | লুপা ২৫.০০ |
| য়াওপা | লুপা ৭৫.০০ |
| লাইশোন য়াওপা | লুপা ১৫৫.০০ |

কোংজাবা : তাং ৫ মার্চ থা ৩,১৯৯৯ ইং

কোপী মশিং : ১১০০

মমল লুপা : ১৫৫.

ইমা লৈপাককী, হোকম, চংনবী, য়ুমকম ডাকচবা

নকম : মনিপুর গীতা প্রেস, ইম্ফাল।

# ফোংদোকচবগী ৱাহৈ খরদং

"খুনুংলোন থৌকল হাৱাউ লাইরোল, খোংকুম কন্নান লাইরিংথো লাইশো খুম্বোক থৌনিরোল" লাইরিক অসি মৈদিঙু নিংথৌরেলশিংগী সনা হাক্তক্তা, কৈরম্বা খোইদোক তেন্দোক্তা মৈতৈ ( মীতৈ ) সমাজদা থাইনাগী ইপা ইপুশিংনা চৎবম্বা থৌকল লাই হাৱাউবগী লাইরোল অমদি লাইরিংথো লাই-রেম্বা খুমথোক থৌনিরোলগী কাংলোন কয়া অমদি য়েলহৌতৈদগী লোইনমক্লবা লাইরোল থৌনিরো-অমদি খুংলোন কয়া অসিবু খণ্ডজিনবদা অমদি খিজিনবদা কান্নগদ্রা হায়দুনা ইবুথৌশিংনা খম্বিরম্বা পুয়া শিংদাগী খরদং লৌখৎচবগা লাইরোল অসি পুথোকচবনি।

মৈদিঙু গুরচন্দ্র সনা হক্তক্তা শ্রীপারাংথেম স্নুপাদা খৃঃ ১৮৮৬ শজিবুগী ২৭ নি পানবা সুমিত্তা পণ্ডিত অচৌবাগী কম খিন্দোকখিবা মতমদগী মৈদিঙু কুলাচন্দ্র অমদি চুরাচন্দ মহারাজ সনা হাক্তক কাওবা সনা কোনুংগী থবক পুখিরম্বা ইবুথৌনা ঐগী ইমা কামিনি দেবী পোকপা স্বর্গীয় শ্রীলৈমপোকপম তোনজাওদা শিরখিরম্বা লাইরিক চেংথোন অ ন ইপুথোক ৺তোনজাওনা বৃন্দাবন লেংখদাইদা চেকশিন্না থম্মু হায়না ঐথোন্দা শিন্নাখিরমই। লোংজাম্বা পণ্ডিত, বাংথৈ তেকচাম্বা পণ্ডিত ইবুথৌশিং অসিনা খম্বিরম্বা লাইরিক কয়া অদম্মু ঐগী ইবেনশিংনা পীনখিরকই। ইবুথৌগী মচেংনা শ্রীবিজয় ইবোবী ঐবু শ্রীযুৎ মহারাজ বোধচন্দ্র সনা হাক্তক্তা কোনুংগী "হেড পণ্ডিত অচৌবা" মিংথোল পীখিদুনা ইকাই খুম্নাখিরমই। লাই ওইপ্রবা ইবুথৌশিংগী থৌদাংদা খজিক্কুং মতেং পাংজবনি খঙদুনা অহানবা খুংনমদা মৈতৈ ঐথোয়গী চৎনা পথাপ তাকপা "খুমুং লাইরোল থৌকললোন লাইথোন লাইরিক" কৌবা লাইরিক অমসু পুথোকচক্লে; মৈনখিবু খংজিনবদা কান্নগনি নিংঙৈ।

লাইরিক অসিবু পাখিরবশিংনা অয়ান অহই, চিৎথ মাম্ব থেংনখিরবদি তাকপীরকউ। মথংগী খুংনমদা হাপচনবা হোংনজগনি অমদি অৱায়া ওকচগনি। লাইরিক অসিবু খরাই হকচাং য়াওনা ঐগী ইনাও শ্রীথোক চোম ইবোপীশক নিংথ মণিপুর কলেজগী ইংলিস লেকচরর ওইখিরম্বনা অমা সনা থাংদুনা প্রুফ লৌখিখি। মতুপীদমক য়ম্না-চম্না থাগৎচরি। তেম্নবা মতমদা মণিপুর শীতা প্রেসনা লাইরিক অসিবু ছাপা তৌদুনা পুথোক্লবা থোংবখিবগী চৌখিমল থাবা উৎচরি।

তাং ২২। ১। ৯৯ ইং

থোকচরিব :-
শ্রীবিজয় ইবোবী
হেড পণ্ডিত অচৌবা, প্রেসিডেন্ট লুরাং লোকম শঙলেন,
হেড পণ্ডিত মাইচৌ অগুপ্পা

লুরাং নোংপ্রম শরুলেন, খুনুংলোন থোকল চরাউ লাইরোন্,
খোংকুম কপ্পান লাইনিংথৌ লাইরেম্মা খুপ্পোক খৌনিরোল্।

ঋাওক্কম তাক্পা

৫৮। মাইনী পেনা মারোনদি লাইকীরোনকী খুংলোনবে, লাইচিং লোইবক নোংদাই চাকোই শারকনি পেনা খোংপানা লৈখোংবে বোংখোংবে লৈতাইরোন খুংলোনবা খোংহুবা খোংখোং তাইবাকানি ৫৩—৫৪

৫৯। মাইপীনা মাপা চাকোই শারাকানি, খোংলোই খুংলোই চাকোই, মাখাকী ফীপুন চাকোইকী শকতম. খুতুম চাকোই ফীপুন খোকপা চাকোই, খুজেং লৈপী চাকোই, খুংলোন চাকোই খুজেং লৈপী লাইদা নোমখুনা কংকানি ৫৫—৫৬

৬০। মাইপীনা লাইচিং চাকোই শাপা লাইমাংকাও, লাইপৌলা মাপাংদা পেনা খোংপানা হোইবো লাউপা. খায়োম চাকোই শাকানি মাইপীনা. পেনা খোংপানা শকপা ইলৈবে ৫৭—৫৮

৬১। আনোইরোব. পেনানা মাইপীনা শারাপা, হকচাং শাপা লাইপৌ খুংখেক, খোংখাং হাপপা হোংনা শাকোনি. খোইদোতা থমকানি, লারাইদা থমকানি, চিরাদা থমকনি, কোকচি চিরাংশানিরে ৫৯—৬০

৬২। লাইপক শাপা থমকাতাপা. পীতুম শাপা থমকাতাপা. মীং শাপা খুং থমকাতাপা, নাখাং শাপা. নাতোন শাপা থমকানি. মাকচি আনি শাপা খুং থমত, খাজাই লৈংওন ২ শাপা, নাতোন ওমাং শাপা, নাতোন মাখা চিনবাল থক থা শাপা, য়া শানাপাকীনি খাদাং শাপা, নাকোং শাপাকী মারম, ৬১—৬২

৬৩। নাকোং চাক্রা শাপা. লুখম শাপা, খৌরি তোংতম শাপা, লৈংজুম নাক য়েং ২মক শাপা লেংদোন খাপাক য়েং ওই আনিমক শাপা, লেংপাক শাপা, পামপোম শাপা, খুনিং শাপাকী. খুংকী খুপোম শাপা, খুজেং শাপা খুংনম শাপা ৬৩—৬৪

৬৪। খুপাক শাপা, খুপীবে খুনাইলীনে শাপাকী, খুজিন শাপা খুংপী খুংনাউ শাপা, খুপাককী মারি শাপা. খুংতোনকী মায়ীনে চেক্রেনে হাপপা, য়াং শাপা খুংলোম আনিমক, খাপাক মীহুব মাকম শাপা, খাপাক শাপা খুং য়েংনা, তাকম শাপা, খাজিন শাপা খুং অনিনা ৬৫—৬৬

৬৫। লাকা শাপা খুংপী মাতোংনা. চানিং য়াকম শাপা ওইকী খুংবা, খাং শাপা খুংপীবে খুতোনপীনে লিংখোল শাকানি, লৈমুং খোংলোম শাপা, মীপোক লম্বী শাকানি. কময়া শাপাকী, কৈকব শাপা, কৈক শাপ খুপাক ২না. কৈপোম শাপা. খুকউ শাকানি. খুরাই শাপা খুং উপনা শাকানি, খুপোম শাপা খুংপীনে খুংতোমপীনে ৬৭—৬৮

হিরম | লʼ ারা

ছিরম — লামায়

হিরম লামায়

হিরম | লামায়



লুবাং পণ্ডিত শ্রীহিজম ইবোবী　　　　মনিপুরগী শ্রীযুৎ মহারাজ বুধচন্দ্র

সনা কোন্নুংগী কংলা উন্না শঙমাংদা শ্রীহিজম ইবোবীদা শ্রীযুৎ মহারাজনা "হেড পণ্ডিত অচৌবা" মিংথোন পিখিবা তাং ১।৭।৫২ ইং

## লুরাং নোংহুম শঙলেন

## খুনুং লোন থৌকল হারাউ লাইরোন

## খোংকুম ফম্বান লাইনিংথো লাইরেমা খুনথোক থৌনিরোন

১ (হ রাউপাকী তোইপুচিংথোকনাপা মাপুনা নোংহুমপা)

মালেমদা তাইপং কানা লৈতারিবৈ অহাংপা আতিংডা ওইরিবৈ চিংডু শিতাপা খোইয়ুম নাতাপা লাইয়িংথৌ মথনতা ডাইরিবৈ খোযয়ুম যাইপি যেনহৌবৈসদা লাইচা ঈশিংস্থ লৈতারিবৈ খামপিদৈস্ম লৈপরিবৈ নুংশিং মাস্থ লৈতারিবৈ আসিতাকী নোংশিং মালং ওইবহুনা কোবো আরাংপাদা মালং খুংকোই ওইরাপাদা সানা ফমপান ওইনা ফমপাপাকা যাইপি যেলহৌবৈ লাইচা ঈপোক লকলাপাকা আমম লৈশা হললকলে পুকনিং খামপি মৈশা লাংলকলে মালেম ঈহুব তমলকলে খেরেনুনাং তাকুপ হৌবকলাপাদা পোইদিং নোংথাং তারং লেন তর লাইচা ঈপোকলকলাপাদা। চিংডুপাকী পুকনিংদা লিনতাউ তাউপি ইরোইনারকলে লাইরেন তাউরোইনাই নুংমু শিতাপা নুংকাং মাহারাপা য়াইপি নুংঙৌ ওইনা পোকলাপাতা চিংডুনা কোরোতাকী য়েংথারকলে কোরোথককী আরাংপতাকী নিংথৌনা পাউতোই চারকলাপাতা রাংপানিংথৌ পানচুমপা তপলাং মাপান খারিপা হারা মাউ লিংপিপা ভাইপং মীপুমশেমলকলে চিংডু, শিতপা মাহাক্কী মীশেম পোংকাইপী মাছুম মুংকী পারিং লাংশও তুন উকা মাইথোং য়ান নাপোক খোইরা য়াললকপিরে। চিংডু নারা নাখোনচেন আহানপাতা লাংপন খোইমু খোনচেননা উংনা মায়েক খোরকলাপাতা চিংডু য়ারা নাখোন চেননা নামু. মীওইপাপু খেমখোকলাপাকা হোদা মালেম তাইপংপান পোংশেম থারকপা খোইয়ুম শিদাপা চিংউ আহানপা নাহাক থক আসিদাকী কোরো থকতাকী মালেম ফামপান শেমলে কালৈ সিতায়েন নাতা নাউ লিংলে থরাইনা, থারাল মিচাক নিংথৌ শিদাপাদা শিনারকরে। শিতাপাপু লুরাই লিমফুমুংদা মীংলেন নামিংদি অ কোনা চংকনখিরে মাহাকনা তনতুম কুমনা লংনা ভাননা তুলচিনখিরে মায়েকতি আহুমমকনে মুংশিংনে, ঈশংনে মৈনে হ, র স. মায়েক আহুমমকপু চিংশিনখিরে। আস্থম তোনা খোংলেন আহুমমক শেমলে আহানপাকী থোংলেনতি আতিংকোরুলেমা লৈহৌ নিংথৌ হরাপা আশিপানা ওইয়ে। মালেম আসিপু থাংখ-

## খুমুংখোম থৌকল হারাউপা লাইরোন

ব্রকলে। সানা ক্ষদপাল কংলৈ পুংমায়োন হায়বা মিংলেন থোনলাছনা পা-কবলে। কোরৌভা অভিয়া
ব্রকলে। সানা ক্ষদপাল কংলৈ পুংমায়োন হায়বা মিংলেন থোনলাছনা পা-কবলে। কোরৌভা অভিয়া
হায়রাপানা মিংলেন লৌরতুনা সানাক্ষমপান ভাকলদুনা নোংশাপ কৌনা কমনা মালেম লৈরোল ফাউনা সানা
কমপান্দা সনা কমশেমলকলে। ২ আনি স্বপা থোংলেননা আসিপা মুংমু শিভাপা মুংকাং মাহারাপা মুংপি-
শিভাপা হার মাউ লিংপা পারিং লাং শং ছন উকা মাইথোং য়ানপা লাইনিংথৌ মাহাককী আহানপাকী
থোংলেন য়াইপি ওইনা মালেম তাইপংপানাচিংপা চিংমান পাং কোম লমপু তুপু পুমমামক নোংশি
নোংতমনা তাইপং মাপু শিভাপা ওইনা প্যোকলেন পোকপা আপোকলিছনপা তাইপং শিনথুংনা তাইপং
নোংতমনা তাইপং মাপু শিভাপা ওইনা প্যোকলেন পোকপা আপোকলিছনপা তাইপং মংক শিভাপা তাইপং পানপা
ঈহাকচাংদা উমংলাই ৯ মাপনমকপু শাম্ম ইহকচাংতা লিংলরে তাইপং মংক শিভাপা তাইপং পানপা
মাপু মংহাকনা মাপুমকওহইছনা লৈশেম খুনশেমনা নোংতম নোংথাইনা থোংলেন ওইরছনা তাইপংকী।
নুংঙাইমাপা নিংনাকম ওইপা হারাও মাখেলাংনপা থোংলেন ওইছনা য়াইপি য়েনপু কোকতা থোংনা
কোইথোমলকএ: অতুকীতামকপু হে রি অ হেরি অ হেরি লা হায়ুতে খুলাইতে লিপু থোইনা হেনপা
নুংঙাইপা লৈপানে লৈপানে দে দে দে ※

২ ( তাইপং শেমপা লাইনিংথৌ মাহাকনা থাংশারাসি হায়রে )

লাইনিংথৌ মাহাকনা থাং শারসি মৈকম লিংলাকে হায়রকলাছনা মৈকম লিংলকলে মৈ হৌরকলে
হে শিভাপা লাইনিংথৌও মৈতি কাবিনা ওইখিরিপানো হায়রকলে। মৈতি মাশিংখানাকামপিমা ওইখিপানে
লৈশৌদি কাবিনা ওইশিপানো হায়রকলে। আদুকা মৈছুম উতোংতি কাবিনা ওইরাশিপানো হায়রকলে। আহুকা
চেকপতি কবিনা ওইশিপানো হায়রকলে আহুক নুংথংতি কাবিনা ওইরকশিপানো হায়রকলে আহুকা মুংকানদি
কাবিনা ওইরাশিপা.না হায়রকলে থাংতি কারিতা ফেংশিপা হায়রকলে আহুকা মাথৌদি কাবিনা শংশিপানো
হায়রকলে। হে রি অহেরি অ হেরি লা হায়ুতে খুলাইতে আসিপু হেন্না নুংঙাইপা লৈপানে চিংউমহাককী
রারম আচেংপপু থাইনা তাইপং ওইনাপা হাইরকাক। লৈলাইনিংথৌ আসিপা অ নাহাকশিভাপা ওইপা
অ নে আশিমা হায়রকলে ক ব,স মৈতি ঐজাক্কী ইশাকী কামশি মাশিংখানে ১। আহুকা ঈশিং ওইপাতি চকচি-
কোমফুশিচানে ১। লৈশৌতি খোনাউতাকী তিমশিদাপা আহুনে। ৩। মৈছুম উতোংদি মী মাহাককী
খোংশাপি আহুকীনে ২। আহুকা চেকপাতি মী মাহাককি থিং য়েং ওই আনিমককী মীংনাহানে
৫। আহুকা নুংথংতি মী মাহাকী গোম পুংয়েং ওই ২ আনিমকনে আহুনা নুংথং ওই পানে।

৬। নুংফান ওইপাতি মী মাহাককী থোইতৌ মাহাক আহুনা নুংকাম ওইয়ে। ৭। আহুকা থাংকেং নুং ওইপাতি মী মাহাককী লৈরিশা লৈমানা ওইখিপানি। আহুনা হকচাং শিনথোং মাহাকতি আনি থোক্লা আমাত্তা ওইয়ে। লাপা অ'মোম শাইয়ে, আস্নুমনা খাইরকপাপাত্তা কে বি অ তাইপং পানপা মাপু ওই- পানা তাইপং মীত্তা শিনথা পিতুনা মী শেমপা চমহনলিপা আসিনানি। আসিপু থোইনা নুংঙাইপা আমা লৈরিয়ে হ'য়না চায়বিপাতি তইপং মাপু মাহাক অ'হুনা তাইপ দা শিনথোংপু শিনথারমইয়ে। আহুনা লাই- নিংথৌ লাইরেম্মা খুনতাতানা খুনশেমপা মাপু ম'হাকপু চারাউ মাথে লাংইপাতি তাইপং আশিংপী মারম খিপিক তইপাত্তা পকতুনা নৈ হায়না শিনারমই। অস্নুমনা তাইপং পানপা মাপু মাহাকপু আশিপানা নোংতম শিনথোং শালাইতি থইত্রয়ে। উবং লাইথোং মাপনতি শিনথারিয়ে। শিনলম শিনথা ওইপা মা- চাককী মাতিক মাফম কায়তানা কাতাইতানো কাইখিরীপানো হায়রাপাতী তাইপং ওইপানা থংসূনো হায়না শিনথোং শিননা থনমই।

৩। ( তাইপংপান থাবাইনা থপাকতাদৈপা )

তাইপংপানপা মাপুনা মাহাককী মাবাহৈনা খুমচৈএ তাপিও হ; র. স. আহুম ওইরিপা মাথোইতি থানা- কারাইএ। মাথোই আহুমমকনা চংকাতাপা মাচংতি তিংকোই কুমনা মাথাং মাথাং মাথাং আহুমলক লোন- নাহনা মাফম মাকমপান ওইপাতি শামুক ইহকচাং থাপাকনে আসিনা আমাচা ওনা চেনশিননাহনা তাউাপি ঈরোই নাইনা লৈমারেন কমপন কাহনা লৈমা মাহাকনা কোনচিন তিথোকতুনা মাচা ওইপা কোনচিন তুথোকপা পাথং য়ুরেনপা ওইনা আতি কোকতি সানা কমদা মহুং ওইনা কাহনা মালেম তাইপং পান আশিপু আমত্তা ওইনা লংনা চাননা পানশারিপাতি। আসিকী তুনে, থোংনে, হাইপা আতুকী মাথি লোহনা তাইপং মীকী ঈহকচাংদা লৈরাপাত্তা ১। লাইথোংনে, ২। মারোংথোংনে, ৩। খাথোংনে থোং আহুম আসিনা লুচিংপা শিংলি ওইপা আসনা শামুক ঈ হকচাংদা শিংলি আচৌপা ওইরাহুনা ঈ না ঈতেন নাইনা চেনলিপা আসিনি। আস্নুমনা কংলৈপুংতা লৈপা তু থোং লম পুমনামক ঈরম, থোংলম, কৌরিপা আসিনি আস্নুমনা থাপাকনে চানকননে আসিতা তিংকোই ওইপাতি থাবাপা মাতাপানা মাপু ওইপা আতিকোক শিদাপানা কানা অমাতগা থওতাবা লৈরিশা মাফম কমপাননি হায়না থাপাক চানকমনি। থাপাক মাহাকতি

থাপানে থাপা মাহাকতি মুংতা ওাননা লংনা লৈরিপা মাক্ষমদি খোং শাপীনে। মাপু মাহাক আসিনা শাচিক য়েনৌ কারিপানি। শিদাপানা মীং নাহা য়েংনে, ওইনে, আরিমকতা তাইপং পানপা মাপু মানা কমপান লাং ওইতুনা পানপানে হায়রমনে। আসুমনা মাখোয়না কারি কারা তুম হুংলিপা ঐহাকতি তাইপংপানকী আচা ফানবে হাইপাতি মী মাখোইনা পামলিপা লৈপাক আসিডা ওইনিংপা খিপিকমক নিংথৌ ওইপা খিপীকমককি ফানবে। আসিপু কলৈ খোং মুক পাখংপানা ওননা ওননা লাংএল শামারিপা স্নুকুং লৈখুননে লৈথকনে নোংথৌদা ফাউরিপানে। আসিপু মীওইপানা য়ামনা পামলাপাস্সু পীনাদেয়ে। আসিনা খংবাদুনা পী-নাবাপা আমাতি কপলাপাস্সু নোকলাপাস্সু মথে লংলাপাস্সু পীনাতেয়ে। ফংনিংপা খিপিকমকসু পীনাতেয়ে। পীনানাপাতি নিংচাপা খিপীকনা মীংখৈলোন চেংনা খংনা আচাকানাপু কোপা খংবাপা মাকম আসিপু খংনা হৌরকপা মারুনে আবোইপা য়ুমফমনে। আসিনা তুংকী মাংকী রায়েননাকম ওইরিপা খিপিকমকনে খংলাপাতি মাকম আসিপু আচাফান কোপা কোরোতা ফমপান মিংজুন কোচোও। আতু ওইরাপাতি শিনখোং খংও। শিনখোংনা হো, চোংলকপা হারাউ মাখোক কাপা খেল্লা মাপুং কানা তাইপং মাপু মাহাকতা যনখোম আহিংপাকুমপানে। আসি খংনা তাইপং নাখোইনা মাখে লাংও, হারাউ শকশেম তমও। খোখোক কুমমৈ ওইনা খেলা মাপুং ফানা আচাফানপু খংনা খোজাল সনকুপিরমলাপাতি আনিং আনিং তাইপং মাহৈ য়ানচাপাদি চারোন ৭ তানকংমা স্নুরোন তরেং খোইনৈয়ে হাইদাপারা তাদাপারা। ※

( লাই ফিচেং লৈতেংপা শৈশকান )

(১) লাইকি শেংলিডৈদা পেবা অশৈপানা লফুং ফমকৈদা কমদামা ফকলেন লিফকতা কোরৌ কৈরোই খৌকল হৌতুনা তাইপং খুনথোং ওইখিপাকী কোরৌ ফমপান বিচাদুনা কৈরোই শৈশকমা লৈশেম-নোংশেম থাংশাপা ঈহকচাংপু উমং-লাইয়াম মাইয়েক শলাই হাইনা নোংদম-নোংথাইনা শৈশক পুমবা নাউরোই থরাই হু াপনাপানি॥

( শয়াংলেল খোনিচাপানে )

হাউং, হায়েং লাহালনোং মায়ুম লুরেন লোক লুরেন খুমপী লোক মানতক থায়াই লোক খংনিং লোমপা লোক খুম খাম নানৌনোক থাথেং চুমপা লোক চিংকোই মাবিল মারিকী ঈথৈ খোং আচনপা সেমলৈ পাকনা হাথাপা পামপী নাউথেমচং খোহ নুংকুম চীদাকী লাইরেম্মা লাই স্নুরাপী তারেংমকম)

ফীপুন ছললাকা লাইপুংথৌ লাই পাখংপা যাপনমকনা ফীপুন ওকালী চীং লাই মুরাপীকী ফীপুল চাইবোং চীংতাকী চৌশিননাবকপা হে লাইনিংথৌ. লাইরেম্মা হে চিংঙ, খোইয়ুম লাইয়িংথৌ খোইয়ুম য়াইপী য়েল-চৌইতাকী য়েনলৌ মাচিনৈ আমম নৈপা চাললকপা য়াইপী উ নৈমুংদা ছুমখোইপা খেরে নুংকুম তাকুপ তারেংনা হৌরকপ কোইতং নোংথাং তরংলেন তরং লাইচা ঈপোকলকপা খোয়ুম শিছাপা লাইয়িংথৌ লাইরেমা মুংমাং চারাইহোই তারেনপা কোরৌ আবাং রাংপনা কুপিপা রাংপা নিংথৌ পামচুমপা ছুপলাং মাপালথা চারা মাউ লিংনাপা মীশেম পোংশেমনা পুখোকলকপা মাজুম মুংকুম পাবিং লাংশম থা উকা মাইথোং রানলকপা মালেম নৈশেম নৈকৌরকপা চিংঙ, ইপুংঙো ঈশেমমা নাদাইরেমনা খুংথাং চেপনা লোমাদুনা ঈয়া নাপি চিকনা পুরুমচাদুনা থৌনিচাবিরে ॥

৫ ( চোংই চিংংথাকনাপা লাইনিংথৌনা থৌরাং )
( লাইনিংথৌ আশিপানা তাইপংতা তাকপা )

লাইনিংথৌ আশিপানা মালেম পুমপা শেমপা লোইরপাতা তাইপংপানদা লেংলি পালিপা পুমনামক মুংডাই মাবাং কাইচৌরানাপা মারু কুরুমা মায়া লাউনা কোরৌ নোংমাকী মাথকতা এপু শেমপীপা কুরু মারু শিতাপা তাইপং পানতব পুমনামকপু উংশিহনা এরোম্দা আমুক উংশিরকা থোরম থোদা পুমপা হোং-দোকচারকলাপাকা হায়রকএ।

৬ ( লাই হরাওপাকী মথং মানাও খুংনা লাই মাথৌ তৌপা )

হে কুরু মারু কুরুতা পুরুম থোচানপীয়ো হাইনা লাইকী মাথোং লাইকী হৌরকপা লাই চারাউপা নমতব আসিতা তাকপীরমউ হায়রকলাপাদা আহু নোংদাকী থোরম আসিকী মামাংতা ঈ কৌথংতুনা লাই হারাউবাতাপা লাই আদু হিরি তোংদম ফানমা কোরাকা কৌপাকী শংদা সংনা শংকাইতা ফমচেংলাকা মথৌ তৌকাভাপা থৌরমানি। আহু থংতানা লাইকী মাথৌ পাংথোকপাতি খুনচাউ নৈচাউপা ভমচাখিরেহইয়ে। আহুনা খুনচাউ নৈচাউনাপা থোচান মাহৈ নৈনাপা মাথং মাবাউ শোইতানা খংনা মাথৌ তৌও। ※

৭ ( কুরুক্কী মীংশাচিংপা লাইওইপা উমংলোন মাপল )

(১) কুরুক্কী মীং য়েংতাকী মুরা নিংথৌ থোকখিয়ে।
(২) কুরুক্কী মীং ওইতাকী লাইয়িংথৌ হনপা থোকখিয়ে।
(৩) কুরুক্কী নাকোং য়েংতাকী মোংপা হনপা হনপা থোকখিয়ে।
(৪) কুরুক্কী নাকোং ওইতাকী নাউকল থোকখিয়ে।
(৫) কুরুক্কী নাতোন য়েংতাকী চাখাপা থোকখিয়ে।
(৬) কুরুক্কী নাতোন ওইতাকী কৌপারেল থোকখিয়ে।
(৭) কুরুক্কী মাতাকী খমলাংপা থোকখিয়ে।
(৮) কুরুক্কী ইশিং থেংতাকী লুরাং নিংথৌ পুনশিপা থোকখিয়ে।
(৯) কুরুক্কী শেংকি থোংতাকী মারাচিং থোকখিয়ে।

মাপল শুনা থোকলকপা আসিগী উমংলোন ৯ কোয়োম মাপল ৯ সু কৌথোকএ : তাইপংপা শেনায়না লৈয়ে খিংও।

৮ ( কুরুক্কী হকচাংতা উমংলাই কোয়োননা লৈপা ৯ হন্না )

(১) কুরুক্কী মিং য়েংতাকী ভাসিনা বোংমাইচিং থোকএ মুরানিংথৌ।
(২) কুরুক্কী মিং ওইতাকী কায়েংনা নিংথৌকাবা থোকএ। লাইনিংথৌ হনপা
(৩) কুরুক্কী নাকোং য়েংতাকী হাংচিংনা লৈপাকপোকপা থোকএ॥ মোংপা হনপা
(৪) কুরুক্কী নাকোং ওইতাকী মাশেংনা য়ুমশাকৈশা থোকএ। নাউকল থোকখি
(৫) কুরুক্কী নাতোন য়েংতাকী মারোংনা শগোনশেন থোকএ। চাখাবা থোকই
(৬) কুরুক্কী নাতোন ওইতাকী মাকাপনা করাই থোকএ। কৌপারেন থোকখিএ।
(৭) কুরুক্কী মাতাকী মাশিংনা থাংজা থোকএ খমলাংপা থোকখিএ।
(৮) কুরুক্কী ইশিং থোংতাকী মাক্ক চুংংকএ। লুরাংনিংথৌ পুনশিবা থোকখি।
(৯) কুরুক্কী শেংকি থোংতাকী মারাং চিন থোকএ। মারাচিং থোকখিএ।

## ৯ ( খুব্রাইনাংকপা ম্রাবি লাইক্ষম থো খিপা )

(১) খুবাইনা লাইকবপ বাবে লাইবিংখৌ হনপানা থোকখিএ :
(২) বাংখৈনা খাকব পানানে মোংপা হনপানা থোকখিএ :
(৩) খ্রাইনা আহলনুপ পানানে নাউকননে হনপানা থোকখিএ :
(৪) য়াইশকুননা নাবা লুপ পানানে মুরা নিংখৌ হনপানা থোকখিএ:

## ১০ ( লাই হাবাউপাক্তা লাংওব আহুমকী কোমাই হাপা হোপা )

ওদি আম্রাকী লাংওব আহুম ৩ মককী মামিংদি লাংওন (৩) নে
(১) আমদি ব্রাম্বী য়োকপ হায়না কৌএ। কোমাই হাপা
(২) আনিদি উকি য়োকপা হায়না কৌএ। কোমাই হাপা
(৩) আহুমদি কোনপু পেনপা হায়না কৌএ: কোমাই হাপা হায়বিপা লাংওব বাহুক ৩ মকনা তাইপাংখৌ মাপোক আহুমমকতা লাইবিংগোবা কোমাই হাপহুবা লাংওন পিবা পাবাবিবা। আসিন ম পিতি আচেংপা য়ারম আসিনা আমাইপা ১। আমাইপি খাপি ২। আপিপা ৩। লৈহুং খারো পেনা আসিন ওইপা লাংওনতা তাইপং কাওবিয়ে।

## ১১ ( উমংলাইনা হোরকপা লাংওব )

(১) উমংলাই ৯ মক খুবাইদি লাইবিংখৌ হনপানে।
(২) উমংলাই ৯ মক বাংখৈদি মোংপা হনপানে।
(৩) উমংলাই ৯ মক খ্রাইরাকপা নাউকননে ।
(৪) উমংলাই ৯ মক য়াইশাকুল লাকপাদি মুরা নিংখৌনে।
(৫) উমংলাই ৯ মক খমলাংপাতি চাখাপানে।
(৬) উমংলাই ৯ মক আহলনুপ লাকপাদি লুবাং পুনশিপানে।
(৭) উমংলাই ৯ মক হিয়াংলোই হবমপাদি মারাজিংনে ।

(৮) উমংলাই ৯ মক চোংখালপা হলচাপাতি কৌপাৱোননি।
(৯) উমংলাই ৯ মক পুথ্রমপাংতি চাখাপানে।
খংকাত্তাপাদি উমংলাই ৯ মককী খুলফাংথো ৯ মক আসিনা মাকোক ওইৱিপা আসিনা হাৱাউ লাইয়ামকী মাথো তৌপাদা মাকোক ওইনা লাইফাংথো ৯ লাইকুৱা ৭ মকনা লুচিংপুৱেন ওইৱাহনা ফমভেংলিপা লাই-নিংথো লাইরেমাকী খোংলোই ওইতুনা নংঙন ওইপা কুক ২ কি মাত্তিক মাঙম খংনা কোপা শংকী পুৱেন ওইহনা খোকল তৌনৈএ: ⁂

১২ (মাপকক্কী খোরম শোইকক্কাবা পাউতাক)

মাথকত্তাকী লৈরকলিপা লাইকী খোরম আসি শোইদানাপা ঈয়ামপাকী শিংলোন আসিকী মাৱম পুম-নামক শোইদানাপা হোংনাকাত্তাবে। মৱম আসিবা হায়বা ওপাকী নায়োম কাইদ্রবাদি ভাইপং ওইপা মী-ওইপানা হাৱাউপা তারাপাদি লাইকী মাক্রে পালত্তাবে। মাপানদি শাপা মাক্রেদি পানদাপা অাম্সমনা লৈপাক কাং-খোং চাইপা নিংথো মাফম হোংপা নিংথোকী ফাৱান লৈমাইখক্তা তংতুনা তাইয়ে মাংনা,তাকনৈয়ে। কৈরোই খোকন হৈয়ো, তৌকাত্তাপা মাথং মানাউ খংনা লাইফা কুম্থম নোংকুমপা ৱানে খংও। ⁂

১৩ (হাবাউপাকী লাইনিংথো লাইরেমা কোলু কীশেংপা)

লাইকী ফীশেং লৈত্তেংপা তৌকাত্তাপাতি ঈকৌখংতুনা কমদেংকে চাষরপাদি মাৱম থাৱা য়ামই। নোংমাত্তা কুমচনপাকী চাকলোন কংপাকি আসিত্তি মুমিং আহুকী আমুকত্তা লাইকী ফীচেং লৈত্তেংলাকা কোপা শংলেনত্তা লেংশনহনা মাথো মাঙম লোইপা ফাউপা মুমিং আহুত্তা পাংথোককানিয়ে। ইনুংভানপাত্তা-কীমা মুমিত্তাং পুংলুপ পুংচা পুং ১০ ফাউপা য়ায়ে। আহুত্তাকী হেনকৈত্তে নামুংই হেনলাকা মুমিং ৩ ফাওপ হাৱাউকানিয়ে। হেনত্তোকপাদি য়াদেয়ে লাই লমলাননে খংও। ⁂

১৩ (লাই হারাউপা লাইনিংথো লাইরেমা ফীশেং লৈত্তেংচাপা)

লাই হৱাওপা লাইনিংথো লাইরেমা মুমিং চৈশিং চংপাদি ইকৌকাত্তাপা নোংমা লৈরিংউদাকী আমাদি মুমিং মাচানিহকী আদানা মুমিং চৈশিং ৭। ৯। ১১। ১৩। ১৫ আসিদাকী খা ৱাংমা লানপা আসিদি

আমুক ইত্তাদুনা ঈকৌনয়ে আশুমনা তৌপা আশিকী ফিশেংলৈতেংকাতাপাদি হাৱাউকাংতানা মারু কুক্ষ য়াউনা হাৱাউকাত্তাপা উমংলাইকী লাইচংতি ঈকৌঋংকাতাপা নোংমা লৈরিংত্তা আয়ুক যুধক মাতুং পুংচা লানলাকা লাইকী ফিশেং লৈতেংকাগা লাইনিংথৌ লাইরেমা আনিমককী ফিশেং লৈতেংপা লোইরাকা লাইকী মমাংথোদি হাংপারাদে নাকনথোংদা হাংদুনা ফিশেং লৈতেংপাদা লাইনিংথৌ কিরা ল চা ২৭ না থ্বাংলি ওইনা নুনকানি লাইরেমাকীনা লাংচা ২১ নাপুমদুনা খাংচেংবে নমথাং ওইকানি আশুমনা তৌরাপা আশিকী মাতুংদা লোইরাকা লিকরোন চোমলং খুজিন, নাশি, কোকথোন লোইনা কোয়েংনা চিংপা পুমনামক থেন-চংপা লোইরাকা কোপা শংলেনকী সানা ফমপানত্তা কোমাই হাপচনদুনা লৈতেং খিপিকনা ওইপা থমদুনা ফমনেংলাকাত্তানে আদুকা লেংকোন ফিনাচিংপানা লৈতেংলাকা ফমদেংদুনা থাকমনাচিংপা লৈনা শোইদা-নাপা থাকন মারি তংহৈদে কাংখল থোংচি তংহৈদে আসি লোইনা কাজাবা আপোই আঙাম য়াউহনদানা তৌশিয়ে আসিকী মাতুংদা কোপাথোংখিংলাকা নাককনকাউপা খিংলাকা লাইথোংতি হাংতানা সেনাশকপা আশৈপানা খোকল আমা মাপানত্তা লকুং চাইরকম কে য়াউতানা কোরৌ কৈরোই খোকনদুনা কৈরোই য়াকা নিরাকাত্তানে আশুমনা পাউকৌরাপাকা ইনুং শালেন হোংদুনা য়ারেকথৌ তারাকানিয়ে চিংউ মাথৌ শিনতম শংত্তাকী বোংঙারপুংলুপ য়েংদুনা খোকমপাউ চেমলাপাকা ইনুংহিহোন তমকানি আদুকা মাথৌ খোজার য়েংদুনা হিরি খোকন লাংপা তমপা ঙাইকত্তনে। ✳

১৪ (লাই ঈকৌপা লাইহারাউবা তাপা লাইনিংথৌ লাইরেমা থুনথোংলহলাই)

লাইনিংথৌ লাইরেমা ঈকৌপা হায়পা আশি মাহানবোংকী লৈখিয়ে আসিনা লাইচা ঈরেনমুংত্তাকী তুরেন তুথেক কোনদাকী চৌদুনা হিরিত্তিংদুনা থারাইমিয়েন হামচংনাখিপাপু ঈকৌকাত্তাপনে। মালেম কোরৌ লাইচা ঈশিংত্তাকী সানা ফমপান লেন য়োনাপা কোনা শংকাই ? মুংকী শংলেন কমপান আসিত্তা ত্তাইপং আপকত্তা শিংকা থোদা নোংতম পিশিনাপা কুমচা ভেকথংনা থাচা নোহোনা মুমিং শিংহোনা পাননানাপা থৌনি পাইয় চাপাকী তামকপু ঈকৌ থংচাদুনা হিরি তোংতম কানন থোথোক কুপৈ ওইনাপা চাককু লনকু পিদুনা পিশিনাপা থুনচা শিনা নিংনাপাইর চাপ্নানে আসিত্তা তৌকাত্তানা খোরমদি হায়া চকত্তা

কিবা! হায়চাকে আমাইপাবা ১। আমাইপীনা ২। আশৈবানা ৩। হায়রিপ' আসিনা মাকী মাকী নাহান লোংজা শিনলোন শিনথাবমপ'কী রারম থাইনা লৈরিয়ে। আসি থংনা খোংলম ইরম ঈশিং কোন পুখ্রি তুরেন ঈশিংনা লৈপা মংকম তানা ঈকোপ' চংনারকখিএ:

১৫ (লাই ঈক্কোপা চৎনাপা চারাচকতাকিনি)

আহানপাক্তা তৌকাতাপাদি লাই ঈকোপাক্তা চংকাতাপা মীয়াম আহুকী মামাং ঈথা থানা মুপা আনিনা থাং আমামম য়েংথংবা লেংপানদা থাং মায়াহুনা লোংনা থাংখোক শাবা ফিনা য়োমবা অদুদা পাইকাতানি পাইপা-আডুদা থাপাকমাপাতাকী খাচিকহাইথানা থাংখোক শাপাকিনাযো মাপা আহুদা পাইকানি আসিপু থাংপা-ইপা লেংপাব খোংপাকী মিংলেনদি থাংকানপা কৌকানিযে। আসিকী আনিস্পাদা মাথংদা মুপি আনিনা কাউশেলনে ভুমাইনে পুহুনা মাথকতা মুপি লৈপাপি আনিনা থাং পাইকী মাথংদা চংকানি। শেমথা পুহুনা চংখিপা আসিকিমাথংদা চংকানি। আশিকী মাথংদা লাইপুং মুপা আনিনা লৈয়োম লাইকী মাথারাই কৌপাক্তা চংকাতাপা ঈচংস্কু লৈথেং তিনি মাউশাতি লাইনিং থোকীনা লংচা ৯-১৪ লৈয়োমনা লাংথে্‌ লৈয়োম আহুনা ১৪ হাপকানি। লৈয়োমদি লাশেং ৫'না য়োমপা য়াই ৯ না য়োপাস্মুয়াই ১৪ না য়োমপা-স্মুয়াইয়ে। আশিনা লাইনিংথোকী লৈয়োমনি। লংচা ৫ না পুনপা ৯ না পুনপা ১৪ না পুনপা য়াই লাংথে্‌দি উপনা লৈজোনবা মামাং থানি থংও। হিরিস্মু ১৪ না লংচানি লম আহুম কাউ দাকী হেনপা য়াদেয়ে। হেমলাপাতি লম ৫ কাউনি আস্থুম থংও। ইহায়মুকী মাপান আকোইপাদা লা মাচেংনা লৈনা শাহুনা খেকপা আহুকী মাঙকতা লংচা ৯ ১৪ আহুনা লৈয়োমদা য়েংশনপা আহু খেংকনি। আহুকা মুপা আমানা য়েংতা আহুকী য়েংকাউফিনা হাপলাকা মাঙকশমদা পুনলাকা ইনাফিনা ইনলিপা আহুকী ইনাফিনা আমুক কোন-শিনকানি য়েংক্ত চংকানিয়ে।

আমাদি লাইরেমাকীস্থ আস্থমনা লংলা ৭ তারেংনা তিরি অহু লমহুনবা ওইনি। হেলাপাতি ৫ কাউ শাংকানি অসিতাকী হেনহৈতে। আডুকা ইহাইফুকী লৈনানা জাইথাপা চাক্‌দা পুনকানি লংলা ৭ না হিরি-ওইবানি তিরিআহুতা লাংথে্‌ লৈনা ৭ লোংনা লারোন ৩ ৫ ৭ লৈনা আহু লৈথোকনা মাপানলোমদা ওনখোকউ লোংনা মাইপিন্ত্রা ওনশনক মু লাশু লোংনা থাহুনা লৈয়োম লারুংতাকি শেংপা আহুনা মাথকতা

ভাপতুনা মাংতা ভাইরদুনা লংজা ৭ মাপুরলো। অ'তুনা লৈযোম ওইকানি। আতুনা হিরিনা লংচ ৭ না হিরি-ওইনা লমছুমনা ওইরানি। আসিভাকী তেমলাংপতি লম ৫ মা ভিবি ওইকানি হিরিঅহনা লৈথোম আহ কোন-শনতুনা ভাপকানি। আতুদা চাফদা শেংকানিয়ে। আতুকা যেংকাউ ফদা য়োমতুনা লাইরেমপি পুকাদোইবিপা আড়ুকী উকশমদা কিতুনা ঈনাফিনা অমুক কোনশনতুনা ওইথংপাদা চংকানি। আতুক ঈশাইফু পুপি আতুনা কিশেং ফিকে মাথেক নাইপানা ইশাইক লাইগী ফ'নেক কিবান নাইপা শেংকানি। ইনাফি ইনকানি খাং-শেং আমা শেংকানি ফিচিনওইপা আমা খংদা শেংকানি আতুকা ভাইপুপা মী আহুদি চোং থৌকল তৌকানি। আদুকা লাইনিংথৌ পুপানা য়েং লাইরেমা পুপিনা ওই মাথংডা কিদা পুপি শুপি। আনিনা মাথেং-পানতা ওই ওইদা ফদা মাল্লাকা আতুকা মাথুং য়েংনা উকি লেপশুম পায়তুনা চংকানি অসিকী মাতুংদা মীথামনা লাইনিংথৌ লাইরেমাকী থৌকললোই ওইদুনা মীরাম ভারপাদিখুনকং তুপনা চংকানিয়ে। আথে-নপোংনে লৈরাই লমলাই খাংনাপা মাপোং লাকোইবে কানে মানাবে ঠৈথাংনে উংতাং ৯ ৭ সানা লুপা পু আহুমনে কাপোক আহাউ আথুম কাবোক কৌনা পোকপানে চেংলৈ লোইনাপুনি॥

( লাই ইকুমপা ঈকৌপাকী খায়োম থানাপা লাইরোল )

হে কৌ ঈরাই লৈমানা ঈয়াঈদা লৈরিবৈ ঈথৈ নিংথৌনা মাখাদা লৈরিবৈ ঈতোন নিংথৌমা থকতা লৈরিবৈ ইকা ইকুম ঈতারক লাপাতা ঈংথাই পুংদা থোইশিয়ে আদাইয়েম নাখুল খুনপুকলেন আচংপানা শাকৈ নাতাবকী নাহিরোই নাহ মলালাই নাপাচা শিনা কুমশকী নাকু। কুম হৌরাকে নাথা থাকোরাকে ছায়পাকী হিরি তোনতম কানদুনা চিংউপাকী মাকম লাংদা ফমপিরাপা হায়রাহনা ভাসি নোংলেন নোংচা-সিদা চিংউপাকী নাহিরোইনা খায়োম লাংশম চমনা য়াউগায়াতুন থকতা থাকা ভাইয়াহনা লৈপুনকী খায়োম শারাদুনা লাইচা ইপান লাংদা থারাপাআসিনি রু রু রু হো কাপিয়ো।

( লাই ঈকৌপাকী কোনয়াই লাইচাতুংদা তুপপা লাইরোল )

হোইলোই ঈমুদোনপু ইমহললো ইমুয়োন লোনদি তারুকমক ইতৌয়োনদি য়োন মাত্তামক ইখাপি ইরামপী ইখা ইরম তাইরাপানে। চিংড় ইপুংতো শিদাপা খোইয়ুম মমা আপানপী ইশেমমা ইপুংথৌ ইশেম্মা আনিমকফি হিরি তোংদম কানলাশি মাকুম কুমদম ওইরাশি থৌদোক কুমথৈ শেমনা শিনদরপীরো হাইরা-

শা:শিত্তা নাদাইরেম নাখুল খুলপুক লেন আচংপানা লাইজা ইরোনমুং আসিদা সানা য়াইকা থাজারে লুপা কোনবা চনলারে কোনথা য়াইথাবকলাপা আসিদা লাইজা ইরোনমুং আসিদাকী সানা শংকাই মুংঙাইপা আসিদা ছিঙ্গি ভোংনম কানলাহনা চিংঙ্নাকা কাপিম্বারো হায়রাহনা কোরো নোংদম্ভু ভাইচারকলে মালেম লৈদাকী লাইচা মুংপু কাউবা আঙাংপাদা সানা য়াইকা চনলকলে হৌ ঈ হৌ কারো।

( লাইকী শংকাই লাইনুংদা কোয়য়াই থাপা লাইরোল )

হৌ শানা শংকাই কংলৈ কমপানপু লমহনলো চিংঙ্পু লাইকোনমুংও লমলেমপু আনি ২ থোকও তুলেপু ৩ থোকও লৈহৌরোন ৫ মক লৈমুরোন লোনপু ৬ মক লৈখানী' লৈমানপী আপোকচানা থোংঙাই য়াংঙাইপ নাদাইরেম নাখুল খুমপুক লেন আচংপা আসিকী কোকপান থোংদা চিকতাপা লুপানা থোংদা নাদাপা নামু মিন্নাই তাদাপা কাওরেন শানাই তাদাপা চাকো: ভাহোংপাপু পিনাপিমু কায়পাকী কোরো নোংপু থোনলা লুপা আঙৌপানা কোবথাচাবি মালেম লৈপানানা আংচংপাবা সানানা য়াইকা চনলে হৌও হৌকারো হৌকারো আনুমনা চিংউআনিমকপুসানা শংকাইমুংদা য়াইকানা তানপিরো হৌকারো।

( লাইনিংথৌ য়াইপি লাইরোল )

তারৈ হং শংক্রী য়াহিং মীকোনপা হিং হিং ভক্ষায়াই আহানপা হৌকারো।

( লাইরেমমা য়াইপি লাইরোল )

তারৈ হংশংপা য়াহিংপ লৈমাক্র লৈরেন লৈচাও খেংগী ওঁ পোকপী ওঁ পোকপী তু তাকুপ তাকুপ হাওকুপ হাওকুপকোএ। হৌকাপিরো চিংউ মাকা করাসে।

১৬ ( থোরোম লৈপুন ভমনাপা লাইরোল )

থারোম লৈপুন ভমনাপা লাইনিংথৌকিনা লাদি উপনা থাকানি লারোল মাপল থাহনা চেংহৈকাবি রেকুম আহুনা কোনয়াই চনকানি লৈথেং লৈছুং ভমহনা পৈয় মাপননা লৈপুন থৈরোম আহু ভমহনা তরেং শেনচা হাপথিকাবিয়ে পৈয়ানা উতংনা পৈয়া মাপনা রেংতা লৈকানি থকচ লৈথংতুনা থনলাকা পারৈ লৈকানিয়ে আমাদি

লাইরেমাকীমা লারোন তায়েৎ লোংনা থাকাম্বি । লারোন ৭ না থাপাকী মাথকতা চেং হৈরাকা ; তাঙ্গু মাকুম অতুদা সানা কোনয়াই লুপা কোনয়াই থাকানি। আহুকা লংথৈনা নৈথেৎ তমকাম্বি। লৈহুন য়াউকানি অদুকা খৈয়োম য়োমহুনা উতংকী পৈয়া ৭ না পুমলাহুনা লৈপুন ওইহুনা পুনলাকা ওইরোমদা লৈরাহুনা পৈয়া মা-চিননা মথাদা লৈংকানি। আহুকা পুরাকা ইকৌকখদা সানা লুপা কোনয়াই থাহুনা খৈয়োম লৈপুপ অনি আহু লারোন মাপল, পৈয়া মাপল পুনপানা লৈথকম্বি য়েংনা পাইকাম্বিয়ে। খারা থাংকৎকানি। আহুকা লা ৭ থাপা পৈয়া ৭ পুনপানা লৈথারোনম্বি। লৈথক লৈথাবে খায়োম লাককাম্বিয়ে। আহুকা লৈরাই য়ুমথোং খাংনপা পোৎচংদি তুরেনকী মাপু ওইপাদি লাকোই লাকাং চং থোকপা আমা, হৈ মানম নাইপা আমা কা আমা, মামা অমা, চুনাচিংপা কাপোক আখুম আহাউ, আদুকা কোনা পোকপা কাপোক আকাপানে আহুকা হৈপী মামা শিংচুনাচিংপা উতোং ৭ নে ৯ কা আসি থানি লৈথকমে লৈথানে খৈয়োম লাকলাপাকা কোনয়াই থায়াপাকা ঈকৌখংনাপা ঈংকৌপা য়ারে, খোরাং তৌকাম্বি। আসিতি মাইপাকী মাথৌনি খংও। আদুকা থাপী মাইপীনা নুপীনা নাহৈফু পুপা য়াত্রিয়ে নুপানা পুকাতানে। আহক মাতুংদ নুপীনা নাহৈপুন পুরাকাম্বিয়ে ইকৌপাকী মাথৌ তৌকাত্তাপানি। মাইপীনা লাই পুরিপ লাইনংথোকী লাইরেমাকী হিকাউ ফিক্তাকী ইহায়ফু লাইনিংথোকী লাইরেমাকী আদুনা থাজিং, মারজিং, য়াংব্রেন, কৌপারু আসিদা কংলাকানি খোংচোং থুংলোন চাকোইনা শাহুনা কোরৌ মাপেম মাথানাচিংপাত্তাকী পাউশা শাহুনা কংচাপা লোইরাকা লাইনিংথৌ পুপাকী হিকাউ ফীদা হাপলাকা হিম্বি তিংহুনা লৈয়োমকা লোইনাতুনা হিম্বি তিংলাকানিয়ে। লাইরেমাকীসু ইহায়ফু আহু লাইরেমা পুরীপীকী হীথাউগা হাপহুনা হিম্বি লৈয়োম আসি তিংলাকা লৈরাই মাতাকাপাদা চারু ইনাচিংপানা লাকুং শাহুনা মাপুন ৩ । ৫ । ৭ । ৯ না ওইরাপাসু লৈরাই মাপাম্বদা থমলাকা লাইকোকাতোপী থাপী মাইপীনা হিম্বি য়েং ওই লাইনিংথৌ লাইরেমপী আনিমককী হিম্বি আনিমকনে লৈয়োম আনিমকনে পাইরাকা শারিক চোমচাও থিং থিংদুনা হিম্বি নাউথেমলাহুনা লৈহো নোংহোরকপাকী লাইরা মাশিং ওনা থাহুনা হিম্বিরোন হিকারোমনাচিংপা কোরৌ লৈথারোন আনিমক মামাতা ওইনা হিচিং হিম্বিদা কী লৈয়োমনুংদা চিংলকুনা সানা শংকাইতা হিম্বি তোংদন কানপা হিদা তমচাপা য়াপীরকলে। আহুতাকী লৈয়োম লাইনিংথৌকী ইহাইফুনা লৈয়োমকা লোইনানা হাপলাকানি। লাইরেমাকী ইহাইফুদা হিম্বিকা

হাপচিনলো আহুকা ইকৌপাকী মাখৌ লোইরাপাভা লাইনিংথৌ পুপা লাইরেমা পুন্সী কৌদা পুন্সীনা লাইকাপাদি ইশাইকু পুন্সী আসি চারো মোয়ো শেংপানা পুকাভানি। কাম্বিকুমপা শাকৈ আদুনা পিপ' আমি পাবপা আহুকা নিংথৌনা লাইনিংথৌ পুকানি। নাউভা পীপানা লাইরেমা পুকানি। ঈকৌপাদা পু যাইমাকীমুপীনা পুপা পোৎ আহুদি নাউদা পিপাকী মুপীনা পুকানি। আম্নমনা আহুকা ইশাইকুকী ইশিং পুপাদি পু আহল লাইনিংথৌ পুপাকী মুপীনা পুকানি। আসিভি কৌরোন ৭ থুপতুনা আপাপা ফৌনা ছানা ওইপানা কৈ। আম্নমনা নোংপোক থাংজিং চিংথৈ রাংব্রেন কৌপরু আম্নমনা শোকও। আহুকা ফৈজাদগী ভাপা ইশিংপুলাংভাকী হৈদোকপা য়াদে। থাংভগভা শোকখানি। থাদাপাম্নু য়াদেয়ে আসি শোইরাপাদি লৈপাক খুনকং আম্বাপা পিয়ে। নিংথৌ মাকম চোইয়ে আসি খংনা কৈরোই কমপানকী লেংভাপা রারমনে খংও।

## ১৭ ( খুল লৈকাই শাগৈনা হারাউপা )

আমদি খুননে লৈকাইনে আহু হংদুনা হারাউপা লাইদি মারম খুদিংমকতা লৈকাই আহু মাংলোক কমমেন খংনা থায়দোকলাকা কমকাভানে। কমমেন লোয়কীভা কমপা মীভি লাইয়িংথৌকী মীনা কংকাভানে। আহুনা মাংলোক খাইরিপা আসিনি মীদাদি লাইরেম্মাকী মীনি খংও। ※

## ১৮ ( কৈরোইনা শাকৈনা হারাউপা কমকম )
## ( লাই ইকৌপাদা পোৎ পুপা মীকী কীচেৎ লৈতেং )

আমাদি পুকাতাপানি। আহুকা য়েকনে নামুংনাপাবে লোপা, ভুমলনে, লুপ্রাপিনে। লৌপা মীভি মাহাককী মাচানে মাগুনে লাইনিংথৌ লাইরেমা পুপা য়াদে খংনাদে। অহুনা লাই পুপা পুমনামকভি মুপানাচিংপানা ইনাকী ইনবানিয়ে। আহুকা কোয়েংগু য়েংকানিয়ে। আহুকা মুপিদি কানেক মাপান চনপা শেংকানিয়ে। আহুকা ইনাকী আপাপা ইনকানিয়ে। অহুকা ওইরোমদা হাইবংকানিয়ে। আহুকা লাইকী পোৎ পুরাপা মীপুম পুমনামকভি কী শেমভানাপা হোংনৌও। কী শেমপা য়াদেয়ে ভৌনাদেয়ে। আহুকা লাইকী থৌরমদা য়াউরিপা য়াউরিগী পুপা মুপী মৌদাকীনা মুপী মাচা কাউপা কানেক মায়েক নাইপা শেংকানি। কুরিং লিংকানি, ইনাকী ইনকানি, লমথাং খুললক আম্নুপাম্নু ইনকানি। মুপী মাচানা মাথংদা কী অপাপানা খংচেং

কিকানিয়ে মারমদি হায়াউবিপা লাই আসিভাইপাংপানত' লৈবিপা ঐখোইগী ইপুখো ইপেনখোনি আহুনা য়েকশালাই মাপা মামানি আহুনা ঐখোই আশি মিনাই নংতে মাপু মাপেননা মমাপা মানা মানু মাচা শুরেন নাউবোনকি মাচাপা লৈতেংনা খোকনলাপাতি লাইনিংথৌনা পেনপিয়ে কুপিয়ে।

১৯ ( আমাইপা খাপি শারিক লাইনৈভাপী আশৈপাপেনা )

আমাদি আমাইপানা ফিডৌ কৈজোম শেংকানি আহুকা কোয়েংতি লৈপুন কোকয়েং য়েংকানি আহু-দাকি শারিক লাইনাওভাপি আমাইপিন্থু আভৌপা ফিজোলনা নাউখেমকানি ইনাকি ঈনকানি পুংভৌ চৌপা কনেক শেংকানি ফুরিংন্থু আভৌপা লিংকানি। ইনাকি আমা ইনকানি আহুকা থাংয়েংন্থু আভৌপা মাপানতি য়েনহৌটকী মাচুনা কিপান মাউপানা ওইকানি। আস্থুমনা আশৈপানা পেনাখোংবনা আভৌপা ফিজোননা আশংপা লেশোন মাচুনা ফিজোন ওইকানিয়ে। কোকয়েংতি নোংপোক লৈহৌ কোকয়েং ভোলোক য়েংকানিয়ে। আস্থুমনা লাংওন শৈখাহুন ভাইপংনা খংনাপা আমাইপা আমাইপিখাপি লোইনামক লাইকী মাশক ওইহুনা ম'কোনকী শাচং চাকচাকানিয়ে লাননাইহেদে। লাখা পোংখা খোকন লোইনে খংও।

২০ ( আমাইপানা ঈশিংদা কোনয়াই থাচোও )

আমাইপানা লাইজা ঈশিংদা কোনয়াই থাকাদৌবিপা কোনয়াইয়োনদি কোবৌ নোংলোননে মালেম-লৈশৌনে ঈহৌয়োনকা লোইননা কোনয়াইয়োন আশি শোনহুনা লাইচা ঈশিংদাকী লাই ঈকোনাপা সানানে লুপানে থাদোও আহুতাকী আভাউপা সানা লুশাদি ফংভাপা ওইয়ে আহুনা ঈকোপাতা কংভপা তৌতানাপা চেকশিননা তৌপিকাতাপানে হায়জবিয়ে। আহুনা সনা লুপা আপাপানা তৌনাদেযে য়েখোকপা আহুনা থা-খিকতা য়েখোকউ চংনিং চংনিংনা ওইশাশিনি মুংখংনা য়েরুপাকী মাতুংদা মৈচংলাকা হৈ লাকউ ঈশিং আশেংপাতা চামখোকউ আহুকা পুরুকতুনা ঈকৌকাতানে আশিতাকী ঈহৌয়োন শকতুনা মারোন আহুক-মকতা তাকলাকা কৌরাকা কোনয়াই পিকাতাপাতি লাইচা ঈশিংদা থাদাকানি আস্থুমনা তৌও আমাদি আমাইপানা আমাইপি খাপিনা থায়োম আহুদা লৈথক লৈখা থায়োম লাকউ শোইকায়োই। ※

২১ ( লাইকী ঈকোনাপা থ'য়োম লাকপা )

আস্থুমনা শাক্লানি লাইনিংথৌকী থায়োম থুং য়েংনা পাইকানি আসিদি পৈয়া ৯ কা পুনকানি অহুকা

লাইরেমাকী খায়োমনা খুং ওয়মা পায়কানি। আসিদি পৈয়া ৭ না পুনকানি । লাইনিংথৌকী খায়োম্না নোংথকনি। লাইরেমাকী খায়োমনা লৈথানি খায়োম লৈপুননি। লৈপুন আনিমক ইকৌপাত্তা চংকানি মাসিপু লৈথক লৈথা থৈয়োম লাকপা হায়না কৌএ: আসিনা খায়োম আনিকী লাইশোন আমাত্তানা কংকাত্তাপানি থংও। মাহুনা লাংপাদি শোনপাক্তি হেক লোইপাত্তা চপ মান্নানা লাইচা ঈশিংত্তাকী ঈয়োনম্নংত্তা থাহুনা খা-য়োমদি আম্নমনা লাকউ আসি থংনা খায়োম লাকও। আসি লাকলাকা থৌরম তৌ।

## ২২ ( লাইনিংথৌ লাইরেমা থেমকৎপা থৌরম )

আদুকী মাথাদা মাইপীনা লাইকী পুরিপা মীকী হাকাউ ফা মানুংত্তাকী ঈকৌফু আসিদি লাইনিংথৌ-কীমা য়েৎনা লোকানি । লাইরেমাকীমা ওইনা পায়রাকা থাংজিংনে, মারজিংনে, য়াংত্রেবনে, কৌপরুনে মাইকৈ মরিমকত্তা ওননা ওন্না থাংজিংদাকী হৌরাহুনা মাইপীনা শারিক লাইনাউ ভাপীনা খোঙকী খোংলোন খি-পীককা কোনানা খুংকী চাফু। ফুরোম য়ারোন চাকোই শাকানি । আসিকী মাতুংদা চাফ, আহু হাকাউ ফা মানুংদা আমুক হাপচিন্নাকা মাইপীনা শারিক লাইনাউ ভাপীমা লাইনিংথৌ লাইরেমাপু লাই থেমকৎতুনা ঈকৌনাপা তৌরাকানিয়ে।

## ২৩ ( লাই থেমকৎপা থৌরম চৌনাপা )

লৈয়োম চাকুদাকী লংচা ১৪ না পুনপা লাংকোমদা য়েৎত্তানা লাইনিংথৌকী ইহাইকুদা লৈয়োম লাং-থৈ, ১৪ না লাত্তোন ৩ দা য়োমথাকা লাংকোমত্তা য়েৎপীপা লং আহু য়েৎশনকানি। লাংকোমদি খুতুম আমা শাংবদা হৌরীনা লম আনি আহুম কাওপা শাংকানি। আসিনা লাইনিংথৌকীনে লাইরেমাকীনা লাংথৈ ৭ না লাত্তোন আহুনা হাপতুনা য়োমপা লৈয়োম আসিকা লাংকোমদা লংচা ৭ কাইথাহুনা লাংকোম খুতুম অমা শাংপা-ত্তা য়েৎশনহুনা লৈয়োমকা য়োমহুনা ইহায়কুদা হাপও। আসিগী লম আনি অহুম শাংপানা হৌরী ওইনৈ আসিনি থংও হৌরী আনিমক শাংপা মান্নাহনকানিয়ে।

হায়রিপা হৌরী আসি তিংথোকলাক যেৎনাত্তানাপা হৌরী লংকী হাপ্পা ঈহাই চাক, আহু লাই পুপা মীকী মাঙকশমদাকী পুনহুনা মাখোয়মা ভাত্তানাপা মাথুংনা ইনমাকীমা য়োমহুনা পুবকপা আহু লোখোক্কুরা




লৈয়োম আত্থু শাবিক খিংলাবা লৈয়োম আসি ঈশিংদা চুপ-চুপ লুপকানি। আত্থুকা মাইপী ... শাবিক লাইনাউ তাপীনাম্নু মাহাককী ইন্নাকী আত্থুকী মাচি আমামমনা মায়ুং খারা কুপনা কোকংদা ...ংকানি মাকোক থুমকানি, খুমলিপা কৌজিকা শাবিককা পায়কানি। মাইপী খাপীনা আত্থুতাকী লৈয়োম ... লাইজা ঈশিংদা লুপপা মাতমদা লৈহৌরোন লাইরোন লোমকানি। খাপী মাইপীনা আত্থুকা লৈরৌ মাইপীনা শাবিক লাইনাওতাপী খাপীনা লাইপাউ চেনকানি। আম্মুমনা লাইপাউ চেনপা লোইরাকা শাবিক লাইনাউতাপী ... শাবিক আত্থু লৈপাকতা তাহনপা য়াদে। তাদানাপা মাকম চানা লাতোন আমাদা হাপলাকা কারিকুমপা লানা কীনা য়োমত্থনা তোঙান তোঙাননা লোখোক্তনা থবকানি পাইশিনকানি। আত্থুকা লৈয়োম আনি আত্থুকী চীরীনা চিংপা য়েংনাহনদানা লাইয়িংথৌকী লৈয়োমনা য়েংনা পাইরাকা লাইরেমাকী চীরী লৈয়োম য়েংনাহনদানা ঈকৌফুদাকী লং হীরী আত্থুনা লৈয়োম আদু য়োমশিন্নবা ঈকৌফু মাঙংদা হাপচিনকানি। মাসিদি মাইপানা লাইয়িংথৌকীতা, মাইপীনা লাইরেমাকীতা আম্মুমনা লৈয়োমকী থবকতি তৌকানি। লৈয়োম আমিমক আত্থু ওনবাপাতি য়াদে। হীরী আনিম্নু ওনবাপাতি য়াদে। আমাইপা আমাইপীম্নু ওয়াপা য়াদে। আম্মুমনা খংও শোইপা য়াপা নংতেয়ে।

## ২৪ ( হীকারকপা লৈথোংবাকী হৌনামাপা )

আসিদাকী মাইপীনা শাবিক খীংদুনা লাই হৌকংলাকানি, পেনা খোংলাকানি, পুঙ লৈবাকানি। পুঙ য়াওবাপাদি য়াউপা কৈ। আয়াউপা অসিকাও থোনকাও লৈকানিএ। আদুত্তাকী মাইপীনা লাইরোমদা লাইরোন য়াওবাপাদি য়াউপা কৈ। আয়াউপা অসিকাও থোনকাও লৈকানিএ।

তাহনা লাইপাউ চেনলাকা হেক লোইপাকা হৌকাতাপাতি পেনাম্নু পুংম্নু লেপকানিএ।

ঈশিংদা লাই ঈকৌপা আসি লোইরাকা ঈকৌফুবা লৈয়োম হাপপা আসিম্নু লাই লৌখংপা ঈকৌপা হাইনৈয়ে। আসিকা লাই লৌখংপা লোইবাপাকা লাইশঙ য়োবাপা লাকপা আসিপু লাইনিংথৌ লাইরেমা হাইনৈয়ে। লাই ওইপানা হীকাপা হায়না কোয়ে। আত্থুনা লাইশঙদি কোপা শঙলেন ফম্বান কাপা কোএ হাইয়ে। লাইপুঙ য়োনা আমুক লাইরু-হীকারকপা মাতম আসিদা খোংথোং আত্থুমলক য়াখোককম খোংকম লেপত্থুনা। লাইপুঙ য়োনা আমুক লাইরু-হীকারকপা মাতম আসিদা খোংথোং আত্থুমলক য়াখোককম খোংকম লেপত্থুন। হায়রিপা আসিপু মালেম রাকৌনা আমুক আত্থুকা লৈকংলাই কংপৈনা আমুক আকোই আত্থুমলক ওকানিয়ে।

লভয় আসিপু খুনজাউনা লৈচাউনাপা হায়তুনা লৈতাই জাগোই হাইনা লৈখোং নোংখোং লৈকোই চাকোই হায়না কৌএ। আসিপু যুমকা কৌপা কোং কৌএ আস্নুমনা খণ্ডকানি। হৌকাপা চাকোই খেংখাং ৩ হিরিনি।

আস্নুমনা ঈকৌকমতাকী লাইনা কৌপা শংকাইত্তা হন্নকলাপা আসিদা লাই পুপাকী সুপা আনি আহুনা মাখায় ওনশিননাহুনা মাই লৈরকলাকা লাইনিংথৌ লাইরেমা পুপা মীনা য়েংলোমদা লাইনিংথৌ পুপা মীনা ওইরোমদা লৈরকও। হাইরিপা আস্নুমনা লাইকী পোংলোই পুপাস্নু হৌকারমতাইদা লোইনামক লেং আনি খোকনা তৌও আহুকা কারকও।

২৫ (হৌকাপাকী লাইনিংথৌ লাইরেমা হৌকাপা)

(কৌপা শংলেন চংলকপাকীনী)

ঈকুমপাতা তোপাকুম পারেং আসি হনলকপাদাস্নু কাইদানা লাককানি। অগোই ওকপা লোইরাকা মা-ভুংদা লাইশুমাং চঙলকপাদা ঈকৌকমদাকী ঈশাইফু পুরকইপা শোকলকইপা ঈশাইফু ওইনাপা লৈমারেন পুললাং পুরিপা আহুকী মাকোক্তা;পুরকপী সুপী আহুনা মাংদা চংখংহনলকলাকা ঈকৌফ্দাকী হৌরী আহু তিংখোকলকলাকা লৈয়োম আনি আহু লাইনিংথৌ লাইরেমাকী হৌরী য়েংনা হনদানা লৈয়োমস্নু ওননা হনদানা ঈশাইফু মানুংদা হাপলাকা তপনা তপনা খাচিক খাচিক চংশিল্লকানি আহুদা লং আহুদি মাখুং ২না পুল মাপালকা লোইনানা পায়কানি লং আহুদি হৌরীম। আহুনা ৯। ৭ নি লৈপাক তাপা আমাদি ফিংপা য়াদে। তংপা খেংজিনপা য়াদে। আসি তৌরাপাদি তংপা লৈপাক তারাপাদি খোংতা খেংপা আসিদি শোই রে হায়দুনা তোকপাদি য়াদাপানা আমুক হন্না ঈকৌকাতাপানি। মাইম অহুনা অমাইপা অমাইপী আশৈপা আসিনা আনম আখৌ কোকলাকানি। ঈকৌখংনাপা ইশাইফুদাকী ঈশিংনা মায়ম আহুনা য়ামনা চেকশিনকাতাপানি। আপূপা মীস্নু মাশাদা লাইকী চৈখংনা শোইনাইপা শীরককানি। অহুনা আনম আখৌ কোকখোকউ আসি খণ্ডও।

২৬ (লাইখং শংলেন সুয়াংতা তোকাতাপা মাখৌ)

(লাইশং কৌপা শংলেন শংকাই কমপান কমদেংপা)

লাইমাংদা লাইশুমাংদা কৌদাং কৌ থুমুক আমাদা ঙা পারেং ডাখা ভারি পারেং। হাপউ থুম কাকুপ

হাপউ শেল কাকুপ হাপউ য়োংখুনেং শেলখুংবেং ভান্ু খোঙকাল আমা ভান্ু খুমু খোঙকাল ১। থমকাদি ভামু ৭ থমউ খোইচু মেক্রুক থাউ উচানমৈরা চাক খুতাপ আমা থমহনা মৈ থাউও ঈশাইফু পূপী মুপীনা মাংখাহনা চংলককাদি চংলকও। আহুকা লাই শুমাংদা থারমলিপা পোংপুমনামক আসি ইশাপূপী মুপীনা মায়াইতা চংকানি। লাইনিংথৌ পুপানা য়েংতা চংকানি। লাইরেমা পুপিনা ওইতা চংকানি। মৈহৌপাত্তি চাক ইনাচিংপারা হোকংতুনা অহুকা ভামু ৭ থাহনা থমপা কৌদাংনাচিংপা পাৱেংশানা থমউ য়েং ওই চংপা মানাপা মায়ামস্থ লাইনিংথৌকিনা মুপানা য়েং লাইরেমানা ওইনা মুপিনা চংকানি। য়েংওইকাইদানা চংলককানিয়ে।

২৭ ( লাইশং কোপা ফমপান তমনা চংলকপা )

আম্ুমনা লাইশং কৌপা ফমপান তমনা চংলককানিয়ে। লাইনিংথৌ কাংপুনা খোং য়েংনা কানকানি। লাইরেমা কাংবূনা খোং ওইনা কানকানি। মুপানা য়েংলোমদা মুপিনা ওইরোমদা থারিপা পোং আহু কানপা লোইরিপা কাউপা শারিক লাইনৌ তাপিনা শারিক খিংকানি কানপা লোইরাপাকা পেনানা চিংপা খোনগাচিংপা পাশিনা চিংপা তান থাপানাচিংপা তৌরানি। আহুতাকীত্তি হিকা পেনা খোংকানি হিকাপেনাকী মারোনদি হিকারোন যনকাউ খোংকানিয়ে। আহুকা পোং পুযনামক পুরিপা মী মুপা মুপি পুযনামক কানপা লোইরপাতা ঈশাইফু মায়ুংতারি মাইপানা লাইনিংথৌকী লৈয়োম হিরি লৈয়োম হিরী লোথোক্লকা লংআহু তিংখোকতুনা পায়রাকানি। আহুকা মাইপীনা লাইরেম্মাকি লৈয়োম হিরা লোথোকতুনা পায়কানি। মাইপানা পায়পানা লাইনিংথৌকি হিরী আহু মুপা আহুম ৩ মাইপীনা পায়পা লৈয়োম হিরিদা মুপি ৩ আহুম না কোকশেং শেংলাহনা থাংচেং শেংতুনা মুপানা মাইপাকী মাথংদা মুপিনা মাইপীকী মাথংদা আম্ুমতৌনা মাথং মাথং পায়রকা ফমদেংলিপা লাইনিংথৌলোমদা মাইপাকা মুপা ৩ না চংকানি। য়েংওইনানা ওইরোমদা লাইরেমাকী মায়কৈদা মাইপিকা মুপি ৩ চংলাকানি। আম্ুমনা য়ৌনাপা খোংথাং মাল্লানা চঙশিনকানি আহুতাকী মাইপানা হিরি, লাউকানি হিরী লাউপাদি।

ও ও ও লে ও মীয়াম মুপা মুপি লোইনামকমা হি হি হি হাইনা খুমকানি য়ামনা লাউনা থংও আহুমলক ৩

২৮ ( মাইপানা লাউপা আতু আমুক লাউকানি )

এ এ এ ও লে ও মীয়াম মুপী মুপানা লোইনামকনা হি হি হি হায়না খুমলাকানীয়ে আহুমলক ৩ লাউনি আহুমলক খুমকানি আসিপু হিরী কানপা হায়না কৌএঃ আহুতাকী ঈশাইকু আচ মাখাতা না থাহনা থমও। লাইনিংথৌ লাইরেমমাকি আনিকী মায়াইতা কুরুকী মাকমপু লাংলোন খুকম মায়াই চানা থমউ আহুকা তোকাতাপাতি হিরী কানহুনা চঙলকপা আহুনা লাইনিংথৌনে। লাইরেমাবে আহুকা লাইনিংথৌকীনা লৈয়োম আশি কমদেংলিপা আহুকী খোইদোকী মাপাদা আমাইপানা থমকানিয়ে।

২৯ ( লাইনিংথৌ খোইদৌ কুরুমাকুকী মায়াই লাইরেমাকী হকচাংদ থাবাই হিকারে থমলে চনলে )

লাইরেমাকীনা আমাইপিনা লাইরেমাকী খোইতৌ মাখাদা শোকতুনা লৈয়োম আহু থমলাকানিএঃ কমদেংলিপা লাইনিংথৌ লাইরেমা আনিকী থাবাই হাপলে আমাইপানা হায়রকলাকা আমাইপীনা খুমকানিএঃ আসিক মাতুংদা ঈকৌকু আনি আদু হিকাউ কিনা য়োমলাকা লাইনিংথৌকীনা চাকুনা লাইনিংথৌকী য়েংতা লাইরেমাকীনা চাকুনা লাইরেমাকী ওইদা থমকানিয়ে ; আহুকা লৈয়োম য়েংপা হিরি লং আহুনা কোনশিল্লাকা ঈকৌকু আহুকী মানুং মানুংদা হাপতুনা উপতুনা উপতুমা থমকানিয়ে।

৩০ ( লৈহুনপা লাইনিংথৌ কুরু লাইরেমা )

আহুকা আহানপাতা মাইপা মাইপীনা লাইনিংথৌকি লৈয়োম থোকপাদা কুরুকি লৈ লাংথৈ মাপোপ মাঙা ৫ আহুদি লাইনিংথৌকীবে লাইরেমাকীবে আনিমককি মায়াই কাবকতা লৈতোনন। ওনসিননা থমখিকানিয়ে। লৈতোননা মাথক ওনথংনা থমনাপাম্নু য়াউই আদূনা লাইকুরু নামনা শানাথোকলপা লাকই হাইয়ে। আশোই আঙাম য়াউদেয়ে মাশিকী মামিংশু মাঙাললৈ হায়না কৌএঃ

আহুকা লেমহৌরিপা লৈপোপ ৯ আহুনা লাইনিংথৌকী হকচাং শোকনা লৈতোননা ওনশনহুনা লাইকী কুমচানা ননহুনা লাইনিংথৌকী কমদেংলিপা আহুগা শমনাবা থমকানি। আহুনা লৈতোননা লাইকী শিনুংতা ওনশলদুনা থমউ আমুমনা থমলাকাতানে।

আসিকী মাতুংইমনা লাইরেমাকী লৈয়োম আহু থোকলাকা লাংথৈ লৈপোপ অয়েং ৭ না লাইরেমাকী

হকচাং শিৱুং আসি শোকনা লৈপোপ তাবেং আহু লোংখোকনা লৈখোকনা ওনশনহুনা থমলাকানি। আসিদি লৈহুন লৈপুন থারাই কমপান কোএ। আসিকী মাতুংদা কুরুকী লৈপোপ মাগা সানা কমপান মায়াইতা লৈ-তোননা মাং থানা থমলিপা য়ুংনা থমপা আহুদাকী লৈপোপ আহুমনা লাইনিংথৌদা কারাকানি। আহুদাকী লৈপোপ আনি আমানা লাইরেমদা কারাকানি। হায়রিপা আসিদি লৈতোননা ওনশনপা চাকনি। আহুকা কুরুকী লৈহুনতী লাইনিংথৌতা লৈপোপ আহুম লাইরেমাতা লৈপোপ আনি কাখারাপানিনা লৈতৌদাবে।

( লৈহুন লাইপুংকী হিকাপা বাকোন মাচিনচাক পীপা )

আহুনা মাতুংদা বুরুকী মাকমদা লৈ আনৌপা তমখিকাতারা তমলারোইতারা হায়পাতি লৈপোপ ৯নে ৭নে ৫নে আসি পুননা আনৌপা কাকানিয়ে। আসিপু পুরুম লৈ মারু কাপা কোকানিয়ে। আসিদি লাইনা শারাবিপা মাখৈ লৌখোকপা য়াদেয়ে। আহুকা মাথংতা লাইয়িংথৌদাকী থমপা লাংথৈ মাপোপ মা-তোন ওনশননা থমপা মাপোপ মাপল আহুনা য়েংথংপাতা খুপম য়াবিপা লাইপুংথৌ মাপল কী মাকমদা থমকানি। লৈতোননা ওনশনলাহুনা থমকানি। আহুতাকীদি লাইরেমাকীতাকী থমলিপা লৈপোপ তাবেংকী লাংথৈ আহুনা লৈখোকনা ওনশনহুনা থমপা লৈ মাপোপ তাবেং আহুনা লাইরেমাকী ওইরোমকী খুরুম য়াচারপা লাইকুরা তাবেংতা লৈপোপ তাবেং আহু লৈখোকনা ওনশনলাহনা থমকানি। মাসিপু লৈমারোন তাবেং লাইকুরা কোয়। আসিদাকীদি লাইশংকী থোংকী আহুতাকী য়েংকী মাংদা কাপোকনে হৈনে লৈনে লাকোইনে আসি খিপিকনা নাহান নোংকী লৈখিপা মারম লিরোন শকুনা বাকোন লাইপু লাউনা কোয়াহুনা মাইপীনা নোইরাহুনা মাথোইকী শকুক তমলাকানি। আহুকা বাকোলো বাকোলো, বাকোলনা কাপা লিকাপা বাকোল তনোই নোই হায়হুনা মাখাদা কাপোক হৈপোক লাকোইনাচিংপা তমহুনা বাকোন কাশে লিকাশে হাইনা বাকোনপু নেম নেম মানেমশে হায়াহুনা বাকোন মাচিনচাক পীরাকানিয়ে।

৩১ ( লৈমারেন ইশাইফু আহুনা মাংশোক কাচাউনুংতা লৈফুকমদা লেংশনলো )

( আসিকীসু লা থাদুনা চেং হৈ লাকোই লোইনা 'তমচৌও )

আহুকী মাতুংতা লাইশংকী লাইনিংথৌ লাইরেমাকী ফাংখোং কমদেংলিপা লাইকী ফানখোং হায়পাতি

মাইকৈ মাথিমকদি ফানখোং মানাকতা লা আমামম লোংনা ফানখোংদা লাইনিংথৌরেমকী শনখোং লাইরেমা-লোমকী মায়াচিং বাংপ্রেনকী ফাংখোং কৌপারুকী ফানখোং আসিনি। মায়াই লাইনিংথৌ লাইরেমাকী কারক মায়াই মানিংতা লা উপনা থাকানি। আহুকা নোংপোক লুকমাংনা লাতোন ৩ মা লোংনা থাপনি। আহানপাতা চানিং লা কানাপা থাপা কুরুকী উকল কৌএ। আহুকা লাইকী মামাংতা লাতোন আহুম তাইশিনবাহুনা পাকনা থাম্বিপা আসিপু লুকমাং কৈথেনকাপা হাইনা কৌএ। লুকলেন আসুপপা হাইনা কৌএ।

৩২ ( চানিং চামাং ফাংখোং লোইনা লা থাহুনা চেং পৈ হৈ লাকোই হাপ্পা )

আসিনা মারককী লুকলেনকী মানাক য়েংলোমদা লা মাপল উপনা থাকানি। মাসিপুতি লাইপুংথৌ মাপল ৯ মককী লুকলা থাপা কৌয়ে। আহুদাকী লুকলেনকী ওইদা লা ৭ লোংনা থাকানি। আসিপু লাইরুবা লৈমারোন তারেংকী লুক থাপা কৌএ। মাসিনা মায়ুম ওইরাহুনা লাইপুংথৌ মাপলকী লাকা লাইরুবা ৭কী লাকা আসিদি মামাই মামাই ওনশিনবাহনকাতানি ওনশনলো। আহুকী মাওংদা থাকাতাপানি। থাম্বিপা লা পুমনামক আসি খিপিকমক মাশিং সুনা লাকোই লাফাং চংথোকপানে চুনে হৈনে কাপোকনে আথুম আহাউনে আসিনাচিংপা কানে মানানে হৈজাংনে আসিনাচিংপা মাথল মাথেল সুনা হাপকানিয়ে। আহুকা লোংনা থাপানা লাফোইসু লোংনা থানি। উপনা থাপানা লাকোইসু উপকানি। লোংপানা মাথোকনা ওনশনকানি আসুমনা হাপকানি। উপনা থাপানা লাফোইসু উপনা মতোননা ওনশনকানি। আসুমনা থংনা পোংলম সুনা থাকাতানে। হৈথা পোংথা লোইরাপাকা য়েংকাতাপানি।

৩৩ ( উমংলাইকী মানুংদা পুরৈরোমপা খোইরি ফাপা )

উমংলাইকী মানুংদা পুরৈরোমপাকীতি আমাদি খোইরিফাপাবাচিংপাকিদি নোংদোনদাকী লাইনিনা লাই ওইবানা মৈ চংপা কাপোকনাচিংপা পোং খিপিকমক কংপা য়াদাপা লাই য়াওদিএ। আহুনা লাইনিংথৌ খোরিফাপাদি তা কংপাসু য়াদেয়ে। মাসি য়েংনা লাইকী মাওং মাতৌ থংনা তোকাতাপানে থঙও। আসিনা লুকথাপা লোইরাপাকা মাইপাবা ঈশাকী তিনশেং লাইশেংনাপা আসিদাকী হৌরাহুনা য়ুমশেং নাশেং হৈশোই মুপান থাপা আনম আথৌ নাহৈরোন আসি খিপিকনা তিংশোন লাইশোন খিপিকমক পাংথোক্লদাপানি। খোইচু লমওক মৈ থোকপা মৈরা কংপা আতাই লাইশোনকা আসুমনা উমংলোন লাইচং কায়া

মুমিং আদূদাকী য়াউনা মাইপানা থৌকোকলাকানি। আতুকা ফীবান শাস্ত্রাদি ইনুং ভানলাকা কংকানিয়ে। মুমিং আদূদাকী য়াউনা মাইপানা থৌকোকলাকানি। আতুকা ফীবান শাস্ত্রাদি ইনুং লাকাং চং নোংভানলাকা ফীবাং আমানা আহুম থোকনা খুল্লকা থাহনা চেং হৈয়াকা লৈহুন ভমলাকা লাক্কোই লাকাং চং নোংভানলাকা ফীবাং আমানা আহুম থোকনা খুল্লকা থাহনা চেং হৈয়াকা। আসি তৌত্রিতৈনা থোকপা হৈ লৈনাচিংপা লোইনামক য়াউনা আনম আথৌ পুম্বনামক কোকলাকানি। আসি তৌত্রিতৈনা আশৈপানা য়াকৈকানি। কৈরোই লাই পুমপাকী মিংতাক মিংশোনহনা চেকলা য়াকৈকানি।

## ৩৪ (আসিকী মাথ'ৎ থৌরম তৌকাত্তাপা)

ফীবাং আমানা আহুম থোকনা থাবাপাকা লাইকী মাংওইনা চেংনা তাইপংকী মী কুমনা চেং হৈপাদা মাকোকনে মাথোং মাথুং ঈশা তৌনা হৈহনা মামি শানা চেং আহ উতোং আহুমনা কোনানাপা হৈয়াকা লৈহুন হাপলাকা লাক্কোই চং থোকপা আমানা লোংপা আমানা উপকানি ; আনি থমলাকা হৈকল লাকলনে চুনে হৈনাচিংপা আথুম আহাউ কাপোক হৈ ক্বা মানানাচিংপা নিংথৌ পোংপা তারাকী লুপানা তারা থোকনা খুংনেং শেল মাখিম্ভু হাপলাকানি। আদূকা কোনয়াইস্মু হুনকানি। হীগাফম বাকোল ফাপাকী লৈকং লৈকং কৌয়ে ।

## ৩৫ (ঈশিং নাহৈফু তাইরেন পুংফাইনাচিংপা)

ঈশিং হাপপা নাহৈফু আহুদা তাইরেন পুংফাই হাপকানি। কংলাপাত্তি নাপীনে, শীংপীনে, নাতং, মাথাই নাপুনে, নাশেননে, লোকৈত্র, চাত্রৈ, তাইরেন, পুংফাই, উথোকনে আসিনা আফংপা উথোকনে তাইরেননে পুংফাইনে আসিনা শমলপনা তোপাস্নু য়াইয়ে। কংলাপাত্তি লাইশোনকা ঈশাকা ফালু শেংপাতা আসিনা কৈএঃ আদূকা য়ুমশেং নাশেংথোকউ হৈশোই য়ুপান থাদোকউ। আসি লোইরাকা শোনপা লোইরাকা আসিকী মাতুংতা কৌপা সানা শংকাইনুংকী কমপাননাচিংপা লাইখিংথো লাইরেমা লাই ফাংথৌ ৯ লারুবা ৭ লাক লৈপা শারোই হানবা তাইকানি থাংথোককানি। লৈরমলিপা কংলৈপুং তোংপা লাইনিংথৌ হুনপা লাইফাংথৌ পুমপা হিকাপা মাকমদা পানকংলাপাকা আনম আথৌ কোকপা নাহৈরোন আহুকা শারোই থাংনাপা পোং লমনা শারোই থাংহোকানি। আসিকী মাতুংদা হাননা পূপা হৌচিক পুপা শারোই আহ আহানপাদা শিন থা লীহনা থমলাকা হুমনি স্নুপাতা বাবুক শারোই থাংকাগাপানি ! ৫ নি ৭ নি ৯ নি ঈরু লাইশোন খোইচু

অমওবকা খুনথোকলোন লমমিংলোন থৈথোকলোননা মৈরা আচৌপা কংখাপা থৌরাং তৌপা আহুকা আতাই-না থিশোলনা মুমিং আহুকী লোইশনকানিঞ।

৩৬ (ইকোপকী নুংবাংদা মাইপিনা কাংখলনৈনা থিংচিনপা।)

আদুকী মাতুংদা মাইপিনা কাংখল নৈনা থিংচিননাপা শাম্রিক চোমচাউনা লৈতাইনা খিংকাবি পেমানা কংলৈ কমপামত্তা য়াহিপ বোংশাংবা ইমুং শোইপা য়াভানাপা মাওতম খোনথোকনা শৈশকনা নাওতমদুনা য়াভাখিনাপা নাওতম শৈশককানি। আসিকী মাতুংদা লাইশং কংলৈ য়াকাপুং কৌপা কমপান থোং খিংলাকানি তামুম মাইচাপিংমু য়াথেক কমকোইমুংতা ইমুংশোইপা য়াভানা ইমুংইচিক তাইহুনা য়াতা য়াহিপনা তাইপংবা আশোই আরান তাকপিনাপা পুরুম থৌনিচাখিয়ে হিকাপা মুমিংকী অহিং নোংতাবকাওবা পুরুম থৌনিনা লৈজেয়ে।

(পেনাবা য়াকৈনাপা হাবৈরোন খৈশক আহানপা)

চিংতু খোয়মুম লাইনিংথৌ, য়োইপু খোইথোম লাইরেমা কংলৈচিংথোং খুমচাউপা চিংউ লাইনিংথৌ খোইথোম লাইরেমা হো কংলৈ নাচিথোংলম য়েংতা সানা চৈবা পানত্তমপা নাচি ওইরোমত্তা খোমুম লাই-রেখা লুপাচৈনা পানত্তমপা চিংউনা হারাউ মাথোই কারে। খোথোক কুমথৈ ওইরারে। আমুককী য়েনদা আশুনপা কংলৈ চেকলানা য়াকা কাইরককে। বোংপোক আপোক পোকলেন আশানপানা সনা শংকাই আথোইপা তাউজিং হৈরাংলৈরাংনা শমুমাংওইনবা য়েত্তা লৈশিংমুনা হৈরাং হৈশিংমুনা মপুংফানা তৈকা লৈকারক্লে। চিংউ ইবুঙো খোইয়ুম লাইরেমা য়াকাই নোংতমপিরাশি ইবুংঙো ইবেমা আনিমক ইমুংতাললে বাঙালনে লৈরক কাপা শন লাউরে তাউথ্র চিংকোই তানলকলে। ভুইথৌ লাপ্যানা চিনকোংলে য়াংদৌপাপু চিনদমলে। চিংথৈ লংদিং লৈবা হুললকলে চারোই না তেতু খোংলক্লে লোইপী হেনপা আমুপী থিংপাই নিংথৌ পাউহং চেকলানা কৈরোই লানলহুনা পাউজেল্লকলে। হোদা ইবুংঙো ইবেমা কেকেনা মেইরাং থাংজিংতা মাশাইকোনদা লোকতাকনা উমুমথুমপি চেকলানা তুম তুম হাইনা য়াকৈরকলাপাসিদা ইমুংপা তাললে। বাঙালনে ইপুঙো ইপেমমা খানা চাউপা বাংপরেমা কোলিপা মারমথৈদা থিংই লোওনখোল খরা পুকহলখোননা ইমুংপা শোরা তাললকলে। হায়না খংনৈয়ে। ইপুংঙো ইপেমা শেমপিবাদি কাপো মারমথৈ শারাং লাইকী মাশাইকোন্দা ইপুঙো ইপেমা য়াকৈমাপা চেকলা চাদি

কাবো শোংগ্রি লৌবাকপি আরা শালোন চেকলাচা মাখোং ভাপাপু য়েংলাপাদা থারান নোংচুবাদি মানপা চেক্লানি মাচিন ভাপাপু য়েংলাপাকা তেনৌ য়োংকোম মানপা ৯৩০০০ চেকলাচা নামুকী মীরোল থোকপা চেকলা পোমপী তেমারা হায়না কৌপা চেকলানা তে তে হায়না য়াকাইনৈ ইবুংঙো ইবেমা শেলোই লংমা-ইবিন্দু মায়মখৈ লমলেননা পোইরো হামপোইলৌ থমনা থমপান মাকৌয়ম আন্দ্রো য়ায়ন মাশাইকোন ভাবুনা খেয়ে চিনপাকী লমকী চেকলা মাহাকনা য়াকৈনাপা লমদমনিদো মাপলদনা শেলোই চিংশাংদাদি মায়মনা য়েন্দি কৈজাওপা মাখিংনাদি য়েনপা খোংবেম্বা ম তুনাদি য়েনপা আশাংপা য়েনদি য়েনপা নুমিংতাপু স্নানা পুরুম-য়েন আমুপা য়েনদি লোইয়োম কৌপায়েনদি আঙৌপা য়েনদি য়েনহিংলং য়েন চেংকোই মানপা য়েন্দি কোরো নোংদাই য়েন লৈচিন মানপা য়েন্দি মালেম লৈত্তাইয়েন কাইবৈ য়েনললম তবেংনা মপলকি থাংভেল চাই-কোইথক শাকল তুকাংকুনা ইমুংঙালে খংনাপা কয়মনাপু খংপানো চেকলা কে কে কে মাখোননা ইমুংপা ভানলে মাথংনৈয়ে আম্মুমনাপু য়াকৈনৈয়ে।

থাবেননা লোকী লোকমাংদা শাইবানাপু কাংকোল কৈরাথক চিংখোং খুমুদি লমনৈমা চেকলা লমখুমুনা খোংলাকা ইমুংপা ভালনে মাখংনৈ ইবুংঙো ইবেমা লমলেন স্নাহল লোকচাউ লোকমাংদা চেক্লা মাদোমনা য়াকৈমামপাদি মালংপোনা কাইদা কাইদা হুমলমপা হাউনা শমলাং ইথাই ইথাই শাহুনা য়াংকেল ইনম নম মালংপা লোইয়োইনা হুমামা ইমুংঙালে খংনাথি। শিংলিপা মুংশিংনা লৈচিন পোকপা মুংশিং ওইখিয়ে। আমুকী য়েন্দা মাংদা হুমামা ভাইপং পুমসি মুংশাংই মুমিদাং মাইরম শিংপা মুংশিংনা হুমাংকী লৈরিক লোকপা চিংউপা নোংতম ওইপা মোংতম ওইপিনি আম্মুমনাপু য়াকানৈই।

য়োইমায়াই আভানপা মালেমনা লুচিংপা আভানপা হাউরৈনা নোংপোক মাইকৈদা কোরৌনা নোংপু খোনলৌপ মাপারি য়োইমায়াই স্না খোম্মাদোন আতোনপা নোংপোক মাহৌচিংদা আভানপা খিং খিং খিংকারকলে লাইনিংথৌ লাইবেমা খোদাপিরিপা কামপি থাপাবা চোংহনলিপা ইপুংঙো ইপেমা আনিমক নিংথমকৈজুপ কৌনা কাংপিয়ো স্না কাংখল থারাকনৈনা হায়দোকলো খোমলেন পোমপী মিকপ খোয়কলো চিংঙু খোইমুম কোয়ো হোয়ো মাপুয়েন হোয়ো হোয়ো য়াকৈনে হোয়ো হোয়ো ইবুংঙো ইবেমা আনিমক নাদাইয়েন নাখুল খুলপুকলেন আচংপা ভাউজিং খুদোন কায়কলে শিংঙেল লৈরাং লৈপোপ মানৌপানা লৈছম্পাকে হাইরকলে।

চিংউ লাইপাউ তাবকা নামু পুকনিং কৌশিং ওইজাকেদি হায়বকলে হাইদাপায়া। মাদাইরেম থাপী লৈরেমহন অমাই শিথোং লেপপিনা চিংঙু ইপুঙো ইবেমা আনিকী লাইপাও চেনপাপু নাদাইরেমশিংনা হাইজাখিএ; চিংঙু ইপুংঙো খোইয়ুম ইপেমা! লাইনিংথৌ লাইরেমা আনিময়বা নাদাইরেমনা খুনপুকলেন লৈকং মাঙ্গমাংদা চিংউপাকী নাপাউ খোইথোইপাপু পাউজেনশীও হাইরাঙনা হাইজাখিএ আচি ভংভাশী আয়াই কাংভাশী চিংকোই নাপাউ শৈথাশীরকলো রাকথানা শংদিং লোমজারাকে ইপুংঙো ইপেমা চরি হায়া হে।

( মাথকরি য়াকৈ আদি খুংপীকাম )

আমুকতা লাই য়াকৈপা আসিদা লাই লাই আসিকী মাশক মামিং ইবুংঙো ইরেমাকী মাতিক মায়াই থাহনা শকানি। মাসিপু য়াকৈরোম লৈশক কৌএ মাসিদি পেনা খোংপানা শকানিয়ে।

( খাপি শংলেন মাইপীকী লাইহৌরোন )

হুম হুম হুম লৈকৌরোম লোন মাঙামক লৈমুরোল লোন ভকুমমক লেইপু খোইরা আ আ মাকু জুংকী তোংনিংদানা লৈশং পানকী থমনা লারাক পানকী ঈ চামুনা চাঙৌপানকী ঈ ছপলাংনাপা জুংকী হারানা লৈয়েং থাকী হাউনা আ লিরি ই লিরি ঈ মাইকৈদানা মাখিমক শিংকাইদনা ছমকুমাখোইমকতাকী ই খুংলোদানা কাইপী সান কুমমাক্তাকী হাউনা আ কুরু লুরুউ লুরুউ মালেম লৈথারোম তরেংমাক্তকী কুরু ইমা ইপেমা তেথংশীরকলোও। লৈমারোম দিপালমকতাকী কুরু ইপুংঙো তেথাশীরকলোও। লৈপাকপু কা ইমা হাইনা হায়না তাইরমকে। নোংথৌপু খুং ঈকা হায়না তাইরমলাকেনা খুং সোঙো মানদিম হায়ে। লৈরোম নোংলোন আহুমমকতাকী হায়ে। কুরু দিন দিন চিংঙনা নামকশিং আরাপা মিয়াই মানা কাঙমদাপা পোংলাইপানা কাঙমদাপা পুংমায়োম থাপিনা ইয়াই লুকনা কাজারকই ইপলদনা থাকুক আশৈপা থাপাদনা তাংখোমনাখিপা অয়ুকনা য়েন্দা আঙনপাদা পেনানা থাদা পমলাতুনা শাইনা আনি কাবননা চৈজিংনা য়েংলোম পায়না ইনুংপা চিংখোং লুক লুক য়াকা কৈরকলেদো। ইপনদান মাদোম য়াকা কৈরমদে। থাপীমা ঐপু ইপনাদাকী হৈবা নাতুং ইনজারকইনা। শানানা লাংজেং মমৈম ররুমরকই। খোংজিনা ঐপু নাতৈ কাংজারকই চাথাঙলেনাদে। ঐপু লাথারোই শিংজেন ঐপু চারা পোরোম শাংচারকই। থাকল থারাক মামৈনা হায়জরকই

ঙিংথম কৈজুপ ফিচিত্তোন মাপাল য়াইনা কাংজবকই চোমলাং মনাম কাউপী আহনপানা পাউরোনপিম্মু শিঙেল লৈরাং অমমপানা পাউরোকনাপিকালো। শিংঙেল ঐপু লৈহুনলোই লৈরাং অমমপানা পাউরোকনাপিকানো শিংঙেল ঐপু লৈহুনলোইনা খাপি ঐদি লাথারোইনে পলেম ইমা ইপেন্মা লোইশং ফালুনুং ছিক্কনানা ঙেং মাই খিংলিপি চেকপনা মাকু মামুংদা ফমকনা য়ায়েনলীপী পলেমকী কেংলোই মায়াথং আথুমপাপু কোয়ো মোংদা কাঙমদা মালেমলৈদা ভাঙমদাপাকী তাংচা ঐপু লুদা থোংচাবকই শারেন য়াইনা থনজবকইনা শাখিক ঐপু পাউথোললোইনে। মুংশি চায়ে কিপান কাংচাবকই কোয়ো ঐপু মুংদাইরোইনে আফিংনা কাংপি ছুম-মাইরোইনে। শচিক থকতা নোংনা হুমপানা পালেমকি মাদাইরেম ঐপু হাউনা ভবাচানা ঐপু চাকমাং চারকপিনে। লৈকাইদানা থামমী মৈমাং তোইনারকপিনে পালেম ইমা ইপেন্মা মালেম লৈবেন "হনপিস্মু থোই-দোনা লেমফু মাকু মামুংদা কমকম য়ায়েননাবিরো খাপি লৈয়েংথকত্তা কব ফমনাপিরমলো কমপিবাবো ভাংজা লৈতোনতা খুবো চেলহনপিকনো হাদানাপুরেন খোয়মুম শিদাপা ঐপু লৈয়ে চিংভু ঐদি ( লাইমাখিং ) তাইপং মিরায়েন থাইরমখিকে হা ভাইপং ইমুংয়াই।

( আসি মাতুংদা থাপিনা লাইপাউ চেনলাকানি )

( লাইমাং ফমলিউবা কোংসুপা )

লাইমাং ফমহুনা লাইপাউ চেনপাকী মাওং তৌরিবৈদা য়ামনা তান চানা শাখিকবা কোমনপা ঈশেকুমপা লাইয়োন আমা শবলকই। আহপু লাইনা কৌ স্নুপানি হায়না থংনৈ। লাইরেমপীনা তোংলাকা মাতম আহনা ফো সূবকই মাহুদি আসিনি।

ইত্তৈদনা ইবুংঙো য়াংলেন কৈকুংহনপাকী চংপি মাকৈরেন্দকী লোইমোম কৌপু খাইয়াকা চেংজা মাইঙো তাললমকে লোইমোমনা কৌপু শুরমকে খাংচেংনা মাচি লাইয়াহুনা চেংজা মাইঙো তাললমকে নাপেমমাদিকো হো হোই চিংদা লৈয়ে হাউওইপিনি তমদা লৈয়ে লাইওইপী ইদুনা নোংখাংলৈমানে ইয়েকমা পাম্মোইপিনিনা ইমানা লৈমায়েন ওইপিনি ইখোংনা হাউখোং তাপিনে ইনমন্বা হাউনম নমপীনে লাইফিনা খাংচেং খাংদোম শেংতুনা উথাউকী সুকতি নামিপী মিশিকী স্নুমপল মাইপাকপী লোইমোম কুয়োল হুয়মকে চেংজানা মাইঙো তাললমকে য়াংলৈমপু স্নুংনানাপা নাপেন্মা তামা হোই হোই। খংপিয়ো।

আস্নুমনা কোস্নুপাকী মায়োল আসি তৌরকপাস্নুয়াই।

( লাইহা লুক কৎচাপা )

হে ইবুংঙো ইপেন্মা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী ইপুংঙো ইপেন্মাকী কুমচা আরিপাবা থাদা থা লোইদাম নাকুম থাচা আনৌপানা পানদা থোংনা হেকমাই কারকপা আসিদা নাদাইরেম মাথুল খুনপুকলেল আচংপাকী যোমনু ওইপীবা মুমলোই হৌরাহুবা কুমশি শিংপুম চাহি কুমচা আসিকী তারা লুকলেন কৎচাখিয়ে। সানা লুকলেন মাথেল লুকোই খিপিকমকপু পামচাবা হাপিয়ু । চীংঙু মাকথাক আরেম্বপানা নাত্তাইরেম খুনক খুন-থোংশীংবা কংচাযাকা চিংঙু নাবাহৈ মাপুনশিপু লনকুশীরমউ চিংউ আখি খিপিকানু পুরুমচারিপানি ।

* থংগীকাভাপা : আমাইপানা লাইশোন শোলো থাবিনা শাঞ্জিক খিংও থংগীও *

( লাইনিংথৌ শোরারেননা থুমকুমলাক্লনা সানা ফমপান ঙহৈলে পুংমংয়োনকী ফমপান নোংত্তমতুমা হারাউপা হৌপাকী শারোই থাংপা ১দ লাইরোই ত্তানপা হারাউপা হোপা নুমিৎ লাইরোই নুমিৎতুত্তা থাংপা শারোই থাংনাপা লাইশোল লাইচৎ হাইকে )

( শারোই থাংপা হোপা ত্তাইপংনা চিংঙু ফমপান শারোইপু ইয়াংপা )

হো চিংঙু লাইয়ামলকত্তাকী থোইথোইপা চিংঙু থাংচিং কোইরেল লাইকী শারোই ছুমকুমাথোইমক চিংখৈ মারাচিংকী শারোই ছুমকমাথোইমক, নোংপোক আঙৌপানপা ইপুংঙোকী শারোই ছুমক মাথোই মক লোইয়ালাকপা ইপুংঙোকী শারোই ছুমকমাথোইমক, বাংপারেন ইপুংঙোকী শারোই ছুমকমাইথোইমক কৌপারু চিংনিংথৌ আপানপা কৌপারেনকী শারোই ছুমকমাথোইমক, মাইকৈ ভাকপা পললুমপা রাখালাক-পা পামচেলপা থানা চাউপা ইপুংঙোকী শারোই ছুমকমাথোইমক, মাইকৈ ভাকপা ভংদাই পুপা ১৩ মক শারোই ছুমকমাথোইমক নাকুম কুমশিকী কুমনাচিংপা ইপুঙোকী শারোই খিপিকমকনে থকত্তা লৈপা শারোইনে থকনে থানে আসিত্তা লৈরিপা শারোইনে ত্তাইপংলকত্তাকী চাননা লৈখিত্রাপা কোননা ত্তাইপং লকত্তাকী লৈরকখিত্তারাপা থমমুং শারোইনা ত্তাইপংলকত্তাকী মীরম লাইরমলেমত্তা ত্তিনখিদারাপা শারোই পুমনামকপু নাত্তাইরেমকী খুঙ্গং আচাউপা ত্তাইপংলক আসিকী নামু মীয়াম ঐথোয়না নাকুম কুমচা আথোইপাকী কুমহৌরকলাপা আরিপানা থাত্তা থংলাপা আনৌপানা হেকমাই হারাউ মাথোই কাপা কুমশিং থাশিং

সিংতেক শিংতাদাপ। থারামিচাকনা মালেম আসিদা সানা পুংদা লংনা ভাননা পাবকাপা মাথোং তেকতাপা মাতম খোংবাই য়েংলাতুনা ভাংজ লুক্তা খোংনা পাব্রি ইমোম শংনাপা মুংঙাই মায়াং কাইনাপা হায়তুনা পিনাহৈপা পিনাপিরমও মাকুথ কুমজা আসিবা চীংঙ, শথোং খাক্তা লৈরাং লৈরাং মাশিং স্নুনা কংচাহুমা পুরুম নাথো নিচারি চিংউপাকী মাকাইতা সানা শংকাই মুংঙাইপাতা কাওমদানা কাচারকতুনা সানাকী কমপানতা কমদেংপিও ভাইপং ঐথোইনা পুরুমচৈ। চিংউ ইপুংঙে ইপেম্মা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা খুমপু কংলৈ আসিদা সানা শংকাই মুংতা কমতেংপিরিপা ইপুংঙোকী মাকাই মুংতা লাকলিপা লাংওন শারোই পুমনামকপু পুরুম খোনি খোকল লোই আহানপাতাকী ইরাং খোকমচারি।

( আহানপাতা ভাইপংনা পুরুমচৈ শারোই মাপুথা )

খুনপু লৈমা খুনলৈমা খুনমাপী খুনলৈমা তারেংমককী চিংঙ,পাকী শারোইনা পুপিরিপা খুনপু লৈমা খুনলৈমা তরেংমককা লোয়মারিপা লোইমারিপাতি হা ০০০ আমাইপানে আমাইপি শারিক লাইনৌতাপি লৈনুং হিচিংলিপি আশৈপাকা চিংঙ,পাকী লাইরেমমাকা মাশাইয়োন ওইরহনা লাংওনলিপা লাংঙোন আহু-মমকনে আহানপা হারাও শকশেম তমলিপা শারোইপু ইরু মাইতানাবাহুনা ভাংলৌ থাক্তা চংজেয়ে আমাই-পানে আমাইপিনে শারিক লাইনৌতাপিনে আমাদি লৈনুংহিচিংলিপা আশৈপানা চিংঙ, মাথনতাদাকী মা-লেমদা চিংলকতুনা কংলৈ মুংদা কমপান হিরিচিংলাহুনা হিরিয়োনপু শৈশক শৈহুমনা ছুংনা মায়েক খোক-লকরতুনা লাংওন শৈশকতুনা লৈফায়ে হায়তাপারা। আম্মুমনা লাংওন হারাউ শকশেমলিপা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা মাহাককী কোলোইদি খুঙ্গং আচৌপা আহুকী কোলোইকা শৈথা শৈশক আহুনা ভাংলৌ থাদা পুরুমচারিয়ে। হায়দাপারা। আহানপা শারোই নোংতমনা শৈথানৈয়ে। লাইপুংদা।

( লাই ইকোপা হারাউপুং লাইপুং শারোই থাংপা )

কোপা য়ুমচংলাপাতা কুমলং কুমলকলে কুম হোৎকলে কুমকী কিডা লৈকোয়থকতা কমনেংলকলে হিকোক পোকলকলে নোংথাই থারকলে ভাইপংপু মিংয়েং শাথেনারকলে শাথেরকলাপাকা হাইতাপারা লৈমাওইপা লাংওন লাংভাই ওইনাপা লাইরেমমা ওইপিনা মাতমকী লাংভাই লাকপা ভাইচাতুনা লাইনিংথোকী সানা মাংদা লাথানৈ লৈছুমনৈ হৈকং লৈকংতুনা পুরুম খোনিরকলে। হিথোম য়াইথোম থোইরা মাপান অভাংপা

থমপাল মাচু লাকলাকা কুহিনে আসিনা খোইরা মাহুমহুংতা য়াতাহুনা লৈপা শারোই খাংলকলে লাই-তাইনারকলাহুনা লাইনিংথৌ লাইরেমা আনিমককী শারোই খাংলকএ। লাইখিপিকমকপু পুরুম খৌনিচা-রিয়ে আসিনাস্থু মাদোমদো।

( শারোই খাংপা আহুবা শোনকাওপা লাইমিংতি )

চি ৬ খোমুম লাইনিংথৌ ইপুংঙো ইপেমথাকী সখানাকতা লেংঙকইপা কৌক্র শারোইনে ১। মারাচিংকী শারোইনে ২। খাংচিংকী শারোইনে ৩। রাংবুরেমকী শারোইনে ৪। নাখোই খিপিককী ইপুংঙো লাইনিংথৌ লাইরেমথাকী সানা মাংতা হারাও মাখোইকাপা সুংঙাই মাখোইমিনাশে হায়রহুমা খুনেং খুদা শেমচাপা পুরুম খৌনিচাপানে আসিনাস্থু মাদোমদে।

মুমিং আমাদি কৌপা নোংকাইনা লৈরাপাত্তা ইমুংপা যাইরেক্লা খাংপা শারোইদি ইপুথৌ ইপেনথৌ আনিমককী লাখা লৈহুননা খাংলমলে হায়দাপারা খৌনিচাপানে। মুংতাং আহিংতি কৈ পনপা য়াদে।

আহুনা মুংদাংতাতি কৈ পনপায়াদে হায়রিপাশিদি ইপুথৌ ইবেনথৌ আনিমককী হায়পা আসিমা হায়-রাহুনা মুংদাংদা লৈ কৈ লৈহুন কংমলকাতানে। খোংমাকী শারোই লাইকী তায়কনি হায়রো হায়রমথে নোং-মাকী শারোইকী খৌনিনি।

( নিনি চনপা হারাউপাকী শারোই খাংপা শারোইকী মাখিং মিংলেমদি )

য়ুমকোইপা য়ুম কোইপী আনিমক হায়রুমা শারোই খাংকানি। মারোনদি যাথম লোইপু লমলৈমাপু লৈশাবা খাংঙে লাখানে লৈহুনদি তংরং মাপান খাইদোকুমা কংকাতানে হায়রে। আসিনাস্থু মাদোমদে।

( নিনি চনপা লাইশোদি )

তারাং কৌপা মুমিং আহুতাকী লৈখিপা আহুপু শোলো নোংমা নীনীগুপা মুমিংতাকী হারাউপাকী শকতম আমা আমুক হোংঙে। হোপা মুমিংতা লাকখিপা শারোই আহুনা ছমনি ও ত্রিপা কাওপা লৈখিনি হায়বনা শারোই মাখোয়কী মাচিনচাকপু পিহুনা শারোই খাংকানি। আহুকা নিনি চনপা মুমীংতা আতোপপা

শারোই আমা লাকতেয়ে কায়এ। আহনা নিনিকী শারোই লৈতে। ছুমনি শুপা নুমিৎতা সাৱারেনকী শা-রোইকা নোংপোকী শারোইকা লাকলে কায়এ। হায়া লৈরবপা শারোইনা ছুমনি শুপা আসিদা চংখিপা নুমিৎ আহদা লাকলিপা শারোইকা শিন্নাহনা চংখিকাভাপা শারোইকা লৈহৌকাতাপা শারোইকা আনি খোকনা লৈরিপা লৈহৌকাদৌরিপা চংখিগদৌরিপা শারোইশিং আহপু, মাশক খংবা আমাইপা আমাইপীকা শারিক লাইনাউ তাপিকানা। খুন পুপীকা আহুমমকনা লাখা লৈহুন খংনা শারোই খাংকাতানে খাংতো। আহনা শারোই ছুমনি শুপাদা খাংলিপা। শারোই আসিকী মাপুংতা নোংপোক শারোইনা লুইয়ে হাইতু-না কুরুশিংনা হায়রমএ। আসিনা লোইত্তে ছুমনিকী শারোই আহুমমকশে লুইয়ে হায়পাদি লাখা মালেম-দা লৈহুন আনৌপা আমুক হোংতনা লাইকম খুদিংমকতা আনৌপা লৈহুননাচিংপা কংনৈয়ে হাইয়ে। আসিপু মীওইপানা ছুমনিকী শারোইদি লুই হায়না খংনৈয়ে। মারিনি শুপা নুমিৎতাদি আতোপপা শা-রোই লাকতেয়ে হায়রমএ দে দে।

মারমদি ছুমনিদা লাকখিপা শারোই আসিপু মারিনিদাসু মাখোয়পু শারোই চাক খাংই। আহকা মাঙানি সূপা নুমিৎতাদি মাইকৈ মারিদা লৈরিপা শারোইপু আমুকসু লাকলে। মাখোয় লাক্লাপাকা আসিতা-কী ছুমনিতকী লাকপা শারোই আদুসু আমুক চংখিকানি। মাঙানিদা শারোই আমুক লাকলাকানি। আহনা লাখা লৈহুন আনৌপা আমুক হোংলাহনা মাঙানি খুনতিন শারোইনা হাননাকী পুপাতৌনা আমুক শারোই খাংলাকানি হায়রমএ আসিনাসু লোইদে।

রাতৈদি ছুমনিদা লাকপা শারোই নাখোয়কী হৈরাং লৈরাং চাকয়োম যুখোম পীরাপানে লাইনিংখৌনা খুঙ্গং আসিকী আকাপা পীপীরমউ। আদুকা লাকলিপা শারোই নাখোয়সু সুংডাইনা হারাওরাশাসু হায়হনা শারোই খাংকাতানে হায়দাপারা দে দে।

মারম আসিনা শারোইনা চংখিরাপাসিগা লৈপাকতা + লৈরই কারন আয়ুংপানে আকৈপানে চিংতো + আহকা লাকলিপা শারোইকীভী লৈয়ী চিংবাতেয়ে চিংতোইয়ে হায়না হাইরমই দে দে। নুমিৎ তারুকনী শুপা নুমিৎতী শারোই আতোপপা লাকতে। মাঙনিকী শারোইনা নুমিৎ তারেংনি কাউপা লৈনী আহনা তারুকনীদাসু মাঙানীকী শারোইনা আহুমমক খাংই। আদুনা হায়রমই দে দে।

নুমীৎ তাঙ্খেৎনী শুপা নুমিৎতাদি মাইকৈ নীপালকী শাবোইকা অমকী শাবোই তাঙ্খেৎকা লৈখোনবে নোং-লোনবে মাপলমকপু পুরিপা শাবোইনে লৈনে ঙীশিংনে মুংঙীৎনে আঙ্গমমককী শাবোই আসিকা আমুক লাকলে হাইরিএ। আসিনা মাঙানিদাকী তাঙ্খেৎনি ফাউপাকী শাবোই চংখীকাতোবে আসিনা মাখোয়কী মাচিঙাক চাকয়োম য়ুখোমনাচিংপা পীরাহনা শাবোই খাংই চংখিপাকী + আকৈপা আয়ুংপা লৈই থমলে। আহুকা তাঙ্খেৎনিদাকী লাকপা শাবোইপুম্ব আনৌপা লাথা লৈচন তমলা হনা শাবোই খাংই আহুকা ৭নি শুবকলে নাখোয়কী নাচিনচাক পীরাপানী হায়দুনা হানাকী শাবোই নাখোয় লোইনা ; নাহাক মাহাককী না-বমদা হললো। ঙাসিদি তাঙ্খেৎনিতা লাকলীপা শাবোই মাখোয়না হারাউ নুংঙাইপা পীরাশানো। আহুকা হনখীপা নাখোইনাম্ব আকাপা পীরমও + চংখিপাকী লৈয়ী লাকইপাকী তাঙ্খেৎনিতাকী লাকপাতী চংলক-পাদি লৈয়ী চিংদে। আহুনা ৮নি শুপা নুমীৎ তাঙ্খেৎনীকী শাবোইদা খাংই। আতোনপী শাবোইতী লাকতে য়ে হাইতাপারা! নুমীৎ মাপলনী শুপা নুমীৎতাদী খোইকী মাপা লোইইল লোইয়ালাকপা লোইইল তোমোং খোমপা লোইইল নোংপোক আঙৌপা লোইইল শালোইকা লাকই। খোইরী ফাপানা পূবকপা শাবোইকী মামীৎদী ককচেং খোইয় হায়ীং কৌএঃ হায়এঃ তোলোংখোমপানে লোইয়ারাকপানে ৫মকী শা-বোইকী মামীংতি আসিনী অহুকা কাংনে তুমীৎনে তুমীৎ য়ুরালনে হায়না মামীং আস কৌএ হায়রমএঃ নোংপোকী শাবোইদি মুংশীৎনে নোংছমনে লাইথুংনে তাঁবথুংনে তালমলবে লাইমলনে মামীং অসি কৌএঃ

মারম থংনানাপা হায়রী। শাবোই মাখোয় আসিনা লাকলমলাকা নোংমা লেলমতানা লেকতানা চংখিবে লৈরমদেয়ে। শাবোইনা লাকলমলাকা আমুক তবনা মাচংখিয়ে। নুমীৎ আদুদাদী ২রক হনখীকাতোরী মা-খোয়কী মাচীনচাকম্ব পীরাহনা খংই। শাবোই নোংমাদা অমুক হন্না ২রক খাংই। মাপননিকী শাবোই-না তারামাখোইনি ফাউ চংখোক চংশীন তৌনা লৈকানিয়ে।

মাহৌশাকী রারৈদি ঙাসিকী লাই খুনদিনদা চীংঙ, ৪মক্কী লৈমা মাতুং ইনদুনা লাকলীপা লাকলমপা মাখোয়কী মাচীচাকতী চাকয়োমনে য়ুখোমনে লৈরাংনে লৈরাংনে কাপোকনে লৈপোকনে পীরাপানে মাপুনা নাখোইপু আকাপা পীনারমমু হায়এ। মারম আস্থম হায়না আমাইপানে আমাইপী শারিক লাইনাউ তাপী হাইপাদি খাপীনা লাইনিংখোকী সানা য়াথং পুহনা লৈই + কাবল চিংলাহনা শাবোই মাখোয়পু হনখিনাপ খাংই

নুমিৎ তার থাম্ব নুমিংস্ন ১০ শারোইদি ম'পননি কানচুনা নুমিৎ ৭ নি শায়োইনা পুন্থনা লৈয়ে। মাপননি শায়োইনা নুমিৎ ১১ নি পুপাদি শারোই লৈতেয়ে। আস্থমনা থংনায়ে কুকনা থমলময়ে।

মারম আসিদি তারানি শুপা নুমিৎতাদি শারোই আমুক লাকতারে হাইরাহনা নুমিৎ আহুমকতাদা লোইদাম থাপুম আমা শুপা আহুকুমনা নুমিৎ তারাখিপু থাপুম তারা শুপাকুম নাউপুনা নুমিৎ শিংকুম চাহুমনি শুপাকুম নোংফাইরাহনা নোংলেননা হারাউহৎকলাপাতা নুংঙাই মাপুং ফারাপাদা তারামকনা নিংপা খুংললাহনা নুমিৎ আহুদা লোইপা তারাপাদি তারানি শারোই লৈতাপাখিনা হারাউখিপা লাই আদুকী শা-রোইপু থাংনৈএ:

(তুমিৎ ১১ নিদি শারোই আমুক লাকলে)

আস্থমনা নুমিৎনা খোইদোকনা খোইনা হারাওপাদি। নুমিৎ তারামাখোইনিদ' শারোই আমুক লাকলে হায়রে। আহুনা নুমিৎ তারামাখোইনিদা হারাউরাকা লোইপা তারাপাদি শারোইশিং আস্থমনা লাকলি লাকলিপা শারোই আহ থাংলাকা লোইন' হনখিকাখিয়ে লোয়রে। মারম আসিদি কুমকী হারাওরাপাদা লেংঙকইপা ইপুংঙো ইবেমমা আখিরাককী শারোইনে ঙারোইনে নাহান মাথৈ চিংপা নানখা লৈহৌরিপা নাখোয়পু হৌচিকত্তি হারাওপা লোইরাপানিনা চীংঙ লাইখিংথৌ লাইরেমা ২মককী য়াথং পীরকলে। নাখোয়কী নামুম নাকাইদা শাশি ঙাসি পুন্থনা হনখারো হৌজিককী তীনমু লাইমু কংঙাপা লাইমু লোইনামক হনগ্রো। খানা পাংপা মাইকৈদা আহোপাতা ' নানখাগ্রো তাগ্রো হাইরকলে শারোই থাংলে।

(লাইরোই নুমীৎকী শারোই থাংপা লাইশোল)

হোয়দা হোয়দোকলে হোইথাথারে হোইনাঙাকথরো খাদা তাইপংপানপা মাপু মাহাকনা তাকপীরকলে মারম মাবা লমমাবা মারম লোইপা হোয়রাপা য়াপীরোকনা য়াপীরো হায়রাহনা শারোই পোকপা লাইকী মাকোক্তা য়াংকোকনা থারাপানে আমাইপানা আমাইশীনা থাপীনা শারিকনা থংনা আশৈপানা শাবৈনা কোঙ্গোই খুনা হোইখুরে নাকম ফমদা তাথারো লৈয়া ৭ (।।।।।।।) ওইরে লাইহননা ৯ (।।।।।।।।।) না পনডাকলে চংলাকামু খুনৈমদা পাউতমলে। ❋

## ( নিংচিনপা ইন্নুংঙানপা য়াকাইরোল

ইন্নুংঙানপা য়াকৈ শৈখক ভাইপং লাংওন ওইপনা ঙায়াংকী য়াহীপ তানখিপা পেন্না খুংতো পায়রাকা লাকুং চায়ৈ কমলাকা কিদা কিঙৌবা ফিতুপ আহুমলক থুংলাকা চেংঙৌ লৈপুং খোনলাকা লাকোই কা-কুপ চোননা হৈকন লাকন লৈরাংনা য়োংখুনেং তারেং শেনচা আসিকা কুপমা চাপলাকা ইন্নুং য়াকাইরক-লাপাকা পেন্নানা থকা থাকা চিংনা কোয়ৌ কাউনা শৈথারকলে। মালেম তমপাক খোংলোইনা লৈখোং নোংখোং খুদিংমকতা আঙানপা খিং খিংনা খিংকারকলাপাকা নাউশুম খোংলোন মাপনমক হাংলাহুনা কাং-খল লৈমা ৭ হাইতোকলাহুনা থারাং মঙা মিকা থানা তরুকমকপু চৌনফু মাইতানারাপাতা ইরু শাদেং তম-লাপাতা ৭ শেনপাং য়ৈনা রায়েন নোংতমনাপাপু খোথারাকানি। হৈকং লৈকংপা লাকলাপা খুদিংমকনা আহানপা আনিশুপা আহুমশুপা মারিশুপা মাঙাশুপা তারুকশুপা তারেংশুপা নিপানশুপা মাপনশুপা আসিনা চিংপা মাথং মানাউ লোইনা হৈকং লৈকংলারিপা মাকম খঙনা শামীং শেমনা মাশক খংনাপা কংলবা হৈ লৈ অমাইপনা লোয়গা থমউ। আতৈদি লাইফাংখোকী হীখোমপীকী হৈকং লৈকংনি আসিত্তি মাথং মানাউ লৈতারে। আস্মনা আপুমপানা নাপুংঙৌ নাপেমাকা কংচারো থংও। আসি লোইরাপাকা হংচাকানি হৈরাং লৈয়াং লৈরাংলাকা লাইপাউ চেনপাদা কংলৈকীনা চাননা চেনকানী। হাইপাদি লাইশংতা লৈপা কৈরোই লাইদা লৈকাই ওইপা লাইপুংকী মাচা মাশুকী শাকৈ মায়েকচাকী আহুনা লাইমাংতাকী লুকমাংতাকী মাপেনখোকী মামাক লোমতা চৈংশমলাকা মাপা আতুদা শাম্বিক চোমচাউ থমওলারোন আহুম লোংনা থাও আদুতকী মাংমাংদা কি আঙৌপা আমানা ফিতুপ আহুমলক থুপতুনা থারাকা চেংনা লৈপুং শাউ লাকোই লাকাং আমানা লোংনা থমউ হৈকন লাকন মাশীং শুনা থাহুনা তারেং শেমচাকা থমও। মথকতা আহুকা আয়ুক আঙমপাতা ঙারাং নাউশুমদুনা কাংখল লৈনা হাংখিতাপা ঙাসি ইন্নুং ঙানলাকা শাম্বিক চোমচাউ য়ৈহুনা কাংখল লৈমা য়েং ওই হাইদোকচাখিবিপী। থাগীনি। চৌংঙ খোকললোইনি। আয়ুক খুদিংকী পেন্নানা য়াকৈ নোং-তমলাপাদা থাপী ওইপী ঐংহাকনা কাংখল লৈনা য়েং ওই হায়দোকচারাকে চৌনফু মাইতা থারাকে। চৌংউ-না য়াকাইরাপাদা পেন্নানা লাইকী য়াকৈরাপাতা য়াকাইরোলদি * হরি হায়া হায়ানাদিপা মালেম লৈ-শেম লৈহৌলকপাকী লৈয়োই ঈশৈনা লমচিংলাহুনা পেন্নানা থাতা পমচাহুনা শৈহৌ শৈথা হৌয়রকলাহুনা

সানা শংকাই ফমপান কংলৈ লমতম অ সিকী চেকলা কায়াম' য়াকৈকম ওইপাকী খঙনা ভেংথাহনা য়া-কাইনাখিরে। মুখিং নিনি চনপাকী চেকলান' য়াকাইপ' লোইরাপা আসিতা লমমিং ভুমিংলোন লাংওব কাইভাপাকী হিকায়কপা ফমপান মেন ওইখিপানা কংলৈ পীপারেন কানানা কানানা শেপা ফংখিপানো খুনচাউ লৈচাউনাপা শেমলকপানো হায়পাকী মাবি কৈনাহনা য়াকৈ নোংঙমচারকপানে আসিকী য়াকৈপা লোইরাপাকা থাপী শারীক লাইনাউ ভাপীনা লাইনিংথৌ লাইরেমা মারুকী সানা সংকাই কাংমাংভাকী কাং-খল লৈনা হাংভোকচাখিপানে। আহুত'কীর্তি শারিকনা হৌদোকলাহনা চিনফু মাইতাচাখিবনি উরুক খুদেংদা ঈরু শাদেংলাকা সানা ফমপানদা নুমীৎ শানা য়াথোকপাকুমনা কয়দেংলাপাতা শারিক লাইনাউভাপীনা লাইপাউ চেননাপা থৌরাং তৌচারকলে আহুদ' শারিব আহুনা লাভোন আমাদা হাপতুনা লাশেং অহুমদা হাপচারাদুনা সানা য়াইদা চনলাকা খুদে আমদা আহুমলক থুপতুনা চেংনা পুং থোনলাকা চেংভৌ উভোং আহুমনা লাকোই চংথোকপানা মাখোকনা লাইমাংলোমঙ' ওনশনহনা লোংনা থমলাকা হৈ মাখল চুনাচিংপা শেনচা ৭ কা আস্নমনা পেনা য়াকৈপাকী লোইরাপাতা থাপী লাইনাউ ভাপীনা শারিক চোমচাউ রৈহুমা লাইপাউ লৌরাহনা খুলচাউনাপা য়াইকানাপা চিংউ মাপাউ লাউকাতাবে হায়রিপা আসিতি খুনুংলোন থাপী লাইপাউ চেনলাহনা হৈকং লৈকং ভমলিপা খিপীক পীরৈয়ে। হৈ লৈ য়াউনা শেনচা ৯ হাপতুনা লানুংতা ফমনা য়াকাইখিপা আশৈপানা কাউনা চিংউদা মানুং মাপান শেংতোকলমলাপানে।

৩৮ { (আমাইপা লোল) মাইপানা তোকাতাপা মথৌ }

আসিকী মাতুংদা আমাইপানা কারীনে কারানে হায়রি ১।৩।৫।৭।৯।১১।১৩। ১৫ কাউদি আস্নমনা আনম আথৌ কোকলাকানি আস্নমনা লাইপাউ চেনকানি হোয় লাউকানি লৈহৌরোন শককানি আস্নমনা কাংলোন নাইনা থোং হাংলাকানি লাইপাউ পীরাকানি লাইপাউ চেনকানি মায়েক শেংলে। আনম আথৌ কোকুবগী থৌরমদি "খুনুং লাইশোন থোকললোল লাইশোন লাইরিকতা" পুথোকচপ্রে মহুদা য়েংবীয়ু

৩৯ (লুক কৎপাকী)

লাই পাউ চেনপাদি কংলৈ লৈপাককী ওইপা কংলৈ খুরকংকী ওইপা আসিদাকী হৈ লৈনাচিংপা হৈকা লৈকাপা ভারেং শেনচা কৎচাপা য়ুমলিং খুললিংলিপা থোথোক বাথোক ওইকাতাপা মীনম শোরী

ভৌপা লোইনাবক কুমতম নোংখোংপাকুমনা থাপী মাইপীনা লাইপাউনা পাউচেনলাকানিয়ে। আদুকী লাইপাউ চেনপা লোইরাপাকা লৈকাই কৈরোই কৈয়িকাই লৈখিদৈদা লাইমিংথৌকী লাইরেমাকী লাই খুনদিননাবিরৈত্তা লুকলেন হানাপা কৎচাপা থৌরাং চৌঠুনা লুক চুকংলোন শক্তুনা তারা লুক চনলাকানিয়ে আসিদি শোইকাদে নোংমাকী আসুমনা থৌকল কংচৌও।

## ৪০ ( মুংখিনক্তী থৌকলশোল থৌরম )

মুংখিলদা মাইপীনা মীয়াম তিল্লপা মাতমদা মাইপীনা লৈকৌ চাকোই ওককানি চাকোই শাকানি মাহুদি আসুমনা তৌকানি। মাইপীনা চাকোই ওকল্লিবৈদা আতোপপা মী মাথেনা চাকোই পাউশা শাপা য়াদে মারমদি নাহানেনোংকী রাকোম লাংওন লৈখিয়ে। আদুনা মাইপীনা চাকোই ওকলাকা মাথংদা লৈরোই হলচাপা হিদংবা কায়োই আশুপা শেংলাহুনা লৈ লাংলাপাকা লৈ লৌরাপাকা মাথং মাথং আহানপাতা মুপারোমত্তা হায়পাদি চোংখোংদা লৈ লাংকানি লৈ কংকানি। আহুত্তাকী মাথংদা লাইকী পুংদা লৈ কংকানি আহুকা আমাইপানে পেনা খোংপ নে আহুকা লাইপুং আসিকী লাই শেলুংপা কমশাংলাকপানাচিংপা মাথং মাথং লাইয়িংথৌকী মাশু মাচা কৈরোই লোইনা লাইপুংকী য়েংত্তা লৈপা মুপাকী মাশক লোইনা লৈলাংলাকানিয়ে। আসিকী মাইকৈত্তা লাইরেমমাকী লাইফাংথৌকী চুং পেনা-চিংপা মাংশোক নাকত্তা চুংখোং লৈকংপা শারিক লৈকংপা মাইপী ওইরিপীকী লোইনাপী খুপী কমশাং আহুকা আহল লমলনাচিংপী লাই শেলুংপীনাচিংপী মাহিরোই মাচা ইপেমমানাচিংপী লাইরেমপীকী লৈমারেন লাংওন ওইপী আসি লোই নামক লৈ লাংলাকানি। আসি লাই হারাউপা হোপাত্তাকী লোইপা তানপা কাওবদি। আসিকী মাতুংতা তৌকাত্তাপা থৌরমদি হোই লাউপা থৌরমনে।

## ৪১ ( হোই লাউনাড্ডনা থৌথোক কুমৈ চৌপা )

মারম আসিকী চৌকাত্তাপাদি লাই হারাউকাত্তাপাকী আতৌপাত্তা আহানপা মাথৌ থৌওং পাংথোকাত্তাপা মারম হায়রি। মাইপানা কুরুকী মাওংত্তা কুরুকী ফীজোম আসুপা শেংলাকা কোকথোনত্তি লাংপুমকী মাশকরি আসুমনা লাইনিংথৌকী শংলেনকী শংকাইকী য়েং থংপা মাইকৈকী নাকল আসিদা লৈরম থাচিক শোকনা মাইপানা মাইথোংত্তি চিংথৈ পোংপোক ওননা লেপলাকা রাংৈমা কোইরৌ চিংথোকলকপা

মারম খিপিকমক মাহ্নান নোংকী লৈখিপা মাপিনপু কুরুনা পুখোকলকখিপা লৈরকখিবে। পুংবে, শেনপুংবে পাশিনে, শেনবে, পেনাবে। অসি খিপীকমকনা থারাই মিকী মাশক ওইপাকী মাশকপু পুমনামকনা ফোং-চিংথোকতোকনাপা আসিদ মোইরাং লাইচি যবপোতকী চোয়রোলপু চিংখোকলকনা হোই লাউরাকা চিংথোক-লককানিয়ে। লাইনিংথৌ লাইপুং লাইরেমা আনিমককী শংলেন মীভাইপানা য়ৌঙমত্তাপা পোংভাইপানা কাউওমত্তাপা শংলেননে। আসিন লাইপুং আসিকী মী তরবংবে মাপলনে আসি সুরাপাতি য়ামনা আকাপা আহেমপা ফংচৈএঃ তনফংচাকে নিংপা পিবাপীয়ে। হেললাপাতি মাঙা হাপতুনা হেংই লাউপানা খুনচাউ লৈচাউই আকাই 'আতোই লৈতেয়ে খুলশেম লৈশেমই।

( ৫। ৭। ৯। ১১। ১৩। ১৫ হারাউপা আসিবা আনম আথৌ কোককানি )

আস্নুমনা মাতম শাংনা নুমিং মাঙানি ৫। ৭। ৯। ১১ নি ১৩ নি ১৫ নি হারাউপা তারাপাদি নুমিং ৩ নি নুমিং ৫ নি নুমিং ৭ নি নুমিং ৯ নি নুমিং ১১ নি নুমিং ১৩ নি নুমিং ১৫ নি আনম আথৌ কোককনি লমতাইকানি শারোই থাংকানি। আস্নুমনা শারোই থাংপাত মাইপা মাইপী চংহুনা আয়ুককী মাথৌদা লোইনা চংই। পেনাদি নুংতিকী চৌংথৌ হুললকপাত য়াকৈকানি। মাইপাতি শারোই থাংপা মুমিংকী মাতম আহুতা আনম আথৌ কোকথোকপা থৌরমকা মারি লৈনাপা খিপীকমক পাংথোককানিয়ে।

( হারাউরিপা 'নুমিং খুদিং য়াকৈকানি পেনা মাইপা লাইরাং কমকানি )

আবাইপাতি মাথৌ খিপীকমক পাংথোকপাদি মতম লৈ। শাম্বিক লাইনাউ তাপী মাইপীতি নুংতিকী লৈরাং থৌকল য়াকৈপা লোইরকপাকপাদা কাংখল লৈনা কৈচুপ হাইদোকতুনা চিনফু মাইতাহুনা নুংতিকী লৈরাং থৌকল লাইপাউ লৌহনা লাইপাউ চেন-কমহুনা মাপুথৌ মাপেনথৌ লাইপাউ চেনহনা কংলৈ শংকাই নুংতাকী লাইপাউ লৌহনা লাইপাউনা লৈপাক কানি। হৈকা 'লৈকা তমলকপা তমলকপী কংলৈনুংকী কৈরোই লৈকাই মাচা মাগুকী লাইপাউনা লৈপাক নিংথৌ কাবাপা পাউচেন পাউভাককানিয়ে। লৈপাক মায়ুং মাঙান নাইনা পাউচেননা হানকানি।

(১) ( ঈশ্বা ফালনু শেংতোকচাপা )

তিং তাইপা য়াং তাইপা তিং ফাংপা য়াং ফাংপা আকৈ আয়ান আহুই পকলমলাপাপু তাশিকী মাথৌ পুমনাবকসিনা ফকতোক চামথোকপাকে হাউং হায়েং নাহাল নোংকী শেংবারাপানে হায়ে হায়। ✳

## খুমুংলোন থৌকল হারাউপা লাইরোন

লাইশোন অসিকী মায়মদি লাইকী মাথৌ তৌজ্রিৱৈদা তিন শোন লাইশোন লমদাইদা তাইরেনবে পুংকাইনে নাইরেন নামদা ইশাদা চাইথোকচরো। ইশাপু নাহার আনিমক আসিদা নাহৈকুদা লুপলাকা ইশাকী কোক লুরেননাচিংপা ইশাদা চাইথোকচরো। ইশাপু নাহার নোংকী শায়োন লৈয়ে। ইশাপু শেংতোকপা লোইরাপাকা লাইশোন তিনশোন লাইখিখিকী থোয়ম তৌনাপা হোপা য়ারে থংও। আমাইপা আমাইপী আশেপা খপীক মা মাশক থংও। আমাইপামা ওইরকপা লাংওননা ১। মাপীনে ২। শি.পীরে ৩। নাতংনে ৪। নাথাইবে ৫। নাপুবে ৬। মাসেনবে ৭। লোকত্রেনে ৮। চাত্রেবে ৯ উথোকবে ১০। তাইরেননে ১১। পুংকাইনে ভারাথাথোইমকনা মপুং ওইরে।

(২) (য়ুমদৈ নাকশেন লাইমিং)

হায়ে মাংশোক মাদাইমাদা ফমলেন মাকাইমাদা য়াতংনা কোনতংনা তকতু মাদাইমাদা শেমথোং মা-দাইমাদা নাবিন হোংভাই পাবৈ হোংভাই. মাকী থুনামপা নাউপাপু নাকমলাংপু শেংনারাকে। নাকম কম-পানলাং নারাং লিপু শেংনারাকে নাথোংকাম নারানলি চাশোং কম নাও শোংকম মাঙ্গোললাং মানুংলাং নাওমাং মাথোংকাল কাউ মাও মারোংপু চিংউপাকী মারাংয়াই নামু পোংকী মাশাইকোন শেংনারাকে লুনারাকে হায়পাকী য়ুমদৈ নাকশেন তমলাপানে ফংতাপা হাওখিপা থুনাম নাউ কাও মাস্থু মারোংপু থারৈ লেমলৈদা হোইখানা তাপ্রাশানো শেংনারাপানে লুনারাপানে হাউং হায়েং।

আসিনস্থু লইকী মাথৌ তৌজ্রিৱৈদা লাইশং শংলেন নাচিংপা য়ুমদৈ নাকশেন লাইমিং শোনজদুনা নাহৈকুদা তাইরেননে পুংকাইনে আসিনা ঈশিং লাইচা লুপতুনা চাইথোকতুনা শেংতোকলাকাতাপানি। চাকু ঈশিং হৈপাপু নাহৈকু কোএ; নাহৈকুদাকী লুপলাকা চাইথোককাদানে আহপু য়ুমদৈ নাকশেন কৌয়ি চিংগুকী শংলেন শেংলে।

(৩) লাইপুং পুমনামককী লাইফমদা হৈশোই য়ুপান থাপা

চাংগু খোইমোম লাই অপোকপা লোইনমককী

চাংগু খোইয়ুম লাইনিংথৌ য়োইপু খোইমোম লাইরেমমা চাংগু ঈপুংথৌ ঈপেমা আপোক লিছই নোংদমপা নামু পোংশেমপা থারাই ঔপোকপা লাইনিংথৌ লাইরেমমা আনিমাককী নাকুম কুমহৌ অসিপু কুমকাউদানা নাথা থাচা আসিপু থাকাউতানা নুমিং শিংপুন আসিপু সিংগ্রেকতানা থমনা লাইরা পান চামু

খুন্নুংলোন খোকল হায়াউপা লাইরোল

চাঙৌ পান তোংলেল লৈশংপানকী লাইপুংথৌ মাপলমক লাইনুরা তারেংমক শারোই ছমকুমাখোইমক নাখোই পুমুমকপু হাউমন য়েং ওই কোনফাপা ভাইরোং শিংমিং লমকাপা কাশানা খুনওমশিং হৈনিং শিংনা হৈনিং শাংনা হৈপোই য়ামপাপু শিনশু নুপীনা পিথংশিং ভমকাই নুপীনা পীবংবৈ খমদিং নুপীনা পিথংহি ছুইমুনে য়েনমুনে লমপুনে শাংপাপু ফানা শিংনা হৈপোই য়ুপান খারাপানে। হাউং হায়েং হায়রে। ❋

( হৈপোই য়ুপান থাপাকী পোৎসং )

হৈপোই য়ুপান থাপাকী মাৰমদি আকানপাতা হৈরম ৭ লৈরম ৭ কাপোক আফাপা নাচন ৭ ফৌদাংনে থুম কাকুপ শেন কাকুপ ভারি পারেং ফৌদাং মাথকতা আতুকা শিংচু খারানে আতুকা লাইকী মামাংদা থাহনা কংলাকা লাইশোন আসি শোন্নুনা য়েন আমাসু য়েনহিং ওইনা থাকাতানে মামনা মারম য়ামএঃ আহনা আচুমপানি হায়রে কৈএ। আহুপু লাই লাইকী মারম মাওং খংনা হৈপো য়ুপান থানৈ হায়রে থংও। ❋

(৪) ( আনম আথৌ ভিনতোক লাইরোন )

[১] উং হৈ ---- উং হৈ -- ----কেয়োই য়েনকা য়াইকা খৌরিং খোয়া লাং খৌরিং খৌতিন লাং খৌরিং থাপা লাং থাপা মাপু লাল নংতে নুমিং পোংখৌ তমলি নুমিং মাপু লাল নংতে য়ারা কোনখাং শাকী পোংখৌ মাখং পিচাকে কুমজা পাল্লো খোকে নোংচা পাল্লো খোরাকে ভানবারাসে তেনারাসে।

[২] লাহান নোংদা মোংপা তুদো খোংতো নোংদা তুতেং খোংতেং নোংদা খৌরিং খোয়া লাংপু খৌরিং খৌদিন লাং খৌরিং থাপা পোংখৌ তমলি থাপা মাপু লান নংতে নুমিং পোংখৌ তমলি নুমিং মাপু লান নংতে য়ারা কোনখাং শাকি পোংখৌ মাখং পিজাকে কুমচা পাল্লো খোরাকে নোংচা পাল্লো খো-রাকে ভানবারাসে তেনারাসে।

[৩] লাহেন নোংদা তেকপী মাওনচা কাউরেন মাশনচা কাইরৈ মারেনচা পোং খুংকাই শাকাইপানা নমলাক হালাকলাপাতা কৌচি কানা তোনবা ছিনলমপা খৌরিং খোয়া লাংপা খৌরিং খৌদিন লাংপু খৌরিং থাপা পোংখৌ তমলি থাপা মাপু সাল নংতে কুমচা পাল্লো খোকে নোংচা পাল্লো খোকে ভানবারাসে তেনারাসে উহৈং উংহৈ উংহৈ।

( নাহৈফুলাকী তাইরেন পুংকাইনা চাহকাওবে )

আদিদি মাধকী লাইয়োল আদি আরম আথৌ তিনকোক লাইরোলনে। নাহৈফুদাক লাইচানা তাইরেন পুংকাই আসিনা মীতা নমপা লাইতা নমপা লাইনা মীত্তা নমপা মীনা লাইতা নমপা আসি খিপিকমক চাইহুনা শেংখোকউ। তিনবম হানমপা লৈরাপাত্তা আথাকপা লৈতানা কোকলাকানিয়ে থংও। ✱

(৫) ( নাহৈরোন লাইশে'ন লাই খৌমিপা )

[১] হা-উং-হা-য়েং খৌপীকেং লোপীতেং চকলৈঙন তাংলৈঙন উত্তানবৈ বাত্তানবৈ শিনশুবৈ শাশুবৈ চারোইনা খোং-দমবৈ য়ামপীনা থাইদমবৈ হুইখোনা চিনফেংবৈ কৈরেননা য়াখোকবৈ লংমাইনা মৈত্তালবৈ পোইরৈতোননা য়াখোক-মাবৈ লংমাইদা খুম্ভাবৈ লংমাই চিচিন হিয়া খোনা খিনথাইবৈ লোথাইবৈদা পুলৈরোমপানা আওক আত্তাও হৌরকলাপাত্তা শিংকুপ শিংকাই যৌরাপাত্তা লৈপাক আমাইপা খুরাই তাংপা নিংথৌ আমাইপা চিরাই তাংপা লংমাই লৈহৌ আমাইপা লৈহৌ আমাইপীনা তাইরেন পুংকাই মারোং লোরাহুনা লাইচা ঈশিংনা থিকচেং লাপ্পাত্তা পুলৈরোমপা মারোন মাখিন খোকলে। মাখিল খোকলাপাকা খুনথক খুনথা খুনথবনারে। থারৌ লাইরৌ চোললে। নোংচুপ নোংপোক কোনচনলকলে চুপচি লাইচি কোইশনলারে তিনচা লাইচা কংতা হাওখি মীনম শোরো কোকনারাকে হাউং হায়েং। ✱

[২] খুমুংনা লৈমুংনা পোকপিনা পানপিনা খামুনা ঙামুনা বাকানা ঙপীনা য়াকৌবৈ কুদোংবৈ কৌচুম কোরা খোকপুলাং লুরোই খোং লাইচা ঈপাললাং ঈমু মায়োম শংবৈদা লৈরাই হুইচোনবৈদা মাচম মানিং তাউ মোইথাপ মোইয়েং মাতাংবৈ শারোই লাললোই মাতিনবৈ পাননারাসে শেংনারাসে তিনচা লাইচা কংতা হাওখি মীনম শোরো লৈরাকুনো কোকনারাকে হাউং হায়েং। ✱

[৩] পোইরৈ কংলৈদা উরা লাইচিংদা খোইনাইজম মাপুদা উরা চেংলৈনা উথাবৈ য়াংদৈ লমপুনা চেংলৈ উমুংদা হেথচেং মামালৌ পুং খোমপীতোক উত্তামপৈ চারাইপী হাওতন য়াইখি রাইতোন থাংকা মুচেং কৈখু কৈরেনপী রাইচৈ লিকলি রাখা তাংখম লির পোক শোইপী শোয়াম তাংবৈ শারোই লালোই মাত'নবৈ পামারাসে শেংনারাসে তিনচা লাইচা কংতা হাওখি মীনম শোরো লৈরাকুনো কোকনারাকে হাউং হায়েং। ✱

## খুনুংলোন খোকল হাবাউপা লাইবোন

[৪] নৈচোল হাউজমপা চাবেম য়ুনেমপ' খোংক্রাই শেনদং লাকপা লেমনা কোনপ' চিংনাংথু চিংনাংলেম শাচেপ লানচেন লোংবাফম লমদম থুমপী লেহৌলম বাখা নৈতোই চিংকোই নাম্বল থোপাল ঈথোই কাবোং লাইখোং হাউদৈ পাম্নাবাশি শেংনাবাশি তিনচা লাইচা ফংতা হাউথী মীনম শোবী কোকনারাকে হাউং হায়েং । ❋

[৫] খুবাই অতোপ' য়ুমখুই য়ুমলেপপা: চকপাবমপু কোংখাং লাইচোপা মায়াবম শাকংলম য়াওরো কংদা তেৎমা নুমোইপামা পোকপী শুংখোং শুংনাউনী ফুরোই শিংখ বম ভ'রিয়াব খোংক্রাংপী উবাম কৈবাউ পোইরৌ হামপোইপা শিংখোং লম খুলেন চিংলেন মাইকোইলম লাবাক খাংতে খোম বাইবং খোইনিংমেন কানক খোংথিং লাকৈদা শাবোই লালোই মাত্তিনদৈ পাবাবাকে শেংনাবাকে তিনচা লাইচা মীনম শোবী ফংতা হাউথী কোকনারাকে হাউং হায়েং । ❋

[৬] বাংখৈ আপোকপা ফৌবা য়াং লাইকোকতু লৌরেমপম তোংনেমনা পোকপ' পনম য়াংকোকপা শাচেপ লমদি কোংপা ফিকু হিপান খাখোং লাইখোং পাবী পুবী তাকতাখা লিনচিক মুংলো ভাংলো চৌংখম চাওপোক কোইচিং কোইমাইহৌ তোকপা য়েনকৈ চৌং খুমু হাইচেকপী য়াবা খাতাইদৈ শাবোই লালোই মাত্তিনদৈ পাননারাকে শেংনারাকে তিনচা লাইচা মীনম শোবী কংতা হাওথি কোকনারাকে হাউং হায়েং । ❋

[৭] উমু খুনপুংকাই খেনকাপপা খুমন মাচা মাইপাবা ওপনা পাললমপা খুইয়োই লম নৈচোন চাকোইপান খোইচু নৈশেমপান পিতিংকোই লমপীচা উয়োককোম ককলৌ তাখোং লোইচিং লোইয়া তানদৈদা শাবোই লালোই মাতাদৈ পাননারাকে শেংনারাকে তিনচা লাইচা মীনম শোবী ফংতা হাউথি কোকনারাকে হাউং হায়েং । ❋

[৮] খংজু অতানপা লাংনা শিংবমপা মায়ুম ফাইরোপা চিংখোং চুমপা কেক্রুপাল কাশা শাকংলম মৈতিংঙু উবা কোনখোপাকী লুখোই পুং চিংমৈরোং য়াঙমথেন আশেপাকী বাহৌখোক চিংবিক চিনপান হাঙ্গেন লোককী পাঙুরোফম কোপা কৌমু ঈরেং ইথমপা চিংমৈ উমৈ মাখমদৈ হিয়াং হিয়েন মাহৌদৈ শাবোই লালোই মাত্তিনদৈ পাননারাশে শেংনারাশে তিনচা লাইচা মীনম শোবী হাকথী পোইনাই কোক-নারাকে হাউং হায়েং । ❋

[৯] নমলেম খুমিংপাৎ খুদাংয়াই খুণাক য়াংদৌ নাচামাং উম্বিপোক খোংশা যান তাকয়েন খুংখিন মুচিং লাংচিং পেরে শারে লাকচম লুকৌ ফম নাউরা খোইযোম য়াংদৌ নৈত্তহ চুমপা মারথা শাঙ্জিপ্রৌ কাংতা-পোং খাপী নাম্বোন মাতানচৈ শারোই লালোই মাতিনচৈ পাননারাসি শেংনারাসি। তিনচা লাইচা মীনম শোরী কংতা হাঙ্খি শোইনাই কোকমারাকে হাউং হায়েং। ❋

[১০] মাইখোং মাখিল লাইমাত্তোন হেমবাই থুমনা নমপূন রাইনৈ চিংতা পিশুম হৈপোক ( লাই খুমমকতাপা মাকম ) আহ্নকী মিংলেন মামিং নমমাই শয়েন য়াংকোই লোকত্তাক তাকমু তাকশেন খুকা মৈইত্তোই চকপী নৈত্তেম তানচৈ শারোই লালনোই মাতানচৈ পাননারাসে। শেংনারকে তিনচা লাইচা কংতা হাওখি মীনম শোরী কংতাপা নৈরমমাপাপু কোকনারাকে হাউং হায়েং। ❋

[১১] মাইশাকুল খোংলেন মাইচনপা মুতুম হৈরাংখোই হৈশাম মাংচৌপা ককরা তিমপান লিলোং থারোং তাপুংপা চেকাইকৈ কাইপি শাওম ফম ডাহৈ ফিপৌ লোকুং আচামপা নোংয়াই নৈকোই পুং উচিরা খোই-দোমপাল, কোকলেন শোই কৌপাকচাও, পুমলেন, হাপচা, ইথাই পুনমচিং, শুকান্নু, ইরাইতা থারৈ নেমলৈ মাতিনচৈ শারোই লালোই মাতিনচৈ পাননারাকে শেংনারাকে তিনচা লাইচা মীনম শোরী হাকখি শোই-নাই নৈরাকুনো হাউং হায়েং তিনশেংতম থাশেংতম মীংলুতম মাইকুতম আরান আছুই পকলামলাপাপূতি ফকত্তোক চামখোকলাপানে শেংনারে লুনারে শেংনা লুনাপা কোকনাকে হাউং হায়েং। ❋

নাইৈরোন লাইশোন লাই থৌবিচাপা মারমদি লাইকী মাংওইনা কীরাং আভাইপা অমা চেংরে লা-কোইনে কা মনানে হৈজাংরে নৈ পাংখেনে লাংথেনা নৈছুম তমউ। হৈকন লাকন মাশিং শুনা নাহৈফু অমা তাইরেননাচিংপা পুংকাই য়াউনা নাপী শিংপি মাশিং শুনা ওম্লাপাতি মারম পুমনামক তিরকোক লাইকোকনৈরে। শেল কাকুপ হাপলাকা নাহৈফুদাকী লাইচা ঈশিংনা চাইখোকতুনা শেংত্তোকও। তিননম হানম মারোল মারি খোকলাকানি লাই লাই মাখন লোইনামক থুকুম নৈপাইচাপাতা আরান আছুই আরা আমা লোইনা কোকলে খুনচাউ নৈচাউই পুনশি মোংশাংনৈরে।

( ইকু শাদেং লাইশোন )

[১] হায়ে কেঁয়ৌ মাচি ঈ য়াংপা মানাউ ঈ কাসা লাননাপা ঈ থাকপা নিংথৌ পুরাং নাকাপা থোক

মায়োকক্কী ওনদে ঈ খোক মায়োকক্কী চনবাইপা খোংনাং নাবি লোংপা ফেনকাই ঈ লৈতুমনে মুংছুমনে মুংমু নুংঙৌ ঈনে। আবাং কৌক্রু আস্থুপপা মুংঙৌ লঙতাকী শিনথায়কপা ঈ অপাংশম ঈদি বাইচং ঈ আরামপম ঈদি বাইকোক ঈ বোংখৌ শোয়াবেন আরিপা মারিকপা মারিকনী শমখোংপা শমখোংনী ঈপেন পিথাই খোংত্রাইপী কাশা অংশম আশা হৈপীনা শেমপী শাপিও হোইমা ইক্ক শাদেং চারকলিয়ে হায়াহে। কোয়ৌ মাচি ঈনা শেংনা লুনাচারাপানি। ✳

লাই ইক্ক শাদেংপা আসিনাচিংপাত্তি তাইবেন মান পুংকাই নারোংপ্প পাইরাকা লাঁজা ঈশিংনা চাইখোকলাকানিয়ে। সানাবাহিকিদি শেংনিপা ওইপানিনা উতং ৭ মাপন ৯ কী আহুম আতম মাপননা লোনতুনা মাথকতা থমহনা চাইথাকানি লাইয়োন শোলো। আহুকা মাথাকী খোরম তোকানি লুপাকমুংতা হাপতুনা থমউকানি। ✳

## ( খোইজু লমওক লাইশোন )

[১] কোয়ৌ নোংখোরেনও ০ ০ ০ ০ • সানা নামিরেন মিয়েন খোয়াংপাপু থমবাই য়ামবাইরককী কোললকপে হৈরম নোংলম লককী কোললকলে। সৈচিক চিকলিপা লৈথম থমলিপা রককী কোললে। কোপা কোমু খোই মাথা খুঙম খোই ছুইয়েন চামাই ওানফাপানা নাখোইনা কোললে। শাহোং হৈমারি হৈমা য়াম হৈমূপ হৈসোই য়াম নাপেন খোইমোম লাইয়েমমা পুই থাংকোই মুংঙা নিয়োহৈ তিমচা লাইচা তানমা হৈ তিমমু লাইমু তাননা হৈনা কোলকাউনে। চাকপা মুপী মানিংথং মামান লুবাং তপতে তপতাই। পাপু হৈনিং শাংনা হৈনিং শোইমাই য়ামমে। সিনত মুপীনা পিথংলে। ওমমাই মুপীনা পিথংখিএ : হাউমন য়েং ওই কোনকাপা তাইয়োই শিংমিং লমকাপা কাশানা খুনওমশিং ছুয়েন লম শাংপাপু মিংনাইপা কানা শিংনা কোনউবে চেকসী য়াম খুম কানাক নাকতৈ লাককাপা চিনলেম মাইকোই খুফপা অশেম আয়োংনা কোললে লাইয়েন নাহাকপু মামু থাংচিং খোংলাংপাকুম নাতং পানৌও। তিমনেন তালাপা কুমনা চিনতুমনাও থাংলেন য়াপাপা কুমনা মাখৌ হেনৌও : বাকৈয় হিয়াং কুম মাখৌ চোননৌও : হায়পাকী কোপা কোমু খোইনা মৈথু নোংলোম কানা পুনসি নোংশাংনা থাংৈম কোললিংও। থাদৈসমু কোললিংও হে! কোয়ৌ মেমসে নেমসে হরি হে। ✳ কুহিংচি ফুহিংনপ ( বাহৈ হায়মখো ) ✳

হায়রিপা আসিগী পোৎ য়াওদি খোইজু লৈখামনে, মেক্রু কনে, হায়রিপা আসি কামপিতা মৈ থারাপাকা মৈরাত্তি উচান আখাইপা চাম্নানাচিংপানা মৈরা থারাকা লাইনিংথৌ লাইরেমমাদা কংকাত্তাপানি। আমাইপানা লাইশোন আসিপু খোইচু লমওকনি আসি খংও। আতুকা মৈচাউ কংনাপা মৈদি মৈ পোকপা লাইমিং আসি শোনলাকা মৈচাউদা উচান আদু ৭ না মৈরম তারেৎ লোয়াকা মৈচাউদা মৈ চুরাকা লাইনিংথৌ লাইরেমা আনিমকত্তা মৈচাও কংকাত্তাপানি। ※

(মৈ পোকপা মৈ খোকলকলাপাতা মৈ ঈরাৎলো)

[১] হোরি রোই হাদা খামপি চকমোম মৈরেং আয়াপাও - ১ মৈশুং মৈপা মৈও - ২ ভেক ভেক খৌহু মৈও - ৩ চকপ মৈরিং মৈও - ৪ মোংপা মৈরিং মৈও - ৫ কামপী নাওরৈ খোইজু তোলোক মৈও - ৬ লৈখাম রাইপা মৈও - ৭ শারাং য়ুফো মৈও - ৮ পোইরৈ খুললিং মৈও - ৯ থাংজ মৈপা মৈও - ১০ খৌহু মুংথাং মৈও - ১১ পামেল তাল্লা উলিংকোন খোমনা ওইপা মৈও - ১২ তাইপং নামু য়োকনা মৈও - ১৩ খামপী মৈনিং কুমনা মৈও - ১৪ লমচাউ খামপী রাইনা মৈও - ১৫ থাংকা লৈকাই কোইনা মৈও - ১৬ মৈরিক মৈজাউ য়াই ওইপা মৈও - ১৭ নায়ুরাদি চিংখোং পোইরৈত্তোন্না খুনখোকচৈত্তা মৈতৈ লৈমা লৈনাও তাপীনা তাইপং খুললিং মৈও - ১৮ আয়াংলৈমা লেমখোং মৈও - ১৯ পুচেংনা কোনপা মৈও - ২০ লাংজেং খামপা মৈও - ২১ চকপা মুপী ফুয়িক মৈও - ২২ হেমচেং মুপী ফুদা মৈও - ২৩ চেকাই কাকুপ মৈও - ২৪ চারু তাংশেং মৈও - ২৫ তোমু তোহো মৈও - ২৬ শিংকম নোংকাই মৈও - ২৭ লমপু তুপু মৈও - ২৮ তারেৎ লাইকম মৈও - ২৯ হেমপা পামচাক মৈও - ৩০ শাদু তেকচাক মৈও - ৩১ থাঙ্গা উপী তারাউ মৈও - ৩২ লমলেম কাচাক মৈও - ৩৩

হে চিংউ তাইপং খুনমাপাও হৈরেন য়াইপি পীনৌও। নাদাম্নেমনা মৈরা খুংতা পাইনা মৈস্নুং থকত্তা খোংনা শনম্হোং মৈরি য়াইদা চনলককে খাম্বী মৈনিচাপাপু কুপিরমউ খাম্বী পাইমা পিপুক মুংদা হারাও মাখোই কাপিয়ো হায়পাকী মৈরিংচাতুনা তেংথা লাউ ওই চাপানে য়াইভইপা নাহাকপু চিংউ নাখোই শাউপিকানো লাংপিকানো হায়না পুরুমচারি। ※

আসি হায়না মৈরা খোইজু পাইচনা লাই ওইপা চিংউপা শিত্তাপকী শিতাপীকী শামুক মাইখোং থুনিংমকত্তা ওকখোকচারাপানি মৈরা কংচারাপানি হায়া হায়ুন হায়া হায়ুম হায়না পুরুমচারিপানে হে চিংউরেমও ※

## খুনুংলোন থৌকল হারাউপা লাইরোন

### ( আতাই লাইশোন লৈতাইবোন )

১ হে কুরু বোংখৌরেমপু তাইরাকে সোবাবেনপু তাইরাকে পুরাং নাকাপাপু তাইরাকে পুরাং পুবৈ-থ্রেমপা খোইঘিকাপা মাবিকপি মাবিকপা শংকেনপী শাংকোনপা নাফাকপুম্ম তাইরাকে বাত্রে শিলহৈপী ন উত্তা শিনহৈপীনে নাখোইপুম্ম তাইরাকে বালহৈপী বালহৈপা নাখোইপুম্ম তাইরাকে লৈমা যোইরেনপা নিংথৌ চারনপা নাখোইপুম্ম তাইরাকে ওইথাংও যেংথাংও লিরি লিযাই কোংলং নাখোইপুম্ম তাইরাকে লিরৌ থ্রোংলৌ লিকোংলিপী নাখোইপুম্ম তাইরাকে লৈপাক নোংথৌ পাখংপা যোইরেন তোমপোকপা লাইনিংথৌ লাইরেমপা হারাউ শকশেমনা শায়া শাইযোন লাংতাই নাখোইপুম্ম তাইচাবাপানে হাঅ হাউং হায়েং।

১ আসিনা আতাই লাইশোন লৈতাইবোনকী হৈরম লৈরম সুনা খেনদুনা লাফোই লাকাং আউপ আয়োং চেং কা মানা ৭ (তারেং) শেনচা যাউনা কৈপা পোংথা তমলাহনা মৈরা আসুপা আচৌপা চামমানা ওইহনা খারাকা তাইচারো আখোইপা পিয়ে খুলচাউ লৈচাউনাপা বোংথৌ পুনসি নোংশাংনা পানলাকানি। আতাই-যোননে তাইরাপানি।

### ( নুংথিল লাই হারাউপা যাইপানা হোই লাউপা )

### ( হোই লাউপা হোদোকপা থৌরম )

৪২ ( হোই লাউপা হোদোকপা থৌরম ) হৈয়া হে সে সে, সে তো হয় নাপু

১ হো হো হোই হা হা হা হেরিলো : হেরিয়া : হায়ুতে : খুলাইতে : হৈয়া হে সে সে, সে তো হয় নাপু সে, সে, সেবা সে শায়ানা শেদা সিপু থোইনা হারাওপা লৈপানে লৈপানে।

২ আঙাং লোমদা কাখিপা থাংচো লেংথোং নাখিপা লোইবং লালকে থৌরাংপা লোইবং তানুং, লান-থুম্বা প্রাথো মাচন থোইপীপু খুচেং পাল্লোই নাহনা শামু ওইরোন থংহনা শামু মাচুন তারেদা দে দে দে।

৩ তাপুঁবনা উকাপা খাজাদানা উঃতান লোমইদা খারোইনা মীচিকপা থোংবা শারু, হুইদা আঙৌপা শাকোন তোংপায়া।

নিংথৌরেনকী শাকোনদি মাবৈ কে পে লাউথানি হাদা চুনারেদা চুনারেদা।

৪ লৈমু নিংথিবে কোংয়াংনু মিংথিবে শাপন লৈদি লৈনুংশি শাপি ইনেখ মাচা মুংশপী চীহুংকী সানা লাক্কী পাইশিরকওনা।

৫ লৈমা পোকপা লৈরুংপা শামু কোন্দুখপা খেলা খোংকী খোংয়াদা সানাকী লমচৈ পাইরাহুনা শেনপাং তালহৌয়ে।

৬ যনচেন খোংকী খোংয়াইদা চেন্না মাংচোং চোংপাদি কুনচা কাওখাইবে পেমমা লৈহাওনু পেম্মা লৈহাওনু লৈহাউ হেককে চংখিপা পেমানা পামপা মাথংলেনদা খুদোন তৌথোকলমলে পেমমা লৈহাউনু লৈহাউনু হাদা কংলকয়ে কংলকয়ে দে দে দে।

৭ চিংকোংলৈ হেকে চংখিপা শমপানতোং পললৌঈদা শমপানদোং লৌকে চংখিপা লমথাং পলহৌরেদা কুরু সামা লোক্কাকী চীংকী খুনু খোংচোনপি হাদা নুংঙোল্লে দে দে দে।

৮ উদাকাপা কাকচেংদি কাকচেং মিংকংশি মিংখৌরেমপী চাকানু নাচামিংখো চৌবানি ছা, কোমপ্রেক চাকানু নাশম শাংকানি লাকু মারুনা মংঙ্গ্রা ওই মংঙ্গ্রানা আঙাং ওনপ্রিনি দে দে দে।

৯ আঙাংকী মামা ঈমাংদা থারোলাউ জাকোই শাসি লাউ লাউ দে দে দে।

১০ সে সে লাউপাপু লাউমিন নাসিদা দে দে দে।

১১ শাবমনা লৈদি, "লৈথোংশাং কোংয়াঙ লৈমুংশি লমকেলনা নাবাদি কোমপীরৈ তাকয়েন্দা শাংপী লৈরাংদি হাদা কোনদোললৈ চুবেয়ে চুনৈয়ে লৈরাংকা চুনৈয়ে পোংনায়ে পোংনায়ে পোংনা। হৌনায়ে দে দে দে য়েংউ য়েংউ শাংমিপা লৈরাং আসে শাইকা মাতেং পাংনাপা লৈনি মুয়াকী তথংলৈ দে দে দে।

১২ নোংনা নোং চুপানে শাপিনা লৈরাং হেকখিপা করমনা লাককাপানো লৌমিদা উপথু শাপনদা লোংপ্রাক আমুমনা মারাকচৈ চিংকী পামেল উথয়াল তমদা লাকতুনা মাশাংচাবে দে দে দে।

১৩ মোদোনলৈ মোদোললৈ পুমমা চিনশি চাউবলশি তংখাইং চিনসি পিকমলসি শাপিনা লৈপান নাম্নিতৈ নানাউনা কেজাকে দে দে দে।

ইংখোরনু থাকে খাপারা লাইকী শায়োননা থাপানে। ১৪ রারক হৈজাং নমপোনপী হৈজাং উনখাপী ঐনা
শমপানমু নমপুল রাইশনমু দে দে দে।

১৫ হোই লাউপা শায়াংথেকপা শৈথায়োন আসিদাকী প্রামান তৌহ্না থোথোক কুমৈ তৌহনচুনা কেনাপা লোইরাকা তাইপংপানবা শামুকমাংদা থমহনা মাপান ফাউনা চিংথোক্কতুনা লাইরোম খুদিংমক লোইরক-তুনা শাশোকনানাপাকীতমক আসিকী মাতুংদা লাই শুযাংকী চিংথৈনোংশোকত শৈপা আহুদা মাইপিনা লাইপৌলা থাহনা লাইপৌচোংনাপা থোরাং তৌকানিয়ে ※

৪৩ (হোই লাওপা লোইরাক' লাইপোনে আনোয়রোন)

মরম আস্নমনা' তৌরহনা হোই লাউথিপাকী মাতুংদা লাইপৌ চোংকানি আমাদি আনোয়রোল শাককানি আসিকী মাতুংদা লাইরেন মাথেকনা' চিংপা চংলাকা রাকোন শকতুনা লাইপুংদা শায়ারিপা লাইপু শঙকাই মানুংদা পুশিললাকানি আস্নমনা পুশিললিপা লাইমাংদা চংহনা পেনা শকপানা কম্মাং চংহনা নাওতমলাকানিয়ে। লাইকীমাথো মুখিং আসিকী লাই লোইশনলে আহুকা ইনুংতানলাপাদা য়াইকাইকানি কাংথল লাইনা হায়তোকলাকা থৌকল হোকানিয়ে ※

৪৬ (হারাউপা লোইকাতাপা মিমি বাংলিতৈঙা লমথোককানি)

হারাউথিপা নাপুথৌ নাপেনথৌ হারাউশকশেমতমথিপা আসিকী লাইপাউ চেনথিপা আশিদি মুখিং মাঙানি হারাউপানা মুখিং হুমনিতা লমথোকানি শাপল লমথোকপা কোংপা লথয়েংপা মুখিং ৭ নি হারাউপানা ৫ নিচনপাতা লমথোককানি মুখিং ৯ নি হারাউপানা মুখিং ৭ নিতা লমথোককানি মুখিং ১১ নি হারাউপানা মুখিং ৯ নিতা লমথোককানি মুখিং ১৩ নি হারাউপানা মুখিং ১১ নিতা লমথোককানি।

৪৭ (লমথোকপামাতুংদায়ৈথাথিপাদি লমঅমুকথোকলোই)

মুখিং ১৫ নিহারাউপানা ১৩ নিতা লমথোককানি লমথোকপাদা হারাউ মাথোইকাপানা থোইরিকাপা নাউথেম শৈশকনা লমথোকপাদা পাউশা ওইনা পানেম মাদা তমকাপু থিপা থোরম তৌসনি আস্নমনা থংও ৯ ১১ ১৩ নিদা লমথোকপা আসিনা হারাউ শকশেম তন থৌদোক কুমৈ শাদাপাকী লমতাইপাআসিদা

ওইনা হুমলে। ওইনা লৈপা পাইবদি য়েংনা হনজে লাইপংলক আসিত্তাকী নোংথোংই মীহেৎপা পিনাপিয়ো হায়দুনা মাপু ওইপাত্তা লাইনিংথৌ লাইরেম্মাত্তা: পুক্কমচৈয়ে দে দে দে।

৫০ ( চায়োন থুদিংকী থোং হাংলাপাদি লোংজায়োই )

মায়ম অমাদি চায়োন থুদিংকী থা থুদিংকী লুক কংপা থোংলেন হাংপা লাইপুংকীতি লাইকীতি থোংকোপা য়াদে। লাই হায়াউবিপা লাই আহুকী লাইশংদা কোমাই চনহুনা লাই লোইকানি। নোংকোপা-ত্তি কোমাই লৌথোকলাকা পেনানা লাইখিংবংকানিয়ে। লাইরোইকী মাথৌ থাচিক খেন্নাপা লৈকানিয়ে।

৫১ ( লাইরোই তানপা ন্যায়মক্তা ফুংকারেন চাকোই শানি )

আমাদি লাইরোই তানপা, সুমিং আসিমক্তা ফুংকারেন চাকোই শাবৈয়ে শাকানি মায়মদি শাকৈকী লাই ওইরাপাত্তি পিপাকা পিপাকী সুপীকানা ফুংকারেন চাকোই শাকানি। আদুম্মু ফুংকারেন চাকোইনি লাই শেলুংপাকা। শেলুংপীকা শানামিমনাকানি। আহকা থুনকিত্তি লৈকাংকি লাই ওইরাপাকা লাই পানা-পা নংত্তারাকা থুনকংকী আহন লৈরাপাকা লৈমা ওইরিপীকা চাকোই শাঙননাহুনা মাতৈ মামাও শাকানি আসিপুম্মু ফুংকারেন চাকোই কৌঐ:

আসিদি কারিকীত্তামকনো হায়রাপাত্তি থুন লৈমা থুনমাপা থুনকী আহন লাইনা পেননিয়ে। মায়ম আহুনা মকম লৈএ আহুনা মাপু লৈয়ে হায়পাহুদি লাইয়ামমকনা লাইরকত্তা আথোইপা থুননি হায়রাহুনা লাইয়ামনা থাংকংচৈএ। আম্মুমনা লাইয়াথদা পাউত্তম লৈয়ে। মায়ম আসিনা লাইরোই সুমিংত্তাদা চা-কোই শাবৈয়ে হায়রিপাসিনে।

৫২ ( আতৈত্তি পীপা ওমথংনা শাকানি )

আতৈ সুমিংত্তা শাপাদি পিপা ওমথংনা শাচাপানে আম্মুমনা হায়নৈয়ে। আমদি মাপু আথোইপাত্তি লাইরোই সুমিংত্তা শাত্তাপা য়াদে চাকোই শাকাত্তানি। শাকাত্তাপা মাত্তমদি থুমনে মাইপানে মাইপীনে পেনা থোংপাকানা হোই লাউকানি। মীয়াম, আহু চংহুনা খুপাক খুদুনা আ-মাদি সনত্রেহী থোরকলো মাহম পোমদেন শাপিকে লাই খুপাক খুপিকে হায়পা আহুমা ঈশৈ আসি শকতুনা সুপানে সুপীনে থুনকী লাইকী মাপু থিহুনা সুপা নুসী আনিপু কৌথোকসাকা চাকোই পাহনকানিয়ে আসি থংকাত্তাপানি।

৫৩ ( লাইলোই নুমিৎতা লাই নাকা থেংকানি )

আমাদি লাইরোই নুমিৎ আসিদা লাই নাকা থেংকানি হায়পা মায়ম আমা লৈয়ে। মায়ম আহুদি ফুংকারেনকী নুপা নুপী কোথোকপা কাংপূ আহনা লাইপুং আহুদা কমলিপা নুপা নুপী কমশাং আনিদা মাইপ্যানে মাইপীনে পেনানে আহুমমকনা ঈশৈ শকলাপাকা পেম্না থোংহনা মাইপীনা আন্তুমনা শান্নিক খিং- হুনা মাইপানা শৈশক হোদোকতুনা শান্নিক চাকোই শাহনা শান্নিক লাইথৌতাবিনি হায়না লাউচাহুনা শেনখা আহু পায়রাহুনা শেন নিকানিয়ে। আন্তুমনা তোপাপুদি লাইনা নাকা থেংপা কৌনৈয়ে। আন্তুমনা লাইনা নাকাথেংপাকী ঈশৈ শৈশকতি আসিনি।

( য়াম্বা মায়ুম চংলুশি হায়না ঈশৈ শককানি )

য়াম্বা মায়ুম চংলুশি নাকবা থেংলুশি। লৈতে নুংতে হায়কুনো তায়েং শেনখাউনুংতাকী সে সে লান- খোকলকউ সে সে সে।

পাম্নি শাংতাপা শাংহনকে ঈযোম পোমদাপা পোমস্নু পোমহনকে পোমশানু সে সে সে।

পাম্নি শাংতাপা শাংহনকে ঈযোম পোমদাপা পোমস্নুনু পোমহনকে পোমশানু সে সে সে।

(১) হায়রিপা রাহৈ শৈশক আসি শকতুনা নীপারোমদাকী যৌবাকা নুপীরোমদা চংলাহনা শেলচা নিকানি মায়ম আহনা মানা মানা ভমচাপা তয়েং শেনচা হৈনে লৈনে শেলনাচিংপা লাইকীদা কংচৈএ হাপচৈয়ে। আসিনা লোইরাপাকা লাইদা পুশনহনা পুমনামক কংচাকানিয়ে। আন্তুমনা কংচাপা আহুদা নাখুল খুমচা আয়ামপাপু তেকতা কাইদাপা চাককু লনকু থাপিরমপা হৈরাং লৈরাং তমচাপা মাচা মান্নু লৈরিক লৈয়াক থবনা তায়েং শেনচা লোইনাহুনা থবপা ফৌকৈ চেংকৈ মায়েং তাদানা পানচাপাপু কুপিরমও।

মায়মদি হায়রককে ফুংকায়েন চাকোই শাপানে নাকা থেংপানে আমিমকসিদি লাইপোকী মামাংতা তোকাতাপা ( খোয়ম পায়েংনে থংও।

৫৪ ( লাইপৌনা থাপাত সাইপীনা থাকানি" )

লাইপৌ শায়মদাইদা লাইপুং শংলেন কৌপা মাকাই কৈরেন 'য়াওল শংকী মান্নুমাংদা সানা লমচৈ মাঙাকী লমতমন্তা লাইপুং লাইকী স্নুমাংকী মতুং ঈননাস্নু লৈপা লম জুমকী ফাউপা য়াইয়ে। আহুপূ লাইমাংকী মাপাদাকী চিংথৈ মাইকৈ খর লৈরপকী মাতম আহুদা আশেংপা মাফম ওইনাপা রাইরম

## খুমুংলোন খৌকল হায়রাউপা লাইরোল

থৈত্থনা লাইখৌলা থাকাতাপানি। মাওংদি ফী আচৌপা খুদৈ মারাকন খুপোম পাকপা মায়ুংবা সানা
লমচৈ আযাকা খুপাক আহুম শাংপানা মায়াই আহুতা আমুকনা খুপলাকা আথুপপা আদুনা আমুকনা
খুপতুনা আহুমলক খুপলাপা ফী খুদৈ আহু লা লাচোন আহুমনা লোলনাবাকা ফী আথুপপা আহুনা লা-
থোনলোমদা মায়ুংলোমকী তাহনহুনা পাকনা থমলাকা লৈহুনতি লাংথৈ মাচোন তারেংনা আমানা থাংচিংতা
লৈতোন ওনলো। চিংথৈরোমতা লৈতোন ওমলো। মৈরমলোমতা লাংথৈ মাচোন ওমলো। কৌব্রুরোমতা
লৈতোন ওনলো। আহুদাকী লাইকী শংলেনলোমতা লৈতোন ওনপা আমা আহুকা নোংচুপ মানিংতাকী
নোংপোক চিংথৈ থাচিক লৈহুনা লৈতোন ওনহুনা লৈকানি। আহুদাকী মৈরম নোংপোক ওননা লৈখোকনা ওননা
থাও। আমুমনা মাতাই মাইকৈ মাব্রিদা থাপাদি লৈতোননা মাইকৈ মাব্রিমকতা লৈতোন ওনকানি। মায়াইকী
আহুম থাবিপাতি লাচোনদা থমলাকা মাইকৈদি থাংচিং ওমনা আমা কংপা মাবচিং ওমা ১ কংপা মৈরম রাংব্রেনদ
১ কংকনি মৈরমদাকীকৌবরুদা ১ কংপা আরোইপাদা লাইমুংদা ওনশিনহুনা আমুকলক কংলাকা নোংপোক চিংথৈ
নোংপোক মৈরম ওমপাপানা কংলাকা বাই থৈবা আহুদা লম মাঙা নত্রকা আহুমকী মাকমদা চপচানা থমও
আমুমনা থমলাপা আসিপু লাইপৌ লা থাপা, হায়না কৌএ।

৫৫ ( মাইপীনা লাইপৌদা থারাপাতি মারকতা চৎহৈদে লমলানদে )

লাইপৌলা থারাপাদি লাই মারকতা চৎহৈদে লাই লমলানপা কৌএঃ হায়পাভি লাইপৌলাকী
মাপানে লাই আহুকী মাথানে আরাংনে চৎহৈদারে মারক শমহুনা চৎহৈদারে লাই লমলানপা কৌএ
শর্মালপা আঙাংনে আহননে মুপী মুপাশিং লোইনামককী মী আহু থানম আপৌ বোকতুনা লাইদা
থৈ নৈ হিকাকাতানে আসি থঙনা চেকশিননা লাউথোককাদানে।

৫৬ ( খুরক নৈ থেৎনাপা থৌরাং )

আমাদি মায়ম শুকাইনা থংনাপা হায়রি ঈকৌপাতা তৌখিপা আহুকুম য়েংনে ওইনে লাই পুপা
মুপা ২মে মুপী ২নে লাইনিংথৌকী লাইরেমাকী মাপা মাপা লেপলাকা লা মাচেং আমা মামাংদা থারাকা
নেৎতুনা লাইদা মায় ওনশিনহুনা লেপকামি। আহুকা মাইপীনা লাইদা আহানপাতা লৈহন লাংথৈ লৈশিং
আহুদাকী লৈকা মামা আমাবম লোথোকলাকা খুদৈ মাচা মাচা আনিদা লৈকা আমাবম য়োমনা লাইনিংথৌকীনা

লাইনিংথৌভাকীনা য়োমউ লাইয়েম্নাকীনা লাইয়েমা পুশিজা য়োমকানি আহুকা লাইনিংথৌ লৈশক থংও লাইয়েমা লৈশক থংও আনিমককী লৈশক থংনা য়োমও আহুকা লাইপুণাকী য়েংকীনা মুপা ওইকিনা নুপ আহনা লাইনিংথৌ লাইয়েমা আনিকী লাইনে আসিনা লাইপুণা আনিকী মাঙকতা পুনহনা য়েং ওয় কায়-দানা পুহনকানি মাশিপু লাই হারাউলিপা লাইনিংথৌ লাইয়েমা পুপা লাই হাপপাকোয়ে থংও।

## ৫৭ ( মাইপিনা খুরুক্‌লৈ মাইপিনা হাপপা )

মারম আমাদি মাইপীনা খুরকলৈ হাপলাপাত লাই কৌনাপা তৌরাকানি মাইপীনা লাই মাংদা লাইদা ওনশিনহুনা লেপকানি মাকোকনা লাইনিংথৌকী মাথাংদা লেপকানি আহুত্তাকী লাইথৌ চাকোই শারাকানি থংও। মারমদি চকোই আসি শাপা। মাতমনা লৈথৌ চাকোইনি লাইপৌদা থাপাকী লৈছনপাতা ইকোন কোননা ছনপানা লাইনিংথৌ লাইয়েমাকী লৈপোপা নিপাল ৮ আদু লৌরহুনা মাইপী আনিমককী মাখুং নামা নামাদা লৈ আনি আনিনা খুদোংগী খুংস্নায় আহুকা খুংস্নায় খুংনিংথৌ আনি আনিকী মায়কতা লৈপোপা আমাম য়েপকানি মতোননা খুংনম লোমদা খিনদোক ছনকানি ছায়রিপা মারম আসিপু খুরকলৈ য়েপপা হায়না কৌঃ: আসিকী মাক্তাং আসিদাকী পেনা খোংপা হৌরাকানিঃ: মাসিদি লাইচিং চাকোই শাপা হৌরাকানি শারাকানি।

## ৫৮ ( খুরুক্‌লৈ টৈপেক চাকোই শাপা )

আমাদি আহানপাদা খুরকলৈ য়েপলাকা লাইদা মায় ওনশিনহুনা খুদোন কাকনা খুনিঙ আনি শম-নাহুনা লেপলাকানি আহুদাকী খুংউআনিমক কনতোকলাকা খুনিংথারা কাংনা কমথারাকানি আহুকা লোয়ননা খুং আনিমক তিংনা মাংদা পুশিলাকহুনা লৈশাকক্তাকী খুপাক আমারোম রাংনা খুপোম মারু আনি শমনা হল্লাকা খুপাক আনিনা থায়োম শানা থামপাল শাংকাইপাকী মাওঙ পুখংতুনা হান্নাকি মাওঙ তানাপা লেপখংলাকানি খুংনা মিংকী মাপা য়োনা পুখংলাগা হকচাং লোমদা খুপাক ওনশিল্লাকা খুদোননা থাপাক মাপাদা লৈশিললকতুনা হান্নাকী ফিভং তানানাপা খুজেং লৈথাহুনা নাকনদা থাদাকানি মাসকী মামিংদি লৈপেক চাকোই হায়না কৌঃ: অস্মুমনা লৈপেক চাকোই আসি আহুমলক শারাকা য়েংকী খুদোননা মাংদা লৈপাকতা নেংকানি আহুকা লোয়ননা য়েংলোমদা হকচাং লৈথাকলাকা খুপাক আমুক খুকানি আহুতাকী

হকচাংসু হনচিনকানি আহুকা খুপাক আমুক য়েংকী খোংনা হানাকী মাকমদা হনজিললহুনা লেপলাকা হকচাংসু খুকানি মাথংদা ওইবি খোংনা য়েংনা তৌখিপাকুম মাংদা আমুক লৈপাকত্তা আমুক হেক নেংপাকা হকচাংসু ওইদা লৈখোকলাকা খুপাক আমুক খুকানি মাশিপু খুপাককী চাকোই হায়না কৌএ: খুপাক চাকোই আসিসু আহুমলক শাবাকানি খুপাক চাকোইবি মাথং আসিদাদি লাইচিংলাকানিয়ে পেনা আহুনাদি লাই আদুকী লাইচিং লাইকোয়োন আসি লেংতানা খোংখাংলাকানিয়ে।

৫৯ (মাইপী পেনা মারোনদি লাইকোরেমকী খুংলোননে)

আমাদি য়েংকী খোংদোননা মাংদা নেংপাকা লোয়ননা য়েংকী খুং য় ওয়কী খুং মাপাদা খাং মাপা চুমনা মাংলোমদা তিংখোকলাকা খুংয়ায়নে খুনিংখৌনে আবিপু খুংপী মাতোননা শোক্লাকা বুদোনপীনে খুনাউপীনে আনিনা তিংখোকানি খোঙনা পুশিল্লকুনা লৈপাকতা নেংলাপাকা খুংসু চিংশিললকতুনা খোয়-দৌদাকী য়েং থংপাত্তা খুংওই আহুনা আহুমমক থমলাকানি আহুকা য়েংকী খোংনা তুংলোমদা পুশিলল-কলাপাকা লোয়ননা য়েংকী খুংনা তৌখিপা আহুকুম ওয়কী খুং আহুনাসু তৌবাকানি হনজললকপা আ-হুদাসু য়েংকী খোঙনা লৈতারাপাকা ওয়বি খুংসু তিংখোকপা লোইকানি আহুকা ওইকী খোংনা হনজি-ললকপাকা ওয়বি খুংসু খোয়দোকী ওয়দা থমলাকানি আসুমনা শিননা শিননা আহুমমকতৌবাপা আসিদা ওয়না আনিবক হললাকা য়েং য়েংনা আহুমলক সুরাকপাদা খোংসুম আহুমনা মাংদা থাংজিনপাকা লোয়ননা খুপাক আহুমলক খুকানি আহুকী মাথংদা লাই আমুক আমুক চিংকানি। আসুম তৌবা লাই আহুমলক চিংলাকানিএ; খুপাকসু খুপাসু আহুমলক খুকানি আহুকা লাই চিংপাকী খুংয়েংকী চাকোই লাইনিং-খেকীনি আহুকা ওয়কী চাকোইবা লাইয়েমাকিমি আহুনা মথক মাথা ওয়পা য়াদেংয় মাসুমনা তৌপা আসিদা পেনা মারোনদি লাইকোরোলকী খুংলোননা খোংকাত্তাপানি থংও।

৬০ (লাইচিং পোইরাকা নোংদাই চাকোই শারাকানি)

আমাসুং লাইচিং লোইরাপাকা নোংদাই চাকোইনা শারাকানি আশিনা য়েংলোমদা হকচাং লৈখোক-লাহুনা য়েংকী খোঙমা ওয়কী খোঙকী মামাংদা চপজিংনা লৈতারাকা আমুক ওয়কী খোংনা আমুক কপলাকত্তা কোনথাহুনা আমুক মাংলোমদা হকচাং কোনথাহুনা আমুক য়েংকী খোংদোন মাপাদা আমুক

# খুন্নুংলোম থৌকল হারাউপা লাইরোন

কোক নোমথারাকা খোং মাথক্তা খুপাক আমুক থুরাকাত্তানি। আহুত্তাকী খুউনে হকচাংনে খর খর তিংত খংলকপা আহুদা মায়ায় য়োরকপাদা হিায়কী মায়ওনদা আমুক খুপাক আমুক খুকানিএঃ আদুত্তাকীতি মা-খংদা হকচাং তিংখংপা লোইরাপাদঃ লাইরোমদা মামায় ওনশিনতুনা লেপলাকা কোকতোনদা খুপাক আমুক খুকানি। আম্মুমনা ওয়রোমদা হকচাং নৈখোকতুনা ওইকী খোংনা চপ তিংলাকা য়েংকী কপলাক কোন থারাপাকা ওয়রোমদা হকচাং আহু অমুক কোনথারাকানি। আহুকা কোকস্থু নোনথাপা হেক হোপাদা খুপাক আহু আমুক খোঙ মাপা য়োনা কোনথারাপাদা খোং মাথকত্তা খুপাক অমা আমুকস্থু আম্মুমনা য়েংনে ওইনে আনিমকত্তা খুপাক মাঙায়ক খুকাতাপানে। আম্মুমনা খংনা ভোও শোইহেদেয়ে।

## ৬১ (পেনা খোংপামা নৈপেখোংনে নোংখোংনে লৈত্তাইরোন খুংলোননা খোংজুনা লৈখোং নোংখোং তাইরাকানি)

মামমদি মাথকত্তা হাননা তৌথ্রিপা আসিকা চপ মাম্না খুপাক আসি খুরাহুমা খুংনা আমুক হাই-কংলাকলাকা লাইদা ওনশিনলাহুনা লেপকানি। আহুকা কোকত্তোনদ খুপাক খুকানি। আসিদাকী য়েং-লোমদা আমুক মোনথাকানি। হাম্নাকুমনা চপ মাম্না খুপাক খুকানি। আসি লোইরাপাকা আমুক লেপ খংতুনা হাম্নাকী তালদা খোংথাং আহুদা আহুমমক য়েংলোমদা হকচাং ভংখাই আমা লৈখোকতুনা খোং থাংলাকা ওয়রোমদা হকচাং পুমনৈ নৈকানি। আম্মুম তৌনা য়েংলোমদাস্থু আমুক লৈখোককানি। আম্মুমনা হকচাংপু পুমনৈ নৈপা আসিদি আনিমক আজুমনক তৌরাকানি। খোং খুং তাল চাহনকানি। খোঙথাং খুদিংকী খুপাক খুকানি। হায়রিপা আসি পেনা খোংকানি পুংস্থু নৈকানি খুপাকস্থু খুদুনা নৈপা আসিকী মাওংহু য়েংনে ওয়নে ওননা ওননা হাম্নাকী তাল আহুদা খুংচা চাকোই শাকানি। খুত্তোরম্পীকা খুংয়ায়কা পূনশিননারাকা খুংপীনা মাত্তোমদা শোকলাকা খুংনিংথৌ আমামস্থুং খুংমাউম্পীদি তোপনা মাচা তানা তিং-খোবতুনা থমলাকানি। মাসি খুংচা চাকোই হায়না কৌএঃ য়েংথংপা হকচাং নাকন্দাকি লোরাকা ওয় থংপা নাকনদা থাকানি। আহানপা লোপাত্তা য়েং থংপা খুংনা মাং থাকানি থংকানি। খুং আহুদি লোংলাকানি ওয় থংপা খুংনা য়েংকী খুচেং মাপদা কাপ আমা মারুম লাপনা উপন থমলানি। থাপা মাতমদা ওয়রোমদা ওয়কী খুং,া লোংনা মাং থানি থাংকানি। য়েংকী খুংনা ওয়কী খুচেং মাপাদা কাপ

আমারোম লাপনা লৈকানি। আহুকা ওয়কী খোঙদোননা লৈপাক নেংপাদা য়েংলোমদাকী লোৱাকানি। য়েংকী খোংনা লৈপাক্তা থাপা মাতমদা ওয়রোমদা থারাকানি। মারম আসিদি আহুমনক থারাকানি। মাথংদা খুপাককী চাকোই আমুক শারাকানিয়ে থঙও।

৬২ ( মাইপানা নাপা চাকোই শারাকানিয়ে )

আমাদি মাতুংদা নাপা চাকোই শারাকানি। খুং আহুনা হাইকংতুনা নাকোককী নাকোং মাযাদা নাখুংনা উপলাদানা হোৱাহুনা খুংচা পুমনামক মাথং মাথং কোনশিনহুনা খুংপীকা খুদোনলীকা শমনারাকা আহুকী মাতম আহুদা খুত্তোল পুমনামাক মাথাদা ওনথারাহুনা লৈথোকখিকানি। মাসিপু নাপা চাকোই কৌপানি।

৬৩ ( খোংলোই খুংলোই চাকোই )

আমাদি য়েংকী খোংদোননা মাঙদা লৈপাক, পোকসাকা হৰচাংলোমদা চিংশিল্লপ তৌরাকানি। আহুকা য়েংকী খুংনা মথকতা হায়রিপা চাকোই আসি শাকানিয়ে। আহুকা য়েংকী খোংনা হেক থাং-তোকপাকা কোনশিনলিপা খুংচা পুমনামক তিংথোকসাহুনা য়েং থংপা নাকন্তা কোনলপনা ইনথারাকানি আহুকা য়েংকী খুংনা হায়থারকপাকা লোয়নানা ওয়কী খোংসু মাংদা য়েংনা তৌথিপা মাওংকুমনা তো-রাকানি। আহুকা ওয়কী খুংগু ওয়কী নাকোং মাপাদা চাকোই শাকানি। ওয়কী খোংনা হেক থাংতোক পাকা খুংচা তিংথোকতুনা আমুক খুং আহু থাদাকাতানে। আসুমনা য়েংনা হোৱাপাকা ওয়না লোই-পাত্তা ওয়রোমদা হৰচাং লৈশনকাতানি। মাথং আহুতাসু হাননাকুমনা য়েংনা হোৱাকা ওইনা লোইরা হুনা চাকোই শাকানি। আহুকা য়েংলোমদা হৰচাং আমুক লৈকানি। হৰচাং পুমনৈ লৈপা আসিডি আহুমনক হৰচিননা তৌরাকানি আসি লোইরাপাকা হাননকী মাওং আহুদা আমুক খুপাক চাকোই আমুক শারাকানিয়ে থংও।

৬৪ ( মাথাকী কীপুন চাকোইকী শকতম )

আসিকী মাথংদা খুং য়েংনা মাংদা তিংথোকসাকা খুংচা পুমনামক লোংনা উথশিননা ওয়রোমদা

লৈখানি আহুতাকী ওয়কী খুংমা ভিংথোক্লাকা খুংচা কোনশিনহুনা য়েংলোমদা লৈরাবানি মাকমদি লেংদোনা লৈকাতাপানি মাসিপু ফিপুন চাকোই হায়না কোএ। আস্মমনা থংও। ※

৬৫ (খুতুম চাকোই ফিপুন থোকপা চাকোই)

আসিকী মাথংতা মাপা চাকোইকি থোংথাং থোংচংতা য়েংকি থোংদোনা লৈতারাপ তা মাতম আহুদা য়েংকি খুংনা মাওদা শাংবা ভিংথোক্লাকা খুদোনপীদাকী খুংনাওপী আসি ফাওপা খুপাক্তা কোনশিল্লাকা খুপীনা মাথকতা চপতিংনা থরকাদি ওয়কি খুংস্ত মাশিকা মাম্নানা শাকানি মাসিপু খুংতুম চাকোই আসিপু ফিপুন থোকপা চাকোই হায়নাস্থ কোএ।

আস্মমনা আহুমলক শাকানি ফিপুন চাকোইকা খুংকী মাওংকা মানাত্রপাস্থ থোংদি থোংথাংকী মাশক আমাতানি মাশি লোইরাপাকা হায়নাকি খুপাকি চাকোই আহু আমুক শাকানি আহুতাকী আমুক হেননা হায়নাকা মাম্নানা খুংচা চাকোই শাকানি আস্মমনা থংও।

৬৬ (খুজেংলৈপী চাকোই)

আশিকী মাথংআ খুজেঙ লৈপী চাকোই শাকানিয়ে হকচাং আশি থেকনা থেকনা কমথারাকা থোং-দোননা লৈপাকতা মেংলাকা রাংখংলিপা খুনিঙ আনিমকতা কমলাকা মাওদা কোকমা লৈপাক শোকনা খুং আনিস্থ কোককি রাংমাদা লৈপাক্তা খুচেং ওয়কি মাথকত য়েংনা ননাহুনা খুরুমলাকানিয়ে আশি থংও।

৬৭ (খুংলোন চাকোই খুজেংলৈপি সাইবা নোনথানা কংকনি)

আশিদি য়েংকি থোঙনা মাংদা খুদোননা লৈপাক্তা নেথারাকা মাতম আহুদা য়েংকি খুংনা মাথক থংনা থাং মাপাদা মাংলোমদা খুংচা পুমনামক হিংথোকলাকা ওয়কি খুজেংদা খুপাক ওনশিল্লানা ননকানি আহুকা য়েংকি থোংনা তুংদা হনথাখিপাকা মাম্নানা ওয়কি খুজেংনা য়েংকি খুজেংকি মাথক আমুক থংকানি ওয়কি থোংনা য়েংকি খুনিঙ মাপাদা খুদোননা নেংপাকা লোয়ন্না ওইকি খুজেংনা য়েংকি খুংজেংকি মাথকতাকি লৈথাকানি আস্মমনা লৈথোক লৈশিন তৌবকা খুকউ আনিনা লৈপাক তাহুনা কমথারাকা কোক আশি নোনথাহনা কোককি রাংমাদা খুং আনিমক্তা লৈপাক শোকনা লাই খুরুমকানি মাশিকি

লোইরাপাক্তা মাথংদা লাইপো শারাকানি। আসিকী মাতাং আসিদা পেনানা লৈবোইরোল খোংকারি-ভাল আনিদা খোংহুনা চংকানিয়ে আস্মুমনা খংও।

৬৮ (মাইপীমা লাইচিং চাকোই শাপা লাইমাংফাউ)

মাইপীনা লাইচিং চাকোই শাপা লোইরাপাক্তা লাইমাংদা লেপলিপা লাই পুপা লাই পুপী নুপা ২ আহুকী মাথকক্তা হায়গ্রিপা খোকল পুমনামকনা লেপলিপা পাবেং আনিমক আহুকী মাৱকক্তা চোং পুরিপা নুপা আনি আহুকী মামাংদা লেপলাকানি। মাইপীনা মাং থংনা পাবেং আনি খোকনা লাইনিংখো লাইরেমা আনিমক য়েংনে ওয়বে কায়দানা চংলাকানি। পাবেংকী মাথং মানাউদি ঈকোপাদা চংখিপা আহুকী মাওংদা কায়দানা চংকানি। পাবেংদি লাইরিংখোকীনা মাশিং নিপাননা চংকানি। আহুকা লাইরে-মাকীনা নুপীনা মাশিং নিপাননা চংকানি। আস্মুমনা মাইপীনা মাং ইথা থারাকা মাইপাদি য়াওরোইরে পেনা খোংপাকা লোইনানা পেনা খোংহুনা ওয়রোমদা চংকাদাপানে। আস্মুমনা লাইপো লা থারিপা আদুপুস্থ ওই ওইননা আহুমলক খুপাক মাখোল খোকনা খুহুনা কোয়রাকা লাইকী মাপা খৌরাপাদা মাইপীনা মথোং খুনিং আনি আহু শমমনা খুদোল ফাকলপনা লেপকানি। মায়ামম্ভ লেপলাকানি। আহুকা পেনা শকপা আহুনা লাইপৌলা থারিপা আদুকী মাপাদা লাইরোমদা ওনশিনহুনা খুদোল ফাকনা খুনিং শমনানা লেপলাকা পেনা শকপানা হোইরৌ হায়া লাউরাকাতাপানে আসি তৌরকলাকানি। আহুদাকী মাই-পীনাচিংপা মায়ামনা হো লাইরিংখৌ মাদাইরেমশা লাইরেমাকী মাদাইরেমশা—.....—হায়না কৌরাকানি। আসিদা মায়ামনা হাউ হায়রাহুনা খুমলককানি। আহুতাকীদি পেনা খোংপা আশৈপানা হোয়রৌ হায়া লাউকাদৌরি নাখোংনে নাখুংনে লেংলাকাদুকো হায়রাহুনা লাউরাকানি। আহুদাকীদি মায়ামনা হোয় হোয় হায়হুনা খুমলাকানি। আসিদাকীদি মাইপীনাচিংপা মী পুম্নামক লেংদানা চুমনা লেপলাহুনা লৈরাকানিয়ে লৈরে খংও। হায়রিপা আসি লোইরাকা পেনা খোংপানা হোয়রৌ হায়া হায়পাকী শৈশকপু হৌরাকানি হোইরৌ লাউপা, লোয়রাপাকা আরোইবোল শরুকানি খংও।

৬৯ (লাইপোলা মায়াংতা পেনা খোংপানা হোইরৌ লাউপা)
(পেনা শকপানা হোইরৌ লাউবা শকপাকী মায়মদি লাইপোলা আহুকী মায়াংদা
হোইরৌ হায়াকী শৈশকনা খোংকানি)

ও ———হোইরৌ—ওনাকে। হোইরৌ হৌয়োনাকে; হোইরৌ হোইরৌয়েনাকেদা লাইয়িংথৌ ও........হোইরৌনে সৈগুম আসিকী মাতম আহুদা য়াউরিপা য়াউরিপী মী পুমনামক আসি খোংনে খুংবে আসিমাচিংপা লেংদানা লৈহনা য়াউবে। আহুদাকী হা হায়া আ হায়া হায়া আ হায়া হেনাকেদা আঃ য়োয়পুপীকী হায়ানে।

৭০ (থায়োম চাকোই শাকানি মাইপীনা)

মাতাং আসি য়ৌয়কলাপাদা মাইপীনাচিংপা মী পুমনামক মাখুং আনিনা থায়োম চাকোই শাকানিএ মাসি মথোং মখুংতি লেংপা য়াত্রি। থায়োম চাকোইদি আসিদা শাকানি। লাইকী থৌকল তৌরিপা মী মায়াম আহুদি থায়োম চাকোই শাপা য়াউবোইয়ে থংনিকানিয়ে। মাসিদি থাপাক মাপাদা হকচাংদাকী কাপ আমায়োম লাপনা থমকানি খুপাক আনি ওমশিন্নায়াকা খুপাক মাক্রু খেনাকানিয়ে। খুংপী আনি খুংনাউপী আনি খেনায়াকা খুংচা আতৈবা মাচা তানা লাপনা লৈকানি মালিপু থায়োম চাকোই হায়না কৌএ। মাসি শাপাদা মাইপীকী খুবক লৈদি তাহনপা আমাদি থাদোকপা য়াদেয়ে হায়পা থংপীকানিএঃ

৭১ (পেনা খোংপানা শকপা ইশৈনে)
(হায়রিপী আসিকী মাথংদা পেনা শককাতাপা শৈশকতি অসিনি)

হায়িবৈদা বোইপাতি মৈনা রায়না; মোইয়ে। তাংনা শমনাইকী লোইয়ে। আমুমনা হায়রিপা আসি শকলাপা মাকথদা ইশা হকচাংকী কৈ নমলাতুনা খোং য়েংনা হানবা মাথদা ওয়না চংতি চংতানা মাকম আদুদা হকচাং য়েং ওয়দা চাইদোক চাইজিন তৌরাতুনা লৈরমলাকা কেনা খোংবা খোং থাংকানি খোংথাং খুদিংকী খোংনা লৈপাকতা থাপাকতি লৈরপ লৈরপনা হকচাং ঈপোম কাজানা পীরাতুনা শাকাতাপনি। লাইকী মাপোং মাচৈ পুরিপা পুরিপী মীশিংদি চাকোই শাপাদি য়াওদানা খোংথাংদি চানা

লৈপপানা লৈপাতি চিংপাত্তি য়াওকানি আস্নুমনা চংলকপানা ওুম্মাং চিথেক য়ৌপাদা খোংথাং কায়দানা ওই য়োমদাকী হান্নাকি মাঙং তানাপা হকচাং পুমলৈ লৈকানি মাশিদি চিথেক মাল্লিমকত্তা তোকানি লাইকী মামাং য়ৌপাদা ওক নোলনমমলাকা পুক্রমচাকানি আস্নুমনা কোয়পা আশি আহুমলক কোয়রাকানি মাশিনা আহুমলক ওপ্'কী আহুদা লাইদা মাই ওবশিনহুৱা কোক নোলনমলাকা পুক্রমচাকানিয়ে ।

৭২ ( আনোইরোন পেনানা মাইপাৈনাশানাপা )

হায়রিপা আশি লোইরাকা পেনা শকপানা আনোয়রোন শকলাকানি আহুকা মাইপীনা চিংপা য়াওরিপা মীপুম্মামকনা হকচাং শাপাকী লাইপো খুংথেককি চাকোই শাকানি হকচাং শাকানি আহুকী চাকোই হোয়কপাদা আহানপাদা লৈশি চাকোই শাকানি। ওুমমা চিথেক মাৱি হেক হেক য়ৌপাত্তা উপলৈ উপলৈ লৈরহুনা হকচাং শাপাকী হোনাপী তোকানি। হকচাং কায়াং খুদিংমক শাপা হেক হেক লোইশাদা লৈশী চাকোই আমুক আমুক শারমকানি। লৈশী চাকোই মাওংদি য়েংকী খুংবা হোৱাকা খুজেং আনি শম্মাহনদানা লৈমকতুনা খুংপী খুদোমপী শমনায়াকা খুংচা আতৈবা মাচা তানা তিংনী থমলাপাকা ওয়কী খুংনা মাথা থংনা খুং আনি কাপ আমায়োব লাপনা থাপাক মাপাদা য়েংত্তাকী লোয়াকা ওয়রোমদা খোঙথাং আমাদা থাংকানি হায়পাদি খুংমাচা পুমনামক তিংথোকানি। আসিনা মাতাং আসিদা আনোয়রোনকা হকচাং শাপাকা মায়ম আনি আসি মাতম আমাত্তাদা খোকপানা হকচাং শাপাকী চাকোই আহুনা হান্না ঈরকপানি আহুকা আনোয়রোননা কোননা চংথাহুনা হায়চাপানি হায়পাকীতামক পুকনিংদা চায়াংনাপিকানো হায়না হায়রিয়ে।

৭৩ ( হকচাং শাপা লাইপো খুংথেক )

মামাংকী মাথকত্তা হায়ফেং চংশিননা থায়কপা আমুক হকচাং শাপা লাইপো লৈশী চাকোই শাগ্রপা আহুদা খোং আমানা খোংকম আনি (২) আনিয়ক মাঙদা হাইকেং চংশিনা থায়াকা আমুক পুখোকপা ঋ্সি হনজিননা তৌরাকাদানি থাও।

৭৪ ( খোংথাং হাপপা হোংমাশাকানি )

আহানপা খোংথাং আসিকী মাতুংদা চাকোই আমাসুং লাইরোনকী মাতুং ইমনা খোংথাং হোংকানি আহুকা মাইপীনা হো লাইনিংথৌ লাইরেমাকী মাবিরোই নাযোমলোইশা মায়ামনা হাউ হায়না খুমলাপাকা

# খুনুংলোন থৌকল হায়াউপা লাইরোন

হকচাং শারাসে হায়না লাউরাকানি। মায়ামনা হো হকচাং শারাসে হায়রাকা লৈশী চাকোই শারাকানি। হাকচাং আহুকা চিথেক মারিমকতা মাথকতা হায়খিপা আসিনি হকচাং পুমলৈ লৈপা আদু তৌরাকানি। মায়ানমু মাইপী শাপা .মাত্তমদা হকচাং কায়াং খুদিংকী শায়মদাইদা মাইপীনা মী মায়ামদা তাককানি। মায়ানমু মাইপী চাকোই শা শাহুনা আসিনা হায়রকপা আহুকী পাউখুম খুমলাকানি। চাকোই শানা শায়া লাউকানি। চাকোই হৌরো শারাশে হায়-খুমলাকানি। হকচাংকি মাকম আমা শাপা লোইপাদা মাইপীনা মায়ামদা চাকোই হৌরো শারাশে হায়-তুনা লাউনককানি। মায়ামনা লৈশী চাকোই শাকানি মাতৌদি আসুমনা হকচাং শারাকপাকী মাথং মাথং লাকপাদা হকচাংদি শারুক অমাকা অমাকা তাইনাপাকি মরকতা লৈশী চাকোই আসুমনা শারাকানিয়ে খংও।

৭৫ (খোইংথৌতা থমকানি)

[১] ইহান হামপাতা খুৎপী আনিকা খুংতোন আতৈকা মাতোন মাতোল শমনাহললাকা কনতোকতুনা খোয়দোদা থমকানি খোইদো শাকানি খংও।

৭৬ (লারাইদা থমকানি)

[২] খুং আনিমকনা উপনা লারাইদা থাংকংলাকা খুৎপী আনিকা খুদোনপী আনিকা মাতোল মাতোল শমনাহললাকা কাকতোকতুনা খুৎচা আতৈনা শমনায়াকা থম্বাল শাহুনা হোৎনকানি আসুমনা লারাই শাকানি খংও।

৭৭ (চিরাদা থমকানি)

[৩] চিরা শাপা খুং আনিমকনা লোংনা লৈথংলাকা খুদোনপী আনিনা তিংখোকতুনা চিরা আনিদা শোককানি খুৎচা আতৈদি কোশিনকানি। খুৎপীনা খুদোনপীকী মাখোংদা তিংনা থমকানিএ আসুমন চিরা শাকানি খংও।

৭৮ (কোকচি চিরা শানিয়ে)

[৪] কোক চিরা শাপা চিরা শাপাকী ফাকনদা খুপী খুদোনপী পুনলমপাতাকী খুদোমপীনা কোনশিনবি-পাতা খুৎচা আতৈসু কোনশিল্লাকা খুৎপী ২ না লোংনা লোংনা কোকচি শাকানি।

৭৯ ( লাইপক শাপা থমকাতাপা )

[৫] লাইপক শাপা খুং আনিমকনা খুং লোংনা থাংকংলক্লুনা খুপী কোনশিলগাকা খুত্তোন মায়ীবা উপনা নৈথংলকভুনা খুপাক লোংলাকা খুংকী মাত্তোন আনিবা লাইপকতা শোকনি। খোংথাং আহুমলক মাথং মাথং খৌকানি লাইপক শাপা থওও।

৮০ ( পাশুম শাপা থমকাতাপা )

[৬] পাশুম শাপা খুংপী আনি ত্তিংখোকলাকা খুংচা আতৈ কোনশিনলাচুনা পীশুমদাকী মীংমৈয়োমদা আনিমক চিংখোককানি। খোংথাং ৩ লক থাংকানিয়ে থওও।

৮১ ( মীংচি শাপা খুংপানে খুত্তোমপানে আনিবা চপশিন্না থমপা )

[৭] মীংচি শাপা খুংপী খুত্তোমপী আনি চপশিন্নাকা খুংচা আতৈ॥ ত্তিংনা মমক লননা থমলাপাকা খুং আনিমকনা মীং আনিমা মীংনুদাকী মীংমৈয়োমদা চিংখোককানি । খোংথাং ৩ লকতা ৩ লক চিংখোকলাকা থাকানিয়ে থওও।

৮২ ( মীং শাপা খুং থমকাতাপা )

[৮] মীং শাপা খুপী খুত্তোমপী আনিবা মায়কতা খুপী আমাকী মকম মকুম ফাক্লাকা ত্তিংখোকলাকা কনত্তোকভুনা মীংকা মাপাদা মীংনুদাকী মীংমৈয়োমদা খোংথাং আহুমলকতা আহুমলক চিংকানিয়ে। মীংমৈ মাপাদা লেপলাকানিয়ে থওও।

৮৩ ( মাথাং শাপা )

[৯] মাথাং শাপা য়েংকী খুংনা খুপী ত্তিংখোকভুনা খুংচা মাখিবা কোনশিন্নাকা খুপীবা লাইপককী মায়াইদা পাশুম আনিমককী ,মায়কতা খুপাকনা হকচাংলোমদা উপথাংদুনা খোংথাং আহুমলক চিংথাকানি। ওয়কী খুং থাওয়োইএ থওও।

৮৪ ( নাত্তোন শাপা থমকানি )

[১০] নাত্তোন শাপা য়েংকী খুপীকা খুংয়াইকা চপলাকা খুত্তোমপীবা ত্তিংনা নাত্তোম মাত্তোন্দা শোকনি। খুপী খুয়াই ২না শোয় হোনকম শোকনি খোংথাং ৩লক থমলাকানি। খুং ওইদি ত্তিংবা থাদাকানি থংও।

৮৫ (মাকচি আনি শাপা খুং থবউ)

[১১] নাকচি আনি শাপা খুং আনিকী খুপী খুয়াই পুললাকা খুংচা আতৈনা তিংবা মাত্তোন মাকচিদা শোকনা মাথায়োমদা আহুমলক লৈরপনা শায়াকানিয়ে থওও।

৮৬ খাজাই লেংওন আনি শাপা)

[১২] খাজাই লেংওন আনি শাপা খুং আনিমকনা খুপী কোনশিললাকা খুদোল মাখি মাখিনা তিংথো-কনাহুনা খাজাই আনিদা আহুমলক খুপাকনা হকচাংলোমদা উপনা খুজেং লৈরপনা নানথাপাকুম তোকানি থোংথাংনা ৩ লক থাংকানি থওও।

৮৭ (নাত্তোল শুমাং শাপা)

[১৩] নাত্তোল শুমাং শাপা খুপী খুনাউসী কোনশিল্লাকা খুদোমপী খুয়াই খুনিংথো আহুম তিংথোকতুনা নাত্তোন শুমাংদা শোককানি। থোংথাং আহুমমক থাংলাকানি খুং ওইদি তিংনা লৈকানি থংও।

৮৮ (নাত্তোল মাথা চিনবাল থক থা শাপা)

[১৪] চিনবাল থক থা শাপা খুং আনিকী খুপী আনিকা খুত্তোনপী আনিকা মাত্তোল মাত্তোল শোকনা-য়াকা চিনপানকী মাপাদা শোককানি। খুংচা আতৈদি খুত্তোমপী মাপাদা তিংনা থমলাকানি। থোংথাং আহুমলক' ফাউনি থওও।

৮৯ (য়া শামাপাকানি)

[১৫] য়া শাপা খুদোল তায়ানা তিংথোকতুনা য়া মাপাদা উপনা থমকানি। থোংথাং ৩ লক ফাউনি থংও।

৯০ (থাদাং শাপা)

[১৬] থাদাং শাপা খুং য়েংকী খুংয়াইকী মথোংদা খুপী কোমনা থমলাকা খুদোল ৪ না তিংথোকতুনা থাদাং মাপাদা ৩ লক কৈনা হায়কানি। ওইদি থাদাহুনা থমলাকানি। থোংথাং ৩ লককীনি থংও।

৯১ (ন'কোং শাপাকী মারম)

[১৭] নাকোংগী শাপা খুপীনা খুদোনপীকী আয়োইপা তাংদা শোকলাপাকা খুংচা ৩ না ফনত্তোকুনা নাকোং মাপা মাপাদ' খুং ২ মব য়েং ওইদা ৩ লক খুজেং লৈরপনা শাকানি থোংথাং ৩ লককীনি থংও।

৯২ ( নাকোং চাক্রা শাপ )

[১৮] নাকোং চাক্রা শাপা খুংলীনা খুংয়ায়কো আং মাত্তোন পোকলাকা মাখুং মা'ত্তোননা নাকোংদা ভন-শিনলাহনা আহুমলক লৈকানি। খুং আনিবা নাকোং আনিদা আযামম তোকানি। খোংখাং আহুমলক-নি আসি খংও।

৯৩ ( লুখুম শাপা )

[১৯] লুখুম লাপা খুং আনিমকনা উপনা খুত্তাল খুত্তোল শমমানা লুখম শোকুরি খোংখাং আহুমলক খাংলাকানি। আসি খংত্তানা তোরাপাদি য়াদে। খুং আনিমকন উপনা, শাপা মারমদি খুরাইপু মাকম আহুকী মাপু ওইপানা লৈকমনে খংও॥

৯৪ ( খৌবি জোংতম শাপা )

[২০] খৌবি-জোংদম শাপা খুং আনিমকনা খুপাক উপনা খুপী ফনদোকতুনা খৌবি মাপাদা হুঙ্গং হন্দা আহুমলক চিংখাকানি। খোংখাংদি আহুমলক খাংকানি খংও।

৯৫ ( লেংজুম নাক য়েং আনিমক শাপা )

[২১] লেংজুম নাক য়েং আনিমক শাপা খুং আনিমকনা উপনা হায়কংলকতুনা খুংয়াইকী খুদোননা খুপাক তিংনা লেংজুম শোককানি খংও।

৯৬ ( লেংদোন খাপাক য়েং ওই আনিমক শাপা )

[২২] লেংদোন আনিমক শাপা খুং আনিমকনা মাংলোমদাকী উপনা হাইকংলকতুনা খুংয়াইকী খুংত্তোমনা খুপাকতা কোমমানা লেংদোনদা শোককানি। খোংখাং আহুমলক খাংকানি খুংতি আহুমমক থাদাকানিয়ে খংও।

৯৭ ( লেংপাক শাপা )

[২৩] লেংপাক শাপা খুং আনিমক য়েংকী খুংনা মাথক থংমা কায়ননানা লেংপাকতা খুংত্তোল মায়িনা শোককানি। খুংদি কোনশিললাকানিয়ে। খোংখাংদি আহুমলক খাংকানিএ। খুংতি আহুমমক থমকানি। আহুনা খুং আনিমক য়েংকী খুংনা মাথক থংনা কাকানি খংও।

৯৮ ( পাংগপোম শাপা )

[২৪] পাম্বপোম শাপা আসিদি য়েংকো খুংকা খুপীকা খুদোনপীকা কাকলাকা খুংচা আতৈদি তিংবা ওয়কো পামপোম মাকুদাকী খুনিংলোয়দা হনখানা অ'ভুমলক নাবখাকানি। ওয়কী খুংনা আমুক য়েংনা তৌপা আহকুমনা ওইকী পামপোম মাকুদাকী খুনিং কাউপা আহুমলক চপনা নানখাবাকানি। খোংখাং তরুকলক খাংকানি। পামপোম শাপা আসিদি মরু আচেংপা ওইপা লৈয়ে। আসি খংনা পামপোম শাকাতাপানে হায়পা খংও।

৯৯ ( খুনিং শাপাকী )

[২৫] খুংনিং শাপা ওয়কী খুংনা মাংদা খুনিং থেককংলাহুনা খুচেং হাইকংলাকা য়েংকী খুংনা লোংনা খুপীনা খুমাইকী মাখোংদা শোকলাকা খুংনিংখোনা ওয়কী। খুংনিংদা শোককানি। খুংনাউপীদি হাইখানা থমকানি য়েংকী খুনিংদাগী ওয়কী খুংনা শোককানি; খোংখাং আহুমলক আহুমলক হাপতুনা হাপতুনা তারুকলক খাং-কাতাপানি খংও।

১০০ ( খুংকী খুপোম শাপা )

[২৬] খুংকী খুপোম শাপা খুংপীকা খুদোমপীকা কনদোকলাহুনা খুংচা আহুম তিংনা আহুম আহুমলক খুজেংলোয়দা চিংখাকানি। য়েংনা হাননা ওয়কী খুংতা তৌবাকা ওয়নাপু কোমনা য়েংতা তৌকানিও খোংখাংদি আহুম আহুমলক আনিনা তারুকলক খাংকানি। আসি খংনা তৌকাতাপানি খংও।

১০১ ( খুজেং শাপা )

[২৭] খুজেং শাপা খুদোমপীনে খুংয়াইনে খুংনিংখোনে খুপীনে' খুপীনা খুজেংদা চপলাকা খুংনাউপীনা কনদোক তুনা আহুমলক হনবা চিংখাকানি। খুং য়েং ওই আনিমকনা আহুম আহুমলক শাকানি। খোংখাংদি ও লক খাংকানি। আসিপু শোইকাদে খংও

১০২ ( খুংনম শাপা )

[২৮] খুংনম শাপা য়েংকী খুংপীনা খুংয়াইকী মাখোংদা শোক্লাকা খুদোম মায়ীনা ওয়কী খুংনমদা নপ-মানা আহুমলক নানখাবাকানি। আহুকা ওয়কী খুংনাপু খাও: আসিদা য়েংতা আহুমলক নানখাবাকানি

য়েং ওয়দা আহুমলক নানথাকাদি। য়েং ওয়দা অহুম আহুমলক মানথাগদি। থোংথাংসু তারুক-লকনি। আসুমনা থংও।

১০৩ (খুপাক শাপা)

[২৯] খুপাক শাপা খুংপীনা খুংয়াইকী তাং মায়াই শোকলাকা খুং মতোমনা খুজেংলোমদাকী খুংতোল লোমদা আহুমলক নানথায়াকনি। আসুমনা য়েংনে ওয়নে আনিমক তৌকাদি। থোংথাং তারুকলক থাং কানি। খুপাক শাপা হায়পাসিদি লোকতাকনে ঈপাকনি লুইনে থংও। আসিদি ইশাথক থংবা লোক্তাক্লি থংও আরুপা তাইপংকী মাপু ওইপা কুরুমকনা হায়রাপানে থংও।

১০৪ (খুপীনে খুনাউপীনে শাপাকী)

[৩০] খুংপী খুংবাও শাপা ওয়কী খুংনা নাকনদা খাং মাপাদা উপলাপনা থমলাকা খুং য়েংবা খুপীকা খুদোনপীকা নপনালাপাকা নপনা নপনা মাপাদা উপলপনা থমলাকা খুং য়েংবা খুপীকা খুদোনপীকা নপলা পনা খুদোনপীকী মাপাদা হনথানা চিংথাকাদি। খুংপীনা খুংয়াইকী তাং আরোইপাদা শোকলাকা খুংয়াইকী মাপাদা চিংথাকাদি। খুপীনা খুংনিংথৌকী আরোইপা তাং শোকলাকা খুনিংথৌকী মাপাদা চিংথাকাদি খুংনাউপীকী আরোইপা তাংদা খুপীনা শোকলাকা খুংনাউপাকী মাপাদা চিংথাকানি। আসুমনা য়েংকী খুংবা উপলপ থমলাকা ওয়কী খুংবা শাকানি। থোংথাং তারায়ক থাংকানি আসুমনা থংও।

১০৫ (খুজিন শাপা খুংপী খুংনাউ শাপা)

[৩১] খুজিন শাপা খুংপী খুংনাউ শাপাকী খুংথেকনা খুংতোবকী আরোইপাতা কোইরপ কোইরপনা লৈ-থংকানি। থোংথাংসু মায়ানা থাংকানি। খুজিন শাপা খুংপী খুংনাউ শাপাকী খুংশানাচিংপা আসি থংকানি।

১০৬ (খুপাককী মরি হাপপা)

[৩২] খুংপাক মায়ী হাপপা খুংপীনা খুংয়াইকী আরোইপা তাংদা শোকলাকা খুংবা লোংবা থমলাপাকা খুজেংদাকী হৌনা খুংতোললোমদা আনিমক চিংকানি। আরোংপা খুং আহকী খুপী খুদোনপী কনতোকলা-কা খুংচেপলোমদাকী আনিমক চিংথাকানি। মাথংদা খুংপী খুদোনপী তিংথোকলাপাকা খুদোনপী খুংয়ায়

কাকলাপাৱা খুংচা আতৈনা নপনারাকা মরক আহৌদাকী খুংচেপলোমদা আমুক চিংথারাকানি। আমুমনা য়েংনা ওয়দা হাননা তৌরাকা য়েংবৈ ওয়নে আনিদা মাহি হাপকারি আমুমনা থংও।

১০৭ (খুংতোনবী মরিনে চক্রনে হাপ্পা)

[৩৩] খুংতোনবী মাহিনে চক্রানে হাপপা খুংগী খুবাউ শাপাকী খুথেকনা খুংতোন পুমনামককি মাতোনদা আমুক আমুক উপনা উপমা. লৈকারি। মাসি য়েং ওয়কী আনিমক তৌরাকানি। খুং ওয়দা হাননা তৌরাকানি। থোংথাং ১২ মক থাংকারি থংও।

১০৮ (য়াং শাপা খুংলোন আনিমক)

[৩৪] য়াং শাপা খুং আনিমকনা তুংদা থাংকী মাপাদা খুংতোল ১০ মক শোকমারাকা খুনথ আনিমক থো. নানা খুংতোননা মাথকতা ওনগ্নংকানি থোংথংদি ৩ লক থাংকানি থংও।

১০৯ (থাপাক মীতুন মাকম শাপা)

[৩৫] থাপাকফি মিতুন মাকম, শাপা খুং আনিমকনা থাপাক মিতুন মাফমদা থমকারি। থোংথাং আহুম থাংকারি আমুম থংও॥

১১০ (থাপাক শাপা খুং য়েংনা)

[৩৬] থাপাক মাকম শাপা খুং য়েংনা মাথক থংলাকা খুং আনিমক কারল কারলননা থাপাকতা উপনা নমলাকানি। থোংথাং আহুমলকনি আমুম থংও।

১১১ (ডানকম শাপা)

[৩৭] ডানকম শাপা আসিদি ওাকী খুংবা নাকনদা থাদারমপা। আহৌদাকী হাইকংলকপাকা খুং য়েংকী খুতুরায়মে খুংনিংথোনে আনিমকনা ডানকমদা শোককানি। আহৌদাকী য়েংকী খুজেংদা ওয়নী খুংয়ায়না শোককানি থোংথাং অহুমলক থাংকারি থংও।

১১২ (থাজিন শাপা খুং থাজিনা)

[৩৮] থাজিন শাপা খুং আনিনা খুংনম খুংনম ওনশিননাহুনা খুংতোন আহুনা শোকনাহুনা থাজিনদা শোককানি থোংথাং আহুমলক থাংকরি থংও।

১১৩ (লাকা শাপা খুৎপী মাত্তোমনা)

[৩৯] লাকা শাপা খুপী মাতে'ক আনিনা উপনলাকা মপাদা শোকনারাকা খু'চা আইতনা উপনা কোললপ তৌকাখি। মাতম আসিদা-থোংংথাং আহুমলক থাংকানি। থংও।

১১৪ (চানিং যাক্কম শাপা ওয়কী খুংনা)

[৪০] চানিং যাক্কম শাপা ওয়কী খুংনা লোংনা তিংথোকলাকা য়েংকী খুংনা মাথকক, উপনা তিংথোতুনা কুপলাকানি আহৎপু চানিং মাপাদা থমকানি থোংথাংদি আহুমলক থাংকানিয়ে থংও।

( ১১৫ খ্বাং শাপা খুপীনে খুরোনপীরা )

[৪১] খ্বাং শাপা খুপী খুরোনপীন ফাকলাহনা খুংচী আইতনা তিংলাকা খুং আনিমক খ্বাংকি নাকলদা শোক্কানি। থাংথাংদি আহুমলক থাংলাকানি থংও॥

১১৬ (নিংজোল শাকানি)

[৪২] নিংজোল শাপা খুং আনিমকনা কোললপ তৌনা তুংয়ানন'হুনা খুনমনা নিংজোল শোক্কানি থোং থাংলাকা চৎকানি থংও।

১১৭ (নৈনুংথোংলোন শাপা)

[৪৩] নৈনুং থোংলোন শাপা খুং আনিমককী খুপী খুদোমপীগা আনিমকনা মাতোন মাতোন শাক্লারাকা মায়ায় আহোপানা তুংলোমদা থোং মাপাদা থমকানি থোংথাং আহুমলক থাংকানি আসুমনা থংও।

১১৮ (মীপোক লমবী শাকানি)

[৪৪] মীপোক লমবী শাপা খুপাক আনিমক থেংনারাপাকা য়েংকী খুংপী হায়কংলাকা ওয়কী খুৎপীনা য়েংকী খুৎপী মাকুনা নমনা কোনশিনলাহনা মাতোন লোংলাকা খুদোল পুম্নামকতি মাতোন মাতোন থেং-নাহানকানি খ্বাং মাথাদা থোঙং আনিকী মরুকনী মাপ'দা থমকানি থোংথাং আহুমলক থাংকানি আসুমনা থংও।

১১৯ ( কময়া শাপাকী )

[৪৫] কময়া শাপা খুং আনিযকনা খুংতোন খুংতোন ওনশিননায়াহুবা কময়াদা শোকানি বোংথাংদি আহুমলক থাংলাকানি আসুমনা তৌয়হবা কময়া শাপা আসিপু থংও।

১২০ ( কৈকম শাপা )

[৪৬] কৈকম শাপা খুং আনিযক মাতোন মাতোন শমনায়াকা খুংচা আতৈনা লেংবা লেংবা য়েং ওয় আনিযকবী কৈকলদা ইনথাকানি থোংথাং আহুমলক থাংকানি থংও।

১২১ ( কৈক্রু শাপা খুপাক আনিনা )

[৪৭] কৈক্রু শাপা খুপাক আনিনা কৈক্রু মাপাদা উপনা থমকানি থোংথাং আহুমলক থাংকানি থংও।

১২২ ( কৈপোম শাপা )

[৪৮] কৈপোম শাপা খুংপী কনদোক্লাকা খুংচা আতৈবা ভিংলাকা উপনা লৈনা লৈবা ইনথাকানি থোংথাং আহুমলক থাংকানি আসুমনা থংও।

১২৩ ( খুকউ শাকানি )

[৪৯] খুকউ শাপা খুংপী খুনাওপী আনিনা কাওয়লপনা খুংচা আহুমনা খুকউ মাপাদা লৈয়প লৈয়প তৌবা শাকানি থোংথাং আহুমলক থাংকানি হায়পা থংও।

১২৪ ( খুরাই শাপা খুং উপনা শাকানি )

[৫০] খুরাই শায়া খুং উপনা খুংচা মাথামক ভিংনা খুউদাকী খুরাই মাপাদা আহুম আহুমলক ইনথ-হুনা শাকানিয়ে য়েংকী শাপাদা য়েংনঃ মাংথায়াকা খুংয়েংবা আহুকা ওয়দা শাপাদা ওয়না মাংথায়াকা খুং ওয়না শাকানি থোংথাং তাকুকলক থাংলাকানি থংও।

১২৫ ( খুপোম শাপা খুংপীনে খুংতোমপীনে )

[৫১] খুপোম শাপা খুপী খুংতোনপী হায়কংলাকা খুংচা আহুমনা খুপোমদা আহুমলক নানথাকানি থোং কৈয়প কৈয়প থাংলাকা য়েংকী থোংদা ওয়কী খুংনা ওয়কী থোংদা য়েংকী খুংনা শাকানি থোংথাং আনিদা শাকানি থংও।

১২৬ ( খুজেং শাপ )

[৫২] খুজেং শাপা খুংগী কনদোকলাকা খুৎচা মাখিন তিংলক খুজেংকী মাপাদা খুং লৈয়প লৈয়পনা হকচাং থরা নোংথারাকা শাকানি। খোংথাং আহুমতা শাকানি আসি থংও।

১২৭ ( খুমিং শাপা খুমী খুদোলগী )

[৫৩] খুমিং শাপা খুমী খুদোলগী অমানি মাংক্লোল শোকনা খুমিং মাপাদা লৈয়প শাকানি। য়েংকী খুংনা ওয়কী আহুকা ওয়কী খুংনা য়েংকী খুমিং শাকানি। শাপা মাহমদা মা'লোমদ খোং থাংদোককানি। আহুম আহুমলক শাকানি খোংথাং তাক্লকলক থাংকানি আসুম থংও।

১২৮ ( খুনিং শাপা )

[৫৪] খুনিং শাপা ওয়কী খোংনা মাং থারাপাকা য়েংকী খুপীনা খুংগউগীকী মাখোংনা শোকলাকা উপলপনা খোংকী খুনিং মাপাদা লৈয়প লৈয়প শাকানি। য়েংকী খুনিংসু ওয়কী খুংনা আসুমনা শাকানি খোংসু লৈয়পনা থাংদোককানি। খোংথাংদি তাক্লকলক থাংকানি। আসুমনা শাপা খুনিং য়েংকী ওইকী শাকানি থংও।

১২৯ ( খোংনম শাপা )

[৫৫] খোংনম শাপা খুপী কোনশিল্লাকা খুদোল মাখিনা তিংনা খুংতোললোমদা লৈনা হাইরাকানি খোং থাং আহুমলক থাংকানি আসুমনা থংও।

১৩০ ( খোংপাক শাপা )

[৫৬] খোংপাক শাপা খুপাক লোংনা খুৎচা পুমনামক তিংনা খুংতোনদাকী খুনিংলোমদা চিংথংকানি। খোংথাং আহুমলক থাংকানি থংও।

১৩১ ( খুদোন শাপা খুপী খুয়াইনা )

[৫৭] খুদোন শাপা খুৎপীনা খুংয়ায়কী মাতোন শমনারাকা খোংগীকী মাপাদাকী কোললপনা খুং উপনা নাকললোমদা লৈখোককানি। আসুমনা খোং য়েংনা মাং থাপাদা খুং ওয়না আহুকা খোং মাং থাপাতা খুং য়েংনা তোকানি। খোংথাংদি তাক্লকলক থাংকানি আসুম থংও।

১৩২ ( খোংশা শাপা )

[৫৮] খোংশা শাপা খুংশা শাপাকী খুংথেকনা খোংশাও শাকানি। খোংথাংসু ভাক্তকলক থাংকানি আদুম থংও।

১৩৩ ( খোংকী খুজিন লোইনা শাপা )

[৫৯] খুজিন শাপা খুংপাককী খুংথেকনা খোংদোমদা লৈরপ লৈরপ শাকানি খোংথাং ভাক্তকলক চংকানি থংও।

১৩৪ ( খোং মাতোনকী মখি হাপপা )

[৬০] খোংশা মাতোনকী মখি হাপপা মথকি খুংথেক আসিনা খুজিল শাপাকুম শাকানি। খোংথাং ভক্তকলক খোং থাংকানি আদুমনা থংও।

১৩৫ ( খুয়া থম্মাল খুপীনা খুয়াইনা শাপা )

[৬১] খুয়া থম্মাল খুপীনা খুয়াইকী তাং আরোইপাদা শোকনারাকা খুংয়াইদা লৈরপ লৈরপনা খুয়াদা শোকখানি য়েংকী খুংনা ওয়কী খোংদা আহুকা ওয়কী খুংনা য়েংকী খোংদা শোকনা শাকানি। খোংথাং আহমলক থাংলাকানিয়ে।

১৩৬ ( হকচাং লা পুপা য়েংকী খুংনম )

[৬২] হকচাং লাংপুমপা য়েংকী খুংনম মাথক থংলাকা খুং আনিমকনা থাপাকতা কোনশিনদুনা খুতোম্না পামপোম মাক্তদা শোককানি। খোংথাং অহুমলক থাংকানিএঃ মাতাং আসিদা হকচাং শাপা লোইরে। লোইদাম থাদু থা ১০ নি ঙ্গামংতি শিংপুম ৩০০ নি তরে আতাং কুমথাও তুরকলে তাইপং পানপাদা থাপুনা থৌজাম মাহৈ মানপা আতাং ওইনা কাউরকলাকে হায়রকলে আদুমনা থংও।

১৩৭ ( আতিয়া শিদাপাদা লৈপা থাবামিচাক )

[৬৩] আতিয়া শিদাপানা থাবায় ওয়হুনং থাবায়মি ওইপা হকচাংদাকী কাপ আমারোম লাপনা থায়োম লৈপুন অাকোই শাহুনা য়াজারাকানি। আসিদা খোংথাংদি হোংদানা থৌনিচাকানি আদুমনা থংও।

১৩৮ (থাবাইনা নাবাদা হাপপা)

[৬৪] নাবাদা থাবায় হাপপা খোয়দৌ মাপাদা মাপা চাবা খুং আনিমক ওয়না মাথা থংলাকা যেংবা মাথক থংহুনা কুপলাহুনা খুং আমাকি খুংতোনবা খুং আমাকী খুপাক মারুকা থেংনানা থমলাকানি। আহুকা খোংথাংসু হাননাকী হোংদে। মাতাঃ আসিদি লাইপৌ খুংথেক ৬৪ লোইরে। মাসিপু লাইপৌ খুংথেক হুমফুমারি (৬৪) হায়না কৌএ লমমিংনি।

১৩৯ (হকচাং শাপা থাবাই হাপপা লোইরাপাকী)

আসিদাকী হকচাং শাপা থাবায় হাপপা লোইরাপাদা মাইপীবা হো লাইরিংথৌ মাদাইরেমশিংও লাইরেবা মাথোমলোইশিংও। মী মায়ামনা হাউ হায়রাহুনা খুমলাপাদা হৌজিকতি থাবাই ঈহুল তমলে থাবায় হাপপা লোইরে কুরুকী নোংতম কুমশিং থাশিং গুরকলে তাইপং পানপাতা ফাওরকে হায়রকলে। বাংকোল শং শারো হায়না লাউরকলে অহদা মায়ামনা ও শারে হায়না খুমলাকনি লৈশী চাকোই শারাকানি থংও

=১৪০= (লৈশি চাকোই)

৩। মাইপীনা চাওল মাওম লাকলে সাবা
১। মাইপীনা বাংকোল শং চংলে ২। মায়ামনা ও চংলে
লীকক পুশিল্লকও ৪। মায়ামনা পুশিললে লৈশি চাকোই শাকানিএ ৫। মাইপীনা মাইয়োকনালী
চংলকলো ৬। মায়ামনা চংলকলে চংলে ৭। মাইপীনা লাইজা তয়ং ঈ ওইরে ঈশিং য়াবা তারে
৮। মায়ামনা লৈশি, চাকোই শানা শানা আতাং তারে ও তারে ৯। মাইপীনা মাউরা ঈরু থোকলে
মাকোক উরে লিংথোকলে। ❋ মাতাং আসিদা তুংকী কোপাল খুং আবিনা পায়রাকাবি মওং উ-
হবকানি। আহুকা খুপাক আবিনা লিংথোল পায়কানি। আসুমনা তোপা মাওং উংকাবি থংও।
১০। মাইপীনা হো ও আতাং পোকলে ও পোকলে ১১। মীয়ামনা পোকলে ও পোকলে ১২। মাই
পীনা মাতাং আজিদা মাইপীনা খোয়রী ককলে হায়না মাখুং যেংনা বাকথৌ পায়কানি। মাওং উংলাকা
মাখুং ওয়না খোয়রী পায়পাকী মাওং আসি উংকানি। (মাসিকী মাথংদা মাইপীনা তোপা) ১৩। মাই-
পীনা আবাং খুদেং পুশিললো হায়না হায়রাকানি ১৪। মায়ামনা লৈশি চাকোই শানা শানা পুশিললে পুশিল-
লে হায়রাকাবিরে।

খুম্নংলোন থৌকল হারাউপা লাইরোল

১৫। মাইপীনা ঈশিং হৈরো হৈরো ১৬। মায়ামনা ঈশিং হৈরে হৈরে ১৭। মাইপীনা আঙাং ইরুক
রাসে ১৮। মায়ামনা লূরাসে লূরাসে হায়না খুমলাকানি। (মাঙাং আসিনা খুপাক আনি শমনারাকা
লেংজুম মাপাদা ঈশিং চাইখৎপাকী মাওংদা চাকোই শাকানি) ১৯। মাইপীনা আঙাং মচুম তৈথোকলাসে
২০। হো তৈথোকলাসে তৈথোকলাসে (আহুকা খুং নাম নামনা য়েং ওয়কী লেংপানদা ওয়না য়েংকী
লেংপানদা হাইনা হাইনা তৈথোকলাপাকি মাওং কুমনা তৌরাকানিয়ে) ২১। মাইপী আঙাং কী কোনশিন
লো ২২। মায়ামনা হো কোনশিনলো (আসুমনা থাপাক মাপাদা খুপাক আনিনা আঙাং পমপাকী
মাওংদা লৈরাকানি আসুমনা থংও) ২৩। মাইপীনা পম্মো মাপা লৈপাবা মাপানা মিংথৈ মাপুকী পীনাপা
নাকোং য়েংতা থোংলেন আনিমককী মাফমদা মীংথৈ পীপীরো পীপীরে পীহললে পীরে ২৪। মায়াম হো
মীলেন পীরে পীরে ২৫। মাইপীনা আঙাংপু খোমলাং মাইহোকনাবাসে হায়রকলে হায়রে ২৬। মায়ামনা হো
খোমলাং ঈনৌ হুললকলে হায়রে আঙাং পমহনা খোমলাং মাইহোকনা ঈথকপাকী মাওং মানো ভৌ
রাকানি ২৭। মাইপীনা আঙাং আনিনি লোমা নোংমাকী চাউরকলে মখুং মাশা হাইরকলে
পামপোম আনি হাইদোকলে ২৮। মায়ামনা হাদোকলে হাইদোকলে হায়দোকলে ২৯। মাইপীনা আ-
ভাংপু চোংকানি আহুকা লাইরোনদি সোরারেনকী মাপারি থাপিনা কারিথৈ কাহৌরে নুমিৎনা রাংলিথৈ
রাংহৌরো তিং তিং চাউরো চাউরো দে দে। আসি হায়না খুং আনিমক লেংপান মাপা য়োরা মাংলোমদা
থাংকৎলাকা খুপী আনি হনদোকলাকা খুদোল তিংনা ঈনখৎ ঈনথা তৌহনা আঙাং চোংকানি। আহুকী
মাওং উংকানি। লাইয়িথোকীনি আসুমনা কৌবানি ৩০। মায়ামনা হো শোরারেনকী মাপারি থা-
পীনা কারিথৈ কাহৌরো নুমিৎনা পানা নিনপাকুম নিংহৌরো। রাংপাকুম রাংনা লংনা পালপাকুম পানলা
সি তিং তিং চাউরো আসুম তৌনা লৈখানা আঙাং চোংকানি। আসুমনা অঙাং চোংপা মতৌ উংকানি
৩১। মাপীইনা নাউরা লেপতম কারে মপারিকী শারেপ কারকলে মপুকী পুরেপ তাললকলে চাউরে শাংলে
নোংমাই তেংনা য়ুমকাকে হায়রে। চাই ফীশেং তমনিংলকলে ৩২। মায়ামনা হো শেংলাশে চাই ফী
শেংলাসে আসি হায়রাপাকা খুংদা কী লেংপাকুম তৌরাকানি ৩৩। মাইপীনা কৈরা কৈনা য়া য়া চোংলাসে
হো য়া য়া হো য়া ৩৪। মায়ামনা হো য়া য়া য়া অসি খোং ২মক কৈনা কৈনা খোংকম আনি আনিরক

চোংলাহুনা লাউকানি আসিকী মাতুংদা মাইপীনা চাকোই লোও চাকোই কৌরাপাকা যুম শারাকানি চাকোই যুমশাতমকানিয়ে। ৩৫। লাইপৌ খুংথেক হায়পা আসি আভাংনা পোকপা আহুত্তাগী চাউপা আসি কাওপাক্তা চাকোই ওইনা মাখং মানাও কায়দারা লোইপা কাউপা লাইপৌ খুংথেক (৩৬৪) চাহুম ভুমকুমারি শুইয়ে হাইয়ে। মাসিস্নুপাম মারম ওইরাহুনা মোইরাং থাংচিং মাইকৈস্নু চকপারোন খুনদা আহানপাত্তাকীস্নু কৌক্রু মাইকৈ আরাং মাইকৈ মাখা মাইকৈ নোংচুপ মাইকৈ মাখা মাইকৈ নোংপোক মাইকৈ মাইকৈ নিপানমকত্তা লৈপা চকপা আসিনাচিংপা ককচিঙ। নাচিংপা আকোইপাদা লৈখিপা খুনকী খুংথেকনা শাপা মারম আসিদি কংলৈ লৈপাকত্তাকী ওইরকখিপানি আহুনা পুমনামক আসিকী কংলৈ পুম-মায়োন লাইরেন মৈদিংঙু পাখং য়োইরেন তোমপোকপানা চিংপুরোই তমপুরোই আসিকী হৌরককম মাপু খিপানি হায়রে। আহুনা কংলৈত্তাকী ওইখিপানি হায়না মাচা খাইদোকনা, ইরাপা আসিনি। লাইরোন আয়ামপা শালোল কায়ামকনা কংলৈত্তা লোইনা! চিংশিন্দুনা হারাউ তারামনাপা ওইনা ঈরমতমকী হৌকম মাপুদি কংলৈনুংনাং পানদাকী নুংকী খুবখোং ওইখিয়ে। আসিনা মাপুত্তি তাইপং পানকী মাপু খিপানি মাপু ওইপা কায়াং য়াখোবতুনা লাংওন লাংওইনা কায় শানাকুপা ওইখিয়ে। আসিনা লাংওন লাংওন যুমকমদা মাপুখিপাদি আকপাস্নু কংলৈ পুংমায়োনদা য়াখোকক্ষম যুমলেপ আমুক ওইনাপা ওইয়ে। তাইপংকী মাকু মাশক খংলাপাত্তি হৌকম মায়োন চোংহমপানে লৌশিং পুকনিং ওইরাকা মাকু লেমকু খংহনা মাপোক মাশক তাককানি হৌকম লোমকম যুমকমনে কংলৈ কংলা তারপানি খংও।

(খুথেকনা কংলৈ যুমকম যুমশারোন)

৩৬। মাতাং আসিদা যুমকম য়েংপা প্লাখিং খাপা লাংশঙ ছমপা যুমকম খোনপা আসিদাকী হৌনা যুম শাহুনা লাইদা কংপা কাওপা আস্নুমনা চাকোই ওইনা শাপা যুমশারোন খুংথেক কৌএ খংও। পুকনিংদা নিংপা চিন্দা হায়পা পোংশক মাওংপু খুংনা শাহুনা তাকপাপু খুংলোন খুথেক শাপা কৌএ। মাতাং আসিদা খোঙদি খোংথাং কায়দাবা থাংকানিয়ে। কাইকারোই পেনা খোংকানি পুংরৈকানি মাসিমকস্নু মাইপীনাদি লাউরহুমা তাককাত্তাপা মায়াথমা চাকোই শানা শানা আহুমমক খুমকানি। ৩৭। মাইপীনা হো লাইনিংখৌ মাদাইরেন শিংও লাইরেমা মামোম পোইশিংও লাউথানি। ৩৮। মায়ামনা হাউ

৩৯। মাপুংঙোকী সানা শংকাই শারশে। ৪০। মায়ামনা=হো=শায়াশে। ৪১। মাইপীনা হৌজিক্তি সানা শঙকাই শাবাপা য়ুমকম আকাপা য়েংলসি আসিকী পাব্বিং লাংশং ছলশাশি। ৪২ মায়ামনা ছলশাশি ছলশাশি। খুং আঙিমকনা থ্বাংকি মাপাদাকাবল কাবল য়েং ওয়কি খুদোবনা হায়দোকলাকা মাপা চুমনা মাংলোমদা ইমকাবি মাসিনা পাব্বিং থাপানে থংও। খুং ওয়না চুক পায়রাপাকা য়েংনা থেঙ্গ পায়-কানি মাও: উংকানি চাকোইনা থুং লোননা মায়াম য়াউনা। ৪৩। মাইপীনা হুবিং থাপান আকাপা থারাইবিচাক আকাপা য়েংলাহুনা য়ুমকম খোংলাসি হায়কানি। ৪৪। মায়ামনা হে। য়ুমকম খোললাশি খোললাশি হায়কানি। ৪৫। মাইপীনা মাখুংনা য়োংপাক পাইরাহুনা লৈপাক তৌপাকী মাও: উংলাকানি য়েংকী খুংনা মাংথাকানি খোংথাং খোংথাং খুদিংকী মাঙলোমদা থাংকংপা থাদাপাকী মাওং উংকানি মাসিপু লৈভৌপাকী চাকোঙ হায়না কৌএ। য়েংথংপা হকচাংকী নাকনদাকি লৈপাক লৌবকানি আসিকী মাওংদা খুংচা পুমনামক মাচা তানা কোললপ পুবকা ওয়রোমদা লৈপাক ছবপাকী মাওংদা খুংচা ভিংনা থাপাক লৈছম চাকোই হায়পা আসি কৌএ। মানুমনা য়ুমকম খোনকানিএ। ৪৬। মাইপীনা হো লাই-রিংথৌ লাইরেম্মা মাদাইরেমশা মাযোমলোইশা লৈরৈ খুংতা খোংনা পায়হুনা মালেন লৈমায় তেমহুনা লৈরৈ থারাশি হাইয়ে। ৪৭। মায়ামনা লৈরৈ থারাশি থারাশি হায়রাকানি। মাইপীনা চিংলাহুনা খুং য়েংনা মাং-থারাকা ওয়না মানুংথংলাকা খুংচা পুমনমক কোনশিনলাহুনা মাংলোমদা থাংকংলাকা থাদাকানি মাসিপু লৈভেম লৈথাই চাকোই শাপা হায়না চাকোই খোংলোন কৌএ। ৪৮। মাইপীনা হো মাইরিংথৌ লাইরেম্মা মাদাইরেম মাযোমলোইশা লৈরৈ থাপা লোইরাশে। ৪৯। মায়াম লোইরে লোইরে হায়না খুমলাকানি। ৫০। মাইপীনা শংকাই শারাপা লাংশং চাত্রা ছলশাশি। ৫১। মায়ামনা ছলশাশি ৩ হায়কানি আহুমলক। আহুদাকী খুং আঙিমক য়েংনা মাং থাহুনা খুংতোম ভিংনা ভিংনা কায়াং য়াংপাকী মাওংদা চাকোই শাকানি। ৫২। মাইপীনা হো লাইথ্রিংথৌ লাইরেম্মা মাদাইরেম মাযোমলোইশা। ৫৩। মায়ামনা হাউ হায়কানি। ৫৪। মাইপীনা পাব্বিং ছলশাশে। ৫৫। মায়ামনা ছলশাশে হায়না লাউকানি ৪ লক লাউকানি। মাসিকী মাতুংদা খুং আনিমক থ্বাং মাপাদা মাংলোমদা হক্সং হুম্বা কাবল কাবল হায়কানি মাসিনা পাব্বিং থাপাকী চাকোইনি। ৫৬। মাইপীনা হো লাইরিংথৌ লাইরেম্মা মাদাইরেম মাযোমলোইশা। ৫৭। মায়ামনা হাউ হায়না খুমকানি।

৫৮। মাইপীবা পরিং কোনশিলনসে ৫৯। মায়ায়া কোনশিললাশে কোনশিললাশে ঃরক খুংয়েংবা খুজেং নৈরপনা
খুপীনে খুদোনপীনে নপনাবকা খুৎচা ৩ কানজোকলাকা খুৎচা আতৈবা তিংলাকা খুনিংদাকী খুজোব কাওপা
য়েংকী খুংনা হঙ্গং হন্দা তৌকানি পাখিং কোনপাকী মতৌ আম্বুবনা চাকোই ওককানিয়ে। ৬০। মাইপীনা
হো লাইযিংথৌ লাইরেমা মানাইরেম মাবোমলোইশা। ৬১। মায়াবনা হাউ হাইনা খুবকানি। ৬২।
মাইপীমা চুক য়ুংলাশে য়ুংলাশে। ৬৩। মায়াবনা য়ুংলাশে য়ুংশে ৬ ওয়কী খুৎচা পুমনমক কোনশিললাকা
য়েংকী খুংসু খুৎচা পুমনমক কোনশিনলাহনা ওয়কি খুংতুব মাথকতা থাংকংলাকা আবাসুং খাদাপা আসি আহুম
৩ লক আম্বুবনা তৌরাকানিয়ে। ৬৪। মাইপীনা হো লাইযিংথৌ লাইরেমা মানাইরেম মাবোমলোইশা ৬৫।
মায়াবনা হাউ হাযনা খুবনাকানি। ৬৬। মাইপীনা উহৌ উরেশ য়ুংলাশে লাইযিংথৌ লাইরেমাকী শাংকাই
শায়াশি মাকুরুকী মিংলেনবা উরেপ য়ুংলাশি। ৬৭। মায়াবনা য়ুংলাশে ৭ মাকুরুকী মিংথৈরেমবা খুং
য়েংবা মথক থংবা খুপী খুদোনপী মাজোব শোক্লারকা খুৎচা আতৈ কোললপ তৌরাকানি আহুকা ওয়কি খুংসু
খুংথেক আসিদা য়েংকী খুং মাথাদা থমলাকা হঙ্গং হন্দা আহুমলক নৈপাক লোমদা থাদারাকানি। আহুকা
য়েংকী খুংজোনপী থিনকংলাকা খুৎচা পুমনমক কোনশিমকানি আহুমাকী খুংজোনপীনা মাথকলোমদা থিনকংকানি
থোংকাপ মায়াকানি আম্বুবনা তৌ৩। ৬৮। মাইপীনা হো লাইনিংথৌ লাইরেমা মানাইরেম মাবোম
লোইশা ৬৯। মায়ায়া হাউ হাযনা খুবকানি। ৭০। মাইপীনা উহৌ উরেপকী মাপা ওইনা হাপলাশে।
৭১। মায়াবনা হাপলাশে হাপলাশে হাইনা ৮ খুবলাকানি ওয়কি খুৎচা মারি কোনশিল্লাকা খুংজোনপী থিংথং-
লাদুবা মাথকলোমদা ওথথংকানি। ৭২। মাইপীনা হো লাইযিংথৌ লাইরেমাকি মানাইরেম মাবোমলোইশা।
আম্বুবমা লাউকানি। ৭৩। মায়াবনা হাউ হাউ হাযকানি। ৭৪। মাইপীনা শংকাইকী থাজেব হাপলাশে।
৭৫। মায়াবনা হাপলাশে হাপলাশে হাযনা খুবনাকানি। খুং আনিমককি খুংয়াইবা ওইকী খুংগা পুমনামক
কোনশিললাকা নাজোব শাপাদা খুপাক থাবাবোম লাপনা খুংয়াই আনিকী মাজোব আনিমক য়েংবাহনলাকানি।
শংকাইকি থাজেন আসি হাপশাকী চাকোই শারাকানিয়ে। ৭৬। মাইপীনা হো লাইনিংথৌ লাইরেমা
মানাইরেম মাবোমশা। ৭৭। মায়াবনা হাউ থাযনা খুবনানি আম্বুবমা খুবলাকা। ৭৮। মাইপীম
মুবপীরেম ৩ হাপলাশে লোয়মু হাপলাশে হাযকানি।

৭৯। মায়াম্না চাপলাশে হাইনা, থমজাকানি খুংগী খুংনাউপী আনি কোনশিলাকা খুংয়াইনে খুংমিংখোনে খুংজোমপীনে মুংখংতুনা খুনআনিমকনা খুংজোননা মাথক্তা। ঙনখংতুনা মাংলোমদা কাপ আমাম্নোম লাপনা লেংপোন মাপাদা থমকানি খো খাংদি কাইকারোই আসিকি মাথংদা খুংচা ১০ মুক তিংখোকলাতুনা খোংথাং কায়দাম: চংলাকানিয়ে মাসিকী মাখ দা মাইপীনা ল'উরকলাকা মায়াম্না খুমজুনা ফকলাং খারাকানি খুপাক আনিমক চপ তিংনা আমাকা অমাকা শমনাদানা মাযাম ঙনশিনাম্বাদুনা খুংজোমনা থকতা ওনখংনা থমলাকানি মাথংদা খাংজপু চাপকানি মাসিম্নু মাইপীনা লাউকানিয়ে। ৮০। মাইপীনা লাউকানি হো খুং আনিমক লেংজুম মাপা মাপাদা মাংলোমদা নাহজোম নাইতোম তিংখোকানি। মাইপীনা উ আহুদা উ অমানা হুমদা মানলাশে হায়রাকা মায়ামনা খুমজুনা হুমদাং খুংখেক শাকামিয়ে। ৮১। খুং আনিমক খাদাং মাপাদা খুং আনিমকনা উপলাকা খুংজোন খুংজোল খেংনাকানি খুংপাক মাকুদি খেংনাম্নোই মাইপীনা উম্না খারানি খারাশি হায়না লাউপাক্তা মায়ামনা হোখারাশে খারাশে হায়না খুমলাকানিয়ে। ৮২। খুং আনিমক খাপাক মাপাদা উপনা খুংজোন ওনখোককানি খুংগী আনি নক্লাকানি খুংগী আমীনা বাংখংলাকা খুংচেপ লোমদা নেমখাকানি খুংচা পুমনামক 'আমাক আমাকা নপনহলোইএ। আদুদাকী মাইপীনা কোপাক্তা মায়ামনা খুম-লাপাকা উম্না খাপা লোইরে। ঈ কুপলাশে হায়ন' হায়রাকা কুপথিকানিয়ে। ৮৩। ওয়কী খুং মাথক্তা য়েংকী খুংনা ননজুনা মাংলোমদা মাজোন তাহমলাজুনা ইকুপপা মাননা ওয়না মাজোন খাম্না হেলহন-কানি। মাইপীনা শাই ককপাকি বা লাউকানি মায়াম আহুদা। আহুকা মায়মম' খুমকানি। ৮৪। খুংয়েংনা খাদাংদা আহুকী মাপাদা খুংচা পুমনামক কোনশিল্লাকা হকচাংদাকী কাপ আমাম্নোম লাপনা মাঙদা উপ্লাথমলাকা খুং ওয়না খুং হেংকি মাখ দা খুপাক আমাম্নোম লাপনা খুংচা পুমনামক কোমশিননা খুপীনা নমলাজুনা থমলাকানি। মাথংদা চিরোং চিরোং লায়েক চাপনাপা মও' তোম্নাকানিয়ে। ৮৫। খুং য়েং ওয় আনিমক খুংপাক তিংনা লাইপক মাপাদা য়েংকী খুংনা মাংপানা খুজেং আমি খেংনারাকা কাম্নল চনকানি মিংকী মাপাদা তোকানি। মাথংদা মাইপীন' বাইতেপাকি বারাংকানি মাখ'মনা খুমকানি মায়ামনা হোই হোই। ৮৬। খুপাক আমামক মাংলোমদা ওনখোকতুনা খুংজোননা মথকলোমদা ওনখংলাকা খুপাক আনিমক খামচেং শানা শমনাহলসাকা' অ'বাউ আখু মানানা য়েং ওয়দা হজং হন্দা হায়কানি। মাইপীনা

লৈমায়দা বাই তৈবাশে হায়না লাউশানি। মায়ামনা তৈবাশে হায়না মায়ামনা খুমকানি। ৮৭। মাইপীনা খুপাক ভিংবা মাঙলোমদা য়েংকা খুংবা মাং থাবা থাং মাপাগা কৈবা কৈবা হাইগানি।

( য়ুমশাবোই লোইরে )

৮৮। য়ুম শাপা লোইরাপাদা মাইপীনা চিরেন লাইয়েং শাতুনা মাখুৎ আনি মিংকি মাপাদা ওয়াঁকি খুদাংপু য়েংকি খুদাংনা ননলাতুনা কাবল চন্নবা খুংতোন আনি চায়দোক্তুনা ফকচাংদাকা কাপ আমারোম লাপনা থমলাকা তো লায়রিংথো লাইরেমাশী মাবাইবেম মাযোমশা চিরেন লায়েন ওমবা হাপলাশে হায়না লাঙ্গীরাতুনা পেনা শকপাকা লোয়নানা পায়েংদাকা খোবকতুনা লাইমাং লোমদা খোংথাং কায়দানা চঙশিল্লাকা খুং লোয়াতুনা লাইদা খুকমতুনা শঙ কংকানি। শংকাই আহু 'কংলাপাক' মাতুং আতুদা লাইপৌবা থারিশা আতুদা খুবক লৈ লাংথৈ আহু হাপলাকানি পেনা খোংপান্ন মাইপীনা খুকমলাতুনা লোইশিনপাদা লোই-শিনকানি মায়ামদি মাইপীনা পেনাখোংপানে চঙশিলখিপাকা চাকোই থারাকানি মাসিদা য়ুম শাপা লোইরে থংও।

১৪১ ( পানথোইবী চাকোই )

১। নোংপোকনে আমাদি পানথোইবীবে আনিবকনা পাউশানাহনা ঈগৈবা লোয়ননা শাপা চাকোই আতুপু পানথোইবী চাকোই হায়না কৌই। লাই হারাউপাকী মারমকায়া হায়পালেরি। পানথোইবী চাকো-ইকী মাথল মাথেব আয়াবপানেয়ে আদুপু লাই হারাউপাকী মাক ওইনা চংনকলিপাদি আতোপপাদা থংনাদে আকুপপা মায়ম খিপিক থুপনা থমনৈয়ে হায়দাপায়া।

( পানথোইবী চাকোই খোংথাং )

২। চাকোই খোংথাংকী মারম খোং মাপা নামমানা খোংথাং আনিবক থাংলাকা মাতুংদা থাংপা খোংবা তুংদা কারল চনতুনা লেপকানি ওয়না খোং য়েংতা কারম চনপা মাতমদা ওয়কি লেংজুব মাপাদা থাং-তকবা ওয়কি খুংতোন তাহনলাতুনা তাহনকানি য়েংকি খংনা থাপাক মাপাদা থরা নেম্না খুপাক আনিমকনা মাপানতা ওনথোকনা থরকানি। থিংবা বাংথংলিপা মাথৈদি খংকী মাতোম য়েংথংকানিয়ে থংও।

৩। আসুম ভৌনা নাকয়েং আনিমকতা ওমা ওমা তপনা শাকাখি। চাকোই শাপা মাঙমদা মাংলোমদা থমা থমা চৎথৎকোনি মাপি তুমাং আহু আমুক কোয়পা কুংনা চৎকাখি। তুমাংদি চিথেক মাখিদা চাকোই আতৈনা পুমনৈ লৈপা আহুদি লৈরোই প্রুং মৈরোই পেমাতামক মাথোংকানি আসুম থংও।

(চাকোই শানাপা মাইপীনা কৌপা)

৪। আহানপাতা মাইপীনা লাইদা সমা শংকোই কংপা লোইরাপা মাঙমদা চাকোই শাখিপা মীয়ামপু কৌয়াকাখি আহুতাকী চাকোই শানাপা লাউয়াকাখি।

(মাইপীনা)

৫। হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মাদাইয়েম মাথোমশা হায়না মাইপীনা হাইনা কৌকানিয়ে। মায়ামনা= হাউ হয়না খুমলাকানি আসিকী মাথাদা চৎথপা।

(মাইপীনা)

৬। মাইপীনা লাইনিংথৌকী সমা শংকোই শাপা লোইরাহুনা হৌজিক্তি সানা শংকোইসু কংলাপানিমা থুনলাউবাপা লৈচাউবাপা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা ইবুংঙো ইরেম্মা আনিমকপু পাচুনা চুনাশে হায়না পান-থোইপী চাকোই ওককাখি শারাপে।

(মমামনা)

৭। মায়াথনা চাকোই শারাপে হায়রাদুনা হায়রাককানিয়ে আহুকা আসুমনা লাউরাকা মাইপীকা পেনা থোংপাকা ঈশৈ শৈশকনা আরাই আখুম ঈশৈনা শৈশক হাপনা হায়নারাকাখি। আমানা আমুক শককাখি আমানা আমুক শককাখি। আসুমনা চাকোইসু শামাকানি। মাদিপু নোংপোকনে পানথোইপীনে আনিমা আরাই আখুম তৌহনা চাকোই ঈশৈ শকনাপা কৌয়ে পাচু চাকোই শাপানি থংও।

(মাইপী পেমা আরাই আখুম)

৮। আহানপা চাকোই শাপা হৌপাদা শকপা ঈশৈদে অ • • • • • মুখিদাং রাইকিনা মাঙমদা আঃ মুখিংমা চিংয়ানা থাংলকলেএ: চিংকিনা মৈমা তমরা থেং তমকিনা মৈনাপু থোংমৈ, নেম, চিংকিমা পাথেমা

বিংথিপী ঈ তমখিনা পাথেননা মাপুংগী শাগিনা ম'থানা পাম্মু'পা আ : থংলেনকি :চংলোপু উপারা মাজাকী কায়দোংকমপু তাকপিবুকাপা দে দে দে।

( থাংজিংবা )

৯। আ০০.০০হা.০০কে কে মিদিনা কাশবেন মোইরাংকিদিনা লাংপুমনা আখিপা অ : মোইরাংকী থাংজিংনা কোইরেনলাই লোকতাকনা ঈশাই মাপমনা চেংলো শকয়েংনাপা লাইখিংথৌ ঈগাপিনা মাঙা পামুপা নোংপোকনা মালংনা হুমথোইপা কাওরেননা যনপোই খিপাপু কেকেনা মায়কৈদা পাংলকপারা।

( বাংব্রেনবা )

১০। আ ০.০০০ হা.০০খানাপু চাউপানা বাংপুরেম লমলেননা শুকামুনা ঈরাইতা অ : খমনুংমা শবানা য়াংদৌয়ম থোংনাংনা মোংপিনা চিংনুংহুং লাইজানা ঈথোংনা লোলপিপা লেমলৈনা ভাথোং থিংলিপা ভাচিকনা কোনকুমনা কোনথাপা ভারেমনা কোনকুম কোললিংপা ঈপাবমাদি লমদমপু তাকপিবুকাপা।

( নোংপোকপা )

১১। আ.....হা...মোংপোক মালংনা হুমথোইপা হাওরৈনা নোংপোকমা পাংলকপা ল মদমদা কাওয়েন যনপোই খিপাকুম চাবৈনা কুলাপ মাচু নাইপাপু শেংতুনা কোয়েংনা তোলোক নাইরাহনা কাংছনা লেংদা খোংছনা মায়ুমনা শেলোয়না ভুংওইনা য়াংদোনাপা খোংদোয়খিপাপু হলরাইলকখৌতাপাপু ঈকাইশানাপু চাবৈনা লমমন খুমনাশে দে দে দে ( ঈশৈ শৈশক আসি শকপা লোইরাপাম্মু চাকোই খুংথেক আম্মুমক কায়দানা শাকানি চিংথৈ পাংখা মায়কৈদা খুংনা খনলাদুনা য়েংলাকা আম্মুমক শাকানিয়ে )

১৪২।

১। মাইপীনা হো লাইখিংথৌ লাইরেমা মাদাইয়েম মামোমলোইশা হায়না আম্মুমনা কৌকানি।

২। মায়ামনা হাউ হায়না মুমুমলাকানি।

৩। মাইপীনা নোংপোক চিংথৈ পাংপারোমদা চাবৈ চোমনা শেংতুনা কাংছ লেংদা খোংছনা কোয়েং তোলোক নাইনা লাকলিপা আসি মাপুংতো মামত্রা য়েংউ খুং খননা খননা য়েংউ।

৪। মাইপীনা=হো লাইহিংথৌ লাইরেমাকি মাদাইরেম মামোমলোইশা।

৫। মযমমা=হাউ হায়না খুমলাকানিরে।

৬। মাইপীনা=নাপুংভো লেংলকলে হৌজিক্তি ঈকাই খুমনাপা ওইনা চিনপান খুমমনলোও খুমমো খুমমো।

৭। ম্যামনা=ও খুমলে খুমলে হায়রাহুমা কিজিনা চিনপান খুমকানি। মাখি মানি ইপুংভোনি! নোংপোক আপানপা লেংলকপাকিদমকনি'পানথোইপীমা ঈকাই খুমনাবা উংপাশি চুমঙ্গৈ চুমঙ্গৈ।

৮। মাইপীনা=হো=লাইহিংথৌ লাইরেমা মাদাইরেম মামোমশা।

৯। মায়ামনা=হাউ=হায়না খুমলাকানিরে

১০। মাইপীমা=নাপুংভো লেংলকপশিদি ভেংনা হুমাইমা থোকল লাকন তোচারো তোচারো ওওও দেদেদে

১১। মায়ামনা=অ ০ ০ ০ ০ ০ তোজারে হায়না খুমলাকানি য়েংকী খুংমা কিজি পায়রাহুমা হুমমাই থোকল তোরাকানি হুমকানি।

১২। মাইপীনা=হো লাইহিংথো লাইরেমা মাদাইরেম মামোমশা

১৩। মায়ামনা=হ উ হাইমা খুমজারাকানি।

১৪। মাইপীনা=নোংপোক চাক নিংথেন চেংলৌ শকয়েং পানপু শমু মাংদা থারো থারো।

১৫। মায়ামনা=থারে হায়রাকা খুং ওয়না মাংদা ;ওংথোকতুনা খুংতোননা মমকলোমদা ওনথংলাকা খুপাক্তা য়েংকানি।

১৬। মাইপীনা=খুংনা শমজেং তোনানপী লোহুনা শমজেংনা হাংচরো হ চরো

১৭। মায়ামনা=হো শমজেং হাতোকলে হাতোকলে হায়না খুমলাকা ওইকা খুংনা হাননাকুম থমলাকা খুং য়েংনা কোক্তা শমজেং হংশাকী মাওং আহুমনা, উংকানি।

১৮। মাইপীনা হো লাইহিংথৌ লাইরেমা মাদাইরেমশা মামোমলোইশা।

১৯। মায়মনা হাউ হায়না খুমকানি।

২০। মাইপীমা নাপুংভোদা হরাং হরাং লানশিললো লানশিললো।

২১। মায়মনা হো লানশিললে হো লানশিনগে ত'মনা খুমলাকানী। খুপাক আনিমক শমনাহুনা খুপাক তিংবা লোংখোক্কানিয়ে।

১। মারুম সুকাইনা মাচা খাইনা কায়কে লাইখিংগৌনে ল'ইরেম্মা আনিমকনা মুংডাই মিনাপা শানাপা আসিপু পাউশা শানাপা হায়না কৌএ: পাউশা শানাপাদা পাউরো তোনাপা মারোনপু পাউশা হায়মা কৌএ: আহুকা চাকোইদি হাননাকুমনা আহুমমক শাকানি আহুকা পাউশাস্থু অ'হুমমক হৌরাকানিয়ে খংও।

২২। মাইপীনা=হো লাইখিংখৌ লাইরেম্মা মাদাইরেম মামোমলোইশা।

২৩। মায়ামনা=হাউ হাইনা খুমলাকানি।

২৪। মাইপীনা ও নাপা নাপা খুপাককা খুপাকমা মাল হৌম'রে।

২৫। মায়ামনা মাল হৌনরে হায়না খুমলাকা মী আনি আনি মায় ওনশিননারাপাকা আমাকী খুং য়েংকী খুপাক্কা আমাকি ওমকি খুপাককা খুপাক খুপাক উংনাকানি মাহুকি মাতুংদা লৈহৌরিপা খুপাক আনী আড়ু আমুক উংনাকাতানি খংও। মাশিকী মাখাদা মাইপীনা মায়ামপু কৌকানি।

২৬। মায়ামনা খুমকানি হাউ হায়না।

২৭। মাইপীনা=নাপা নাপা খুংতোন পায়নাহুনা তোরেরে য়া য়া তোরো।

২৮। মায়ামা হো য়া য়া য়ায়া য়া আসি তোরাকা মী আনিনা ওনশিননারকা আমাকি য়েংকি খুংকা পুমলৈ লৈখোক্কানি।

আমাকি ওরকি খুংক.পায়নারাপাকা আনিমককী ইহকচাং খাদু লেংপামকা লেংপানকা পায়নানা লৈরাশে

২৯। মাইপীনা=হো লাইখিংখৌ মাদাইরেম মামানংশোহ

হায়রাকানি।

৩০। মায়ামনা=লৈরাশে লৈরাশে হায়না খুমলাকা আমাকা আমাকা মায়কা মায়কা ওনশিননাহুনা আনিমক খুং ওয়না আমাকি য়েং খংপা লেংপান পায়রাকা হাননা কুমনা ওয় ওইনানা হকচাং পুমলৈ লৈরাকানি লৈমপা মাক্তদা হো ১। য়া ২। য়া ৩। য়া ৪। য়া ৫। য়া লাউরাকানিয়ে।

৩১। মাইপীনা হো লাইরিংথৌ মাদাইরেমশা লাইরেমা মামোমলোইশা নাপা নাপা থাং থাং পায়দাহুনা য়া য়া হায়হুনা চেনলো চেনলো।

৩২। মায়ামনা হো য়া য়া য়া য়া য়া হায়না॰ লাউরাপাকা শান্নাকুমনা মামাই ওনশিননাবাকা ওয়কী থুংও যা আমাদি য়েংকী খ্বাংদা কোললাপাকা লৈনাকানি আতুকা চাকোই আসিকী মামিংদি পাউশা চাকোই শাপা কৌএ।

৩৩। মায়ম আসিদি মীপা আমা মুপী আমা অনিনা শানাকানি। লাইপৌকী মাতমদা মী পুমনামকনা আম্বনা শানৈ। হৌজিকী মাতমদানা চাকোইনা শিনলে। অাদিপাদাবা লাইপৌ পাউশানা শানৈ থংও।

( মানিতাবী লাইপৌ ঈশৈ হৌরাকপানি)

৩৪। আহানপাদা থোং নামমানা অানিয়ক অানিয়ক থাংলাকা চোংপাকী মাওংদা নামমাকী থোংপীনা লৈপাক শোক্লাকা খুপাক আনিয়ক নংত্রাকা আহুমলক খুপাকী থোংথাংদা মাংদা খুপাক অানিমক লোংথোক্লানি আম্বনা য়া য়া য়া আহুমলক খুরাপাকা মাথাকী আসি মাইপীনা লাউরাপাকা আতুকা মায়ামনা খুমকানি মায়ামকী মায়কতা চংহুনা লাউকানি। আম্বনা খুমলাপাকা অাবাই আথুমকী মাওংনি। মাতাং আসিদা মাইপীনা পায়েংকী মায়াইদা চংহুনা লাউপা আদু মায়ামনা খুমলানি থংও।

( মাইপীনা লাউপা লাইরিংথো লাইবেম্মা চুনাপা )

৩৫। শনম—থোকসে=মাথোকসে।
শনম=হনসে—মাহনসে।
পাথং=শানৈ=বাইনাসে।
মুয়া=শানৈ=চুনাসে।
চুনাবে=চুনাবে।
হো য়া য়া হো য়া।

১৪৩। এ৷ পাউশা ঈশৈ

(১) হা পেম্মা নিংথিপী খিং খিং লৌজাসে। (২) পায়না খুদাপ পীনাসে মুধা তাউজিং হৈয়ানসে

( লাইরেমা কাঁইরোথৌ পাইশা )

(৩) হে নাহাপা আশিশক লৈক্ মাকুম খোইদোপপা লৈরাই মাকুম খোই হাইপা লৈতুম জননা পাউ-
শাপা ঈপল পুললাং কায়রেদে শিংপিরোইপু হায়পারা শিংপিয়ু শিংপিয়ু মাশিংপিয়ুদা হো য়া য়া হো য়া
য়া হো য়া।

( লাইনিংথৌনা লাইরেম্মা পুথাং শিংপিকে হায়পা )

(৪) হে পেম্মা নংপু ভুবদেদা লৈপাক শংদা লৈগীদো মনম নোংশা য়াইপীদো লৈতুম জননা পাউশারে।
নপক্কী পুললাং কাইপাদি কুমশি মাপাল শারাকা নোংমৈ মাইং য়াললাকা শিংপিকে শিংপিকে মাশিংপীকেদা।

( লাইনিংথৌ লাইরেমা খাউশা শানাপাতা নাহাপাতা )

(৫) হে নাহাপা আশিশক য়াওরোদাকী শাঙাইবা মাচি কেক্রু খোনদ্রিয়ে। লালহাল পুংকী কাকৈবা
মানা ভুমাই শাদ্রিয়ে। তোকক্মদাকী ভামুবা খোইজু তোলোং চিংদ্রিদো কোংপাদাকী ডাখানা পোলাং
কানপ লাকত্রিদো।

( মৈকাথপা ঈতৈমা ফুংনাক শংপী )

(৬) ওবথুপী মৈকাথও ঈচিল তুমই কাবকাদে।
থেংকুও আঙাং পোও ঈনম পোললি পোকাদে।
আরে আরে লাইকথপা শাকোল তোংপা কাইরংপা,
নংপু তোংপা য়াংদেদা চিংয়া চংপা লাইকথপা,
ভথয়া কোইনা খোংশাংপা, হাদা কৈদা তাকাপা,
ঈতৈমা ফুঙা শংপীদা তারবে তারবে দে দে দে।

( লৌরি চংপী কীঙাং শেংপী )

(৭) লৌরিদা চংপী কীঙাং শেংপী কীঙাং ঈনলিপী,
হাদা তাদাকী লোইনাপী ঈতৈবা দে দে দে।

ঈংথোলনু শম্বনবু নামপুল মাপান বায়শেননু,
বাবক হৈজাং নমপোকপী হৈজাং উনথাপী;
শাপীবা কারি হায়পানো দে দে দে ।
শাঝো হৈবাংথোইশা দে দে দে ।

( মোইমায়াই তেংথাবোন )

(৮) মোয়মায়ায়দা পোমলাকা ভাউদনপাদা শাংনালৈ,
থাপিরেংদা ফেকলাকা শেনকোইরেংদা চিন্নারৈ,
শাপী শাঝো লৈচিল=লৈ, পারি ইমোম শুকভালৈ.
পানথৌকী পুবশি ঈবালৈ=পলেমকী পুনসি ঈথোমলৈ.
য়েংউ য়েংউ শাংলিপা লৈশে শাইকী মাজেং পাংপা লৈবি ।
মামিংলেনদি শানৌ কুপ্পৈলেনে দে দে দে ।

( ৯) মাথকত্তা হায়ব্রিপা ঈশৈ নিপান থানি নংতাপা আত্তোপপা ঈশৈ কায়াস্থু হাপচিনহনা শকনৈয়ে আহূপু লৈহৌ লাই হারাউপা খুনুংলোন থোরমদা ইজাদারে।

( মাইপীক্তা পেনা থোংপাকা তাংকক অনোইরোন )

(১০) পেনা থোংপানা আনোইরোন শকলিহৈদা মাইপীন লাইপৌ খুংলোন খুংথেককী মারমশিং আহু মায়ানদা তাকতুনা শাকানি । মাসিকী মারমদি মাথকত্তা হায়ব্রিপাশিং আদুকী মানুংদা তোকাত্তাপা মাথৌনি হাবিহৈতাকী তাংনা শমনা মৈনা বাইনা কৌপা শংকী শংকাই থেলোং থোইথোইপা লমলেন তমপাক আসিদা মোইনা থোংথাং য়েংনা লৌ ওইকী থোংথানা মাংদা চিং নামু তাইপং চাম্পানা হরি হায়া নাবকলে।

খ্যুংশেল শনম একলম চিংদা ভাংকা তুপী পুইন্তিং বাকনা খুযোন পুইদিং লৌওনপী তৌনা নোংতম লেংলীবা. মাপল লাইপু নোয়য়ে।, লাইরেল লাইকা নোমযে। ভাউরোয় নাইকা নোয়য়ে। খোংশিং নান-পল. হৌনা নোয়য়ে। খুংথেকনা নোয়পু নোয়তমযে। নোয়মালাংপু নোয়তমযে। নোয়না ওমদম হৌতৈদা শাদি লৈরাং মাশেননা নুংওক পাইপং মাশেননা খুপিং খুপাই মাশেল খৈরোই য়ুচেং মাশেল হুইরি যাকাইখোং চানুনা লাইখোং লাইহিং চানুনা শিংজং বাথায় যাওনা পিথেক পিথাং যাওনা তোইপী তাংকা চানুকা মাপল লাইকা নোয়তমযে। লাইরেন লাইকা নোয়তমযে। তুপী চাকা নোয়তমযে। খোংশিং অমরক্কা মাহৌ কাইপোক চিংহপু হে নোয়কী নোইবীয়ে। তুপী চানা নোয়পাদি চারেমপানা নোয়পাদি নোয়চুনাশে নোয়চুনাশে লাইবিংথৌওঃ তুপী চান নোয়পাতি লাইরেম্মানা নোয়পাদি চারেমপানা নোয়পাপু শাপী রেননা নোয়তমযে। শাপি যামপা মাঙাই তোমপা নোংদা চিংখল যাংনা লাইরেন লাইকা নোয়তমযে।

ভাউরোইনাইকা নোয়তমহৈ মাথংলেননা নোয়হৈদি মাকুমপীনা নোইনাহেন্নেয়ে। মাকুমপীনা নোয়ৈদি মাপাবিমা মাবোকহৈদা নোকনা নাহৈনেয়ে। ঈপল পালেম ঈমাও চানোইপাদি নিংখিয়ে। শারেন যানা চাওইদা হেন্নাহৈদা নোকনেয়ে। শাপি চিংদা নোয়নাহৈ নোংচিংদা নোয়পাদি নোয়চুনাশে নোয়চুনাশে লাইবিংথৌও। হাবিহৈদা নোয়পাপু থৈনা যাইনা নোয়য়ে। তাংনা শমনা নোইয়ে। কোরৌ নোংদা নোয়য়ে। নোংমদোমদা নোয়য়ে। খোইমোম মাক্কা নোয়য়ে। লাইরৈপাকতা নোয়য়ে। মুংনাং কোনদা মোইয়ে পাওথংকোনদা নোয়য়ে খোইমোম লাইকী নৈপাকতা কোরৌ ভাশিনলৈদা বাংপল তাংদা লৈদা চিংঙ নোংখনলেনদা কোরৌ ভানবা নোয়য়ে। নোংদোম ভাননা নোয়য়ে নোংথৌরেননা নোয়য়ে। সোবারেননা নোয়য়ে। খাকপা নিংথৌ তেনহৈপা বংপা নিংথৌ পানচুমপা চিংঙ নোংথৌ য়োইরেমপা ভলমু কমশিংপা মালং লৌতম হুমপা লাইপক খেলমাই ঈনাপা কোরৌ নোংথকতা তাংৈয় কমপা মুং যাইপিরেল শিদাপা যাইপী মাথোয় লেপপা খাকপা পুরৈরোমপা চিংঙ পুরাং নাবাপা খোক মারকবি ওক্লেপা খোক মারোক হলবাইপা চিংঙ নোংথৌ সোরারেন কোরৌ নোংথৌ নোংশাপা বাপা নিংথৌ লিহৈপা খোইমুম লাইকী লাইনিংথৌ খোইমুম যাইপী য়েনহৌহৈপী চিংঙ যাথংনা নোংনিংথৌ খোয়মুম

পাখং য়োইরেমপা   চিংউ লাংকোই নাখুংনেং লাংকোই চৌনা হেনপা মাপা মারি পানপপু লাংকোই খুংনেংনাপা কোরো য়ায়খংপা বাংপা ভেনখা চুমপা চিঙু মিংথৌবা নোয়বে। নোংপোক পাখংপানা নোয়বে। আতোংপানা নোয়বে হে খোইযোম লাইবেম নাপাবৌকা নোয়বে। কোরৌও লৈমনা নোয়বে মোং দোন লৈমাকা নোয়বে। কোরৌ নোংদোন লৈমা খোইখাং মোংখাই কমলীকা কোরৌ লৈমাগা নোয়বে নোংদোন লৈমাকা নোয়বে নোংথৌবেনকা নোয়বে।

৩। চিংউ সোবারেনকা নোয়পাত্তি মাপাবিকা নোয়বে সানাইমকা নোয়বে পাম্বিইনবা খোয়পাদি হে খোইযোম লাইমিংথৌ চিংউ হৈনা চাউপা হৈনা নাউচাউপা পাবেং উচল কপা খোইযোম কোরৌ হমপা কোরৌ নোংদোন চনপা নোংথৌ খোয়বি কাপা নাউবা খোইদাং শিংপা চিংউ লৈশং থেকবা-যপা লৈবাং খায়োম লৈনৌপা লাংকোই তুখাই তোংপাম মাপাবিকা নোয়বে। খোইযোম লাইমুবাকা নোয়বে সানা লৈমাকা নোয়বে খমপাল লৈমাকা নোয়বে। চিংউ রেমপাকা নোয়বে পোবারেনকা নোয়পাপু চাবে কিভৌ খনবা কিজং খনথাহনা বাংলেন থিমা নোয়বে চাবে কিভৌ শেংনা তাবা চামাং চাদাবা চাবে কিভৌ খনবা কিজং খনথাহনা বাংলেন থিমা নোয়বে ভবেং শেনপুং বৈনা নোয়বে ভবেংশেনকাংবৈনা নোয়বে। মোইপুং খিনকামনাবা শাবিক নোইতম খিংবা সানা চোংলেন খাননা খাংলেন য়াওথৌ কাবা চিংউ তমা নোয়বে। মতালতমনা নোয়বে খোইযোমনা মালেম তমনা নোয়বে কোরৌ কুপনা নোয়বে কুপতুন কুপনা নোয়বে। লংহুম লংনা নোয়বে কোরৌ নোংদোন তাবনা চিংউ মাতাইবোয়হকা খোইযোম মাহী শাংবা কোরৌ লাইপুথৌশিংবা চিংউ মায়কৈ তাকপাকা মায়কৈ তুংদাই তাকপা লৈবিং নোংবিংপাকা চিংউ শেনদম শেমপাকা হপলেন য়াইপী মালেন মৈপী চা-য়বাউ তোংয়াওনা নোংলৈ ঈবৈ খালেন মালেম লৈমুপা কোরৌ নোংলৌ চিংপাকা কাপতুনা নোয়বে লৈবৈপানা নোয়বে চিংযোম নোয়খোম হৌনা আপোক চাদা য়াওনা চাদা লাইহুই য়াওনা আপং আমান য়াওনা আতোং আবেংপাকা কোরৌ লেনদা নোয়বে নোংথোং লেপ্পা নোয়বে মুংখাং য়াকোনমুংদা খোই-মুম লাইরূপ তিননা খোইযোম তিননা নোয়বে তাযরোয়মা নোয়বে নোংতিম্না নোয়বে নোংতিম্না নোয়পাদি চিংউ নোংথৌ পোবারেন কোরৌ খংপা নোংবিংথৌনা য়াইদাখংহনা নোয়বে খোইযোম কুপতুম কুপনা চিংউ তাবতুম তাদনা কোরৌ নোংথৌনা নোয়বে। নোংথৌবেনবা নোয়বে কোনবৈপানা নোয়বে

আতাবপানা নোয়য়ে শংলেপপানা নোয়য়ে আখাপানা নোয়পাতি মুমিং চাউঝাপা নোয়য়ে মুমিং চাউঝাপা নোয়পাদি মালেম পাকনাপা নোয়য়ে। মার পাক্রপা নোয়য়ে কোরৌ কুপনা নোয়য়ে নোংলৌ কুপনাপা নোয়য়ে খোইমোম খৌনা নোয়য়ে লাইয়িংখৌনা নোয়য়ে য়োইখেনপাখী নোয়পাদি নোয়চুনাশে নোয়চুনাশে লাইয়িংখৌ হয়িচক ১। হায়াচক ২। খুনুংচক ৩। লাংপাচক ৪।

১৪৫ (হায়িচক্তা নোয়পাকীতি শোরারেননা নোয়য়ে)

হায়য়িতৈদা নোয়পাদি শোয়ারেননা নোয়পাপু চকপারেননা উরকয়ে চকপা শারাংপানা কোরৌ নিংথম তোন লাইশয়োও রোও শাজিপু লাপা খুনন। পুয়াং য়াংদো শায়ম লীপানা কোরৌ লমপু তানখংলকলে নোংকারমদা তানখংখিতৈ খোইখোমখৌনা নোয়য়ে লাইয়িখৌনা নোয়য়ে শেরোরেননা নোয়ওময়ে আহোং পুংপু নোয়ওময়ে পুংকা পুংপু নোয়ওময়ে পুললাং নোয়পু নোয়ওময়ে য়াইকা নোয়পু কোরৌ চিন্দকি পুরুকয়ে কোরৌ মাথোং চিন্দকি য়াংপন মারাকচিংদাকী মেললাং মিংনা উরকয়ে শাজি তানপানা উরকয়ে কুয়াক তানপানা খংলকয়ে চিংথাং নোংনিংখৌ পাখংপানা নোয়য়ে য়োয়রেনপানা নোয়য়ে। নোংখৌরেননা নোয়পাদি শোয়ারেননা নোয়পাপু চকপারেননা নোয়ওময়ে শারাংপানা নোয়ওময়ে মামুম হেমচেং মাক্তা চকপা মাশাইকোন্দা চারৈ কিজং খনন। কিতৌ খাখননা চকপারেননা নোয়য়ে শারাংপানা নোয়য়ে মেলাং হামেং মিংনা হয়ি হায়া তাংনা সমনা হেমচেং চিংদা নোয়য়ে শুপনাচিংনা নোয়য়ে চকপাচা পাখং মানা হেমচেং চামপকা চকপা মুমলোয় হোওনা কোরৌ নোয়পু নোয়য়ে। মুংনাং নোয়পু নোয়ওময়ে হেমচেংনোয়পু নোয়ে তময়ে চকপা নোয়পু নোয়ওময়ে হায়িতৈদা নোয়পাপু কোরৌ শখনা নোয়য়ে য়াংপন য়ায়না নোয়য়ে রৈনা য়ায়না নোয়য়ে তাংনা শমনা নোয়য়ে নোয়না হৌনা নোয়য়ে ওখম হোনা নোয়য়ে খৌইমোম খৌকি নোয়ওম্পা লাইয়িংখৌকি নোয়ওমপাতি নোয়চুনাশে নোয়চুনাশে লাইয়িংখৌও।

১৪৬ (পেনা=শক্কালি)

(পাময়ানলোন আনোইরোন তাংখুম শারম নুয়াশীপু ওয়খয়ে)

হয়া হেহে খোইমোম লাইরেম্মা তখপা য়াওম লোল পামখোংপী নাপল তাংশকতা নাহু মীখাদাপী

লংখাই খুয়োই মীচৈ লৈমা আঙৌপা য়ুমলেন লৈমা কংলৈ পুংকা নীকপী য়োয়পু তোঙ্গপী কৌপী তোইপী ডংকা চাদু ডংকানুপী পোইতিং রাকা অমপা খাপী মাপাউ শাপু অমপী নাশাপী কোয়ৌ খোংজোমপাকা কোয়ৌ নোংদোনকাও মালেম লৈখা তুনা অমপা পাউদোয়বানা সানা য়োয়পু খেলাং নাহোশানা মালেম লৈপাক ঙাকলিপী অমপা রাংঙমলোল য়োয়পু নোইনু থুমলৈমা য়োয়পু তোমদৌ তুংয়ীনপী অমপা শক-তোং ঙাকলিপী লালকম মায়য়োক লেপলিপী তাংকা নাশাপী আঙৌপা কোয়ৌ খোংজোমপাকা মালং য়াইপী কেনচিন হমওইননা নায়ুম শেল্লোই লৌয়েমনাপা চাইচি লৌওরাং চানদা খাৎ লৌকুময়ে অমপা কোয়ৌ আরাংপীদি তাংখুল শারম নুয়াপীপু ওইনা শায়ওলখিয়ে। চিনফি খানীকনা লাইকি খোয়দোমমানা চিবনা য়াওরুব খোং হকচাং শমখোমবানা কোনতৌ পনচিপি লিকলাই।

১৪৭ (কোয়ৌ খোংজোমপা লাংওব তাংখুল হুইতোক পাখংপা)

নাখংমা খোঙাক মাংয়িননা হাওশম তুংনা খাংলাহনা লংখাই চিংনুং চাদা লৈপাপু চুপা লৈখেংবা তৈনা খাৎ লৌভাখিয়ে। নাশাপী আঙৌপা কোয়ৌ খোংজোমপাদি তাংখুল হয়তোক পাখংপাপু ওইনা শায়ওলখিয়ে। চাৎ শেংকুমনা মালদৌ য়ুচিংনানা শাক কৈখেংনানা রাকচং মাচিন চিন চিন চুপনানা চুমপুম লালৈল খেম হুয়রাং নুংকাল চম কুয়াউ কালনং খাংনা, য়াইপী খাংখোমনা তাংখুল লোইয়োই খোয়া খাংচিল হাইনু কৌপী মিকৌ খাং খাংলেল মাচি আদি লোংপাপু তুংলেং নাখৈয়োমদা য়েপনা তাংখুল য়াইয়োং মাখিংয়েনপু চাৎ লেংদোন য়াননা চেংহা খোক বং পুং খৌহ খুংরাই খাং শাকাপানা পাদপা কৈখৌ ঈন খৌহ নুংনা পকলে। অমপা রাংঙম লোননা খৌহ ঊপাব নুংপু লংখাই পোকপা শেয়োয় খাংশাপা মিংখৌ সানা আসি খোইরুকুব পনচেংচেলব, খোইখোম লাইমুপ মাকমদা খৌহ নুংপু থকলয়ে। পানপা খোংহুম খোং কৈয়েব মাইহুম লাউয়ে ডাউপা খেলং তৌনা কৌয়ে।

১৪৮ (তাইপং মীকী কানানাপা আহানপাতা লাংওম ওইপা মুয়াইকিকা লোইরায়া পায় রানপা লৌইপা য়োপা মাকুম)

হায়বিপা প্রাম মানপা খাইদি মীওইপানা ইয়াব হায়না লৌ ঊপা হৌখিপাকী রায়খি মীওইপাম

১৫৪ (পামচাই চাকোই)

৫। হানাকি খোংথাং কাইমানা চোংলাকা খুং আনিমকনা আমাকা আমাকা আমুক আমুক কারল চংনাইমলাকানি আছুকা খুং য়েংনা মাং থাছুনং খুং ওইমা ইললাকা য়েংলোমদা খুপাক উপনা খুংচা পুম-মামক নৈরাছুনা ওয়বোমদা পুবুকলাকা হকচাংকি মাপা য়ৌবুকপাদা খুংজো নৈথংতুনা খুং য়েংনা মাথক থংলাছুনা উপনা আছুকা ওয়বা লোংবা থাদোককানি পামচাই চাকোইবি।

১৫৫ (থিংপাই পাটৈম থানবা মৈপা চিংপা)

৬। মাথককী মাথংদা মাইপীনা থিংপাই পাম থামপী মৈথানাপা মৈপা চিংলাপে হায়না লাউবাপাদা মায়ামবা থিংপাই পামথানাপা চিংলাপে হায়না খুমলাকা চাকোই লৌরাকানি।

১৫৬ (মৈপাচিংলে)

৭। মাথককী হানবাকি খোংথাং আছুদা চোংলাকা খুং আনিনা খুছুম পায়মাছুনা য়েংকিথোং থাংপাদা ওয়কি খুংনা ওইকী খোং থাংপাতা য়েংকি খুংনা মাংদা হায়দোকলাকা খুজেং নৌনা মাপা মাপাকি নাককনদা আমুক আমুক মাংলোমদা তুংলোমদা আছুম আছুমলক চিংকানিয়ে মৈপাচিংলে।

১৫৭ (মৈজুংতাকী মৈংপোপা মাওং)

৮। য়েংকাতাপা—মৈপা চিংপা আসি থায়নাকী মৈ শীজিননাপা লৌরাকপাকি বারমনি। মাওংনা উ আকংপা আমাদা লী নংত্রাকা কননম পায়াবঃ হুনমঃ হুননা চিংপাতা থোবুকপা মৈ আছুবা মৈ আসি বায়নানাপা হানকাতাপা মৈজুংতি লাশিং কুমপা নংত্রাকা পায়া ইংখিপাকী মাকোল আছুদা মৈজুংতাকী বায়রকপা মৈ লোপাপু মৈপা মৈজুংমৈ থচিংপা কোএ। আশি নংতানা মুং আনি থেংমাহল্লাকা মৈজুংহাপদাকা মৈজুংতাকী মৈ লোপাস্থু নৈবি মাওং ৩৩ নৈবি। আম্বুমবা মাথল কায়া নৈপাপুসু মাওং তিমনাদে মাহুজু মৈমৈ কোএ।

১৫৮ (মৈ থারাশি হায়না কাওকানি)

৯। মাশিকী মাথংদা হাননাকী বাতোকুম পামদা মৈ থারাশি হায়না মাইপীনা লাউবাপাদা মায়ামবা খুমলককানি মৈথারাশি চাকোই লৌরাকানি।

## খুম্বংলোন থৌকল হায়াউপা লাইরোন

১৬৪ (লাশিং মারু হুন্‌লাকানি)

[১৫] মাসিদা খোংথাং থবা তপথাব্রাকানি। খুং ওইনা ফিজিন পাইকানি। য়েংকী খুৎনা ফীকাউ শারিপা আঁহকী মাপুংদাকী খুৎচা পুন্নামক কোবশিনলাহুনা মেৎলোমদা পুখোকলকলাকা প্রাংলোমদা আমুক কৈরপনা খুং উপনা খুপীনে. খুদোনপীনে তিংখোকলাকা আনিরক হায়রাপাকা আহুমলক শুপাদা খুৎচা পুন্নামক পুমথা থাদোককানি। মাসিকী খেংথাংদি আহৌপাকি খোংথাং আহুনি। লাশিং মারু হুন-পানি। আসিকী মাতুংদা ওমলাকানি মাইপীনা য়োং পায়রাহুনা লাউরাকানি।

১৬৫ (মাইপীনা লাশিং মারু ওাশি লাউরি)

[১৬] হাননাকি খোংথাং আহুদা থাংলাকা খুং য়েংনা মাং থাব্রাকা ওয়না তুং ইনহুনা মাংলোমদা খুং আরিমক খুদুম পায়শিনলাহুনা থাংকৎলাকা তপলপ তপলপ থাদাকানি আস্থুমনা খোংথাং আহুমলক তৌরাকানি।

১৬৬ (লাশিং মারু হুমপা লোইরে লৈরাং খুমু হুনলে)

[১৭] মাসিকী মাথংদা মাইপীনা লাশিং মরু ওমপা লোইরে লৈরাং মুখু হুনলে মারু পোকথাইরে মাতোল চোংলে হায়রাকানি। য়েংকী খুৎনা মাং থাব্রাকা খুৎচা পুন্নামক কোবশিনহুনা খুদোনপী থিনকৎলাকানি। খুং ওয়না থাদাহুনা থমলাকানি। মাসিনা খোংথাং আহুমলক কাওপা থাংলাকানি।

১৬৭ (লাশিং লৈরাং হৌরে হায়না মাইপীনা লাউনি)

[১৮] মাথংদা মাইপীনা লৈরাং হৌরে হায়রাকানি। হাননাকি খোংথাংদা মাংলোমদা থাপাক মাপাদা খুং আরিমক খুপীনা মাখা ওনথাব্রাদুনা খুং উপনা খুৎচা তিংহুনা থমলাকা লৈথংলকতুনা খুপী খুদোনপী আনি তিংনা থংকৎকানি। মাসিকী মাথংদা লৈনা আন শুরে হায়কানি।

১৬৮ (লৈনা ২ পানপাকী চাকোই)

[১৯] হাননাকী খোংথাংদা খুৎচা অতৈনা কোনশিল্লাকা খুত্তোমপীকা খুয়াইকা তিংখোকতুনা খুদোম্না মাথকা হায়কৎকানি থাপাক মপাদা হকচাংদাকি কাপ ২য়োম লাপনা শাকানি খুং ২মক মাকল ২দা থমলকা খুপাক ওন-শিনকানি। (মাথংদা মাইপীনা লৈপাল কারে লৈরাং লৈথোং শেংনাপা লাউনি)

## খুমুংলোন খোকন হায়াউপা লাইয়োক

### ১৬৯ (লাম্পিং লৈবাং লৈখোং শেংপা)

২০। হানবাকি খোংথাংদা ওয়কী খুংনা ওযদা খুংগীনা খুদোনপীনে খুংয়ংবকী মাতোম শোক্লা খুংচা আতৈনা কোললপ থমলাকা য়েংকী খুংনা খুং ওয়কী মাথান্না খুংচা পুমনামক কোনশিন্দুনা নাকলদা চিং খোকমকলাকা খুংচা পুমনামক থাদোকাদি খোংথাং আহুমলক ভোরাকানি। মাথংদা মাইপীনা লৈরাং মাপাল ফারকলে লৈরাং পোম্নলে হায়না লাউকানি।

### ১৭০ (লম্পিং লৈবাং পাম্পি লৈবাং পোম্নপা চাকেক)

২১। হাননাকি খোংথাংদা য়েংকি খুংনা মাংদা লেংপান মাপাদা খুংচা পুমনামক শমনানা থাথকলোমদা ওলথংকানি। ওয়কী খুংতি নাকলদা থাদাহুনা থমকানি। খোংথাং আহুম থাংকানি। মাথংদা মাইপীনা লৈরাং শাংলে হায়না লাউকানি। মায়ামনা শাংলে খুমকানি।

### ১৭১ (লৈরাং শাংলে, আপুকী আওং)

২২। মাথককি খুং মাপি কাইদনা থমলাপাকা খুদোন উপশিললিপা আহু থরা কনদোকানি খোংথাং আহুমলক কাওপা থমকানি। মাথংদা মাইপীনা শিনো লৈরাং লাম্পিং শাংলে হেকলাশে হায়না লাউরাকানি মায়ামনা হেকলাশে হেকলাশি হায়রকানিয়ে।

### ১৭২ (লাম্পিং লৈরাং হেকপা)

২৩। হাননাকী খোংখোমলা ওয়কী খুংনা নাকনদা খুংচা কনদোকুনা লৈকানি। য়েংকী খুংনা মিং মাপাদা মাওদা শাপ্পনা চিংখোক্লাক্ক, খুংপীকা, খুংয়ায়নে খুংদোনপীকা খুংতোন শমনানা খুজেং লৈয়না ওয়কী খুংতা পুশিললাকুনা খুংচা শরুপা আদুকা থাদোকাতপানি। ওয়কী খুংনা খুজেং লৈনা উপ্পা থাদোকানি। আহুকা য়েংকী খুংনা আমুক লৈথংলতুনা হানাকী আহুমনা খুং থানিমক আমুক শারাকানি আওমনা আহুমলক শাকানি ভোরাকানিয়ে। মাথংদা মাইপীনা লৈরাং হেকপা লোইয়ে লৈরাং পোমদা নমলাশি হায়রাকানি। মায়ামনা নমলাশি হায়রাকানি।

মাংলোমদা লোংবা ইল্লকানি। আহুদাকী খুং য়েংনা খুঠম পাবশিনহুনা নৈরাকা ওয়ক্তি খুংনা চিংশিল-লকপাদা য়েংকী খুংনা মাংলোমদা ইনথোক্কানি। মাসিনা অংজুমলক তৌরকানি। জাকোই শাবিউদা চিন্না কেরে কেরে কেরে হায়না কপক্রেং মাথোন থককানি।

১৭৮ ( মাথংদা মাইপীনা লাশিং কাপলপশে হায়না লাউকানি )

[২৮] ওয়কী খুংনা লেংজুম মাপাদা খুংচা পুমনামক লোংনা কোনশিললাকা খুদোমপী তিংথোক্কানি। খুং য়েংনা খুপীনে খুদোনপীনে ২মক তিংলিপা খুদোনপী অহুকী মায়াম তাংদা খুংপী মাত্তোননা শোক্কানি। খুং য়েংনা খুপীনে খুদোনপীনে ২মক শমনানা খুংচা আউনা কোললপনা মাচা তানা তিংথোকলাকা ওয়কী মানাক য়োননাপা লোংনা পুথংলক লাকানি। মাথং আমুক হান্নাকী মাফম তান্না মাকনবা হাইথাপাকা লোয়নানা খুপীনে খুদোনপীনে ২মক থাদোকলাকানি। মাসিদি মাবিরক তৌরাকানি। খোংথাং হাননাকী কায়দানা নৈরাকানি। আহুকা চিনদা কত্রং কত্রং কত্রং হুইত্রি কাপ্পী। লাশিং কাপনাপা চাকোই খুংশা খুংথেকনি।

১৭৯ ( মাথংদা মাইপীনা যোইথাপ তাহুনা পুন্নাপা লাউরাকানি মায়ামনা খুমলাকানি )

[২৯] খুং আবিমক মাংলোমদা উপনা থমলাকানি। আহুদাকী খুপীকা খুংয়ামকানা মাত্তোনদা শমনা হললাকা খুং ওয়না উপনা পায়শিললাকা খুং য়েংনা খুশাক তিংনা খুং আনিমক চপ মামানা মাংলোম দা ৩লক হনকানি। আদুমনা যোইথাপ তাহুনা পুন্নাকানি।

১৮০ ( মাথংদা যোইথাপ শংলাকানি লং চিংলাকানি )

[৩০] ওয়কী খুংনা খুহব পায়শিনসাহুনা থাবা থাংকংলাকা খুং য়েংনা থাবা বেমনা খুংতুম পায়রা-খুল য়েংলোমদা আহমলক চিংথোকানি। যোইথাপতাকী লং চিংলাকানি।

১৮১ ( মাথংদা যোইথাপ পুনকানি যোইথাপ নাইকানি )

[৩১] ওয়কী খুংনা খুপীকা খুদোমপীকা কাকত্তোকনাবাকা খুংচা আউনা তিংনা মাংলোমদা থাপাকনি মাপাদা থমলাকা য়েংকী খুনা জাকোই শাবাহুনা খুপীনে খুদোমপীনে খুংয়াইকী মাত্তোল শমনাবাপাকা ৩লক ওয়কী খুংতা হাইদোক হাইজিল তৌবাকানি। আহুদাকী ওয়কী খুংপীকা খুংয়াইকা মাত্তোল শমনাবাকানি

খুন্নুংলোন খোকন হায়'উপা লাইরোক

১৮৫ (অ চিকী ৭থুংবা লং লংকা'ন)

৩৫। খুং ওয়না খুংম পায়শিললাকা খুংপী র 'খংল.কা' খুংয়েংকী খুংপীনা খুংদোংলীকি নাকন্দা চপতুনা খুং ওইকী মানাক্ত' পুনশিললাংক. হঙ্গং হনদা থক খাদা কাম্নন চতুনা মান্নিরক ম'য়েক আসিকুমনা হননা হননা আস্নুমনা তৌকানি।

১৮৬ (মাথংদা তাওং আড্ডাকী লং শংলাকানি)

৩৬। মাথকতা লংখাই শানাদা লৈবিশা খুদুম পায়ত্না লৈবিশা খুংওয়'কি মানাক্তা খুংয়েংসু খুংতুম পায়রাদুনা পুশিনকানি আহুতাকী য়েংলোমদা আমুক খুদুম পুখোকবিপাকা লোয়ননা খুংচা তিংখোকানি মাশিদি তাওং তাকী লং শংপাকি মাওং আস্নুমনা তৌকানি।

১৮৭। মাথংদা মাইপীনা মায়ামপু কৌরাকা রাংকী খুদেং পুশিললকংপা লাইজা ইশিং থল্লা হাপচি-ললকলো।

১৮৮ (লংলা পোপা পোপ শুদোকলো চায়রকলে)

৩৭। খুপাক আনিনা উপনা মাঙলোমদা আমাবা অ'মুক আমাবা আমুক থাংবং থাংদা আহুম আহুমলক তৌরাকানি আহুক' খুপাক আহুমলক মাখোল থোকনা খুপাক খুকানি লংলা পোপ পোপ শুদোকলাকানি।

১৮৯ (মাথংদা মাইপীনা লং শুংদোকসংপে চায়না লাউরাক নি।)

৩৮। খুং আনিমক নাকনদা খাং মাপাদা তোপ্প' তোপনা লৈবাবাকা খুংচা পুমনাক কোনশিল্লাকা খুং উপনা লৈরাকাবি ; খুং আনিমক আমাকা আমাকা কাপ আমা খারা হেননা লাপনা হনকানি আহুকা কি শুবপাকী মাওংদা লৈরাকানি খোংখাং হোংদে লংশুমলো আস্নুম তৌনি।

১৯০ (মাথংদা লং কনলাংশি হায়বা লংউরাকানি মায়ায়বা কলশি হায়কানি)

৩৯। খুং ওয়না খুপাক তিংবা খুপীবা মাথক ওনথংবা নাংবা থবকানি খুংয়েংসু খুংওয়কা মায়ানা ওয়কী খুং মানাক্তাংবী মাখায়োমদা বন খন হায়রাকানি খুংখাওং আহু কায়নারোই লংকললাকানি আস্নুম ংও।

১৯১ (মাথংদা লং লোকলাকানি)

৪০। থুং ওয়না থাদারাম্বুনা থমলাকা থুংয়েংবা' তিংথোক্কুনা মাংলোমদা মাতোন মাপা য়োমা চাউ-কোন কোনশিল্লাকানি আহুকা লোয়নবা থুংশাম্পু কোনশিনকানি' মাওং আহুদা আম্বমক পুখিম্বা য়েংলোদা থাদাখিকানি আমুকতা তৌকানি।

১৯২ (মাথংদা মাশাম্বা পানদুনা লংচাক চাক্কানি)

৪১। লং মাইপাকী মাওং থুং মাওংদি ওয়কী থুং থুদোলনা খ্বাং মাপাদা কাপ আনিরোম লাপনা থুপী থুদোনপী থুংয়াই মাতোন পূমনা লেংদানা মাশাদাকী, লংলি আদু ভবেং মায়োংতা লংচাক থুংয়েংনা ওয় ওইনমা লৈয়রাকানি খোংথাং হোংদে লং চাকশিলাকানি।

১৯৩ (মাথংথাদি ফি হৌনাপা চংদম থাডুনা ফি হৌরাকানি)

৪২। মাতাং আশিদা খোংথাং থবা ওননারাকানি তামনাকী খোংথাং আতুমক লৈরাকা মাংদা খোংকাপ আহুম চংপা আহুকা তুংদা আমুক খোংকাপ আহুম হুনপা আম্বমনা তৌরাকানি আহানপা মাংদা কান-থোকলকপা খোংকম আহুদি থবা লাওনা কানথোকানি আম্বমমা মাতৌরাকানি।

১৯৪ (লংদম থাডুনা ফাহৌপা)

৪৩। থুংকী মাওংদি ওয়কি থুংবা খ্বাং মাপাদা কাপ আমা লাপনা নাকনদা থমকানি লংদম পায়পাকী মাওংদা থুংচা কোনশিননা লৈরাকানি য়েংকী থুংনা য়েংকী নাকনদা আমাম্বুং মাংদা থবা লাপথোকনা থুং উপনা থুংপীনে থুদোনপীনে শমনারমাকা লোয়নবা থুংচা অ তৈম্বু কোনশিনকানি! আহুতাকী উপনা উপনা লৈয়থংলকতুনা থুপাক লোংবা থুংচা পূমনামক তিংথোকলাকানি মাশিদি আহুমলক তৌরাকা য়েংকি খোংনা মাংলোমদা লাওনা থাংহনা লৈয়পা মাতমদা য়েংকি থুংম্বু উপমা উপনা মাংদা পুশিললমলাকা লোংথোকতুনা তিংনা লৈরমলাকা খোংনা তুংহনবা লৈরাকপাদা লোংলিপা থুং আহুম্বু চিংশিনহুমা য়েংকি নাকলদা পুশিললককানি মাশিদি শাবিংপা শাপা য়াই।

১৯৫ ( ফা হৌবাকা তিংদুবা ক্ষেনা খল্লাকানি )

[৪৪] খোংথাংদি রানবাকী খোংথাংদা চংকানি। ফা হৌপাকি খোংদি চংলায়োই খুং ওয়বা খুপীনে খুদোনপীনে শমনানা থাপাক মাপাদা থমলাকা খুং য়েংনা খুদোনপী তিংনা কৈবাকা খুংপীনা মায়ায়কী তাং মাপাদা নাকচেংতা পায়বাকা খুংচ, আইতনা কোনশিনহুনা খুং ওয়কী মান ক্লা মারি মায়েক অসিকুমনা কারন কারন, লৈকানি। খুং ওয়দি লেংলোই। খুং উপনা নায়েংচৈ পায়পাকুমনা আহুম্মক থমকাবি শুনা থমকানি।

( মায়ম তাককে ফা আসিনা খাংদা শাপাকীবি। আহুনা নায়েংচৈদা শুনা থমপাকী মাওং উংকানি আসিনা মাথংকী ফাদি লাইজি ' খোংলাসি হায়না লাউরাকানি। আহুকা ফা শারাশি হাতুনা ফা শাপাকী জাকোই ওইনা উংকানি। আহুদাকীদি জাকোই মাথল কায়া ফীশা জাকোই তেমথেংকানি )

১৯৬ ( ফা শারে ইশাকা কীথা জাকোই শাকানি )

[৪৫] শুনা থনপাকী খোংথাংদা শারাকানি। খুং য়েংনে আমাদি ওয়নে আনিমক লোংথোক্কনি। খুং পুমনামক কোনশিনলাকানি। খুদোনপীকী নাকন্দা থমলাকানি। খোংনা মাংদা কারন চনহুনা হেক নেংপাকা লোয়নানা খোং য়েংনা নেংপাদা খুং য়েংনা ওয়রোমদা খোং ওয়বা নেংপাদা খুং ওয়ব য়েংলোমদা হাইকানি। থুংনা হাঙ্গপাদা খুংচা থাদোককানি। মাথংদা খুং আনিমক মাকি মাকি নাকন্দা মাং ওইরপনা খুং উপনা খুতোল কোললপ তৌরাহুনা হকচাংলোমদা চিংশিনমিন্নারক্কানি। তেমথেংপা পাংউনতেম হুনলাকানিয়ে।

১৯৭ ( মাথংদা ফা শাপা লোইরে ইয়োং শংদি ফা ককলাশি হায়দুবা মায়ামকী মাকমদা মাইপীনা লাউরাকানি )

( ফা ওনাপা কী ককলাশি হায়পা )

[৪৬] খুং য়েংকী থুদোনপীনে খুংয়ায়নে আনিমক তিংথোকলাকা খুংচা আতৈ কোনশিনলাকানি। আসিদাকী তিংলিপা খুংচা আনি আসি আমুক আমুক কাথোকনারকানি। আমুক নপশিলনারাকানি।

আম্মুম তৌরাহুনা আহুমলক তৌকানি । ওয়কি খুংতি নাকন্দাকী মাংলোমদা কোনলপনা খুপীনে খুদোন পীনে খুংয়ায়নে মাত্তোল শমনারাকানি। আত্তিংপা খুংচা আনি নকশিননাপা মাত্তমদা চিননাম্ভু চূপ, চূপ চূপ হায়রাকানি । মাথংদা ফী শুরাকানি, শুরাশি হায়রাহুনা লাউরাকানিয়ে । মায়ামদা থংহনলাকানিয়ে কী শুনাপা ফী ককলাশি হায়পা ।

১৯৯ ( মায়াম্মদা ফী শুরাশি ফী ফোরাশি হায়পা )

[৪৭] ফী শুপা শুমপা কৌপা মাথকী ২৮ । ২৯ কা মাওং মাইয়এঃ থোংথাংস্থ হৌখিনাকা মাইয় আমাতানি থউও ।

১৯৯ ( মাসিকী মাথংদা লাইদা ফী কৎলাশি হাংশা মায়ামদা লাউরাকানি । ফী কৎপাকী হোনাপী ফাকৎলোননি )

[৪৮] চোংলমপা ; খাংথাং আহু তোকতুনা মায়ামনা লেপলাহুনা লৈহৌরাকা মাইপীনে পেনা খোংপানে আনিমক লোয়নানা লাইমাংদা চুমনা চংলাকা মাইপীনা খুপাক আনিমক লোংথোকতুনা মাথাদাকী লাইরোন আসি হায়রাহুনা ফী শাখিপাস্থ খুংপাকনা লেম শাবারাপাকা ফী আসি চিংউ লানিংথৌ লায়রেমাতা কৎলাকানি ।

২০০ (ফী কৎকাতাপা লাইলোন লাইশোল মিংথৈ )

[৪৯] চিংগু ঈপুংথো খোইমুম ঈবেমা লাহালনোং খিংপাই পামদা শেংদোকলাকা পাময়ানলাহুনা শিনৌ লোতম হুনপানা লৈরাং লাশিং খুমুক হুললকপানা শিনৌ মায়াই কাহুনা তুনুং লংলা নাইপাপূ নাকা তেমথেং তোয়পাকি তমপূদি য়িয়োং শংদিং ককচালকলে । চায়ৈ ফিরোই তানলকলেদো । নাদাইরেম নামোমলোই খুজ্ঞাউজপা লৈচাউনাপা লৈপাক মারা তপনাপা নিংথৌ পুনশিনাপা চায়ৈ ফীপুম ফানা কৎচারিয়ে হায়া হে য়ে হো কুরুও। লাইশোন লৈশক আসি হায়রাহুনা মায়ামনা অমাদি মাইপীনা কী শাপা লোইরপাদা ফী কৎপা লোইরাপাদা মাইপীনা চিংহুনা ময়ামনা আমুক লৈশি তাকোই শারাকানি । তাকোই আনি লোইরাপাকী মাতুং আসিদা তোকাতাপা থৌরম মাথা চৎথানাপা তৌরাশে ।

২০১ ( পোংখোনলোল অংঙুপ ঙুপ্পা তাংকক )
( লোংখোনলোলনি )

লাইহৌ মুখিং নংঙাবা আতৈ মুখিং পুদাকী লাইপৌ লোইরাপাকা শায়াবিপা লাইকৌ থারাই খোনজিন্দুনা লাইনুংদা কোনশিললমনাপা লোংখোনলোলনা কোনকানি। আসিদি কৌ কংলাপা মাতুংদা শাপা নৈশী জাকোই লোইরাকা শায়াকাদাপানি! মাইকৈ মাখিকী চিখেক মারিমকতা ওয়রোমদা আহুম আহুমলক নৈকানি খংও।

মাইপীনা: হো লাইনিংথৌ মাদাইরেম মাখোমলোইশা!
মায়ামনা: হাউ হায়না খুমলাকানিয়ে।

(২০২) মাইপীনা: হৌজিক্তি ঈপুংঙো ঈবেমাকী চাবৈ শাপাস্থু লোইরাহুনা চাবৈ কংচারাপাতা আহনপা চাবৈ শেংলাতুনা খুঙ্গাউরাপা নৈচাউনাপা নৈপাক মারা তাহুনা তপনাপা নিংথৌ পুনশিনানাপা চাকহোংনা ওাহোংনা পামনানাপা জাকোইনা খুংথেকনা কংচাপা লোইথারেদো আসিনা হৌচিকতি থারাই মিরেন কোনশিলনাশি লোংখোনলাশি।

২০৩ ( মায়াম, মাইপীনা লোংখোনলোন )

মায়াম—হোয় হোয় হায়রাহুনা মায়ামনা খুমলাকানি।

২০৪ ( মাপীনা লোং খোনপা )

মাইপীনা—হৌজিক্তি পায়া চেপশি লোং শংকাই য়াইমপ লোং ফুমখি হামং লোং চোমলাং খোংখিল লোং মাপেল লাইশানা চেপকোং লোং নাপুথৌ নোংদা লাইরেন পাথংপাপু খোনকং লোং লোংলেল খুংতা পায়রাহুনা মাইকৈ চিখেক মারিমকতা তিনমু লাইমু ফংতা হাউখিপাপু হোয়তোকশি থানা চাউপা রাংপারেলকী কংলৈ মাগুনাংনা হোয়থারাসি পায়া নৈরেল মাপী মাচাকী মাখিক মাথা ফনপাদা রাইথুংলু রাপাথু। আফাপা নুংঙাইপা কুয়রাংপা তায়রাংপাবি চিংঙু লাইকোনথুংহুদা থারাই মাচামক মিকা থানা তারুকনকতি হোই হোই—চনথংশি আসিনাস্থু মাদোমদে।

অসি হায়রাঙ্গনা মাইপীনা লাউরবলাকাবি পেনা খোংপাকা লোইনানা লাইনিংথোকী য়েংথংপা চি-থেক আহ্নাকী হৌনা লোংখোন হৌরাকানি। খোংচংতি য়েংকী খোংচং খোংপী মাতোম্না ওয়কী খোংদু কায়ব চনকালানি। ওয়কী খোংচং ওয়কী খোংপী মাতোনকী য়েংকী মায়াদা খুনিং কাংবা য়েংলাকাবিয়ে। মাসিদি আথুপপা খোংথাংনি। খুংতি আমাতানি আহুবা আত্তপপাকা আত্তপপা খোংথাংকী য়েং থংপা খোংবা মাংদা নাকল ওইরপনা ফৈরপ ফৈরপনা খোংথাং আনিরক শিংনা থাংকানি। আস্থমনা ওয়কী খোংস্থ খোংথাং আনিরক ওয়রোমদা থাংলাকানি। খুংতি চপ মাল্লাকানি। খুং আনিনা ফীজিল আবি পায়কানি। খোং য়েংনা থাংপাদা খুং য়েংনা খাং মাপাদা হকচাং নপলপন থমলাকা ওয়কী খুংবা মাং-লোমদা খোয়দৌ মাপাদা খবা রাংলপনা থমলাকানি। আস্থমনা খোং ওয়না থাংপা মাতমদা ওয়কী খুংবা হকচাং মপলাকা খুং য়েংবা খাংকী মাপাদাকী খব রাংলপনা ওয়রোমদা লৈরপনা থমকানি আদুকা লাই শুমমাংকী চিথেক য়োরাপাদা খোংথাং কায়দানা অহুমলক লৈকানি। লৈরকপা খুদিংকী লাইপৌ লা থাকমলোমদা ওবশিন্নবা খুনীকানে খুংয়ায়কানে খুংতোন মাতোনকা থেংনারাকা কানাশিনকানি। মা-সিদাকী হাননাকী খোংথাং আমাস্থ খুংথম অদু কায়দানা হাংনাকী মাতৌকুমনা চংলাকা চিথেক মারি-মকত্তা আহুম আহুমলক লেরাকা হেক হেক কানাশনকানি মাতৌ আস্থমনা চিথেক মারি লোইরাকা লাই পুপানাচিংপা মী খোংলোই পুমংমক পারেং খনা লাইথেনাকী মাইকেরোমদা লেপহললাকা মাইপীকী লোই নাপা পেনা খোংপাকা জাকোই আহু কায়দানা লাইপৌলা থাকম আহুদা চংলাকা লোং আহু আমুক খোবলাকানি। মাতৌ আস্থম হৌনা খোংথাং কায়দানা মায়ামদা চংলকতুনা লাইপৌলা থাবপা আদুদা কী রাংমাদা লাইরোমদা মায় ওনাশনহুনা লেপলাকা লৈরকতুনা ওনথোকলাকা ফীকাও আহু মাপাললো-মদা আহুমলক ইনথোককানি। আহুকা লাইরোমদাস্থ আহুমলক ইনশিনলাকানি।

## ২০৫ (মাথকতা হায়রিপা মরক্কী নুমিংতা)

মাথকতা হায়রিপা অসিদি মারককি নুমিংতা তৌরাকাদাপানি। আহুকা লাইরোই নুমিংতাদি ৭ তারেংলক তৌরাকানি। মাপানদা ইনথোকপা মাতম আহুদা মাইপীনা হো লাইযিংথো মাদাইরেম

মাযোমশা হায়রাকা লাইরেমাকি মাযোমশা মাদাইরেমশা লাইনিংথৌবে লাইরেমাবে আনিমককী কংলৈ মাগুমাংদা পায়া চেপশিলোং শংকাই য়াই নপলোং ফুমদি থামংলোং চোমলাং খোংখিললোং লোংলেল খুংতা পায়হনা কুমশি কুমজা আসিকী কংতাপা হাওখিপা চানা ভৌদোং লাই পুকচং ঈফাই ভিনমু লাইমু ওকচিন শৌজিল লাই পুমনামক্তি হাওবৈ থাবা পাংপা লমলোমদা হোয়শাবাশি আসুমনা হায়রাহনা মাপালোমদা আহুমপক্‌. হোইদোকানি ওসাহকা লাইরোমদা আহুমলক ইনশিনপা মাত্তমদা খুং আনিনা কিকাউ শারিপা আহুকী কিজিন আনি পায়রাকা মাইপীবা আমুকহনবা লাউরাকানি হো—লাইনিংথৌ লাই-রেমা আনিমককী মাদাইরেম মাযোমশা নাপুংডো নাপেমাকি কংলৈ মাগুমাংদা হায়াও শকপেম তমলিপা খৌদোক কুমহৈ শানাপা আসিদা থারাই মাত্তামক মিকা থানা তাককমক থারাই লাংপুন আচংপপু সানা শাংজাই খুংতাইপাদা হোয়জিললাশি থারাই হামচংবাকাবোই মিবেন থামচংনাক রোই মায়ম আশি হায়রাহনা লাইনিংথৌ লাইরেমা আনিমকতা লাইরোমদা আহুমলক কিজিন আহনা পায়রাহনা ইনশিন্নাকানি আহকা থা হায়হনা লাইরোমদা চেনশিনলাকানি মায়মদি লাইরোন আশি হায়হনা হায়রাপাকা মাত্তম আহুদাদি চোংলোই চুয়া লেপত্তবা খুংতুম ইমথোক ইনশিন তৌরাকানি লাইরোমদা চেনশিনপা মাত্তম আহুদা খুং আনীমকবা লোংথোনপাদা পায়পা খুংপায় আহুমক পায়কানি লাইমাণ্ডা লেপলাকা মাইপীনা হায়কানি হায়কাতাপা লাইবা আসিনি থংও।

## ২০৬ ( লাইতা হায়কাতাপা বাহৈতি আসিনি )

হোশিতাপা—চিংগু ইপুংডো খোমুম ঈবেমা চিংগু আনিমককি কংলৈ নাগুণাঙদা কোয়ৌ চুপনা শায়াপা বাংপব চুপবা শানাপাদি নাদাইরেং থাদীনা মাইপীনা খুমক সানা লৈকা য়েপহনা ইপুংডো ইপেমা আনিমকপু চিংখোকতুবা শানাকপাপু খোংবাই আসিদা হনজিনপিয়ো হে ঈপুংডো হে ঈপেমা লেমবৈ তাপু খোবপা নংতে লাইনিংথৌবে লাইরেমাবে আনিমককী মাইপীরেন থারাই মাত্তামক মিকা থানা তাকুবমকপু লোংনা খোমজিনচারাপানি খোমজিনচারাপানি লেংশিরাকাদু ঈপুংডো ইপেমা লেংশিরকাদু কম-পান সাবা শংকাইদা লেংশবনা পানকাপা বিচাপানি বায়ম আসি হায়রাপাকা লাইপৌ না থাকমদাকী লাইপং থাওপা চংলকপা আহুদাকী আমুক হনদোকখিপা মাত্তমদা লাইনিংথৌবা খোইরে লাইরেমাবা খোইরে

হায়রাহনা খুপাক খুৱাদুনা খুতুম শাকানি মাশিদি মাইপীনা হাননা হায়রাকা লাইয়িংথৌরোমদা মুপা আহুমনা। মাইপীকি মাতুংদা ইনকানি আহুত্তাকী লাইরেমাকীরোমদা মুপী আহুমনা মাইপীকী মাতুং ইনকানি হায়রিপা মুপা মুপীশিং আহুনা লাইপোলা থাকমদাকী চেনশিনপাদাসু হানপা তানারাকানি লাইনিংথৌ লাইরেমাকী লাইশং হাননা য়ৌপা মুথানা মুপিনা হাননা য়ৌপা আহুনা মুপানা লাইনিংথৌনা থোইরে মুপীনা হাননা য়ৌরাকানা লাইরেমানা থোইরে আসুমনা হায়রাকানি। আসুমনা আনিরক হননা লাইকি লাইমাংদা চেনশিনলুরাকা থোরকপানা লাইপৌ লা থীকমদা মুপানা লাইয়িংথৌকী নাকনদা য়েংত্তা মুপীনা লাইরেমাকী ওইকী নাকনদা লেপকানি।

মাইপীনা=হো=লাইয়িংথৌ লাইরেমা মাদাইরেম মাখোমলোইশা হায়না লাউকানি।

ময়ামনা=হাউ হায়না খুমলাকানি।

মাইপীনা=আশাই মাথৈ লোংখোনপাদি কারি পাংতা খোনপাকে কারি গা ফারাপাকে হংচৈরে।

ময়ামনা=খাখোংদা লোংখোলি ভানোয় ভাক্তা ফারকয়ে।

মাইপীনা=হো লাইরেমা মানাইলা।

ময়ামনা=হাউ হায়হনা খুমলাকানি।

মাইপীনা=নাখোয়মা লোংখোনপাদি কারি পাংতা লোংখোলি কারিভাপু ফাপাকে হংচৈরে।

ময়ামনা=লাইখোংদা লোংখোলনী ভামু ভাক ফায়ে অসুমনা লোংখোনপা মাকম ভাকই ভাসু ফাপাভাকী মাশক মামিং ভাকই আসুমমা থংও।

২০৭ (লেমলৈ ভাদো লাইত্তোন লোয়রবা শিজিন্নবা থমও)

মাইপীনা মাথংদা ময়ামদা নাখোয়না লোংখোনহুনা লেমলৈ ভাকায় হায়রীপা আহ হায়েং চংও লাইত্তোন লোমলাকা থোয়ুবনা থৌদোম লোবলাকা শীজিন্নবাপা নিংখিনা চেকশমনা থমচোকো হায়রাকানি ময়ামনা হোয় হোয় হায়না খুমকানি। আদুত্তাকী হাননাকুম লাইদা আমুক চেনশিনলাদুনা লাইকী মাংদা মাথকত্তা হায়ত্রিপা লাইরোন আসি হায়রাহনা লাইদা থারাইবি হনজিনলাকানি।

২০৮ ( মাইপীনা ল'ইরেল ম'থেক পাক্তোন জাকোই চৎপা )

আহদাকী আসুমনা আমুক লাইপৌলা 'থাফমদা থোরকলাকা লাইদা মায় ওন'শিনলাহনা মাইপীবা থোং নামমা নামমানা মাংদা থাংজিললাকা আমুক থাংতোকতুনা থোং আনিমক ওম্' ওননা হননা হননা থাংকানি। হকচাংদি চোংলোই ঈপোম খর খর নাইবা মাংদা তুংদা ইনথোক ইনশিল তোপাতানি। য়েংকী থোংদোন আনিরুক থাপাদা খুপাক আনিরুক খুকানিয়ে। আতুকা ওয়কী থোংনা আনিরুক থাংপা-কী আহানপাদা খুপাক আনিরুক খুরাকানি। খুং মাতোননা লাইপৌলাযোমদা ওনশিনবা লোংথোক্তানি খুপাক আনিমক নাকলদা হনকানি। ওয়কী থোংবা তুংদা হল্লকপা' আনিরুক খুপাদা লোংথোকলিপা খুং-পাক আনিমক খুং মাতোননা মাথক থংনা লোংবা ওনথংলকতুনা আমুক উপনা লৈথোকলাকা য়েংকী থোংথাং লাকপাদা হান্নাকুম খুপাক আমুক খুকানি আসিকুমবা খুপাক খুপা লোংথোকপা আসি অহুমলক তৌরাকা হামনাকি থোংথাং আতুদা খুপাক খুহনা লাইপৌলাকী অ'কোইপাদা ওয় ওয়নানা কোয়রকলাকা মনথোং হায়পাদি থাংজিংকী মাপা য়োরকপাদা খুপাক খুরাহনা খুব' খুনা ওয় ওয়নানা উপলৈ আহুমলক লৈরাকা য়েংওয়নানা লোংলৈ আহুমলক আমুক লৈরাকানি। লোংলৈ লৈপা লোইরাপাকা হাননাকী থোংথাং আহদানা আহুমমক মাংলোমদা চংশিল্লাকা রাংপারেললোমদা মায় নোংপোকলোম ওন্না লাককানি য়ে। খুংবা লৈশী চাকোই শাকানি। অ'সুমনা পনদানা লাকপানা মারজিং চিংথৈ মাপা য়োপাদা থাংজিংকীদা তৌখিপাকুমনা চাকোই শানা শানা উপলৈ ওইনা আহুমলক লৈরাকানি। মায়মদি আ-সুমনা আমুক লোংলৈ আহুমলক লৈরাকানি। মাতম আসিদা পেনাসু থোংকানি। আদুদাকী হান্নাকুম-মা চাকোই শাহনা মায় নোংচুপ ওননা লাকলাকনি। আতুকা কৌপাক্রু আমসুং থাংজিং শমতুনা লাক্লা-কা রাংপায়েল থৈরম মাপাদা আমুক উপলৈ লোংলৈ আহুম আহুমলক তৌরাকানি। মাথংদা মায় আবাং ওননা লাকলাহনা মারজিং শমনা লাকলাকা কৌপাক্রু লাইচি মাপাদা হাননাকুমনা আমুক উপলৈবে লোং-লৈনে আহুমলক আহুমলক আমুক তৌরাকানি। মাতৌ আসুমনা চিথেক মারিমকক্তি উপলৈ লোংলৈ লোইরাপাদা মায় মাথা ওননা লাকলাকা থাংজিংবাকী মায় নোংপোক ওন্দুনা রাংপায়েল শমহনা চৎলাকা

মামাই আরাং ওন্দুনা মারজিং আমাম্বং নোংচুপ ওন্দুনা কৌক্ত শমলাহনা লাক্লানি আপুম তৌনা ওয় ওইরা পুমকোয় কোয়পা আহুদাকীনা আহুমলক কোয়কানি কোয়পা আসিনা লোয়রাপাকা হাননাকী লাইপৌ লাকী মারাকতা লাইদা মায় ওবশিন্নহনা লেপলাকা আহানপাদা খুপাক লোংথোকপীরাকা চাকোই অহু আমুক আহুমলক শারাকা লাইরেন মাথেক লোইশিনলাকানি খংও।

২০৯ (আশিকী মাতাংদি ফিপুলহাপী)

লাইরেল মাথেক আসি চংপা লোইরাপাকা লাইপৌলা থাপ্রিরিপা আহুদাকী মাথকতা থারিপা কি আহুকী মাথক আহুতাকী লৈরিপা লাংথৈ শিং আহু য়োমশিনলাহন লৌথোকও আম্মুমনা লৌথোকপা লৌথংপা লোইরাকা আহুকী মাতুংদা লাত্তোন আহুম আহুদি শেঙইরাপাকা মাথারোমথংপাদা তুমাং আহুকী রাংমাদা ছনদোকপ্রাকানিয়ে মীনা ফাওপা শোকলোইদাবা চাকারোমদা ছনদোখিগদবনে খংও।

২১০ (ইননাফি আহমপা আমানা তিংথোকতুনা থলও)

আহুতাকী খুংতকতাকী ইননাফি আহনপা আমানা লাইপৌলা থারমপা মাকম আহুকী মাথকতা পাকনা তিংথোকতুনা চিথেক মারিমকতা মী মারিনা লেপলাহনা ফিজিল মাচিন মারিমকতা আমামতা চুথেক নাইরাহনা পায়রাকানি। ফিজিন পায়পা আহুদি লেংহনদাবা পাইকাদানি চিংথৈ পাংপাদা লাইরেমাকী চোং পায়পা মীনা চোংকং লোয়নানা ফিজিল আহুপায়কানি আমাদি থাংজং লোমথংপাদা লাইরিথৌকী চোংথোং পায়পা মীনা ফিজিল আহুকা লোয়মানা চোং আহু পায়রাকানি। লাইয়িংথৌরোমকী চিথেক্তা নীপা আমামা রা আমাকা ফিজিল আদুকা পায়কানি। কৌক্র লাইচি থংশাদা মুপা আমানা রা অমাকা ফিজিল আহুকা পায়রাকানি আপুম তৌনা তিংথোকলিপা কি ইমাফি আহুকী মাযায় চাপুকমকতাদা লাইপৌলাকী লাংথৈ মায়োম আদুনা হাপলাকা ফিদা আহুনা য়োমশনহনা পুখংতুনা মাথকতা লংবা পুনশনলাকানি। লাংথৈকী মায়োম আহু মাকম লেংহবদনাপা থমইপা আহুদা হায়রাহনা মাথাদাকী য়োমথংলাকা পুনশিনলাকাতানি আম্মুমনা শেমলাপা আশি লোইরাপাকা লাইকি খুদৈশেন পুরিপী শৈশাপী আনি আহুনা পুরিপা খুদৈশেল আহুকী মানুংদাকী ফিপুন আনি আহু লৌক্লপাকা তিংলিপা কি ইননাফি আহুকী মাথকতা হাপচিলাকানি।

আদুকা মাইপী আমনা কীজংকী মাথা থংপাদা আমনা আরাং থংপাদা অ:স্নুমনা নাক য়েংতা মাইপী ২না লৈরাপাকা মাই মাই ওনশিননারাহুনা লেপকানি। মাথারোম থংপাকী মাইপীনা :— হোয়না লাইবিংথৌ খুপাক লাইরেম্বাকী চাকোই যা যা আস্নুমনা হেক হেক হায়রাকা মাইপী আনিমকনা খুপাক অানী আমীয়ক খুরাহুনা খুং লোংথোকনা লৈরমপাদাকী খুং আনিমক ওয়ন; ওয়দা য়েংনা য়েংতা হায়দোকনারাকা লৈং-থংনারকতুনা খুংতোল আনিমক মাথকলোমদা ওনথংনাদুনা খুপাকনা মাপাললোমদা ওনথোকতুনা মাং মাংদা ইনথোকনারাকানি আস্নুমনা আহুমলক 'হনবা তৌরাপাকা মাথারোমদা থংপী মাইপীনা লাইখিংথোকী কী-পুল পায়রাহুনা আহুদাকী আরাংলোম থংপাকী মাইপীনা লাইরেম্বাকী কীপুল আদুপু পায়রাপাকা মাথা-রোমদা হায়রিপা খোংথাং আসিদা ইলৈনা লৈনা চাকোই চপ মান্নানা শামিননারাকানিয়ে থংও। অমাদি খোংথাং খোং আমামমনা খোংকম আনি আনি থাংতুনা লৈরাকানি আহানপাদা য়েং ওইনামা লৈপাদা য়েংকী খুংনা কোক মাথকতা রাংনা থাংকংলাহুনা কীপুল পায়রাকানি। লৈপা লোইরাপাদা রাংথংলিপা য়েংকী খুং হায়থারকতুনা হকচাংকী তুংদা ওয়কী খুংতা কীপুল আসি পীরাকানি। মাসি লোইরাপাকা ওইরোমদা আমুক লৈরকানি। ওইকী খুংও কোকথকতা রাংনা থাঙংতুনা কীপুল পায়রাকানি; আস্নুম তৌরাপা চাকোই আসিপু কীপুল মাপুম আহুমলক কাকানি। আস্নুমনা আহুমলক শাপা লোইরাপাদা কীপুল আনিমক কীজং মাথকতা আমুকত থমলাকানি। আসিকী মাথংদা মাইপী আনিমকনা কীপুল আনিমক আসিপু ওমারাহুনা পায়নারাপাকা হাবনাকুমনা চাকোই আমুক শান্নাকানি। চাকোই আসি শাপাদা মাইপী আনিমকনা আস্নুমনা মাথাকী ঈশৈ আসি পুমনামক শকমিন্নারাকানিয়ে। ঈশৈদি মাইপী আনিমকনা শকখাদাপা ওইপানিবা থংও।

## ২১১ (কীপুল ঈশৈ শক্কানি)

### (ঈশৈ—মাইপী আনিমকনা শকমিন্নাপা ঈশৈ)

হুরানা কীপুল ডাইরোংচিং, লাইপুংথৌনা হুল্লাকা লাইহুরানা ওকলোচিং, লাইমুরা ৭না হুল্লাকা লাইপুংথৌ যাপননা ওকলোচিং, (হুরানা কীপুল ডাইরোংচিংদাকী হোৎশিননারকপা লাইনিংথৌ লাইরেমমাকী কীপুল ঈশৈ আশি মাইপী আমনা শকলকনি আরাই আথুব লৈরে)

## ২১২ ( ফিপুন চাকোই ঔশৈ য়াওদাপা )

আস্নুমভৌনা আকোমপাকী চাকোই লোইরাপাকা ভৌকাভাপাদি ফিপুন আনিমক ফিজং মাথক্তা হাননাকুমনা থমলাকা চাশাই আহানপাকী হোপাদা ভৌখিপাকুম মাকি মাকি ফিপুন আহ্নমক পায়নারাকা আহ্নমক ঔশৈ য়াওদানা, আনিমকনা আমুক চাকোই শারাকানি আদুকা মাখারোমথংপাকী মাইপীনা ফিপুন থমলাকা থাংজিংদা লেপলিপা লাইম্বিংথৌকী চোং আহুকি মানাংদা ফিজং মাথাদা লিংলাকা নোংচুপ লোমদা মায় নোংপোক ওয় লেপলাকানি মাশিকুমনা আরাংকী মাইপীস্থ চিংথৈ থংপা লাইরেম্মাকি চোং মামাংদা ফিজং মাথাদা লিংতুনা মায নোংচুপ ওননা লেপলাকানি আস্নুম্ ভৌনা নোংপোকমে নোচুপভানে লেপনারাকা আমুক ইহান হানপাকী খুপাক চাকোইকী মারম আহ্নু ইকায কায়দানা শারাকাভাপানি ঔশৈদি য়াওরোইয়ে। খুপাককী চাকোই লোইরাপাকা মাকি মাকি ফিপুন আহ্নু পায়নারাহ্নমা ঔশৈদি য়াওদানা হাননাকুমনা মাওং, মানানা চপ চান্নানা চাকোই শানাকানি. আশিলোইরাপাকী মাতুংদা।

## ২১৩ ( আশিদাকী চোংখোং য়েংপা )

ফিপুন চাকোইকি মাতুংদা আমুক কোযরাকানি মাশিপু ফিপুন পায়রাহ্নমা চোংখোং মারিমক য়েংনা য়েংনা চেনকানি মাওংদি নোংচুপকি মাইপীনা লাইম্বিংথৌকী চোং কোমশিননা ফিজং মাথাদা লাকলাকা লাইরেম্মাকি চোংনা ওয় ওইননা য়েংলাকা মাশাকী হাননাকী নৈকম আহ্নদা ভারকলাকানি মাশিপু আহ্নমলক হনজিননা থেংকানিযে। য়েংলিপা মাওং আশি ৪ কী আক্কাকী মাওং মানপানি নোংপোককি মাইপীনা থংপারেম মাইকৈলোমদা লেপলিপা চোংখোং আশিপু য়েং ওইনাবা কোমশিললাকা ফিজং মাথাদা লিংলাহ্নমা কৌক্রু পাংনা লাকলাকা ওয় ওইনা চৌক্রুকি চোংখোং আহ্নু কোয়রাকা মামাই নোংপোক ওননা লাকলাতুনা মাশা আহ্নকী হাননাকী মাশম যৌরকানি ফায়রিপা আশিপু আহ্নমলক য়েংলাকানি আহ্নমনা য়েংপা আশিদি মাথকতা হায়গ্রিপা আসিকুমনা মাওং আহ্নু মারানা য়েংকানি আশিদাকীদি নোংপোককি মাইপীনা ফিজং মাথাদা থাংপারেনভমনা চংলাকা ওয় ওইননা চোংখোং কোইশিল্লাকা মামাই নোংচুপ ওননা লাকনাদুনা থংজিংকী চোপু য়েং ওইননা কোইশিননাকানি মায়ওনদি নোংপোক ওননা আমুক লাকতুনা ওয় ওইননি আমুক কোইরাকানি মাশিপু আহানপাদ য়েংখিপ আহ্নকা মায়েং আশিকী

মাতুংদা নোংপোকতা মাইপী আশিনা আমুক মামাং নোংচুপ ওয়া লাকলাকা কৌক্রুকী চোং খোংপু ওয় ওইয়া কোয়কানি মাখাদা মায় নোংপোক ওনবা লাকলাকা মারজিংকী চোং আশিপু য়েং ওইনানা কোয়-রকতুনা মায় নোংচুপ ওয়ককানি আড়ুকা কৌক্রুকি চোংখোং আশিপু আমুক কোয়রাকানি মাশিন্নু আহুমনক য়েংকানি আন্থুমনা খানে আরাংনে য়েংপা লোইরাপাকা নোংপোকক নোংচুপকা মানিংকা অমিকী চোংখোংদা আমুক আমুক য়েংলাকানি। নোংচুপ মানিংকী মাইপীনা অরাংদাকী ওয় ওইনানা য়েংপা হৌরাকা মাখাকিস্থ য়েং ওইনানা য়েংতুনা চংকানি। আহুকা নোংপোককি মাইপীনা মাখাকী রাংপারেন্দাকি ওয় ওইয়া য়েংপা হৌরাকা আশিতাকী কায়ন চংতুনা মারজিংকি চোংখোংপু য়েং ওইনানা কোয়কানি। হায়রিপা আশিপু আহুম আহুমনক য়েংলাকানিএ।

২১৪ ( চোংখো য়েংপা লোইরাক্রা লৈশি চাকোইশা'ন )

মাতৌ আন্থুমনা চোংখোং য়েংপা লোইরাপাকা মাইপী আনিমক মাকী মাকী হায়নাকী মাকম কি-জংকী মানাকলোমদা আরাংলোমদা আমুক লেপনারাকানি। আহুনা মাতম আশি ফাওপা মাখুং য়েংনা কিপুল পায়রিকানি আদুনা আমুকন্থ মাতম আশিদা মাইপী আনিনা ঈশৈ আমুক আমুক শকনারাকানিয়ে। লৈশি চাকোই নাত্রাকা চোংহুনা খুপাক আনিমক নাকোং মাপা মাপাদা খাংকললাকা লৈখোক লৈশিন তৌরাকানি হায়পাদি খাংকংলিপা খুপাকনা মাহুং মাপাবদা ওনখোক ওনশিন তৌরাকাতানি।

২১৫ (মাইপি আমা আনিনা ঈশৈ শক্লাকানি )

১। আহানপা মাইপীনা শকপা ঈশৈ খং=খং—খংনারো=মশো-খংনরো। নোংমাইজিংদা উ য়ালনে: খাংদা য়ুহাহারে। খাংজাপা লৈয়াই খুরায় লৈমা নুংশি কাপোকনু রে—রে—রে।

২। আনিশুপা মাইপীনা শকপা ঙ্গুয়াঙ্গী পামলো ওদা ঙ্গুরাপীকী পাম হৌপাদি লৈরাং হাউঁর হাওরৈনা ঈঙাং—ঙাংনা শাংপাদি ঈঙাং—ঙাংনা নিংখিরে ঈঙাংনা ঙাংনা ফাজারে ঈপুং খোয় মোমশিগোর কাচেং-খোয় খোংজাউ খোংশি লালশিংওদা লৈহাওনা মায়াং খায়রিওরা এৰৌনা শমলাং তাহৌপাদো ইপুংখোয় খিংতা খুনপিরকউপা হাদা ঙ্গুংপাল পুনশি ঈরালৈ কংত্রাপান্থ শিয়াগৈ য়াবত্রাপান্থ চাইশিলগৈ লৈরাংনা

খারোম লৈনৌপা শিংজেলনা লৈপুল শাপানি দে দে দে

( সানা লৈপাক খুংকংনা পানথোইপী হরাওপা )

নাপেমাবিকো চিংদানা লৈরে হাও ওইপীনিকো ভমদানা সানা লৈপাকতা খুংকংদা লৈরে লাইরেমা-নিকো ভমদানা লাইওইপীনিকো। মুংশাপু শাদানা কৌকংপী মোংপুদা চুদানা শাইচোংপীনি ঈচুনা বোং থাং লৈমানে ঈয়েকনা পামপা পানথোইপীনিদা হা ——নাপেমমানিকো হোই, হোই, হোই, ঈথোংনা হাও-থোং তাপীনে ঈবমনা হাওনা নমপীনে কৌপানা লোকশা আমাদা ' উপী উবেল পোকলকপীনী। লোইপীনা লোকমায় আমাদা শাহুনা য়াংকেল লিংলিপিনে নাপেমানি নাপেমানিকো নাপেমা।

২১৬ ( পাচুনাপা চুখোং পাইরাদুনা মক্কম ৪বা চুনাপা )

আস্নুমনা ঈশৈ শকনাপা লোইরাপাদা জাকোই শাপা লেপলাকানি। আহুকা মাইপী আবিনা পায়রিপা কীপুল আনিমক আহুদি থাংজিং থংপা চোংখোং পায়রিপা নিপা আহুকী মাতুংদা মাইপী আনি আহুনা মাখোয়না পায়রিপা কিপুল আনি আহুনা থেংনাহনলাকানি। আদুকা চুই চুই হায়রাকানি। আহু দাকীতি মাথংদা আমুক মায়াচিংলোম থংপাকী চোংখোং পায়রিপা নিপা আহুকী মাতুংদা আমুকস্ত চুই চুই হায়রাকানি। আস্নুম তৌরাপাকী মাতুংদাকী রাংপাবেললোম থংপা চোংখোংদাস্ত আমুক চংশলহুনা চুই চুই হায়রাকানি। মাইপী আনিকী কীপুন আনি আহুনা আস্নুম তৌরাপাকা আরোইপাতা কৌপাকলোম থংপাকী চোংখোংদা চুই চুই হায়রাকানি। কীপুন আনিমক থেংনারাকানি। আসিপু চোংখোং চুনাপা কৌএ; লাই নিংথৌ লাইরেমা পাচুনাপা লোইশিল্লাকানি। আস্নুমনা চুনাপা আসি লোইরাপাকা হাননাকি মাফমদ লৈরাকানিয়ে মাথাদি চোংখোং লীংপা।

২১৭ ( চোংখোং জিংপা চুনাপা )

মাতম আসিদা কীজং মামুংদা চংহুনা কীজংকী মায়ায় মাপাদা মাইপী আনিনা আমুক কীপুল চুনারাপাকা মাইকৈ ওয়া তৈভানা লেপলাকানি। আহুকা আরাংকা মাথাদা আমুক' লেপলাকা কীজং মাথাদা চংলাহুনা পাচুনারাকানি। আস্নুমনা কীজং মাথাদা পাচুনাপা আসিদি আহুমলক চুনারাকানি।

আকোমপাকী আহুমলক শুপা পাচুনাপা লোইরাপাকা ফীজং মায়ারদা আদুমমক হাইদোকনারকলাহুনা মাথাকী মাইপীনা ফীজং আহুকী নোংচুপক্ত আদুকা আরাংদাকী মাইপীনা নোংপোকতা লেপলাকা ফীজং মায়ারদা আমুক হননা অ'হুমলক পাচুনারাকানি ; আহুম শুপা পাচুনাপা লোইরাপাকা মাইপী আনিমক খুৎশমনারাহুনা মায় থাংজিং ওন্না নোংচুপলোমদা থোরকনি। মাপাল থোরকলাকা লাইমাংদা খুৎশমনাপা আদু থাদোকনারাকা মাইপী আনিমক য়েং ওই নাইনা আমুক আমুক লৈনাকানি। আস্নুমনা লৈনাপা লোইরাপাকা মাকী মাকী হান্নাকী মাকমদা ফীজংকী মাথারোমনে আরাংলোমনে আনিমকতা চৎতুনা আমুক লেপনাপ্রাকানি। মাতম আসিদা ফীপুল আনিমকত্তি ফীজং মাথকতা হাপচিনলাকানি।

২১৮ ( ফীজং থল্লিপা মী আত্রু পুলপ লোথোক্কি'ন )

আহুদাকী মাথংদা ফীজং পায়রিপা আত্রু থাদোকহনলাকা পুল্লপনা য়োমশিনহুনা আরাংকী মাইপীনা কোনশিল্লাকা ফীজং থল্লুপা ইননাকী আহুকী ফীজিল আনিনা মাতুংলোমদা কিশী কিহুনা পুমশিনলাকানি চোং পায়পা মী মাপ্রি আহুদি হাননাকুমনা আহুমমক লেপতুনা লৈথিকানি। আহুকা মাইপী আনি আহুনা মাথারোমনে আরাংলোমনে কায়দানা খুৎ শমনানা লাইরোমদা চংশিললাকানি। মাইপী আনিনা চৎনা চৎনা মাথাকী ঈশৈ আসি শককানি। চোংলাহুনা চাকোই শাকানি। মাথুৎ আমুকস্নু থাদোককানি। ওয় য়েংকী থোংদোন আনিনা থোং মামাকী মাংদা আমুক আমুক নেৎলাকা মাকী মাকী হাননাকী মাকম মাকমদা আমুক হমতোকলাকা লেপকানি। হকচাং চোংনা চোংনা থোংথাং আসি থাংকৎলাহুনা চোংকাত্তাপাদি মং:ত। পায়নারিপা খুৎ আনি আহু পুমনা থোংথাং চানা হাইরাকানি। আরোমপা খুৎ নামথী নামথানা আমাকীনা য়েংলোমদা আমাকীনা ওয়রোমদা নাকোং মাপা মাপাদা খুৎনা থাংকৎনাহুনা চাকোই শারাকানি। আহুকা মাইপী আনিমকনা ঈশৈ শকনা শকনা আস্নুমনা মাইপী আনিনা মাথুৎ শমনাহুনা লাকপা আহু থাদোকনারাকী চাকোই শাকানি। হায়রিপাসিদি মাথাতাকী ঈশৈ আসি শকানি। খুৎ আনিমক থাংকৎতুনা নাকোং মাপা মাপাদা,

২১৯ ( মাইপী আনি ঈশৈ শক্কানি )

[১] নাকুই খেং নাকুই হোং মাই লৌ হৈ।
হৈরাং মাতা লাংকু তাউ।

হে মেলো লাংকু তাউ।
আখাম মেলো লাংকু তাউ।
অমু খাই, খাই, খাই; খাই।
তেয়া কোহিং কোই কোই।
কাচিরা কোহিং কোই কোই।
হৈ লো মাই॥

খুং থাংকংনাহুনা খুপাক তিংনা খুদোমনা মাথকতা ওনখংলাকা খুপাক আহ্ লৈথোক লৈশিল তৌরাকা নি খোংথাং হায়াকী আহ্ মাঙায়রে। অমুম তৌনা মাইপী আনিনা ঈশৈ আমুক মাথাকী আসি শকলাপাকা চাকোই শানাপা তৌরাকানি।

২২০ (ঈশৈ আ'স মাইপী আনিনা শক্লাবি চাকোই শাকানি)

[২] চিংঙ্না খোয়যুম লাইনিংথৌ ও: ও, ও: য়োইপুনা খোইমোম লাইরেমা চিংঙ্ আনিমক নাত্তে নানাওনা,

[৩] ২২১ আযুককি যেমদা আঙনপাদা তায়াকী চাকউল চাহুনা চাবৈনা কীজেং লৈতেংলে কংলৈ নাহাককি নাগুমং খোপোম নাহাককি লাংপুরোয় চেকলা নাঙাককি চাকত্ফম পোমপীনা নাহাককি কায়দোংকম চিংঙ্ ঙাইয়াম পুমপার হ'র'ও মাথোই কাকুপা খোদোক কুইম শায়ানা নিংখিজারেদা ফজারেদা দে, দে, দে,।

[৪] ২২২ চিংঙ্না খোয়যুম লাইনিংথৌ ও; ও; ও:
সানানা শংকাহ কুংঙাইপা মীরাঈপানা কাউমদা
পোংঙাইপানা য়োঙ দয় পামপানা লৈপা লোককুমনা,
শোকিনাপা শংনিদ খুপোমনা তাংদা খুদিংদা
সানাকী থমপাল আমিনা ঈঙাং ঙাংনা শাংকাইরে
রে রে রে শোরেরেক লৈপাকতা সানাকী থামপৌ তোননিংগৌনা
লাইকায়কপে দে দে দে।

শাজিকনা আনি থোকপাকুম শাপানা আনি চুপাকপাকুম সাননা ফমংগাল লাংলিপা নিংথিরে কল্লারে দে দে দে। আং নাদাইরেম খুঙ্গঙ আচৌপা খুনজাউপাপু পীশিয়ু লৈচাউপাপু পীশিয়ু লাইনিংথৌ ল'ইরেমা দে দে দে। চিংঙ ঈপুংঙো থোয়ুম ঈপেমা কোরৌও চুপ্পা শানমাপা ব'শন চুপনা শানাপাদি আহিং ঈঙ্গুং শোই য়াইমাদা নাদাইরেম খুঙ্গং আচৌপাকী নাম্ম মীপুম বাংতান থাবাই মিরেন চংথোনপাপু চেংনা চাননা কোনশিনশিয়ু শিংঙেল লৈকা থক্কা তেথাবাশি লৈবাং লৈয়োনম্মুংদা কনজিনপিরো।

২২৩ ( মাইশিনা পুরুম লৈপাইচ্চ'পা )

৫। মারম শৈশক আশি ভাবতনা মাইপীনা লাইদা পুরুমলৈপাইজ'পা মাইপীনা খুপাক আনিরক খুবাক খুপাক আনিরক তিংকানি খুংয়েংনা লাইনিংথৌদা হাননা ওয়রি লেংজুম মাপাদা তিংথোককানি আতুকা খুং ওয়মা লাইরেমাদা য়েংকী লেংপাল মাপাদা তিংথোকপাদা ওয়রি থোংনা য়েংকী খুমিং মাপাদা খুনিং কাংনা খুদাল লৈভানি আসুমনা থোং আনিমক আমমনা তৌকানিয়ে।

২২৪ ( মাইপানা ইননাক্কি য়োমশনপা )

৬। মাশিদি লোইবাপাকা মাইপীনা পূনলিপা ইননাক্কিনা য়োমশা মায়োম আহু থোক্লাকা লৈশিং আহু লাইদা কংশিললকানি কিজং কি আহুমা লাইকী থোকল তাবিপা মী মারি ৪ লেপলিপা আহুদা হাননা কুমনা আমুক থলহলকানি॥ হন্দকনা থব বাংবংহনকানি আহুকা ফিপুন আনি অ'হুদি খুইন শেন আনিনা মুপী মাচা আনিনা পুরিপা আহুনা আমুক হাপকানি মাশিনা মাইপীক'মু আনাসুং শেনা থোংপাকিমু মাথৌ-তৌজাপা লোইরে। আসিকীমাথা।

২২৫ ( মাইপানা লাইরেন মাথেক চংপাকী থৌরমনি )

আসিকী মারমদি লাইপোকী মাথৌ থপক লোইব্রাপাদা আহুকী মাতুংদা লাই পুরুম থৌনিজদুনা মায়ামনা শেপলিপা আসিদাকী লাইয়িংথো লাইরেমা আনিকী লাই পুশ'নাচিংপা থোকলকী মী পুমনাথক লাইপোয়া য়াওরিপা মী আপুমপা লোইনাবক আহু লাইরেনানা লাইনিংথোকী মাংদা আহুকা লাইরেমাকী ওয়কী পারেং আহুনা য়াওপা মী পুমনাবক লাইয়িংথোকী য়েংকী মাইংনা লোইনামক পারেংদা থোকন-

৪ লাইশং  ৩ লাইশং  ২ লাইশং  ১ লাইশং

( ৫ লাইশং য়ুমচাউ পাফলবে )

লোইশিং আদু মাপা মাপাকী ফুং ওইননা চংদুনা য়াউরাকাডাপা মাপা মাপা থোকপা মীশিং আদুকী মানিং মানিংদা চংশিন্নবা পায়েং ১,৩ ওইনা চংকানি। আদুকা আমাইপানা পায়েং আসিকী খাইকী মাং থাদুনা চংকানি। মাসিদি আহানপাদা থাং-জিংলোমদাকী হৌনা হায়পাদি হা-রাউরিপা লাই আদুকী লাইশংকী মাইওন য়েংনা লাইনিং-থোকী মায়ওন য়েংলাকা য়েংলোমদাকী হৌনা চংকানি। আস্নুমনা চোংথোং ৪ আদু য়েংনা য়েংনা চংকানি। চোংথোং ৪ আসি মাইকৈ ৪কী চুপ ওইপানা মায়ামনা থংনৈয়ে। আস্নুমনা মাথং মাথং ৪ আসি মাইকৈ ৪কী চুপ ওইনা থংনৈয়ে। আস্নুমনা মাথং মাথং চংলকপানা লাই-পৌনা থারমপাকী মাকম ফী থললিপা আদুকী মায়াইদা মামৈকা মাকোক হেক থেংনাকানি। মাসি মামৈকা মাকো-কক্তা আনি চীক্লাপা হায়না কৌএ। মাথকতা হায়খ্রিপা লাইনিংথোকী মাংদা লাইরেমনা, মাথং মাথং চংপাতা থাপাস্তু থেংনৈয়ে থংও ।।

১। লাইশং থাংজিংদাকী হৌকানি।

২। লাইশং থাংজিংতাকী হৌকানি।

৩। লাইশং থাংজিংতাকী হৌকানি।

৪। লাইশং থাংজিংতাকী হৌকানি।

৫। লাইশং থাংজিংতাকী হৌকানি। লোইপনা কৌক্রম্মু লোইকানি।

১০

## ২২৬ ( থাংজিং মাইকৈ )

[১] হে ইপুধৌ থাংজিং কোয়রেল লাই থাংজিং কোনথুম য়াইফাপা, উ থামপাল নমঙানবাপা লোইপী চিংথকতা লাইকাওপা মালেম ওইপাক কৈদা চিংনা থাংভি হায়পাকী থাংজিং হায়না কোলোইনাপা পামপা কৈরেন আখোপাপু ফৈনা তোংনাপা ইপুংঙোকী মিংথৈরেন আথোইপাদি সানা নোংনিংথো হায়না কৌপা চিংঙু-পাকী মাইকৈদা খুঞ্জাওনাপা লৈচাউনাপা চাকহোংনাপা ভাহোংবাপা লাইকা লাইকা সেবপোংকা লাইপোংকা চোংকা পেকা খুদৈশেন কাশেন থাকা থাংকা বাপা নাপা খুপাকনা হাহৌনানা য়া য়া লাওনা খোখোক কুম্মেনাসিংকা ॥

## ২২৭ ( বাংপুরেল মাইকৈ )

[২] হে ইপুধৌ খানা চাওপা বাংপুরেল খমঙ্গং তুপী নিংথোরেন আসি থোদা বায়েনপা আচং পোং হাংপা লুংশী শিত্তাপাপু খুদানাপা মুংবাংনাতাপাপু খুনেংনাপা আনান বানকৌ চান্ন তাম্লোই মাননকু খো-খনপা ঈপুংঙোকী মিংথৈরেন আথোইপাতি নোংলুপ নিংথৌ আপানপা শোংচু লাংমৈ খেংপা পুমলেন হাপচা পুমথারো হায়না কোলোইনাপা চিংঙুপাকী মাইকৈদা চারি পুনশি কুইনা বংনা খোংদোই শাংবা পা লাইকা লাইকা শেন-পোংকা লাই-পোংকা, লাই-পোংকা খুদৈশেনকা কশেনকা চোংকা পেকা থাংকা থাংকা নাপা বাপা খুপাক হা হৌনানা য়া য়া লাউনা খোখোক কুম্মেনাবাশিকো।

## ২২৮ ( মারজিং মাইকৈ )

[৩] হে ইপুধৌ থাংবাই মার হনপা নোংপোক বাইবং আতাম্বাদা চিংঙু নাতে হৈপা শারেন য়াংকম য়াদা চিকপা কাংচৈ হুমদং নারেং শুপা নোংপোক মালং হুবমোইপা লাংকোই শা আয়াংপাপু খুংনেং-নাপা খোহু হুংপাকথকতা বায়েনপা ঈপুংঙোকী মিংথৈরেন আথোইপাদি সানা কাং কাং নিংথৌ কৌপা চিংউপাকী মাইকৈদা তানথোং মায়ুং কুইনাপা লেমথোং মাকৈ পাকনাপা কৈরা তানবা চাউবাপা লাইকা লাইকা শেনপোংকা লাইপোংকা খুদৈ শেন কাশেনকা চোংকা পেকা থাংকা থাংকা বাপা বাপা খুপাক হা হৌনা য়া য়া লাউ।। খোখোক কুম্মেনাবাশিকো।

২২৯ ( কৌশাক্ল মাইচৈ )

[৪] হে ঈপু কৌপারেনও কৌপা লৈমাচা কৌনু লৈমাচা ককয়াই কমথিপা শংলো মাকায়পা ভেকপী চিংলে ভেকপী থাপুং তাংলৈ চিং মানাই তাপা ইয়া পানচমপা লম শেকরা তাওদন পুং শেনচিং চিংজুং-পোক চিংশা নাপোম ১৫ পাবপাপু শামু খোংনেংনাপা আয়াং কৌপাক্ল আওপপা লোইমায়াই থুনদা আহামপা চাখিক মাপান থাপা নোংখৈ মাউ লিংলিপা উন তারুক ঈথিপ বাউ তারুক ঈথাপা থায়াই মিয়েন হনপা তয়ংয়াই মাক্ল শিদাপা শিমাখি উমংদ নাশানৌ খৌহু নুংনাং লৈমাকা সানা কমপাম্লাংদা তান-খোইফ্রিপা ইপুংতোকী মিংথৈবেন আখোইপাদি সানা তাবেং নিংথৌ কৌবিপা চিংঙুপাকী মাইকৈদা কাওবেন যন লাই তাদাবাপা ভেকপী ওক্লাই তাদনাপা নামু মীয়াই তাদনাপা কাইকা লাইকা শেমপোংকা লাইপোংকা চোংকা পেকা খুদৈশেমকা কাশেনকা থাংকা থাংকা মাপা মাপা খুপাক হা হৌনা য়া য়া লাউনা খোথোক কুপ্পেনায়াসিকো

২৩০ (লাইরেন মাথেক চংপাকী মাওং মাথক্তা য়েক্লপা আসিনা চংপা মারম)

[১] লাইরেল মাথেক চংনাপাকী মাওংদি মাথকতা য়েকলাহনা তাকথারে। য়েকলিপা আসিকী নমপরকী থাবিপা খোংচং মামুংদা ইখিপা মাশিং আঙ্কা আসিকী ইননা কীজং মাথাদা লিংলাহনা চংলাকাতাপানি নাবপরদি লাইশং ১। লাইশং ২। লাইশং ৩। লাইশং ৪। লাইশং য়ুমচাউ পাকম ৫। আসিনি। লাইশং ১কী মামুংদা থাংজিংলোমতাকীনা চংদুনা আনি আঙ্কদা লোইনা চংকানি। আহুতাকী লাইশং আনিকীনা ৩ আঙ্কাদাকীনা ৪ আঙ্কাকাওপা চংকানি। লাইশং আহুমকীনা ৫ আঙ্কাদাকীনা ৬ কাউপা চংকানিয়ে। লাইশং ৪কীনা ৭ আঙ্কাদাকী ৮ আঙ্কা কাউপা চংকানিয়ে। আসি লোইরাপাকী মাতুংদা লাইশং ৫ ওপা য়ুমচাউ পাকম আসিনা ৯ আঙ্কাদাকীনা ১০ কাউপা চংকানিয়ে। আসিদি থাংজিংতাকী তাক্তা চংকানি অসুমনা থংও। চংলিপা খোংচং আসি কায়দানা চংকাদাপানি। আসিদি লাইরেন মাথেক চংপাদা পায়েং তংপা কায়পা তৌপীকানো তংপা কায়পা য়াদেয়ে।

২৩১ (লাইরেন মাথেক চংপা কায়হৈবে তেক্ল-কায়দানাপা)

কাখিকুমপা তংপা কায়পা খোকলাপাদি হায়াউখিপা লমতম আহু আমাম্লুং লৈপাককী ওইনা আনা আয়েক বাথোক লানথোকনাচিংপা লৈপাকমু মীরৈহংনা খুহুম চনখিয়ে। আসি থংবা চোংখোং য়ুমশায়োন

লমশিংয়েকলিপা আসি কাইদানাপা কৈয়াং য়েকলিপা মাথেক য়ুমজাউ পাককন আসি কৌএ। আহুনা লাইরেন মাথেক মাখল য়ামনা চংবৈ আহুপু কুরুশিংবা মাপল আসি লৌথংতুনা চংনারমইপানি আসুমনা মাশিকী মানুংদা য়ুমজাউ পাকল আশিদি কংলেরোন হারাউপাত্তা চংবৈ কারিকীনো হায়পাত্তা কংলানা মায়াই কোইরেন সুমেক ওইয়ে। আহুকা কংলেত্তাকি আত্তোপপা চাদানাউদা ওইখিপা চকপা মোইরাংনাচিংপাকীত্তি হারাউপাত্তা ত্তিনলুপ লাইরুপ পাকল চংবৈ আহুপু কুরুশিংবা ত্তোকাদ্র হায়পাকী মারমত্তাকী মাকম পুম-নামকত্তা আসুমনা চংবারবপানা খুনচাউ লৈচাউকানি হায়রাহুনা কোংত্তোকনাদারে।

২৩২ (কিজং লাইশং য়ুমচাউ মম্বর ১।২।৩।৪ লাইশং ৫ ফাউনি)

কিজং লাইশং মারিফাউপা য়ুমচাউ লাইশং ফাউপা ৫ নি। নম্বর ১।২।৩।৪ আশিদাকী মাথাদা লিংপা মীনা হেক লোইপাত্তা কিজং ইনাকিনা শাপা, আহুনা খললিপা আহ লৌখোকলাকাত্তানে চোং পায়পানা চিংপা নীপা মারি আহ পাবেং আহুদা মাথোয়না হানবা লৈরমপা লৈরমপা মাকম আদূদা চংলাকা মায়াম চংলিপা আহুদা মাউরাকনি আসুমনা চংলকপা আহুবা লাইশং ফাউপা মাশিং ৫ কী আশি লোইরাপাকা লাকপনা মাকোকনা লাইকী মাথাংহেক য়োরকপাদা মীপুমনামক লোয়না লেপলাকা হায়াকি লাইপোদা পাবেং আরি চংপা আদুকুমনা পাবেং আনি খোকনা লাইরিংথোনা য়েংলোম থংনা আদুকা লাইরেমানা ওয়রোম থংহনা মাথং মানাউ লাই পুপানা চিংপা, আশি কায়দানা লৈরাকানি। মাথংদা লাই-মাংদা পাবেং আরি খোকনা লেপলিপা আহুনা লাই শুথাং আশিকী কোয়রকপাদা থাংজিং থংপা শাম্বোং থংপা চিথেক য়োপাদা য়েং থংপা পাবেংনা ওয়দা ওইরু থংপা পাবেংনা য়েংত্তা ওনখোকহুনা লেপলাকানি আসুমনা তৌরাপাকা মাইপানা লাউনা হায়রকলাকানিয়ে।

২৩৩ (মাইপানা বারোন থরা মায়ামদা হায়কানি

মাইপানা—হো লাইরিংথৌ মাদাইরেং মাথোকপা। লাইরেমা মামোম মাদাইরেমপা মায়াম পুমনামক আহুনা হাউ হাইনা খুবলাকানিয়ে। আসুমনা আমুক মাইপানা লাইকা লাইকা চোংকা চোংকা থাংকা থাংকা হমাইকা হমাইকা খুবৈপেন কাওপেন পেলপোং লাইপোং লাইরিংথৌ মাদাইরেম মাম্মোলোইশা লাইরেমা মাথোম মাদাইরেমপা নাপা নাপা ওংশিনাহুনা খুপাকপা খুপাককা খুনজাউনাপা লৈচাওনাপা য়া য়া

তৌরাশিংকো হো য়া=য়া—য়া—য়া=য়া আন্সুমনা আছমলক লাউরাকানি।

মায়ামনা হো—য়া—য়া—য়া—য়া—য়া আন্সুমনা আছমলক খুমলাকানি মাশি লোইরাপাকা আমুক লাই-য়িংথৌনা য়েংলোমদা আমুক থংনা চংল'কানি। লাইরেমনা ওয়রোমদা চংলাকানি। মাশিদি আমাইপানা লাইয়িংথৌ মাদাইরেম লাইরেমা মাথোমলোইশা নাপা—নাপা লাথোকনারো হায়না লাউরাকানি আহুকা লানুথোকনাবাকাত্তাপানি আন্সুম তৌনা বাংব্রেল ১। মারজিং ২। কৌব্রু ৩। থাংজিং ৪। মাইকৈ মারিমকতা থাংজিংদা তৌরিপা আন্সুমনা ইকায় কারদানা তৌকনিএ। কৌব্রুগী লাইচিং তৌরাকা মাইপানা লাইয়িংথৌকি পারেং আহুপু চিংলাকানি আহুকা পেনা থোংপা নংব্রাক' মাইপীদানা লাইরেমাকী পারেং চিংলাহনা চংকানি। লাইয়িংথৌকী পারেংনা য়েংলোমদা আহুমক শুমাং আদু কোয়না চংকানি লাইরেমাকি পারেংনা ওয়রোমদা কোয়না চংখিকাদানি মাত্তৌ আন্সুমনা ওন্নাইনাপা মায়ুকৈদা চংনাহনা কোয়পা আহুপু আছমক শুরকপাদা লাইমাং মাপাকী লাইপোলা থারিপা আহুকী মপাংলোমদা লাইরেমাকী পারেংনা লাইরেমাকী মামাং লোমদা চুমনা চংলকতুনা আমাদি চংশিললককানি। আহুকা লাইয়িংথৌকি পারেংস্থু লাইয়িংথৌকী মামাংতা চুমনা চংশিল্লককানি আন্সুমনা চংলিতৈদা লাই লমললাফারোইযে চেকশিননা চাক শেনলো থংও।

২৩৩ ( লাইমাং য়ৌরাকা লাইয়িংথৌ লাইরেম' পারেং পাবেং )

আমাদি হায়রাককে লাইমাং য়ৌরাকা আমুক হনবা লাইয়িংথৌগী পারেংনা য়েংলোমদা লৈথোকলাদুনা মায় ওনথোকলাকা শুমাং মাত্তোন লোমদা মাপা চুমনা চংকাদানি। আহুক লাইরেমাকি পারেংস্থু ওইরোমদা লৈশিললকতুনা মামাংদা লাইয়িংথৌকি পারেংনা চংলিপা আহুকা লেমিন্ন হাকা শুমাং মাত্তোন হেকয়ৌরাকা আমুক লাইরোমদা লৈশিল্লকানি লাইয়িংথৌক পারেংনা ওইরেমদানা লাইরেমাকী পারেংনা য়েংরোমদা লৈশিললকলাকা লাইদ মায় ওংশিনলাহুনা লাকপানি। লাইকি মামাং য়ৌরকলাকা চপ মায়ানা লেপকাদানি মায়ামনা লেপলাপা মাত্তমদা আমাইপানা লাইকারাসে হায়না লাউরককাদানি মাহ ;তাপাত্তা মাইপীথাপিনা থোরকতুনা লাইকী লাইপোংশিং আহুস্থ লাইকীদা ওককানি। লাইকীদা ওকপা লোইরাপাকা

মারাম আহুমা ইকোয় কোয়শননা লেপলাহুনা নৈরাপাকা আমাইপানা ঈশৈ হনলাদুনা লাইপুং য়ৈরাপাকা মারামনা ঈশৈ লিরোল আহু খুবলাকানি।

২৩৫ ( আমাইপানা শকপা ঈশৈ লিরোলনি )

রাকোললো রাকোললো রাকোননা কাপ্পা লিকাপপা
রাকোন ভানোয় নোয় থোইদিংও থোইদিংও।
থোইদিং মাকেয় হংকামও হংকামও হংকাম মাকারাম।
কাপোকও কাপাকও কপোক মাকারাম চিংদাকী।
রাকোননা তমদা তাকে মাহায়রেদো রাকোননা কাশে লিকাশে।
রাকোল কানোয় নোয় তমদা পাইপা রাইবুনা চিংদা পাইকে মাহায়রেদো রাইনু ইনেম নেম নেম

২৩৬ ( লাইশানাপা নোংমা নোংমাকীবা )

মাতাং আশিদাকী মাতম আসিদা লাইপুং হারাউপুং আশি হারাউপা হৌপাতাকী লোইপা ফাউপা মুথক পুংলোন য়ৈরাকানিয়ে। মাচা থাইনা হারককে। পুংলোনদি আশিনি দোং দোং দোং হায়না থারাকানি খুপাক খুরাকানি পেনাদি রাওরারোই তানদি অয়ুপা আতপপা আনিমক য়াই আশিদি থাপাদাদি খুরাকানিয়ে।

২৩৭ ( লাইরোই তানপাকী মুমিংতা )

মায়ম আশিদি য়েংকাদাপা রাকোন লাউপা মাথকদি মারোন আশি লাই শানাবিরৈদি মাহুংদা নোংথাকী লাই লোইশিনপাকী শৈশকদি মারোবনি লাই হারাউপা লোইপা মুমিং আহুতাদি ঈশৈ পুমনাথক মায়ারাকা রাকোন কাশে লিকাশে হায়পা রাহৈ আশিকী মাহুংতা রাকোননা থাশে লিথাশে আহুতাকীদি রাকোন কানোয় নোয় আশিকী মাহুংতা তানোয় নোয় শিনকানি মাশি কায়রাপাক্তি লাই হারাউরিপা খুন আহুকী নৈশাক খুংকং কায়া কংতে চাপোকতাপা আবাদি চিংনাপানিপায়। ফ-তাপা থোথোক কৈয়া থোকএ। লাইহারাউপাকী আরিপা খুমং মিতয়লোন হিরি লাং মুং লোমকোপা পুয়দা লাইরোই

মুমিংতা লোংখোবপা ফাউপা লোইরাপাকা লাইপৌনা থাকমদা পেমা খোংপানা লাইদা ওমশিললাকা লেপতুনা হোয় রৌও হায়া হনজিংকানি। মাতম আসিদা থারায়মি কোনশিললাকানি। মাথংদি পাত্তোল কী মাইমী ভাকোই আহু শারাকানি। মাকি লাইরোই মুমিং আহুতাকিনি মারুকি আতৈ মুমিংকী নংত্তেএঃ থংও।

২৩৮ লাই হারাউপা শাপন লমখোকপা "কোংপা লময়েংপা

( কংলৈ খোকপা খোইরীকাপানা কোনখোচম চানু ভমকা মালেম খোংকুমমা খিপা খোরম থংনপা )

লাই হরাউপ মুমিং ৫ নি ৭ নি ৯ নি ১১ নি ১৩ নি ১৫ নি থাকী থা রাংমা লানভানা লাই হরাউপা মুমিং ৫ নি হরাউপানা মুমিং ৩ নিদা শাপল লমখোকলাকানি। মুমিং ৭ নি হরাউপানা মুমিং ৫ নিদা শাপল লমখোকলা কানি। মুমিং ৯ নি হরাউপানা মুমিং ৭ নিদা শাপল লমখোকলাকনিয়ে মুমিং ১১ নি হরাউপানা মুমিং ৯ নিদা শাপল লমখোকলারানি। মুমিং ১৩ নি হরাওপনা মুমিং ১১ নিদা শাপল লমখোকলাকানিয়ে মুমিং ১৫ নি হারাউ পনা মুমিং ১৩ নিদা শাপন লমখোকলাকনিয়ে। অমাদি লমখোকপা কোংপা লময়েংপা শাপল লমখোকপা রাহৈনা হরাউরিপা লাইপুংকী লাইনিংথৌ লাইরেমা অমিমকপু কোললুদা মাংখোং ওইনা লৈপা কোমাই হাপলাহুনা কী চেং লৈত্তেংলাকা লিক-কোল শিপীরাকা শেংনা চানাপা লৈত্তেং খিপীকমক লোইনা খোশিং আসি লোই রাকা দোলাইকী হোনাপী লৈত্তেং শেম শারাদুনা লোইরাপাকী মাতুংদা কংলৈ য়াখোককাদোরিপা মাকম মুমিং আহুকী লমদম মাইকৈ লমপাক আয়াপা য়েংলাহুনা য়াখোককানি। আদুনা আমাইপা আমাইপী আশৈপা পেনা খোংপা লাই শেলুংপা লাইকী লাইনিংথৌ লাইরেমাকী মাদাইয়েম মাযোমলোই কৈরোই লৈকাইকী মী লোইনা চংশিননাকভাপা আহুকা য়াউকাভাপা পুমনামক লোইনামক মানা মানা শেং চাপা লৈত্তেংনাচিংপা শাকোননে শামুনে পেনে লাইপোং পুমপা ইকোপা চংপাদা য়াউপা পুমনামকসু অমাত্তা রাংত্তানা পুহুনা চংলাকানি। খোংযোক য়ামনা চাউনা চান্ত্রা খিপিকমক পাশি পেনা শারিক মোইপুং খোন ভফং থারাউপীরাচিংপা চন্দ্রা লাইকী পুং আমাদি খুনকী চারাউপুং শেলপুংবে য়েহুনা নুপা নুপী খোকললোই পুমপানা চাকোইনাচিংপা শারাহুনা কোয়েং য়েংপা নিংকম থামেন চংপা লেশোন ফুরিংনাচিংপা চাকেংলৈ

লৈরেন লৈচাউনাচিংপা কীকে ইরাফী লমথাং আপাপা ইনচুনা মুপা আহল লমমনা কোয়েং তোলোক য়াউনা ইনাকী য়ানচুনা চংকানি। লৈতেং খিপীকনাচিংপা আথেনপোং ফীরুক লুকমাই য়েনদাইদা চানাপা থৈপিক লাইকী হৈকন লাকন য়াউনা চংকানি। মাতমদি মুংখিন পুংলুপ আহুমকী মাতম চংপাত' চংকানি। আসিদা লাইদি চাউনাহনপা য়াদেয়ে। চেকশিননা হোংনৌ . য়োদ্রিফাউপ' শেনৌ। লাইকী শাপল লমথোকপা কোংপা লময়েংপা কংলৈ লমথোকপা লমদম য়োপা ফাউপা লাইকী চংকাতাপা লাকোই লচং কীরোইনাচিংপা কা হৈ লৈ কপোকনচিংপা য়াওদাপা য়াদেয়ে। অদুক আপোইপা থোকহনপা য়াদে। শারোই খাংনাপা মাপোং মাচৈ খিপীক য়াউকানিয়ে। লমথোকফমদা শারোই খাংকানি।

আদুমনা লাইলম থোকফম কংলৈপাক য়োবাকা হোই লাউরাকা লাইপৌ কংলৈ থোকলাকা চাকোই শারাকানি। আসিদাকী লাইনিংথৌকী লাইরেনাকী মাওংদি কংলৈ থোকপাদা কারাউরিপা লাই লাই আচুনা কোয়ৌ শোরারেনকী লাইরেমা ওইরিপিনা আরাপা নোংলৈ চিনকুরোন নাতু হুইমু তমফানা মালেম হাউরোক কোংথৌদা মাপান থোংতাখিচুনা থোংকুমপা আসিদা চাকমাং য়ুপাং চাইথকই কায়রাচুনা হ'রাউরোক কোনথৌতা লৈখিপাপু মাচা নিংথোনা মিকপ মীরাউথোন থেমলকহৌদা পালেম মামা তমফাপু লাই নিংথৌ শোরারেনকী নোংতানলৈ ওইপাপু মাচা খোইরি খোইদাং সানাহন পোকখিয়ে। আসিনা পালেম মামা তমফাপু থোংকুমলাকা চাকমাং য়ুমমাং থকপী চাপী মামাপু হাউরোক কোনথৌদা চাই থকই হায়রাচুনা সানাকী কেরাক চিথংবিহৈকী মাপাম থোংথাহোরে মাচা নিংথৌনা কাইনা হৈশা লাংহোই। আসিকী মমাপু খোইরিকাপানা মমা খিপা তাইপং মালেম অদুদা থোংকুম থোংদারককাদাপাকী থৌথোক রাথোক ওইপা খিপীকমকপু মালেম তাইপং পাননা পুরুম থৌরি চক ৪ মকতা আকাউ পারৈ লৈতানাপা থৌনিচাপা থৌরমনি। কংলৈ লমথোকপা শাপল লময়েংপা আসিপু তৌচারিপানি। আসিকী মারম লমতাং আশাংপা মারোল আকুপপাদি খোইরী "কাপানা নোংকুমপা হায়পা লাইরোনদা য়ামনা কুপনা হায়রিয়ে। লাই হারাউপাকী লাই মাথে লাংপা লাই 'হারাউপাকী মাররদা হায়পা আসি লৈরিয়ে। আসিকী মারমনা থাবাংবা লামনা হরাউপা তারপদি ইকৌথংকানি লৈবাইকী লাইপুংদা মীশি মীমাংলাপাদি তাইরেন মানা থেংতুনা থমকনি। লাইপু শাকৈ শীরপদি য়ুমশেংপফাউ থৌকায়কনি অদুকা ইকৌথংতুনা হরাউকনি থংও লমদি থোক্লোই

২৩৯ (খোইরি কাপানা পালেম মামাকী খোংকুন লিরকপা)

খাও-লাইবিংথৌ শোরারেনকী মাচা খোইরি খোইদাং শিংপানা তাইপং লকতা খুনকুমলকলে চারৈ খাওম কিশি কিরাদুনা ফিরুক খুমলাহুনা পনখৌ নবানা লারাই কোইরেন থকপু ফিরুক খুমলাহুনা চারৈ খাওম কিশি কিরাদুনা ফিরুক খুমলাহুনা পনখৌ নবানা লারাই কোইরেন থকপু ফিরুক খুমলাহুনা চারৈ ফিশেং লৈতেং খিপিকমক শেংপিরাহুনা পান্থৌ মাপা শোরারেননা লাইরম লককী মায়ৈক ভাকপনা চারৈ ফিশেং লৈতেং খিপিকমক শেংপিরাহুনা পান্থৌ মাপা শোরারেনকী সানা শংবাই মাকাইরেনদাকী কাংচৈ কাংজু হুইরেন থাদাপাপু পিনারকলাপাদা কাংজু লেংদা খোংমা য়েংকী লেংপাদদা হায়কংলাহুনা খোংকুমলকলে মালেমদা খুলকুমলকপা মাকমদি মালং কেনশি ওইনা থনকোন মারাংহৌনা নোংলৈ ওইনা হুমথারকলে নোংপোক মালং হুমমোইপানা চিংঙুকী খুফম রাংকুরেন খানা চাউপাকী হেলপা লোইপী চিংদোন মাথকতাকী কেলথারকলে বিংথৌ সানা খোইরিকাপানা হাদা চিনকূরোন হুইমুলেমা পালেম পিথাংশিননী হাদা তমকা রাহাকপু মাকম কাদাইলমদা লৈপিখিপানো নাচা ঐদি চাউউিনমা লৈয়েদো হাদা পালেম পিথাংশিংপি হায়রহুনা খোইরি খোইদাংশিংপা মাচানা মারা মাপাও চাউনা পিরেম থাকনা থাকনা হাইরাহুনা হোদা পালেম ইমা ইমা হায়মা কোরাহুনা পাউচেলচকলে নারা খোইরি খোইদাং শিংপাকী মীকপ খোনপু মালেম শিনথুংনা মাতারাপাকী পোইরৈ থুংনা মীকপ মীরাও খোনমা লাউনা হোনা মালং কেনশি ওইনা হুমলকলাহুনা তাপং মীওইপা মীয়ামনা কারিমাতৌনো কা-দাই লমদানো হাদাকোইরৌ কাদাইদানো হায়রাহুনা চিংউ খোইরিকাপাকী মাপাউপু ভাইচারাহুনা লৈনা লৈনা মাইরৈ থুদিংদা য়েংনারকলে মাতৌ মাওং তৌরিপা খোথোক পুমনামকশিদা নুংনাউ কাউপি উমংদা শারোই হুমকুমাথোইমক উমং লাই লাইয়াম ৭৬৪ মকনা লাকুপাংতাকী তাননারকলে খিইরিকাপাপু ভাশি আদি-মকতা য়াইপী মাথারাই লৌহৌরাকে হায়রাপাকী মাক্তকুম লাললুম পোলাং য়ামলাহুনা লাইয়াম হুপনা আচেল খোংলৈ য়াংনা লায়ামনা লমথংসাকে হায়রাহুনা লায়ামনা শায়োম শারাহুনা তামনারকপাপু চিংঙ, নোংথৌ শোরারেনকী মাপারী নাউরা খোইরী খোইদাং শাংপানা লায়াম থীপাকনা তৌরকলীপা মাতৌ খুদীংমক উরাপাদা মাপল পান্থোনা পীপীরকপা পীগুমলকপা কাংজু হুইরেন থাদাপা আহুনা হাইনা হুমনা চেলথংলকলে মীওইপা তাইপংনা মাথোল খোনথোক তাপাদা খোওং আদুনা আকী তুচুংনারকয়ে শকতমদা মৈরী মৈপা হাইপাকুময়ে নোংথাং কুপপাকী মাতৌ মাওং কুমপানে নোংথাকপাকী খোদৌ খোওং খুদীংমকতা

মুংশিরাপ্পা ম্যারাইহেকী খোনখোকনা হাদা পালেম ইমা তমকা চিনফুংবান মাকম কাদাই লমদমদা পোমলী চেকলা চান; চাকতাপাকুম চাকতাপানো হায়না নিংখৌ খোইরী খোইদাং শিংপানা কোইনা চেন চোংচেকলা চান; চাকতাপাকুম চাকতাপানো হায়না নিংখৌ খোইরী খোইদাং শিংপানা কোইনা চেন চোং-
লাহুনা হাদা পালেম ওইরিপীকী খোংকুনত্তি নাচা ওইপানা লিচারকলিয়ে। হা; আ, পালেম ইমা খোই-
রি খোইদাং শিংপানা চিনফুরোন ছুইমু তমফাও মাকম কাদাইতা লৈপানো? নোংতমখোননা মাতাকপীয়ু
কাপা! হাদা তমকা ইমাও হাদা পালেম ছাইনা হাঙ্গৈরাহুনা চেনখং চেমখংলকলাহুনা চেমখংনা পানখৌ
শোরারেনবা পিশিরকপা সীড়মলকপা কাংছ ছুইরেন খাদাপাপু নানখোকহনদানা খুপাই চেংনা পাইরাহুনা
হায়রাহুনা চেনলকলে লাইরামনা কাংছ ছুইরেন খাদাপাপু নানখোকলাকানি হায়পাকী মাতাকুম শোংকীনা
পানা লাইয়াম মায়াম আহুমা থাপনা লাপনা তাননাখিয়ে।

খোইরি কাপানা লাককাতাপা লমলেন মাদাইখা পনখোং উমং লাইয়ামনা লমখংলমমি চিংগু, নোং-
খৌ শোরারেনকী মাপাগী নাউরা খোইরিকাপানা কাংছ ছুইরেল খাদাপানা কাংছ হায়না হায়রকপাদা
উমং লাইয়াম পুমনামক চিংগু, নোংখৌ শোরারেনকী কাংছ ছুইরেন খাদাপাপু কীপানা লাইরাংনা রা রা
কাইবারাহুনা চেননারকলে। লাইয়াম পুমনামক নাউরা খোইরী খোইদাং শিংপাকী শামু ছকচাংদি শোক-
ত্তমগ্রপাকী য়াংখৌ লমদাং শিংপানা করমা চেনখংলকলে। পোইরৈ উমং লাইয়ামনা লমখংপা ত্তমলকতা
পাক্তীপু লমলেন মাংদাইমা কে কে পনমাক্কম মোইরাং শাংপা পুংপু মোয়রকলাপাতা কে কে উমংলাই শারোই
৬১ মা য়াংদৌ লমচাউ লমতাং ত্তমদানা লাইয়াম পুমনামকনা আচেন খোংলৈ হেনমা পাখং পাইমানা
লমমং লমলানলাহুনা চিংগু নোংখৌ শোরারেনকী মাপাগী কোরৌ থাকতুম থাকপাকুম রাংপন লাউহুম
লাক্তপানা কাংছ ছুইরেন খাদাপাপু মালং মুংশিং ইরোইনানা চাকখোম খামপী মৈরা হৌপাকুম কাংছ
ছুইরেন খাদাপা আসিপু কোইরৌ নোংথাং কুপপাকুম হায়রকপাপাতা নাউরা খোইরি কাপানা লমচেন
তাংখক নাইদানা চেনশিনলকপাদা নাউরাকী খুংতা গুপাদুনা কাংছ ছুইরেন খাদাপা শোংকীপাকী লাই-
রাম লাইনা চেননারকলে। য়াংদৌ লমখংপা ত্তমদাপাকী খোইমুম মাপারিদি চিংগুনা হায়না পললিংখি
পানা খোইমুম পনচেংখিরমলে হায়দাপারা।

## ২৪০ ( খোইয়ুম ওকনারেন থংনারেন য়াংকোই নিংখৌ মাথাইকোম )

খোয়ুম লায়াম ভাইরোইননা খোইয়ুম মাষম বৈপু যৌয়াকলাপাকী ওকনারেন থংনারেননা লায়াম হৌনা আমুক ভাননারকলে। খোইয়ুম শললম বাভাবপা য়াংকোই নিংখৌ কিয়ামপা শাললাং মামানিংপানা পোংথললম মাচা নিংখৌ মাভাং ওমপা লোইয়ালাকপা পনমক ভাইনা লৌকোন মুংচিং কোই ওইনম মামুচিংপু ভাবানা থলপা খোংচাও লাকপা নিংকুপ কুমপা লম লাইরাং ভামা লমপু ভানাবম থলপা লাইম্বিংখৌ লুপোংম্ থাকপলোক লম শললম ভারম মুখিং চায়োন চৈচং বাশিং নোংভম নোংখাইপা য়াংকোইপা নিংখৌমা য়াংদৌ লম হারনা চিংগু পাইমা লিংচেল খাপানা য়াংলেন থাচিকানা চাকয়োম বা খাচিকহৌ হেললাম কাকে হায়না য়াংদো লমথংকে হায়না চিংগু পাইমা লিংচেন থাকনা য়াবেন থাচিকনা চকখোম থাবশী বৈহৌ ওমলকলে হায়দাপানা।

## ২৪১ ( খোইরিকাপাকা য়াংকোইনিংখোকা শাখেংনাপা )

নাউরা খোইরি খোইদাং শিংপনা চিংগু য়াংকাই নিংখৌপু উকপাদা আচেল কাংক্রুম খোমপাকুম খোমলাকে হায়রাহুনা পাষপা কৈচেং লাংকুম মালং মাবাং থারাহুনা চেনশিললকলে। চিংগু য়াংকোই নিংখৌনা খোইরি কাপাপু কোলোই মিংলেনপু মুংহনলাবে, মালেম লৈদা হায়হংকে হায়রাহুনা শায়েং পাং মপোম ভিংলাহুনা হাউ মুকনা লেংকাই চনলাকে হায়রাপাকী য়াংদোলথাংদা ভাইরমলাপানি। চিংগু নোংখৌ শোরায়েনকী মাপারী নাউরা খোইরি খোইদাং শিংপানা চাবৈ কিচি কিশননা কাংছ নমদা পোয়াহুনা আচেন খোংলৈ য়াংনা চেনশিনলকলে। চিংগু ওইপা য়াংকোই নিংখৌপু নাউরা খোইরি কাপাকা য়াখেংনারাপাদা শায়েং পামপোম পায়বায়ে। মোংপা খুবৌ য়েংবায়ে হাউমুকনা লেংকাই চলনারাপাদা পাষপা শারাকভমরাপা কুমলে। চোংন চোংমা লাকবারকলে। মালেম আসিদাদি উকুস ইহৌনারকই। পাইমা মুংশা থাপেং থাপেং হোননারাহুনা মুংহম মুংগাই ছনপাকুম মুংহম মানপা খুংতুমনা মাশা মাশাদা ওভংনারকলে। মালেম ফুকপা কুমনা খুচিননা খুমনা খুমনা খোংভংনারাকা ঈমা লৌখোং চেলনথায়ে। খোইরিকাপানে য়াংকোই নিংখৌবে আনিমকমা চায়না খোংকেন হাবাইংনে কোকা কোকা ফুচিনবৈ পামপোমকা পামপোমকা য়েংবৈয়ে আনিমকমা আমাতা ওইমা লাকনাপাভাকী কাংছ লুইরেন থাদাপা কাংচেআহুনা খোইরিকাপা খোইভাং

শিংপনা য়াংকোই নিংথৌপু মাকোক কোবলেম য়াইপি লৌ.য় লৈমাইথকতা হায়থাহনখীরবলে। কাংচৈ হুই-য়েন থাজাপানা শোরারেনকী মাচা শাবাকম খোইরিকাপানা খৌরাং লামডম ভরলকলে য়াংকোই নিংথৌভি পাইমা মুংপংবা ভিংঙৈবা বানথাখারে খমলুং কিকোই লৌওন চাউপিনা খমনুং মিপোং ওইখারে মালেম লৈমাইতা তাদারে তিরকুপ হন ওইরাহনা ভিংখোকনা য়াংদো চোংপাকুম লৈদোরে। পোইরৈ লাইয়ামনা আশোক ভবদাইনাহনা নাউরা খোইরা খোইদাং কাপানা ভমলে। পোইরৈ মীওই ওইদুনা পালেম কৌনা কোবা হা. পালেম ঈমা মালেমকী তাইপং ওইপা কোরৌথককী নাচা খোইরিকাপানা কোইচিং কারকপাদা লপলেম লমহাং মাপাদা মাদাইরেম হাওবোক মারে কাই কোনখৌ মারমখেদা বাইথুংলারে হায়দাপায়া।

## ২৭২ ( হাউরোক কোনখৌ লমতম )

চিনখ্রোম মাচুইন্ন তমকা হায়না হাদা পালেম হায়বা ভেংথাবাকপা মাচা খোইরি খোইদাং শিংপা খোইরিকাপা নাচানা পালেমকী খোংকুন লিচারকইরে। হা ইমাও আপুমবা মীকপ খোমপু তারাপাদা খোংনা লাউবা কপলকপাদা হাউরোক পুমনাবক কোনখৌ পুমনাবক তারাপাকী হাউরোক পুমনমকনা কোনখৌ পাকনা তারাদুনা মাইকৈ কাদাইতানো চেমখোকনাবকলে। কোরৌ মালেম আসিবা মালেম ছুইমু লৈমানা পিরেম খকমাতানা আচেল খামপি লৈরোই। য়াংবা চেকলকলাহনা নাউরা খোইরি কাপাপু কৈরা তানদা খোংলাহনা ভকলি লুখলোই কোনলাহনা থাচাই লেংরাই চুপলাহনা খোইরিকাপাদা পাউ থেরখিরে। কোরৌ মালেম ছুইমু লৈমা মাপেনপোকনা কোরৌ খোইনা য়েং য়াংপন য়াংনা য়েংলাহনা মুংশি মুংওনল্লিভৈদা কোরৌদা লাইপাউ থারকখিরে। হা হাওবোক কোমখৌ পুমনাবক খোবচেব মানিল খোকনা মাবোম তাবকাপু কৌনা কৌনা রিকন বিপাদি হাদা ইবোম নাহাকপু নাপাবি নাউয়ানা পালেম কাইনা লৈশানা কাইনা খোমকীপু মালেমকী লৈখোংতা লৈতারকলে। ইচা নাহাকপু চিংকোইনাইৈ বিরকলাপাশিদা মামা নাচাপু কারবমা লমথাই ঈথাইনাপাবো কাইনাখিপানো হায়না হোঙাই নাপাউ ভাইচাপাবি কাইনা পিরেম তন্নংহৌনা ইবোম নাহাকপু কৌনা বিকপখিরে। হাউরোক পুমনা হোৗরাহনা কোনখৌ পাকনা তাইনা মীকপ খোমপু মামনাখিরে। হো তমশা তমকা হাইদাপায়া।

২৪৩ ( হাওরোক মানিন নাইনা কোনখৌ মাবাং হোৌপা )

হাওরোক মানিন নাইপা মীকপ খোমপু মাবনাবকপা কোনখৌ মাবাং হোৌরকপা চনফুরোন মাউছুইপু মীংয়েং শান- বাংপম লৈমা তমকানা কোরৌ মাথক মদাকী মাতোম শাংখৌপী লৈচিল পোমাই হাংনা মীংয়েং শান- বাংপম লৈমা তমকানা কোরৌ মাথক মদাকী মাতোম শাংখৌপী কোরৌদা লংনা নোংকাইকীপু লৈবকলাপাদা মাপাম্বি নাউবা খোইরী কাপাপু চেংলৌ মীংখিংলাপাকী কোরৌদা লংনা নোংকাইকীপু চিনফুরোন বারোন বাংপন লৈমা তমকানা মাপাম্বি কৌনা কৌনা মালেম লৈতা কুমলকলে মামা তমফানা ছুইমুকী মানাব মৌবকলে তমকানা মাচাপু য়েংচায়ে হাইতাপারা।

২৪৪ ( চিনফুরোন কোনখৌ তমফা কোরৌ নোংতাকী কুমলকপা )

চিনফুরোন বাংপন লৈমা তমকানা পীবেল থারুকনানা লাইচা ঈনোং কাপাকুমনা মাপাম্বি চেংলৌ শকয়েংলাহুনা কোরৌদাকী কুমলকলে হায়দাপারা। হাউরোক মাথুনকমদা মামা মাচাপু ঊনারে। হে লিক লাইও পালেম মামা বাংপন লৈমা তমকানা মাচাপু কৈরা তানথকতা খোংলাহুনা চকলি লুপমদা কোন লাকা থাচাই লেংওন চুপচাহুনা শমলাং তোনকা নোননা পাউথেমচাখিয়ে। হাওরোক পুমনা হৌ কোনখৌ তমনা তাপানা মামোমকীদামকপু খোইরোম লাইকম খোংথাং য়াচাখিয়ে হাইদাপারা।

২৪৫ ( খোইরি ফাপা থুকম য়াচাখিয়ে কোরৌ খোংথাং য়াংপা )

লমলেন মাদাইমাদা মাপাম্বি নাউবা খোইরিকাপা কোরৌ খোংথাং চিংউ থুকম থুনা য়াহুনা লমলেন কোইচিং থুকম চিংতোং কাংলেন পুংমাই খোং লোইথুনদা লাইকম খোং ওইনা আথোইপা থুকমলেন খোইরিকাপানা য়াখোককম ওইখিয়ে হায়দাপারা।

২৪৬ ( নোংপোক নিংখৌ চিংশোমপা লাইনিংথৌ শোরারেন পাওতাক )

আসিকী মাথাদা আসুমনা লৈবকলাপাদা কোরৌ নোংমাকী কুমিংতা নোংপোক নিংখৌ কাইনৌ চিংশোমপা মালং ছুমমোইপানা কোংরৌ থকতা কারকনাপা চিংউ শোরারেনকী বাহৈ আহুপু হায়পীখিয়ে চিংউ নোংথৌ শোরারেন শাবাং আথাপপা নোংনিংথৌ আথোইপা শানৌ চিনফুরোন তমফা বাপন লৈমা নাজুইপাপুদি মাপাম্বি নাউবা খোইরি কাপাদি মাপাম শিকোই লুবাং য়ুম খোইয়ুম থৌদম য়ুপু য়ুমাং

তাদাপিনে তাইপং চাকমাং চাতাপিনে মালেম মাথল মাদা কাদোপা য়াংকোই হনপানো মাপারি নাউরা খোইরিকাপা নাপানো চিনকুরোন রাংপন নৈমাপু কাবিকী খোইচিকনাপানো পাউমেনখিয়ে। আদোপা লংমাইনিংথো কাইথো চিংশোমপাকী কোনলোঈ পাউমেন খোনকীপু চিংডু নিংথো শোরারেননা মাপানো চিনফুরোন নাউছইদু তমকাপু কোরো খোইচিকনাপা নৈরোইয়ে; রাংপন হুনচিননাবকে নিংলকলে মপারি নিংথো খোইরি ফাপপু শামুয়েংত 'পাইমিননাকে। তমফা ছুইমুয়োনা শামুওইদা পাইমিননাহুনা হায়া লাউনা শৈখিচারককে হায়না লাইচা ঈরিক লাইশং খোইপা নৈইমুং শোইপা মাহি হুননা লাইচা ঈনোংতাতা মাতোন শৎপা ঈনা শানজেং হনচাখিয়ে। চারৈ কিডো হোংলাহুনা খোইয়ুপ মাম মাচাপু কোরো নোংদোন্দা যোংঙ্গা হললে হায়দাপারা।

২৪৭ (লাইনিংথো শোরারেননা আনোইরোল চাকোই শাখিয়ে)

খোইরিফাপানা য়েংতা পাই ওইদানা তমকাপু পাইচারাহুনা লাইনিংথো শোরারেননা আনোইরোন চাকোই খোংথাং খুংলোন পাইনা শামিনবাহুনা কোরো নোংথোং য়োবাপা নোইনা নোইনা শাখিয়ে। হায়িবৈদা চৌংডু নোংথো শোরারেনকা মাচা খোইরিফাপা খোইদাং শিংপানা য়েংতা পাইরাহুনা কেনাবো তমফা ছুইমুয়োননা ওইদা পাইরাহুনা চৎনা চৎনা চাকোই শানা শানা আনোইরোন শৈশকনা শকলাহুনা কোরো নোংতা কাখিয়ে।

২৪৮ (হায়িবৈদা খোইরিফাপা মামা তবকা লাইয়িংথো শোরারেন চৎনা চৎনা কোরোফাউ আনোইরোন শৈশকখিয়ে)

হায়িবৈদা চিংডু লাইয়িংথো শোরারেননা নোংমাদোন কোরোশানা মাচা শানাহল খোইরিকাপা খোইদাং শিংপানা য়েংতা পাইনা কোনথো তবফা ছুইমুনা ওইতা পাইনা চৎনা চৎনা আনোইরোন চাকোই শানা শানা কোরো নোংথো তমনা কাখি। নোংমাদোন কোরো হনপা কোনথ আতামপা চৌংডুকী মিংয়েং পানচুমপা লাংকোই পুথনা ডোপা মাশানা মাবি পানপাপু শামুনা থোংনেৎ নাবিনা সানা চোংলেন আডোপা মোইতারি লিপিং ফাংপানা কানপং মেলাং নৈনা য়ানন হেনমোইপা চোঙলেনকী মাতোন মাথকতা সানাকী থমপাল শংলিপা পুকনিংনা লোপিং পুকছপা চারৈনা তেথল হংনাইপা চৌংডুনা মাপানো মাচা

নিংথৌ খোইরি খোইদাং শিংপা খোইরি ফাপানে খোইমোমমা লাইহৈমা হৈমা য়োইপু কৌরিপি নোং-লৈমা মাপল হাউরোক আঙনপা মাচুনং কোমথৌ আরেপপা হাউরোক শিকাই শাকোনথৌ মাংতাপাপু ভাই-রোয়নপীকা শারৌ নাহৈ নামাউবা খুংফাংচুমা নোংএ। খোইরি খোইতাং শিংপা খোইরিফাপা কাম্মু নোয়পাদি লাইনিংথৌ শোরারেনমং য়াইদা চললাচুনা নোইএ॥ হায়িহৈকী মৈনা বায়না নোয়য়ে। তাংনা শমনা নোয়এ। চোংলেন খানবা নোয়ও। ফিচেৎ হৌনা তোলোক লৈপুন কোকথোন য়াউবা ফিচং খননাম্মু নোইয়কয়ে। চৌংগু নোংথৌ শোরারেননা নোয়পাক্তি শামু খোংথানানা নোয়খিয়ে হায়দাপায়া কোরৌ কমপান কান। নোয়খিয়ে। খোইয়ুম লাইনিংথৌ লাইয়েমমা চিংউ য়াইপিরেন শিংতাপা খোইশিফাপা খোইতাং শিংপা তাইপং শোরারেন নামুমীওইপা পোংথোরেন আহানপাও ও,ও,ও,।

১৪৯ (লাইনিংথৌ শোরারেন পুরম থৌনিচাপা)
লাইপুংথৌ মীয়াম আমংটপা মারীক লাইহৌতাপী মাইপী
আশৈপা পেনা খোংপা থীপীরুনা হৈকৎ হৈকৎ লম থোকইপা
হৈতাইকম কংহৈ সুমাং লম চীংশৈ ওননা হৈকৎ হৈকংকানী

লাইনিংথৌ শোরারেন, হায়দা লাইনিংথৌ লাইহৈমা সানাদাপ খোইরিফাপাও আরাং পাখং য়োইরেমপা চিংউ, থাংকা নোংনিংথৌ হায়িহৈকী য়ারা শৈখিজাপাদি কোরৌ মিংয়েং পানচুমপা নাপা নাকমদা হুমথোইপা তাংখক ইপোম হৌরুপা তাইপং মাকংপান ইচুনপা আরান আক্তই ঈচনপা ওসি কোরৌ খোংরাইদা সানা য়াকা তমনকপা ঈচ নিংথৌ সানারাইরংচান খোইরিফাপা খোইনাং শিংপা নাচা নিংথৌ য়েংকা ওইকা পানেম চিমকুরোন তমফাকা লাইনিংথৌ তাইপং পোকমাপী শোরারেন আরাং পাখং য়ুরেনপা লাইনিং-থোরম থোকাউবা ভাসি চৈচৎ মুমংতা হৈরাং লৈরাং লাফোই লকাং আচংপা সানা মাংদা পুরুমচাচুনা কংচাবি। থোচান মাহৈ পীনাপিয়ো খুনকং খুনখা খুনয়াই ১তা ওইনা শেমপিয়মথো কোরৌ মিংয়েং নোংদমপিয়ো খুনচাও লৈচাউ লৈপাক মাপু পুনসি নোংদমমা হৈয়খাইপা খিনকাইপা হৈতানা কুমহৌ কুমকাউ তানা তেকতা কাইদনা পুনশি মুংশাংনা পানপা পিনাপিয়ো। আ হো হো. হো. হে, হোরি হোহো হোরিল্লা হায়ুতে খুলাইতে।

২৫০ (লম থোকলুপা মা নম্বর শারেংটি খাংলাক্লা লাইপু খুন্নকংবা চনলকপা মখো)

শাপল লমথোকপা কোংপা লময়েংপা লোইরাকা শারেংটি লাইয়াম খাংপা লোইরাপাকা লাইপুংতা লাইপুং চাননা হলনকাদি লাইনিংথৌ লাইরেমা দোলইখবকতা ফমদেংলিপা আদুবা তাইপং 'লল ওইনাপা লমকী লাইকা মায়কৈকী লায়ামক লোয়নাকুপাব, চনলকপাদা সানা শংকাইনা চনসককানি খংতাপাকুম ইভাউ ভাউনা লাকপানা খুভাইমখৌ পাংলুপাহুনা অপেনপা ওইরহনা তাইপংপূনপকী খুংভাইরাইকাপা শিশিয়ে। পুরনশি নুংশাংপা শিপিয়ে চায়দাপারা। আহুনা সানা শংকাইতা লেংশনলাকা সানা ফমপানদা লেংশনহুনা থমলাপাকা আমাইপাবা ফমশেংলাপাকা আনম আখৌ কোকথোকলাকানি। আহুকা মায়াম লমথোকপা চংলুপা খিপিকমক আনম আখৌ কোকথোকলাকানি। আমুখনা লোইরাপাকা শেনাখোংপানা মাইশিনা কাংখল লৈনা হাইভিরহুনা লাইনিংথৌ লাইরেম্মাদা নাউমুম শৈশকনা শকলা শোলাহুনা য়াহিপতানহনলাকা ইমুং ভানলাকা য়াকৈ শৈশক শকলাহুনা কাংখল লৈনা কৈচুপ চায়দোকলাকা য়াকৈরাপাকা হৈকা, লৈকাপা, ওকলাকা লাইমাং থোকল তৌপা লোইরাকা হৌনাপা হারাউপাকী লাইরোই শানাপাকী মখো তৌকানি।

২৫১ (হারাউবিরপা লাইলুক কৎচাপা)

কাবিকুমপা হারাউবিপা লাইনিংথৌ লাইরেমা খুনখোং লাই আহুনা হারাউবিরিডৈদা লুক কৎপা তারাপাদি লাইচা আকাপা মুমিং য়েংলাকা ৩। ৫। ৭। ৯। ১১ নি গুরাকপাদা লুক কংকানি। আহুকা মুমিং খুদিং লুক কংপা লাইদি মশিদি তোনাদে আম্বুমনা খংও। লাইরোই নুমিংতি লমথোকপা কোংবা লময়েংপা মাতুং মুমিং আনিদা লাইরোই ওইনৈ। য়ৈথোকপামু য়াওনৈয়ে।

২৫২ (লাইরোই নুমিংতা চংকাতাপা মারম হায়কে)

মুংদাংকী লাইরোইদা চংকাতপা পোংলম, মাথৌ. লাইশোন

আমাদি হাইবিয়ে—হারাউপা লোইপা মুমিংকী খোরমদি নুমিদাংদা তৌরাদাপাদি আহনপাদা তৌরাভাপা খোরমদা ওক্রিকীদামক খৌরি লিশাং মারি ৪ অসি লালাতোন আমাকী মাথকতা থমলাকানি আহুকা লাইনা কাপাকী নৌ ৫০/২০ লমফাপা লালাতোন আমাকী মাথকতা থমলাকানি নৌ হায়পাদি য়েংদৌ ব্রত্রপা বানা শাপা লমচৈ কাপা আশিনা ওইকানি লাইনিংথৌ লাইরেমাকী নাকফা য়েংনে ওইবে

আনিমকত্তা ৫০ ৫০ তোঙাল তোঙালনা থমলাকানি। আহুকা আমাইপানা আনম আথৌকী মাপোং শুনা থমলাকানি। আহুকা খোইজু লৈখাম মেক্রুকনে মৈখুনে থাউমনে চিংপা পুক্রম খৌনি চানাপা পোংলম শুনা থমলাকানি। আহুকা মাইপীকী শাব্রিক আমা কি আমানা শাব্রিককি খুংপাইকমদা পুললাকা নাকত্তা য়েংত্তা ফিজিন আনী আহু শাংখানা হেনদোক হুল্লাপাকা লাইকী মামাংদা লা লাত্তোন আমাদা থারাহুনা থমলাকানিয়ে। লাইহিংথৌ লাইরেমাকী মামাংদা আহুত্তাকীদি লামাচেং ৫০/৫০ তোঙাল তোঙালনা থাহুনা থমলাকানি। লা মাচেংশিং আসিপু হুয়খি য়েনখি হায়না মাফিং আনি আশি কৌয়ে। মাশি লোই-রাপাকা পোংশিং আহু পুমনামক লাইদা কংলাকা মাইপানা আনম আথৌ কোকানি। ১ লাইশোনদি যু-মদাই মাকশেংনে নাহেরোননে ২ লমপুপা লমমিংলোননে ৩ পোংনিংনে ৪ তুদৌরোননে ৫ তুদেংলোয়ে ৬ হায়রিপা লাইশোন আশি শোলাকা আরোইপত্তা আত্তাই লাইশোন ৭ শোলাকানিয়ে। আশি-পুমনামক লোইরাপাকা মাইপীনা থাং থাপাকী মাথৌ খোরম তৌরাকানিএ।

২৫৩ (হারাউপা লাইশুমাং শাম্হোংদা থাংথাপা)

লাই হারাউরিপা লাইশুমাং আশিকী থাংজিং লোম থংপা শাম্হোংকী লমমাচি আহুদা চাক্লনা থারাকা মাথকত্তা লা লাত্তোন আহুম লোনাহুনা থারপাকা আহুকী মাথকত্তা কি মারাক তাইপা আমানা আহুম খোকনা থুপলাকা থারাকানি। মাথকত্তা লাইপৌ লৈহুন আহু হুনলাকানি। মাশি নংতাপা চুপাকী লৈং-হুন হাপলাকানি। লাইহিংথৌকি লৈহুনদা লাইহিংথৌকি থাংনা ননহুনা থমকানি। লাইরেমাকী লৈহুনদা লাইরেমাকি থাংমা ননহুনা থমলাকানি। থাং আনিমককী নাকল আনিদা ফিরাল আনী থমলাকানী। থাং আথাম্বুং কোরানকী মাতোনদা থাংচীংলোমদা ওনললাকানী। থাং আম্বুমনা থারাকানী আহুকা পুংরৈহুনা পেনা খোংলাহুনা আহুত্তাকী মাতপী আনানা মায় শবথোং ওনলাহুনা লেপলাকা লাইচিং চাকোইনা লাই চিংথোকপাকী চাকোই পুমনামক শারাকানি।

আম্বুমনা মাইপীনা চাকোই শাপা মাতম আশিমকত্তাদা লাইকী শুমাংকী চিথেক মারিমকত্তা মৈ হৌরা-কানিয়ে। আহুকা মৈদি মুংহৈদেয়ে। চিথেক মারি আহুম্বু শমহুনা মী আরাতা চংহৈদারে। শমহুনা চংপামীদি লাই শমলানপা কৌয়ে। অহুনা আহল আহাং লাইশংদা হাননা লাউরাহুনা তাকহদপানে অহুনা অতাং আহলদা

খোলাউপীরমযো। কারিকুমপা মাইপী মাইপা ফাউ শমহূনা চৎপা য়াদে। চৎলুপা খোকলাপাদি মী মাহাক আহু নামুংলে আহূনা আনম আখো কোক্কানি নাহৈকানি। লাইদা হৈরুক কাকানি আম্মুম খংও।

২৫৪ ( মাইপীনা লাই চিংপাকী চাকোই শাপা )

মাইপীনা লাই চিংপাকী চাকোই শাপা লোইরপাকা লা থাবিপা আহূকী আকোইপাদা মাইকৈ লাক-তুনা হাননা তৌবিপা আহুকুমনা লাইরেল মাথেক কায়দানা চৎকানি। লাইরেল মাথেক চৎপা লোইরাকা মাইপী আমনা লা মাথকত্তাকী থাং আনি অ.হু খুংনা পাইকমদা পাইরাকা থাং আহু লোথৎলাকানি। মাইপী আমমা কৌরাম আনি আহু পায়রাকানি। মাইপী আনি আহূনা মানা মানা পায়রিপা থাংনে কৌ-রালনে আসিনা হকচাং শাপাকী মাওংকা মাননানা কোকতাকী হোনা হকচাং কায়াং পূমনামক মাথং মাথং শোককানি। মাত্তম আসিমকতাদা মাইপী আনিমক রা ভাংপা য়াদে। মাসি লোইরাপাকা থাং আমাম্মুং কৌরাল আহু তপনা তপনা খুজেং লৈরাহূনা হায়কানি। চাইহাক হায়রাপাকা থাং আহু লাই শুমাং কাওহূনা চোংনা চোংনা চৎলাকা চিংবৈদা হায়পাদি মায়জিং মাপাদা হকচাং কায়াং শোকপা আমাম্মুং থাংনে কৌরালনে হায়পা আহুদাকীদি আম্মুমনা রাংব্রেনলোমদা আমুক আম্মুমনা তৌরাকানি। আহূতাকী আমুক কৌক্রুরোমদা চৎলাকা কৌক্রুদম্মু আম্মুমনা তৌরাকানি। হায়রিপা আসি লোইরাপাকা থাংনে কৌরালনে আনিমক থাংজিংলোমদা লা থাবিপা হাবনাকী মাকম আহূদা থমলাকানি। মাথংদা মাইপী আনিমকনা খুং য়েংনা থাং, ওয়না কৌরাল লোথৎলাহূনা পায়রাপাকা মাইপী আমনা লেপহোরাকা আমানা মায়জিং তাননা চৎলাহূনা লেপলুকানি। আহূদাকী মাথোয় আনিমক চোংনা চোংনা চংশিন্নরকতুনা লাইপৌ লা থারমপা মাকম আহুদা থাংকা থাংকা ফৌরালকা ফৌরালকা আমুক আমুক চুনারমকানি।

২৫৫ ( য়েংকাতাপা থাং চুনাপা মীয়েংনি )

থাং আনি থেংনাপা য়াউপা আসিদি মৈ হৌহনপা য়াদেয়ে। চুমনা থেংনারাকা লোইয়ে। মাথোন ইথাকলাপাদি য়ায়োইয়ে নামুংই। আম্মুমা থাং আনি চুনাপা লোইরাপাকা আসিতাকী থাংজিংলোমকীদা লেপা মাইপীনা মায়াজিংলোমদা মায়াজিংকী মাইপীনা আমুক থাংজিংলোমদা য়োনাপা চৎনাক্রুরাকা আমুক

চনলকতুনা হানবাকী থাং চুনাখিপা মাকম আহুকী সুমাং মায়ায়দা আমুক চুনারাকাবি। অম্মুমনা হঙ্গৎ-হনদা থাং আহু চুনাপা আসিনা আহুমলক চুনারাকানি। আহুকা মাথংদা থাং আহু অম্মুমনা হঙ্গৎ-হনদা চুনাপা আসিনা আহুমলক চুনাপাকী মাথংদা থাংজীংকী মাইপীনা কৌপরুদা আদুকা মারজিংকী মাইপীনা বাংব্রেনদা চৎলাদুনা লেপনারাকা হানবা তৌথিপা আহুকুমনা আহুমলক থাং আহু চুনারাকানি। আকোনপা চুনাপা হৌরকপা আসিদি মাইপী আনিনা মাথাকী ঈশৈ আসিনা আরাই আখুম শকনারাকানি। মাহুকী মাবমদি লাইপো লোই-পকী চোংথোং শান্নপহুকী ইশৈহু শকপা য়ায়রে। অহুতকী মথাকী ঈশৈসি হাপলাকাতাপনি অম্মুমনা তৌকাদানি।

২৫৬ (ইশৈ'দ নুরাপীনা শকপা ঈশৈ আহুদা মাথাকী আসি শকউ)

আং নোংপোক মালং হুমমোইপা নোংপোকনা মালংনা হুমমোইপা, আং নাকোকতা চিবোং থেংচিমে মানাদা চোমলাং য়ানশিললে খুবোমনা মাতা কবাদা খুবোম য়াইশি লোলশিন্নে। নানাদা চোমলাং য়ান শিললে। পামুপা তাংখুলকী শকতমদি হোংদেকো অঃ হল হৌরো হৌরোদে। আ তাংখুলও তাংখুলওদে মাথককী আসিনা ইশৈ শকতুনা শকনা শকনা থাংকা থাংকা কৌরালকা কৌরালকা চুনারাকানি। চু নাপা লোইরাপাকা হনদোকলাপাদা মাথাকী ইশৈ আসি আমুক শকনারাকানিরে।

২৫৭ (নোংপোকনা লাংওনপা তাংখুল ওইপা মাহাক্না শককাতাপা ঈশৈ)

হললারোইয়ে নুরাপী হললারোইয়ে ইনেম মাচা পামুপী। নুরাপী মুংশিংপু লাংদা থুপারা লিনপু শৌনা য়ুপারা ঈশিংপু শায়রাদুনা য়োংপারা ভুমিংপু লমপুনা খিমপারা কৌজেংপু তেননা পানপারা ওঃ ওঃ হল্লারোই ওঃ ওঃ হল্লারোইয়ে দে দে দে।

২৫৮ (আসিকী মাথাদ নুরাপীকী পাউবো তাংখুলদা পাইখুম)

ওঃ ওঃ ওঃ নোংপোকতা মালংনা হুমমোইপা নোংপোক নাহানা পামুপা নুরাপী ঐহাকপু পামলাপাদি পম্ফো কী কোংয়াং বাখোংদা পাম্ফোকী কোংয়াং বাখোংদা যম্নংকী লাপা ৭কা পুথমকী শেমজা ৭কা নিংতোন ওইপী ঐপু পোকপা পম্ফোকা নিংতোল ওইপী নুরাপী ঐপু পোকপাপী পালেমকা কমলিচৈকী মাতমদা হোদা হায়—হায়জারো পামুপা নাহাকপু নৈশিবেকো দে দে দে।

## ২৫৯ (নোংপোকনা লাংওনপা তাংখুননা পাওরো পাওখুমপা মুরাপীদা পীপা)

হাদা মুরাপী ঐদি হনলাবোইবো মুরাপী নাহাকনা নাহানবোংকী লাংওন চৈখিপানা নোংপোক মা-লং তাংখুল ওইখিপানি। শায়ম নমমিং পাখং ওইখিপানি। ঐপু পামশীয়াপাদি মুরাপী নাহাকপু পোক চাপী পালেম প্রোকমাপী পহৌ শিনাদাপা মাকু ওইপা আসিমকনা ঐচোনদা হায়বাবো চংঙাবোও। আহ্ ওইরাপাত্তি লাংওন আদু চৈখিননা লোপীকে। নাহাক ঐহাক লাংওন চৈশিং হায়নাখিশি। য়ারা ইপাও তারাপানিদা লাংওন চৈকক তমলাশি পাউখুম পীয়কও দে দে দে।

## ২৬০ (য়াথাদা অবাই আখুম চৈশক য়াওরি।)

মাতাং আসিদা অহমলক থাং চুনারাকানি। আসি লোইরাপাকা থাংবে কীরালবে আমি আহ্ হানবাকী মকমদা থমলাকানি। আসিতাকী থাংবে কীরালবে লোথংলাহুনা লাইকী মানাকতা থমলুরাকানি। আহ্কা মকম আহ্ শেংদোকানি। আসিকী মাতুংদা লোত্তারোল ঈশৈ শকতুনা মাইপীনা হাওকী শেংলাপাকা খুংলং মুপী থাংচেং শেংপী য়েংদো লম আমাম শাংপা পায়পী মুপী ৭ সু পাবেং আমি খোকনা লাইদা ওমশিননা লেপতুনা লৈয়াকানি।

২৬১) আহ্কা মুরাপী শাপী মাইপী আহুনা শম আমা য়াল্লাকা মাথুংতা লাইকী জেনৌ য়োং মাচা আহ্ পায়রাহুনা লোত্তাপা আহ্ য়াওরাকানি। আহ্কা শম আহুনা লাকোইবে কাপোকবে আসিকী মারোম আমা চৈখিপা আহাও আখুমপা খিশিক লামা য়োমলাকা পায়না পুমহুনা পাবৈ থারাহুনা হাপ লকানি। মাহুনা পাবৈ য়েংপাতা য়েংনা পাবৈ থাপা উমকলে। আহুনা পুকনিং আহ্ আপেনপা ওইরে।

## ২৬২ (আসিকী মাতুংদা লোত্তা ঈশৈ শকলাকানি)

য়েংকাদাপাদি লোত্তাপাতা শায়ম মুরাপী শাপী মাইপী আহুনা মাইকী কী শেংলোইদাপানি শায়ম মুরাপীকী কীশেং শেংলাকানি। আহ্কা আহানপাদা শককাদাপা ঈশৈদি হায়াউমকপাদা লাইকী খোকনদা আশোয়পা আকায়পা য়াওখিপা খিশিকপু তাকশিনপা হায়রকহুনা খুললেমা খুল পুপা চৈপাককী নিংথোকীসু য়াইকাপা পীননাপা লাইদা হায়দাপা আহ্কী ঈশৈ ওইবা শকলাকানিয়ে। মথাদা শকলিপা আসিনি।

## ২৬৩ ( মাইপীমা শারক নুরাপী শাপীনা ইদৈ শকচাপা )

চিংঙু ইপুংঙো হাদা খোইয়ুম লাইখিংথৌ ইপুংঙো লাইখিংবো লাইরেম্মা হায়াউ শকশেম তমলিপা খোংথোক কুমৈ শানাখিপা খুংকং লৈপাককী ওইখিপা কোরো মালেম আনিমক্তা মিংলেম য়াইপীরেল পোকমাপা খুংকং আসিদা নামিংলেন ওইখিপা নাশানৌ ঈপেমা লাইমেমাকী মামিংনে লাইনিংথৌকী মিং-লেমনে ইপুংঙো ইপেম আনিমকনা হায়াউ তায়ামপা নাহাককী খোংথোক শকশেম তম তমখিপা খোংথোক নাহাককি কুমৈ হৌখোকতুনা শানায়কপাপু হা......ঈপুংঙো ইবেমা আনিকী নাদাইরেম নামোয়শিংকী খুংকং আচৌপামা খুনথক মানিম নাই খুবখা মায়াংপু হৌয়াহনা লিকলাং কোনদেং ফেংনা ইপুংঙো ইবেম্ম কী কংলৈ নাঙখাংদা ভাসিকা থানা নুমিৎ ৫।৭।৯।১১।১৩।১৫ পানপা মাশিং তুনা হায়াউ শকশেম তমপাপু চিংঙু ইপুংঙো মিংলেন ইপেমা মিংলেন।

## ২৬৪ ( মাইপানে, মাইপীনে, পেনাগে আহুমকনা লোইশংমা পুরুমচাপা )

ভাসিকী লাইরেন নোংচাদা কোরো নুমিৎ আসিদা তিনচা লাইচা কংভাপাপু চিংঙুপানা নাঙাক-খোকফি ভাকখোকপীয়ু। খোয়য়ুম ভাকপীমমু ইপুংঙো চিংউ ইপেমা আনিনা নাদাইরেম নামোমশিংকী ঈপা ঈচা শংলেন আহুমমকপু খোকল লোইস্থ ওইচাপা কুমচা কুমকাউদাপা থাচা থাকাউদানা নুমিৎ শিংপু লাকশিনদুনা নাশু ঈপুংঙো লাইরেন নামোংয়াইকী য়ায় পুনশি চাম্বি নুংশাংপাপু পীনাপীমমউ। লৈপাক মায়ুং মাঙান নাইচামা খুনচাউ লৈচাউমা কল্লক য়েকনা শাপাউ লানপাউ লৈভানা পানচাপা চিংঙু ঈপুংঙো নাদাইরেম খুংকং আচৌপাকী লোইমোম কোপান চাউনাপা মাহৈ মায়োং চুমননাপা কাউরেল যনকোল থননাপা তায়ুম নাইকোন থম্মানাপাপু চিংঙু য়ায় নপুনশিপু হা...খোইয়ুম চাদৈ ফীকাউ শানা না-দাইরেম নামোমশিং পুমনামকনা য়াজায়কলিয়ে। চিংঙু ঈপুঙো হা—খোইয়ুম ইবেম্মা ঈবুংঙো আনিমক নাদাইরেম নামোমশিংনা খুংকং আচৌপাপু থায়ায় হামচংনাহনপীকানৌ। মিরেন হামচংমাকায়োই আমা আমেক পুমপা লৈহনপীকাম্মু চিংউপাকী ভাংলৌখাদা পুরুমজৈগ্র।

## ২৬৫ (লাইরোই তানপা লৌতাপা)

চিংঙু ভাসিকী মুমিং চৈচং শিংকক পুংলুপ আসিদা চিংঙু লাইরোই তানলাকে চায়রকলে। চিংঙু ঈপুংঙো ইবেমা লাহাল নোং নোংমাই মুৱাপী ৭মকনা তাৱা চাকভন চাদুনা খ্বংচেং মাচি নাইনা য়োংলৈ খুংতা পাইরাহুনা তেংপাক লাল্লু শোই হাক্ত তেংমাই ফুক মালেম লৈকল তৌয়ে। শেলোই লৈথোং হাংপাপু চিংঙু ঈপুংঙো লোইদাম নাকুম কুমদম লোনাথা থাজা লৌতারাহুনা তাইপং খুঙং আচৌপাকী মাহে মারোং চুমপাপু ওইনাবাপা থাগৈ লৌতাচাবাপানে হে লাইনিংথৌ লাইরেমা পুক্রমচারি।

## ২৬৬ (লৌতাপাকী মাফম থংনাপা চায়রি)

আসি হায়না শৈথারমলাকানি। আহুভাকিত্তি মাসিকী, মাতুংদা লৌতারোল লাইশোল শককাতাপাত্তি হারাউবিপা লাই আহুকী লম লমকী মাতুং ইননা মাইপীনা শকলাকাতাপানি। মাহদি ফো ওইপীবে আকোং আমপাকীবে আসিনা লৌতারোল মোইরাংকী লমতথদানা কোনপাকী মাফম আহুদা আহুদাকীনা মাথকনা শোপোম লাঈরেমাকী লৌতারোন শককানি। আহুদাকীনা কংলৈ লমকী মুমিংকী লৌতারোনসু কোয়ে। আহুকা পোইরেতোনকী লৌতারোল মাকম কোপালম লমতেং কংলৈ লমতম লৌতারোন।

## ২৬৭ (লৌতারোন শকপা লোইরাপাকা লোয়ান ঈশৈ শকও)

আসিনাচিংপা মাকম লৌতারোন আহুকা নোংপোক মাইকৈনা পানথোইপীবা নুৱাপীনা লৌতারোন আসি শককানি আসি মংতাপা লৌতারোনসু লৈখিয়ে আসুমনা থংনারাশি। মারম আসি থংনা লৌতারোল আসি শক্কাদানি। লাইশক লাননা শকপা শোনপা অসিত্তি চংবাতে য়াদে। আহুনা মাইপীনা লাইচং য়েংনা শককাদাপানি। ওয়ানা শকলাপাকা খিনমপা থানমপা তিন্নমপা লাইমমপা আহুনা লাইনম পানা কুমকাংলানি। তিলমল লাইমল লাইরমলেনদা মীনম থানম থোকপা আহুনা লৈশাককী নিংথৌকী মারাই তাহুনা ঈতাইয়ে। মীহাং মীপুল নংপা খূনথক খুনথা আসিদা আমাং আতা য়ামনা মাং তাকবৈ মারম আসি থংনা আমাইপা আমাইপীনা য়ামনা কুপনা য়েংশিলকাতাপানি। মাসি মারম থংনা চংলাপাত্তি হারাওবিপা লাই আহুকী লৌতারোন শকপা লোইরাপাকা লোয়ান ঈশৈ শককানি। মাসি শকলাপাদি

তাংখুল শায়ম পাখং নোংপোক আপানপানা নোংপোক চিংথৈ য়োমদাকী ঈশৈ তংখায় চনপা মতমদা খোকলাবাত্তানি। লৌ য়াললিপা মুয়াপীশিং তারেং আহুদা কোইত্তাল তাবলাহুনা লৌ য়ানপা খিংকানিয়ে মায়মদি নাহান নোংকী নোংপোকনে মুয়াপীনে মাখোয় আম্বিকী লাংওন লাংওন শানাবকপা আসিদা মাশক থং-তানা বাম্বিকী মাকম আসিত্তা লৌয়ানলাপানো নাহাল নোংকী নাশাপীকী লাংওন হাইকাত্তাপানি হায়রা-হুনা য়ামনা শাওনা হাইপীরে। নাহাকনা নাহাল নোংকী লাওন আমাত্তা লৈপানি। আহুকা ঐনা লৈপানা ভসিকী লাংওনতা ঐনা তাংখুল শায়ম পাখং ওইরাপা আসিনা লৌ য়ানপাত্তা খিংপিপানি। হায় কোইনা কোইনা চেন-লো কোইনা কোইনা তাবপীপানে হায়না লৌ য়ানপা খিংপা ঐনে হায়রে।

২৬৮ (নুরাপী মাইপীনা লৌয়ান ইশৈ শকপা)

ইপা লৌনি য়াললু হে হে য়ানশে। ইপু লৌনি য়াললু হে হে য়ানশে। লৈপাক মারা তানাপা ইপা লৌনি য়াললু হে হে য়ানশে। নিংথৌ লৈপাক পুনশিবাপা লৌনি য়াললু হে হে য়ানশে। খুনজাও লৈচাউ লৌনি য়াললু হে হে য়ালশে। মাহৈ মারোং চুমনানাপা লৌনি য়াললু হে হে য়ানশে। পুবসি থুং-শাং লৌনি য়াললু হে হে য়ানশে। চানান চায়িল লৌনিদা য়াললু হে হে য়ানশে। পানথুক পানকোই লৌনিদা য়াললু হে হে য়ানশে। শৌক্রী মায়াংপা লৌনিদা য়াললু হে হে য়ানশে। লোমপা তেকতা লৌ নিদা য়াললু হে হে য়ানশে। ফৌরেল ফৌজাও লৌনিদা য়াললু হে হে য়ানশে। কাদিকোম পাখোল লৌনিদা য়াললু হে হে য়ানশে। শীংখা শীংথুম লৌনি য়াললু হে হে য়ানশে। আসুমনা ইশৈ আসি মুয়াপী ৭মকনা আরাই আখুম তৌনা শকলাকানিয়ে। আসি মাথাদাকীতি নোংপোকনা তাংখুল শায়ম পাখং শাহুনা খুৎলং মুপীশিং আহুদা থারাহুনা ইশৈ শৈশক আমা শকলকানিয়ে।

২৬৯ (নোংপোকনা তাংখুল শারাডুনা শকপা ইশৈ)

হা, হা, হা ঈপেমা চিংশোং খুমুদি লমলৈমা! লমকী খুমুদি থাবিকপী! চেকলাবা পামেল উকাথকতাপু তোং লাহুনা! হা, হা; হা ঈপেমা চেকলাবা খোনথাংপু ওমক্তাপু খোংলকপাদি! ঈশানৌ ইনেম মচা লমদম তামনামক-তাপু লৈশ্রপী নিংতোল ওইপীকী মাপাওপু পুরকপারানে নে, নে চেক্লাকী নাপাওমক্তপু শেংনা আমুকত কা তমমুকাবা ঐত্তোন্দা।

২৭০ ( নুরাপীনা ইশৈ শক্লকপা )

নুরাপী ইভা ঈশৈসা পস্থোকী পামদি পামমরদা পামেলনাদি শায়ি খেনজাপাপু মাথকতা চিংকী খুমুদি থারিকপী লমকী খুমুদি লমলৈমা চেকলানা খোনথাং নাইবামকতাপু খোংপাং আসিদি ফিংভোলন্নু লাইপক থীপীবি পামমুপা মাপাউপু পুরকপারানে ঈভারোই। ইশাপী মাঞা পামমূপা খোইমুমকী মা-পোক লাংওনলকপামক্তাপু ভাইজাপাদি লোইদামকী থাশিং কুমশিং য়ামশিল্লকলে। লাংলৈকী কুমশিংমু কুমকাউনারকলেকো ঈভারোয় চেকলাসু নাপাউ শেংনামকতাপু তমমুকাপা হা, হা, হা, ইভারোই।

( আসুমনা নুরাপীনা চেকলাদা শৈথাহুমা মাপুংভোপু নিংশংপা )

২৭১ ( নোংপোক নাহ্য তাংখুলনা ঈশৈশা শক তাংলকপা )

হা, হা, হা, ঈশেমা শেলোয় চিংজাওনিসু আরাংপা লংমাইমা রাংপাপু চিংদা নিংভোননা তায়া চাকভনমকতাপু চারাহুনা লংমাই নুরাপী খুংলং ৭মকতাপু পুরাহনা য়োংলৈনা নোংথাং কুপতুনা তেং-পাক লালু শোই মালেম লৈকল তোপাদি শেল্লোয় লোকী খোংপু কাংপাক্তি হাউনা পান্দোং ফুকপাপু য়োংলৈ মাশিং কায়া শুরাপাবেনে ইবেমমা নিংভোলিও। নাপাউ শেংনা আমুকতা তমউকাপা দাংওন ওইপী ইনেমমচা।

২৭২ ( নুরাপীনা শকপা ইশৈকী পাউখুম )

নুরাপীঃ- হা, হা, হা ঈপুংভো লাংওন তাংখুল শরমদি হাউপা পাথং ঈপুংভো ঈশলকী শেল্লোই চিংজাও নিপু আরাংপা মাঙালনাদি তরং হয়—য়াইনা রাংপাচিং শাহুনা য়াংকেল পোকপীকী চিংদাকী ; হা — — ঈপুংভো তায়াকী চাকভনপু চারাপাকা চাবৈ লেংদোল য়াললকা খুপোমনা হাইচৌ লোলশিললে খুদাংনা য়াইশি লোবশিনলে। নানাদা চোমলাং য়ানশিনলে। মাওদৈ আয়াকপা , রাংলৈ আকিংপাপু থকলাকা তিবমেল’ খুংভ পায়না নাপলকী মোংপা নাক্সালয়াইদাকী আয়ুক্কি য়েনদা আঙনপাদাকী খোংকাপ নাউ-বৈ থাংলকপানা খুংবোলনাপা রাউ‍্য ছলনকপাপু নাপাউ ভাইজাপা খোংকাপ মাশিং কায়া শুরাপাকে হাউপা পাথংও। কোংলোয় নাপাউ শেংনামক্তাপু তমীহুকাপাবে হায়া তাংখুলনা শায়বদি হাও পাথংও ওওও।

২৭৩ ( তাংখুন শারম হাও পাখংনা ইশৈশন্দা পাওখুমশা )

তাংখুলনা হা, হা, হা ইপেম্মা লংমাই মুরাপী মপল শেল্লোই নিঙ্কাপাবা নিকতাচিং লংমাই হাকাপারা দাদা চিং তেংনৌ য়োংপীস্থ হুইখাপাচিংদা য়োংলৈ নোংথাং কুপ্পাকা পাখংনা য়াংদো খোংদোই হুললকপ্পাকি খোংকাপ নাউরৈ মাশিং মকতাপু মাম্নাকুরাপোইদো। হ...—ঈনেম মাচা হৈকুম হৈগুংকুম নাইনাকা জুংশি লৈরাংকুমনা লৈচা নাইনারাকানুশি হায়পাপু নিংতোনস্থ নাপাউ শেংনামকতা তমমুকাপা হা ঈপেম্মা।

২৭৪ ( তাংখুলনা লাংওন হায়নাপা তাংখুলনা মুরাপীতা বারক থাক উপা )

তাংখুলনা হোও——নোংমাই মুরাপী হোও.....নোংমাই মুরাপী হোও...নোংমাই মুরাপী বাহৈনা আম্মুমনা আহুমলক কোকানি। আহুতাকী মুরাপীনা পাম আদুম য়ানকান——....আসিদাকী তাংখুলনা পাম য়ান কানু হায়রিপা মাঙমদা কারিকী য়ানপানোদা হায়রাপাতা মাখোয় তাংখুলকা মুরাপীকা লাংওন মাথকী লোইনা হায়নারকলে। য়ামনা কননা মুপী ওইপীকী ইচং মাংপা য়ামনা হায়রকলে। মুপা ওইপাকী ইচং মাংপাস্থ মুরাপীনাস্থ য়ামনা আশাউ পাবৈনানা য়ামনা কলল কনচাউনা হায়নারকলে। আহুতাকী আশাউ পাবৈ হননাপাকী বারম আসিকীতামকতা খংনাপা মাথৈ খংনারাকা।

২৭৫ ( মীতৈকী লমপু কোথোকললকলে )

মীতৈকী লমপুনা মাথকি মাহান নোংকী লৈখিপা আথুপপা লাংওন মারম্ আসিপু তাকলাহুনা শাউনাকাম্ব মুরাপী ইচাশা শাউরাকাম্ব। তাংখুল ইচানুপা নাখোয়কী লাংওনতী লৈখিরিপা আসিমা না-পোক আমুক নোংতমলিপা মাফম লৌকমদি হোংদে আসিদানি হায়রুনা থেমলে। তাইশিননারাপাকা খুংলং মুরাপী তারেংকা লোইনাহুনা পাম য়ামিন্নাপাদা খোইনা চিকলাবে তাংখুলদা। আহুদা তাংখুলনা মৈপা চিংহুনা তাংখুলনা নোংপোক পানখোইপীনা খোই লোকইপা খোইরা আহুদি মৈদা য়াইরাহুনা চা-মিমনারাপকা আমুকস্থ পাম য়ারবিনবৈএ।

২৭৬ লৌয়ানপা= (আহানপাদা লৌকা ইশৈ)

আহানপাদা লৌ য়ানপাকী ইশৈ, হে...য়াল্লু হে....য়াংশে হায়রাদুনা ইশৈ আসি শকমিননারাকানি লৌ য়ারমিনবাকানি। আসিকী মাতুংদা আমাইপাবা কৌ ম'রু আহ হুনলাকানি। মাসিনা কৌ হুননা হুনবা নাকপাদা লাইশং শংলেন মামাং য়ৌরাপাদ তোকানি। মাথংদি লাইপৌলা থাকমদাকী তাংখুয়া পায়রিপা য়োং নিংস্রুপপানা খুংলং নুপী ৭ আসি মায়ামকা লোয়নবা মারু ওবলাকানি। আহুদাকী লাই-মাংদা য়োং লেংপানদা খোংলাকা লৌকা ঈশৈ শকতুনা লোইশিনলাকানিয়ে।

২৭৭ (আহানপাতা মাইপীনা লৌকা ইশৈ শক্লাকা আমুক মাথা তানা শক্কানি)

চিংঙ, ইপুংঙো খোইয়ুম ইপেম্মা আবিমকপি নাদাইরেম ঐখোয়কী খুঙ্গং আচৌপা আসিকী খুঙ্গাউ-বাপা নৈচউিনাপা লোইমৌম কোপান চাউনাবাপা মাইহ মারোং চুমনাপা খালৈ লৌবাং য়ানপাপু খাৈশ ওমথুং তালচারকলে। লোইবোম্ মারু তাপাদি কুমশি চাহি কুমজাকী নাদাইরেম খুঙ্গং আচৌপাকী খাৈল মাইকৈবদা মাঙ্জিল আকাং অদাপাপু লোইবোম কোপান চাউনাপা মাইহ মারোং চুমনাপাপু "নীনাপীরমউ লাইন্নিংথৌবা লাইরেম্বাবে আবিবপু ইগুঙো ইপেবাদা নাবাইরেম। বাবোবলোইশিংনা পুরুমচৈএ:

আহুমনা আমাইপীনা ইশৈ শকতুনা লোইশিনলাকানি। মাথংদা ঔক্রি হংকেন শকবাপা লাইরোন মাথৌ তৌরাকানি।

২৭৮ (আহুবাকী মাথাবা ঔক্রী হংকেন শকবাবাপা মথৌপী চোংশন)

প্রথমত হায়রিপা লাইনা খবরিশা থৌরি আহ লাইবাংবা লাইপৌনা থাকবদা নুপীনা নুপানে মাশিং চপ শারানা হায়পাদি খিপাবা ৩০ নুপীবা ৭০ বংশ্রাকা ২০-২০ নাং থাই। আহুনা কোইশিংসাকা নৈপাক তাইথদীবা থৌরি আদু পাইকতানি লাই শান্নপা লোইরিশাওপা থৌরি অহ নৈপাক তাপাদি য়াদে। মাহু তাৱাপদি খুঙ্গং অহ মগোই মগোইবাবা মবাই মাতোই য়ামই। খুবকায় নৈকায়পানাচিংপা কংতাপা থৌবোক য়ামনা তৌই। আহুমনা লাইকী মামাং আহুবাকী কীশি কিবাবি। আহুবাকি লাইরিংথৌকী নাকসোবদা নুপাবা নৈবানি। লাই-রেম্মাকী ওইবোমদা নুপীনা নৈকানি। আহুমনা নুপা নুপীবা নৈবাহবা থৌরি পায়নাকাতানি। মাকোক

থংজিপা মুপাবা মাকোক থংজিপা মুপীমা মুপা মুপী আদিমকতী লুহোংহনা লৌপাকী মাচা মচুনা ভেবতা কায়-দাপা মীনা ওইকাতাপানি আহুকা মাইপীকী শারিক পুবহুনা থমখিপা আহুদা চেংবা কিশিন্নাকানি। আহুদাকী মুপা! আহুকা মুপী আহুকা মাখোয় আনিকী মাখুংতা কীজিল আমাময়না বানখোকতাবাপা মিং থিজা কিশিনলাকানি আহুমনা পুবনি।

২৭৯ ( ঔক্রী চোংপাকী চেকশিনকাতাপা মারম )

ঔক্রী চোংপা হৌরপাদি পায়রিপা থৌরাই থাদোকপা তৌহেদে হায়রৈয়ে। মারম আসিনা য়াওরি পা মী পুবনামক মাপা মাপাকী কী চেকশিননা শেংকাদাপানি নানখোকহৈদে। মুপীনে মুপানে আনিমক কায়দাবাপা পাপোং কায়পা য়াদে।

২৮০ ( ঔক্রী চোংপা য়াওপা মীকী মাথৌ তাকপা )

ঔক্রী হৌরপাদি খোংনে খুংনে লেংপা য়াদে। আহুকা ঔক্রী চোংপাদা য়াওবাদাপা মীদি বোংমা বালিডৈদাকী চাকমাং চাপা মুমাং থকপা আমাদি মুপানে মুপীনে আমাতা পুকনিন চোইখোকপা চাকতিন কৌদিন কীমাং শেংপা য়াদেয়ে। আসিনা মারম ওইহুনা হায়রিপা মীওইশিংদি য়াউদাপাবা কৈ।

২৮১ ( য়াহিপ চাকচা তাকপা )

ঔক্রী চোংলিডৈদা মাশা আহু শোইদানা লাইনা লাহংলাকানি বাবথারাকনিয়ে থংপীও। আসিনা মা-য়াবদা হায়চারিপাসিরি। মায়াবনা থৌরি পায়হনা কোয়শিললিপা আসিকী মায়ায় আহুদা লৈরাকা মাইপানা ঈশৈ হনবাকানি। মাইপীদি লাইরোমদা মায় ওনশিন্দুনা লেপলাকানি।

২৮২ ( ঔক্রী হৌনাপা লাউপা )

ঔক্রী শকপা হৌরমদাইদা আমাইপানা য়াউরিপা মায়ামপু কৌরাহুনা তাককানি। নাখোং নাখুং লোং লাকাদুকো ঔক্রী লাইরোল শক্লাশি হায়মা তাকানি। আহুকা ঈশৈ হৌনাপা তৌয়াশি হায়রাহুনা লাউরাকানিয়ে।

আহুকা মায়ামদা য়েংকাতাপা মাথৌদি থোওরি পায়রিপা মীওইশিং আসি লেংদানাপা মুপা-মুপী

আনিমকতা মী আনি আনি আহুম আহুমনা মুপা মুগীশিংনা কাংনাচিংগদা কায়া ভানখোকপীকানি। লাই লোইপ: মুখিংতা শকলিপা ঔক্রী শৈশক আসিদি খুঙ্গাওবাগা লৈচাউবাপা শৈশকনি। লৈপাক মায়া তাবা মুংডাই মাহৈ কংনাপা শৈশকনি। শকলাশি হৌরাশি।

২৮৩ ( মাইপানা ঔক্রী শকলাকা মায়াম য়াওরিপামা খুমলাকানি )

হোয়রৌ হয়া হোয়রৌ হয়া হোয়রৌ হায়া, হায়া শোয়, হায়া শোয়, হায়া শোয়, ইং শোয় ইং শোয় ইং শোয়, হে হুপ, হে হুপ, হে হুপ

হায়বিপা লাইরোন আসি মাইপানা পরেং আমমম শকলাকা আসিদাকী মায়াবনা খুংকাডাবি হকচাং লেংদাবা আহুমমক খুমকাতানি। মাথংদা মাবাদা লৈখিপা আনিনা শমথাকানি। মায়াম য়াউরিপা আ-হুমা অমাইপনা শমথায়াকা মায়াবনা আমুক হংবেন কোললো হায়রাহনা খুমলাকাবিয়ে।

২৮৪ ( ঔক্রী কোললো হায়না হৌপা )

ঔক্রীও কোললো এঃ লবলেন মাতাইমাদা এঃ মাখং মদাইমাপু কোললো এঃ কংলৈয়োম্পু কোললো এঃ কংলৈয়োম্বা পুংমায়োম্পু কোললো এঃ য়োইমায়াইপু ভাউবনপাপু কোললো এঃ ভাউরোয়মাইপু আতানপাপু কোললো এঃ মালেমবৈপু লাংজাবৈপু কোললো এঃ শানা ভোনপু বোমমাতোনপু কোললো এঃ থাপীরেংপু শেংকোয়রেনপু কোললো এঃ আপাবপাপু চানংশেনপু খোইমুংশেনপু কোললো এঃ খোংশাপা মৈপু নোংপোক লৈমাচাপু ভোবিং লৈমা চাপু কোললো এঃ মালেম মাহৌ লৈরাই পাংকা মিংথৌ চানুপু কোললো এঃ পায়মাকিদি লিমকোয়কিদি কোললো এঃ পালেম শিবনা শীথাং শিবনা নাউংয়াকপা মৈপু কোললো মাপল, লোনপু কোয়োও খোবপা চানুপু কোললো এঃ নোংপু খোনপা চানুপু মালেম লুমপা চানুপু কোললো এঃ নোংপু খোবপা চানুপু মালেম লুমপা চানুপু মৈপু লুমপা চানুপু কোললো এঃ

সানাকিদি লিমকোইকিদি য়োয়মায়ায়দি ভাউবনপাদি কোললো এঃ মুমিং ওয়াপাতা ইদি ওয়াপাতা কোললো এঃ থাপী চায়রাপাতা দোলাই চায়রাপাতা কোললো এঃ মিয়েন লৈয়াপাদা চেপনা লৈয়াপাদা কোললো এঃ হেমপা থায়াপাতা থাদাই থায়াপাদা কোললো এঃ

লোইখিং মুখমাপাতা চিংজাও লুখলাপাদা কোললো এঃ য়োমায়ায়দি তাউদনপাদি থাপ্পী নৈদাহন্নবিপু নো ও কোপ্পিলো এঃ

১৮৫ (কয়ি চকউকী কোল্লো হায়পা।

হয়িঐপু কোললো এঃ মালেমহৌউকীপু কোল্লো এঃ নৈকা হৌউকিতি কোললো এঃ পোইরৈ শেমউ কীপু কোললো এঃ নৈকা শেমউকীপু কোললো এঃ ওংলৌতোননা লোখিপানা কোললো এঃ পুকমুংথাকী হারাই থাকী থাংপাক থাকীপু কোললো এঃ শংলৌ কেকলাপাদা মানা কেকলাপাদা কোললো এঃ য়েলাং লাংলাপাদা মানা লাংলাপাতা কোললো এঃ পুকমুং ওললাপাতা মিতম ওললাপাপু কোললো এঃ মাবিয়েদা মাহৈ অংকো পালমাপাপু কোনলো এঃ শামুদোল আয়াংপানা পুকলিপু হরাইবিপু কোল্লো এঃ ওংলৌ তোননা নেংথংলেদা মায়া রাইকি নেংথংরাইকিপু হৌমাবিয়ে। মাকোল থোককি কোললো এঃ তিললাং হৌয়ে মাথোয় শাউয়ে লোখিপানা কোললো এঃ য়াইপী হৌয়ে মানুং হৌরে কোললো এঃ ওংলৌ তোনকা লোখিপাকা কোললো এঃ চাওমুকনা মাকোলথোককি কোললো এঃ শামুদোল আয়াংপাকা কোললো এঃ খোংপা য়েংলে তাজিল য়েংলেদা কোললো এঃ শামাদোন আয়াংপা লেংকাই চকলেমা কোললো এঃ খুরে কোঙোই লাংদা থুরেদা কোললো এঃ লাংজল লিলোয়ে লিকা লোয়ে কোললো পু হুনকা লাকা খুরে কোঙোই লাংদা থুরেদা কোললো এঃ লাংজল লিলোয়ে লিকা লোয়ে কোললো এঃ শামাদোন আয়াংপাপু মাশা কমনা মারেং কমনা থোকাউ তমথিয়েদা কোললো এঃ মাতু ফোই- রে মামান কোয়রেদা কোললো এঃ মাকোয় কোয়রে মারাং কোইরেদা কোললো এঃ খোইনৌ মৈপু মায়াং মৈপু কোললো এঃ লাংজেং শংমা কোংপা শংনা কোললো এঃ নৈশং চিংদা চিংলাংমৈদা কোল- লো এঃ শারাং চিংদা তুকেনপা চিংদা কোললো এঃ মায়াং চিংদা কোইফোই চিংদা কোললো এঃ থাংবৈ হমকা মায়াহনপাকা কোললো এঃ ওংজাপাকা চিংমাপাকা কোললে এঃ মামোয়মানপীকা আরাংপীকা কোললো এঃ ঐক্রী থাংদা থাংমৈ থাংদা কোললো এঃ লাংজল রাইনা লিতোল রাইনা কোললময়ে কোললো এঃ মাকোর থোককিপু কোললো এঃ হংকেল কোললো এঃ হংকেল কোললো এঃ হংকেল কোললো এঃ

মাতাং আসি য়ৌয়কলাপাতা আমাইপানা চায়বককানি। আমাইপানা হে! লাইখিংথৌ মাদাইরেমশা মামোমশা মাপাচাশা লাইরেম্মা মাদাইরেম মামোমশাও। মায়ামনা হাও হায়মা খুমকানি।

আমাইপানা মাখোং নাখুংতি লেংপা য়াবে। আহ্কা নাখুংনা পায়রিপা খোঁরি আহুদি থাদোকপা য়াদে আম্ভুমনা লাওকানি।

(আসিকী মাথাদা আমাইপানা ঈশৈ হললাকা মায়াকনা খোং থাংহনা ঈশৈ খুমনা খুমনা থাবল চোংলাকানিরে)

২৮৬ (আমাইপানা ঈশৈ হল্লাকানি)

লিকশারি লিকশারি লিকতা, লিকশা কুন্দো পারেং কৈথেল খুজি শানা চোয়ম্লাং লিকতা লিকশা কুন্দো পারেং কোথেমপী কাওনাশে। কৌনা মাতোল রাইনাশে শং শংদো শংত্রোপীরে শংত্রোকা রাইনৌশে রাইনৌশে চারোং লাংবৈ রাইনৌশে।

(অমাইপানা ঈশৈ শকনা চোংকানি খোংচোং আচৌবা-মাচা)

আমাইপানা আম্ভুমনা শকপা আসিদা মায়াবনা ঈশৈ আসি খুবং খুমনা চোংলাকানি। খোংজোংদি আম্ভুমনা তোকাতাপা মাওংনি আসিদি য়েংকী খোংনা ওয়কী খোংকী খুপোম মাপা কাওপা থাজংলাকা ওয়কী খোংনা লৈপাকতা য়েংলিপা আহনা খুদোলনা লৈপাকতা নেংসাকা খুনিংনা খুদোল আনি থকতং কাংলাকানি। হকচাং মাথকলোমদা থরা হমকংকানি। আম্ভুমনা চোংপা আসিদি লোইরাপাকা য়েংকী খোংনা লৈপাকতা তপনা তপনা তারকপা মাতমদা ওয়কী খোংনা খোংকাপ মাচা আমাতং থাংকংলাকানি মাসিপু খোজোং মাচা হায়না কৌএ।

২৮৭ (ঔক্রী লাইপোল মাপু মাশক তাকপা থাবাই মি কোনপা)

কে ক্রেক কে মো মো য়াঙ্গোই শাম্পা শাউ শাউ তোকপাকা কামপাকা কৈকা য়েনকা য়েনখোং কংতে চাশিনলো লাইকী য়েননি চাকদে।

২৮৮ (আনিতি মথকতাকি লাইরোল ইশৈ মাথাকা থাবাই মী কোনপাতা চংই)

রাহৈ আসি হায়রাহনা শকনাকা শৈশক আসি লোইরাপাকা খুনজাউ লৈচাউনাপা আমাদি নিংথৌ ওইপাপু নিংথৌ লৈপাক মাসিপু পুনসিনাপা আম্ভুমনা লৈপাককি নিংথৌকী কানাপা হায়হনা শৈশক আসিপু

কোললোইবানা মৈতিংগু লোয়য়ুমপা সানা হাবকবতা ঔক্রী লাইশোন আসিপু শকপা আসিদি লৈশেমথৈদা শরনালবলাপা ঊশৈ লৈশক অ্যাশিদাকী লালপাউ ওবচাহনা ঊশৈ লৈশক আমাকা শকনায়বই মাশিদি কালৈ মৈতৈ লৈপাককী বংলৈপাক আকোইপা চিংলোন মাপলনা কোইরিপা ওমপাক মৈতৈ সানা য়েক ৭ শালাই ৯ যককী যিংথোরেনশিংকী লাই হায়াউপাকী লাইরোই সুমিৎতা আমাইপানা মাইচৌ পাংগুং জিংনা শককানি। আশিকী মাতুং আসিদা থারাইখি মিকোলাকানি। মিকোনথাকোলপাকী মাথৌ আসিদি গুপকাতাকী আসুমনা তৌরকলাপাতা লবনীগা লাইকী মাকম পায়েং লৈয়কপা লাইপুং আমাময়কী হিকায়ম তোতানগা তোতাবনাপা ওইপাকী লাইকম পুয়মককী হিকায়ম তিমবাদাপা মায়মনা আকাংপা বিপিককী মাতুং ইললাহুমা আশৈপানা লৈথাহনা থারাইখি মিবেনপু কোনশলকপা লোইয়াপাকা মাতুংকী থোয়মদি মাথাদা হায়রিপা আশিনী।

## ২৮৯ (ছুইবি য়েনথি য়েপপাকী মাশকতাকপা)

ছুইবি য়েনথি য়েপলাকানি মাশিদি কুরুনে লৈমায়েনকী চুনাপাকী মাচুমকী মাওং ওইপানা তাইনং পামপা ওইখিয়ে। আয়োনপা শকতমখি আদুনা আয়োইপাতা শকতিকী থোংথুন লিশিনপানি আসিনা থোবজিনপাকী থবকনি আহুমা মাথকতা লাইয়োইকী তৌকাতাপা মাথৌ থোদাদি হায়বিরিপা লাইদা কংপা লা মাচেং ২ আমি পুথোকলাকা লাইয়িংথোদা কংপা লা মচেং; আহুমা শারিক পুললিপা মুপা আশিদাকী হৌয়াহুনা মাথং মাথং মাথৈ কাওপা য়াউরিপা সুপাশিং পুমকাবক আসিনা লা! মাচেং আহু মাখুং য়েংতা আমামম পীকানি আশিদি লাইনিংথৌবা কংলাপা লানি। মাংপা য়াদে মাংপা তাপা আশিদি মাচা মাসু শোইরকই মাহৈ মাংহৈ আহুতাকীদি লাইয়েমাদা কংলাপা লা মাচেং আসিনা শারিক পুললিপী মুপী আহুতাকী হৌয়াহুনা য়াওবিপী মুপী মাথৈ আসিদা লাইয়েথানা কংসাপা লা মাচেং লোইবা মাচেং আমামবম মাখুং ওইদা পীরাহনা পাইহমলাকানী। আসুম তৌরপা লা মাচেং আশি মাংপা য়াদে মাংলাপাদি ইচা ইগু সুবোন মাংই ইশাকী শকতি মাংই চেকশিনলো আসুমনা লাশিং আশি পীপা মাতমদা পীরিপা মাইপাশিংনা ছয়খি য়েপাশে হায়না সুপাশিংদা পিকানি। লাইনিংথৌবোমকী মীদা আমুক লাইনিথাকী মীয়ামনা য়েপশে হায়না থুমকানি। আহুতাকী আমুক মাইপানা য়েনথী য়েপশে মায়েপশিহায়কানি।

মুপীরোমকী ময়ামনা মায়েপশে হায়হনা খুমলাকানি। আম্মুম তোনা লা মাচেং আদু আমাময়ম পীপা লোই-রাপাকা আমুক অমাইপানা মাকোক ঈখং থংপাতাকী মুপাকে মুপীনে ওনথোকনারাহনা হুইখি লোকলাশে হায়রাপাকা মায়ামনা মারোকলাশে হায়রাপাকা আমুক য়েনথী লোকলাশে হায়না মারোকশে হায়মা খুম-লাপাকা লা মাচেংশিং আহু লৌশিললাকানি। হাননাকী মাকী মাকী থমকমদা থমলাকানি। হায়পাদি লাইনিংথৌদাকীনা লাইরেমপীকী মী মুপিশিংদাকী লা মচেং অহু লোয়াকানি অহকা লাইরেমপীকীনা মুপারো-মদাকী লোয়াকানি। আহুদি ঙাশাই মাথকতা ওনথোকমাখিপা আসিনী আহুনা লাইনিংথৌদা থমলাকানি মুপিশিংদাকীনা মুপারোমদাকী আহুনা লাইরেমদা থমলাকানি। আম্মুমনা থংনারাশি কাউকানো আহুনা লাশেংশিং আহু মাশিং বাংহনলোইতাপানি। মাশিং থিকানি বাংলাপাত্তি মাচেং আতোপপা হাপচলো বামুংপা কোকএ। আরাংপা য়াউদে হায়না খুমলাকানি হুইখি য়েনখি শোইদে হায়কানি।

২৯০ (ঔক্রা শারিক পুরলিপা লৌথোকপা মারম)

আশিদাকী মাতুংদা শারিক পুললিপা আহু থোকলাকা থৌওরি আহুদি নৈপাক তাহনদানা পারেং তংহনদানা মাখুং মাখুং পায়নাহনলমলাকানি। অহুকা থৌওরি আহু নৈপাক তাদানা কোরশিনলাপা-কা শারিক পুনলিপা মাখুংতাকী কি আশি লৌথোকলাকানি। আশিকী মাথংদা থোককাদাপা মাথোদি মাথাদা হাইরি।

২৯১ (শারিক লৌওথোকলাপা মাতুং শারিং নীংলাকানী শারীং নৌংপা)

শারিক লৌওথোকলাপাকা মাতুংদা অমাইপানা হায়পা মাতুং ইমনা মী পুয়মক মাখুং য়েংবা মাকা থংবাপা মীকী থৌওরি পায়রিপা মাখুং ওয়কী খুদাংদা পায়কানি অম্মুমনা খুদাং পায়নাপা লোইরাপাকা আরাইপানা মারোন হায়রাহনা থৌরি মাতোন লোমদাকী হৌনা কোরশিন্নকপানা শারিক কিরিপা মাচিন আহুদা লোইরাকানি। মাহুদা শারিক পুনপা মুপানে মুপীনে আহুম্ লৌথোকলাকানি। আতুকা থৌওরি কিরিপা আহুদি থোকতানা শারিক য়াওবা য়াওনা কোন্নাপাকা পুশিনলকহুনা লাইমাংহুদা কং-খুকানি আম্মুমনা থংও।

আহুদাকৌ মায়াম আসিনা খুংকা খুংকা শননাহুনা লৈরাকানি। আন্সুমনা লাইদা খৌরী কংলুরা-কা মাইপাকাবে মাউগীকাবে আনিমক আসি আমতা ওইনা খোক্কলাপা কানদা, মাইপানা সুপারোমকৌ মাকোকলোমদা চংখিকানি। মাইগীনা সুপীরোমকৌ মাকোকলোমদা চংখিকানি। মাইপানা পায়পায়া মাখুং য়েংনা পায়নাকানি। মাইগীনা পায়পানা মাখুং ওয়না পায়রাকানি। আন্সুমনা চপ মায়াহুনা পায়েং লেংলাকানি। আহুদাকৌ মান্সুংলোমদা চংশনলকলাপাকা সুপানে সুপীনে আনিমক চপ মানানা আরে ইপালেংলাকানি। লেপলিপা আসিদাকৌ কৌরহুনা সুপানা সুপীরোমদা চংশনহুনা চংতুনা লিংখোকদা লেপখিমারাকানি। লেপলিপা আসিদাকৌ কৌরহুনা সুপানা সুপীরোমদা চংশনহুনা চংতুনা লিংখোক-লাকা হাননাকৌ মাকম মাকমলোমদা আন্সুমনা আমুক লাকলাহুনা লিংখিপা আহুদাকৌ থংনা থংনাপাদা লিংলকপানা মাইপানে মাইগীনে আসি কাওপা লিংখোকাদাপানি। মাতম আসিমকতাদা মাইপানালাওরাহুনা হায়রকলাকানি। শারিং লিংলে। মীয়াম আদুনা মারিংলাশে হায়না মীয়ামনা খুমলাকানি আন্সুমনা খুমলা খুমনা মায়ামনা লোইপা কাওপা লিংলাকানি। মাইপাবে মাইগীবে আসিদি মাখুংতামক লিংখোকলাকানিয়ে। আহুদাকৌ মাখংদা আমুক শারি হনকানিএ

২৯২ (শাগা হ-পাকৌ মাবম থংলাপা)

শারি হনলমদাইকৌ মাতমদা খুং পায়েং শমনানা শমনানা আদুদি থাদোকমারাকানৌ। মী আনী আনী মায় ওনশিমহুনা মাখুং আনী আনী পায়মাহুনা লৈরাপাকা মাপা মাপা আহুদা কায়দানা লৈখো-করারাকানি। মাসিদাকৌ সুপাকা সুপ্যকা সুপীকা সুপীকা মাখোইকৌ মাপা কায়দানা লৈখোক লৈশিননারাকা আহুম আহুমলক তোরাকানি। মাতম আসিমকতা মাইপানা শারিং হনলাশে হায়রাহুনা হায়-রাকানৌ। আহুদাকৌ মায়ামনা মাহংলাশে হায়রাহুনা খুংলাকানৌ। আসিদাকৌদি লৈখোকমাপা মাতম আসিপুদি শারিং হনপা হায়না কৌএ। মাসিদি লোইরাপাকা ওক্রৌহংকেলকৌ মাখো থবক পুমনামক লোইয়ে মাসিকৌ মাকাদি খেনচোং শকলাকানীয়ে।

২৯৩ (খেনচেং শকজাকানৌ লাইসিংখৌ লাইরেপাকৌ মায়ংদ)

মায়মদি শারি হনপা লোইগ্রপাকৌ মাতুংদা সুপাসু লাইয়িংখোকৌ মাপাদা লাইদা ওনশিনহুনা লেপলাকানি। আহুকা সুপীনা লাইবেমমাকৌ মামাংদা পায়েং নাইনা লাইদা ওনশিনহুনা লেপলাকানি। আন্সুমনা

মুপা মুপীকী পারেং আনিথোকনা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা আনিদা ওরশনহুনা লেপলিনা আহুকী মামাংতা আমাইপানা খেনচোংকী ঈশৈ শকতুনা মায়ামন খুশাক খুরাহনা খুমলাকনি। খোংদি মাঁমা নামমা চোং- লাকা খুপাক খুনা খুনা চোংশিনকানি আহুকা চোংনা চোংনা তুংলোমতা হমলাকানিয়ে।

২৯৪ (আমাইপানা খেনচোং শকপা ঈশৈ)

খেন=চোরে খেন=চোরে খেনচো=রাংৈ খেনচোরে আচি চিরোং চি=চিরোং হাবেং খেনচো মা- খেনচো খুয়োলও লৈখোংকাই মোরিও লৈরানপী চেংকোই লিকলাং রাইরংখু কোককাই মোইদাং আয়াংঙা হিথা থাংৈম আচোংঙা খোয়দিংও মাকেরে কাপোকও মাকারাম হংকামও মাকারাম হংকাম মুপা লিও লিও ঈপুরোই চানিংলোই নাকা ইক খোংরিললোই খোইনিংও ভুথাবো নাওরা ঐরা খুনচাকে হে আউরা নাশংদোন পুরুম পুরুম লিথাউ থাউ কাকরেল খুজিল চু=চু=শাকোল তোংপা কাইরংপা নংপু তোংপা য়াংদেদো লমকি পানা খোংশংনী নংপুই শায়পা চাংদেদা ঈমিং ঈমাং হাইরোনা ঈখুং খুপাক কাইরোনা আথিংকোরে খিংকোরে খিংকো লাংমৈ খিঙকোরে লাইরেম কৌকপা খিংকোরে।

আসুমনা খেনচোং ঈশৈশকপা লোইরাপাকা আমুক হাননাকি মাওংদা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা আনি- মককী পাউশাতিল্লক শকপাকাতাপানি। আশিদি মাথাদা লৈরিপা আশিনি।

২৯৫ (লাইনিংথৌ লাইরেম্মা আনিমক্কী পাউশাতিল্লক শকক্কানি)

হে, হো. হে. হো. নে, নে, নে, নে, নে, নে, নাহাশিংথোক পোংখুথোয় হয়া লিখোয় খোয় ঈতা- খোয় মুরাখোয় হোনাশে হোনাশে য়োইপু রাংঙম শুথাংদা শিংক্রোনা থাপস শারেদো শারেদো শিন্নোনং মায়াই কারেদো কারেদো পাশি লাংলোই আঙমপা নোংয়ায় চারিক রায়েনপা হা কৈদা তাকাপা য়োইপু রাংঙম শুথাংদা তারারে তারারে। সানা কৈয়রেস নিংথৌপা খৌদুমুংপাক রায়েনপা হাকৈদা তাকাপা নোং- পোক মায়কৈয়োমদাকি য়োইরপু রাঙম শুথাংদা হা.........তারারো তারারো হে, হে, লাইরেম্মা চারৈ ফিকাউ শানা য়ারারো য়ারারো হে, হে, লাইরেমা হে, হে, কামরেং কামনাশে আচৌপা হোইনা তারেংঙা হোনাশে হে কংদা লিহোপা হোনাশে হোনাশে লিরি লিরি পাউ খেপী লিরি খুশী শুনা লিরি লিরিরি

কৌরোং ঙনা লিৱিৱি খুজেং ৱাইনা লিৱিৱি হংচি ৱাইনা লিৱিৱি শাৱেল লাময়া লিৱিৱি য়েং=ওয়= লাময়া লিৱিৱি শানা ৱাইনা লিৱিৱি লাংজঙ ৱাইনা লিৱিৱি লোংশং কুমশং লাংমাতোনপা থাদৈ মা- য়োও মাদা আকুৎপা কুৎপিয়ো পীমায়োইপী পীজশে লিৱি খুম খুম পাউথেমপী হে তৌ লিৱি খুম আম হায়কানি।

২৯৬ (শা কৎপা শাফাপা য়াংকোকপা)

থিংকোয়ে থিংকোয়ে থিংকো লাংমৈ থিংকোয়ে লাইয়েন পোকপা থিংকোয়ে নিংথৌ খুংশা মুৱায়ে খেংপূ অমপোল নোয় নোয় হাৱাই খাংপাক মাখাংপাক চেংপি য়োইয়া মায়োইয়া লমলোই খায়োই খা- চিকয়ে। খাচিক খচাক খাচম চম চুয়থী য়েপশে মায়পশে চুয়থী লোকশে মায়োকশে য়েনথী য়েপশে মায়েপশে য়েনথী লোকশে মায়োকশে কানাকী শামো য়াংকোক শাবে কামানা কাপা য়ামবানা কায়ে। লোমুক থৌক কদী কোংচিন মাকোংচিন য়েতুম হলজিন মাহলজিন হা, হা, নাউরা নাখুবচা নলহা- মপুংকী কাকৈনা মানা চুমমাই শাদাৱিয়ে। তোকফদাকী ভামুনা খোইজু তোলোক চিমদাৱিয়ে। য়া- য়োদাকী শাগাইনা মাচ কেক্ক খোকতাৱিয়ে। কোংপাতাকী ভাথানা পোলাং কানপ লাকতাৱিয়ে। হে পেমা নিংথৌপী থিং, থিং, লৌওজশে পানমা খুচপ পীনাশে শাপি শানৌ পুমনামক ঈমুং খাংগোক ঈয়া শং থিংকী মাথৈ য়েংনাপা চিনকী মাথৈ ফায়নাপা ভালি মাথৈ কোকনাবাশে কোকলে কোকলে মাকোকলে থিংকোয়ে থিংকোয়ে; থিংকো লাংমৈ থিংকোয়ে লাইয়েন পোকপা থিংকোয়ে।

মাতাং আসিদা লাই মমাকী পাউশা ঈশৈ লোইয়ে খুপাক চপ মান্নানা থায়াপাকা লোইশিনলাকানি মাথংদা চৎথাকাতাপা মায়মদি হিজিং হিৱাউনে। উয়াললোননে আশিংখিপিকমক হায়য়াকানি আশিকী শৈশকলাকানি।

২৯৭ (হিজিংনে হিৱাওয়ে মায়মতাকপাকী উয়ানলোননে)

হিজিং হিয়াও হৌরমদাইদা মাথকহি ঈকৌপাজা তৌপা কুমনা মী লোইনা পারেং আনিথোকনা থাং পাইপা লাইপুপা চোং পুখিপানা চিংপা থৌরম পুমনামক কাইনানা ঈকৌপাদা তৌপাকুম মাকী মাকী পোৎচং আহু পুরাহুনা মাথং মানাও কায়দানা নিপানা লাইনিংথৌকী মাইকৈদা সুপীনা লাইয়েমাকী মায়কৈদা

লেপরাবাকানি। খোঁকল পোং পুদাপা (মুপা মুপী) পুমনামকনা নৌ শাবিশা য়েংদৌ আহু লম কাপা আমামম পায়রাকানি। আড়কা লাইমথাং অ চুদাকী লাইপোলা থাকম অতু কাওপা মায় ওনশিন্নাবা-চুনা য়েংদৌ আত্র থাং মপ্তাদা কৈনা পাহরাপাকা হিকি মাওং মাননা শাকানি। আচুদাকী নৌ মা-তোল আহু হায়জিননাবাচুনা লাইরিংথোকী নৌবা মাথক থংনাননা খেংনাহলপাকানি। মাসিকী মাথাংদা লাই মায়কৈদা আমাইপানা লাইরোমদা ওনশিললাচুনা লেপলাকা উয়াললোল শকলাকানি। ঈশৈ আসি লোইত্রিংৈদা লেপলিপা মীশিংতু চাবপ দি মুপা মুপী মীপুম মায়াম আহু লেংপা খোংপা য়াত্রিয়ে। চায় বিপা আসি মাইপাক্তানা ঈশৈ শককাদাপানি। মায়ামনা মুপা মুপী পুমনামকনা লাউনা লাউনা খুনচা-কাতানি কায়রৈদে।

২৯৮ (অ'সিত্তাকী অমাইপানা হিজিং হিরাউ উয়ানলোন ঈশৈ শক্কানি)

হয়িরে আ......হয়া; হয়িরে আ——হয়া, হয়িরে আ——হয়া চিংডু খোইয়ুম লাইয়িংথোও আ ——.... খোইয়ুম য়ায়পী য়েলহৌটৈ আমম কৈশা হললকপা ইবুংঙো য়াইপী ওংথী হুমথোইপানা খেরে মুংনাং তাকুপ কৌরকপা পোইতিংডু নোংথাংনা তরংলেন তরংনা লাইজা ঈপোকপা চিংডুনা লিনতাউ তাউপী ঈরোয়নাই লাইরেলনা তাউংরায়নাই মুমুনা শিদাপা হা...—মুংকাংনা মাহারাপা য়াইপীনা মুংঙৌ শীমা-পা চিংডুনা কোরৌ আরেংপা বাংপানা নিংথৌ পানচুমপা হুপলানা মাপাল খারিপা চাবানা মাউপু লিং পীরকপা মীশেমনা পোং কাইপী মাহুবনা মুংকানা পারিংনা লাংশং হুনবা উকানা মায়খোং য়াবনা মা-লেমনা নৈশেমলকপা কোরৌনা নোংহৌরকপা ইপুংঙো কোরৌনা নোংমাদোননুংদাকী হৌশিননারকপা মা-লংবা মুংশিং শিদাপানা তোংতোংলেলনা তপনা হুমদকপাদা চিংডুনা য়াবা নাখোনচেল আহানপাদা লাংপননা খোইমু খোনদাবনাপানা মাখোনচেল উংবা মায়েক খোকলকপা নাপোকনা খোইয়া য়ালকপা লাইয়িংথোও চিংডু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ খোইপু খোইমোম লাইরেম্মা চিংডুনা ইপুংঙো ইপেম্মা আনি মককি সানা শংকাই মুংডাইপা মীয়াইথানা কাবানা কাওমদাপা পোডাইপা কানানা য়ৌওমদাপা শংলেনবা মাওা কবা আসিদা পামপানা কৈপা লোককুমপ শোংকিবা কৈরেননা কৈপা লোককুনা শোংকাংনাপা মনখী কাংলেননাপা শংলেনরে। সনা তেংনাই আঙাংপানে লুপা তেংমাই আঙৌপানে চিংডু ইপুংঙোকী সনা

## খুমুংলোন থৌকল হায়াউপা লাইরোন

শংকাই আশেংপা শংলেন মুংভাইপাদা হে ইপুংভো ইপেম্মা আনিমকনা সানা কমপাললাংদা কম কমনাদু না বায়েললাপা আসিদা নাদাইরেম নাথুল খুলপুকলেন আচংপা আসিদা চিংঙু নাবমপু থোইয়ুমকী মা মাইপা শংলেনদা থোংকায়াহুনা থাপী চৈজেনবা থাপা লানমংদাপা থাবাই মীচাক মাথোং তেকতাপ থাপা মাশা তানাপাপু য়েংলাহুনা চিংঙুপাকী সানা লাইমাংদা মালমে থাংপোকনে পাম্বিংনে পায়েং চৈনা থললকলাপাতা হারাউ শকশেম তমলকলাপাতা চিংঙুনা থোদোকলাপা-আসিকী কুশ্মে ওইপামুং চিংঙুনা পানাকী থোদোক কুশ্মে মাতোন লোমলকলে থোইমুম নাদাইরেমশিংদুনা লাইরোইমকতা য়োই তমনায়াকে হায়পাকীপু তমলককেদি হায়রকলে।

২৯৯ (খুনচাশিংকী থৌকললোইনা থৌকল লোইপা)

হায়া হে চিংঙু ইপুংভো নাদাইরেম নাথুল খুনপুকলেনকী ইমানে ইন্দোলনে মাভাইরোই ভাইশ্রেন শিংনা লিকলাং কোংদেং ফেলাহুনা কোনজৈ ফীভো শেংলাহুনা, লালাল নোংদাকী লাইরেল শেনপী থা কেমপা সানা হাকথকতা লিংলমপা মৈথেংঙু সানা কৈথেল, কেংদাকী কাকুরাহুনা তাউজিং খুংকাং মান পাপু হৈবাং আমুল য়েংনা লংথি নিংথিপা থেপিকমক হৈবাহুনা চিংঙু সানা মাংকী নাকাইকম আসিদা হৈবাং লৈবাং আনৌপানা পাবৈ হৈছন তমচাপ তাউজিং লুকলেন শাবাহুনা লুকলেন চোননা হৈবাহুনা হৈবাংনা পুংকা থোলনা মোইনু খুংথেক নোইতমলাং চাকোইনা লেপলৌ শানা হারাউচাপামু চিংউপাকী শকশেম তমলাহুনা থোদোকচারমপাসি লাইনিংথৌকী লাইরেম্মাকী কুমহৈ কুশ্মেরমপামুং ভাসি আসিকী নোংলেন নোংজাকী পুংলুপ লুথাই মাখেদাকী আসিদাকী নোংতম নোংথাইবা তোকনায়াকেদি হায়রকউরে।

৩০০ মাইপানা শকপা (পেনা খেংপা তোকপাকী মরম)

হো লাইরেল মৈতিংঙুকী মাদাইরেম মামোনশা পোইরৈ শৈশকপা রাঙম তেংথাপানা আয়ুকনি 'য়ৈন্দা মাংদা আভনপাদা আহিংকী ইমুংকী মাথে আভনপাদা চিংউপাকী খোংভাপা কমলেনকীদি সানা শংকাইমুংদা চিংথোং য়াকৈ চেকলাবা তৌপাকুমনা তৌরাহুনা উংকথকতা তোংহুনা চেক চেক হায়বা

খোংপাকুম তুম তুম হায়না খোংপাকুম কা কা হায়না খোংপাকুম লাক্নুং থকত্তা কমজিললাকা লাংওল্লহনা ফমদা পেনা মুংওননাপাপু খাদাপমনা চৈজিংনা মাখুংত্তা য়েংলে'ম পাইরাহনা আহিং ঈনুং খৈম্নাপাকা চিং-খোং য়াকাকৈয়মপা আহুন্নুং ভাসি বোংলেল লোংচাকী মাত্তমতাকীতি তোকলারাকানি হায়রকঐরে।

৩০১ আমাইপামা শকপ ( খাপী মাইপীনা লাইপ.উ চেল্লরোই )

চিংঙ্ ঈপুংত্তো মাদাইরেম খাপী লৈরেল; হলপীনা আমাই শিংখোং লেপলিপীনা শিংঙেল লৈহুল লোই চাবলো লাখাৱোইনা আয়ুকফি য়েন্দা মাং আঙনপাদা কোনত্রৈ ফাউোনাদি শেংচাহনা চংপী লারাক লাখারাহনা লাখোং খায়রাহন; কমলাকা চিংঙ্ উদাপাপু মামি তমলাহনা খোইয়ুম খংলাপাপু চিংউদা খাপী লৈরেল হনপী আমাই শিংখোং কমপীনা চিংউপা। ঈপুংত্তো ইপেন্মা আনিদা য়েংকা ওইকা শ্রৌকল মাপাউ হংকংচায়মপাকা মাপা লাকতুনা চিংউ লাইপাউ চেলচায়মপান্নু খোইয়ুম লাইপাউ লাইরা হায়পা আসিন্নুং ভাসিকী পুংলুপ আসিতাকীতি তোকলারাকানিদি হায়রকঐরে।

৩০২ ( আমাইপামা লাইরোই তানপাকী মারম )

চিংঙ্ নারমপু খোইয়ুম আমাইপাদি ঐখোয়না নুমিদাং তাংলো লৈনা খেংলপাদা আমম মাখোং নায়লতম মীশল লাপা কোনখি তম মীনাই তমপানা য়ুমংপাপু তানফংলাপা আসিদা লমপী নাকফি হামুল চার লেপতম লৈপানা চিংউ লাইরোইমদাই য়োরক্লাপা আসিদা, হয়ি; কয়, খুনুং, লাংপাচক-লৈকী ঐক্রি খেনচোং নাহাকফি পাউদোয় ইপৈ চিংঙ্ খোদোল লোমলাকে। খোইয়ুম লাইরোই তানলা-কেন্নি চিংউ ইপুংত্তো ঈপেন্মাকী মাকাইহুংদা সাবা মাংদা লাউচায়াহনা হায়জারকলে।

৩০৩ তাকপা ( হিজিং হিরাউ হারাউরিপা লাইকোলমতবকা নিংথৌ লৈপাক নুংঙাইনাপা )

চিংউ নয়লকুপু বোংখৌ লৈপাক আসিদাপু মাখুল খুনকাং কমপীসিদা কুপীরমউকো। লাইরিংখৌ খোইয়ুম নাথৌ খৌচনানহুম চানপীরমউকো লাইরেমপী চিংউ খোইয়ুম লাইরিংখৌ য়োংপু খোইথোম লাইরেম্মা চিংউ আনিমকনা খোইয়ুম নাতৈ নানাউ আনিনা রাকৈয় আনি খাজিকনা তোংলো আনি খা পাংনবা রাকৈয় হিতামাকে হায়কপাকি চিংউ খোইয়ুম লাইরিংখৌকী রাকৈয় নাখুংনেৎ তোংলোং মানুং আনিপু

মংচক্লে। নুংপাল মংদাম চানপানা মাহাললে। মাকই ভেংমাই থোইবিবৈদা লুবাং মংদান খুপামা মংচক্লে। নুংপাল মংদাম চানপানা মাহাললে। মাকৈ ভেংমাই থকভা লাইজা পুৱাং মানপানা পাউকোইৎ মাপল থাবৈ চামোইপানা মযোমকৌভামকপু নেমনী আয়ার থকতা লাইজা পুবাং যানপানা পাউকোইৎ মাপল থাবৈ। আহু নোংকৌ মেমনী আসিনা পাজি কুংদা চল থমলো আচানপাদি পানদা খোংমা ললউললকয়ে। আহু নোংকৌ মেমনী আসিনা পাজি কুংদা চল থমলো আচাবপাদি পানদা খোংমা ললউললকয়ে। কাউদমমা-মাদোমমা মাখোক লোয়কে হায়বকলাপাদা হয়েং পোইবৈ চাদোনমা আকাউ পবৈনাদানাশা কাউদমমা-মাদোমমা মাখোক লোয়কে হায়বকলাপাদা হয়েং পোইবৈ চাদোনমা আকাউ পবৈনাদানাশা খিদাবাপা লৌমাকৌমানাপা নেমপী মাপাল মায়া মুকনা শিংথারমই হায়পাকী লমলেন শিংথা থমথোন খিদাবাপা লৌমাকৌমানাপা নেমপী মাপাল মায়া মুকনা শিংথারমই হায়পাকী লমলেন শিংথা থমথোন ঈ ও তৌনা কৌমায়ে। শিংথা থমথোমলকভাকী আহুসুং মাদোমদে। কোয়ৌ মুংপাল খোংজোং মুপী ঈ ও তৌনা কৌমায়ে। শিংথা থমথোমলকভাকী আহুসুং মাদোমদে। কোয়ৌ মুংপাল খোংজোং মুপী মাতা তাকুকমকমা মাশাপী মামান মাচা হাওকুয়োইমাই মুংপান আতাম শোয় শেমপা তকুকমকতা অমাং মাতা তাকুকমকমা মাশাপী মামান মাচা হাওকুয়োইমাই মুংপান আতাম শোয় শেমপা তকুকমকতা অমাং কৌপাক চিংদা কোয়ৌ নোংকাখিমাশি হায়মা কোয়ৌ মুমিং শিংপুম মাতানি নেমপী শিংমাং তাংদনপাপু কৌপাক চিংদা কোয়ৌ নোংকাখিমাশি হায়মা কোয়ৌ মুমিং শিংপুম মাতানি নেমপী শিংমাং তাংদনপাপু শিংমাং তাংমা থেকনা শিংথারমই চায়মা শিংথা থমদোম ঈ ও তৌনা কৌয়ে। শিংথা থমদোম ঈমা শিংমাং তাংমা থেকনা শিংথারমই চায়মা শিংথা থমদোম ঈ ও তৌনা কৌয়ে। শিংথা থমদোম ঈমা লাইজা মাথি মাই ইমু মামাং হৌমকলাপাদা ঈমু মুংপাল হোংনেম লুবাং নিংথৌ পুমশিপামা শাপল লাইজা মাথি মাই ইমু মামাং হৌমকলাপাদা ঈমু মুংপাল হোংনেম লুবাং নিংথৌ পুমশিপামা শাপল লমথোকলকপাদা কোংমা লম য়েংলকপাদা লমওক মাকুমাপাকি লংগল কৌজেং চোংপীচামা চোংহনা লমথোকলকপাদা কোংমা লম য়েংলকপাদা লমওক মাকুমাপাকি লংগল কৌজেং চোংপীচামা চোংহনা লাকপাকা মাদা চিকনা তুমেন লাইজা ঈমালনকপাপু চেংলৌ মিং থিংলে। য়েংলে মিংয়েং শানথৈনাবে লাকপাকা মাদা চিকনা তুমেন লাইজা ঈমালনকপাপু চেংলৌ মিং থিংলে। য়েংলে মিংয়েং শানথৈনাবে কোয়ৌ মুমিং আমাদি লাবাই মুপুং কোইয়ে। মুমমেকপা চিপা থৈমাই তাপানা থিকলোয় তাংমা মাদা কোয়ৌ মুমিং আমাদি লাবাই মুপুং কোইয়ে। মুমমেকপা চিপা থৈমাই তাপানা থিকলোয় তাংমা মাদা চিকনা তুমেন লাইজা ঈমালনকপাপু ঈমু মুংপাল হোংনেম লুবাং নিংথৌ পুমশিপানা চেংলৌ মিংথিংলে চিকনা তুমেন লাইজা ঈমালনকপাপু ঈমু মুংপাল হোংনেম লুবাং নিংথৌ পুমশিপানা চেংলৌ মিংথিংলে মিংয়েং শানথৈমিয়াপাদা পাইমা পীপুকমুংদা মিংলকলে হায়দাপায়া?

## ৩০৬ ( উ মাপ্লকা হিদোংকাখিনপাকী মরম )

ভাসিকী থোংকী থোংপা মায়ালময়াদা হমলকলাপাদা হলমাইমকলাপাদা ইদাইয়েম মুংপাল ঈপাচা-ভাসিকী থোংকী থোংপা মায়ালময়াদা হমলকলাপাদা হলমাইমকলাপাদা ইদাইয়েম মুংপাল ঈপাচা-শিংও লুবাং ইয়েমলু পুমনাবকও নাথোয় পুমনাবকপু ভাউ কোপা চিংদা কায়পাদা তাল্লা আওনপা পা-শিংও লুবাং ইয়েমলু পুমনাবকও নাথোয় পুমনাবকপু ভাউ কোপা চিংদা কায়পাদা তাল্লা আওনপা পা-যেন চাউথোইমাপাপু হোইখিকও হায়মা চিনকোইমাপাউ থেনপাপাদা কোয়েংয় নায়ামংপু মানেম থৈদা যেন চাউথোইমাপাপু হোইখিকও হায়মা চিনকোইমাপাউ থেনপাপাদা কোয়েংয় নায়ামংপু মানেম থৈদা ভাকাদাপাকী কোয়ৌ থোংদংমু কাকামাপাকী মুংপাল মাংমিং খুংইহপা লুবাং মামাও শিলথৈপা আখিমকনা ভাকাদাপাকী কোয়ৌ থোংদংমু কাকামাপাকী মুংপাল মাংমিং খুংইহপা লুবাং মামাও শিলথৈপা আখিমকনা চাবৈ কাকাউ শায়াহনা মাজাখিয়ে। মুংপাল মাংমিং খুংইহপাকা লুবাং মামাও শিলথৈপাকা আখিমকনা চাবৈ কাকাউ শায়াহনা মাজাখিয়ে। মুংপাল মাংমিং খুংইহপাকা লুবাং মামাও শিলথৈপাকা আখিমকনা ইদাইয়েম মুংপাল ইপাচাশিংও ভামাচামাপাকা কোপা চিংদা কায়াপাকা তাল্লা আওনপা পাথেন আয়েমপাপু

হোইথিরুশে হায়রাহুনা তারা চেংজেন ময়না পোরাদুনা খাংজো থুংতা পায়মা শিংজং লেংদা খোংনা আ-

ছোইথিরুশে হায়রাহুনা তায়া চেংজেন নমদা পোরাদুনা খাংজো থুংতা পায়মা শিংজং জেংদা খোংনা আ-
রাং কোপাক্রু কৌপা লমমাহলদা মারাল থোপ্ত চংগ্রে। কৌপাক্রু কৌপা চিংদি ইতেল চিংকী লোকমায়
আহেনপা তময়ানাদি আরেমপাদা তান্না লমওকনাক্রবপাকী তান্না উখোং শেংলাদুনা পামেল উখোং কার-
তোকলাহুনা হৈরাং আমুনপা তাউজিং আশেংপা হৈশিং লাশিং আশেংপা থনলাহুনা কোয়ৌ য়োংলুপাল
আঙৌপানা লুপা কোনকাচল মালেম লৈশা আঙাংপানা সানা য়াইকা থা কোয়ৌ মোংনা আঙৌপা। থককা
মে থাকানে আমিমুকতা লুপা য়াইকা চলনা মালেম লৈশাদা সানা য়াইকা। থামা চংপী লায়াক থকতা
চেংঙৌ কাহৈনা থকতা য়েক্রুম কাংখিনবা লুকলেল পায়তমনাহুনা চোবনা, লৈরাং লৈথেং তমনা তাওথংনা
রে। নুংকা পানকা রাখৈ শেমচা য়াঙনা রামিং থুংহৈপানা লুবাং মানাও শিলহৈপা ২মকনা ঈদাইরেম
মুংপাল ঈপাচাশিংও তারাচাপায়াকা। আসিকী কোয়ৌ নুমিং আসিথাদি য়োয়মায়াম নুমিং সানা তাউদম-
পানা চিংখোংলৈনা হনচিনখিরে। নুমিং থেংজিল্লকপে চিংকী মৈনা তময়া থেং তমকী মৈনা খোংথৈ
নেমথারকলে হায়দাপারা। আসুমনা হায়রকলাপাদা হায়েং কৌপা ইমুং চিংখোং য়াকাইরকলাপাকা ইনুং-
জেংকা তানলকলাপাদা শিংজং য়াইকা য়াখুল কায়তোই চমনা পামেল উরু তুপলাশে হায়রাহুনা লুবাং
মাশাইকোন ওইপা খাংপোক ঈয়া শংদা থিংলৌ নিংনা তমমা মারাল ওনতেখিরেদা। আহ নুংকী নুমিদাং
তাংলৌনা লৈনা থেংলাপা আহিংনা ইচিক হুমলাপাদা উপীনা উয়েল পোকপী পালেম মামানা তমপাক লৈ-
য়েল মনপী পালেম মামা ইয়োক লাইচম চানুনা মাপারিনা লৈপা লমদমদা মাইকৈপু চিংনা য়েংলহুনা
পাউমেনচারাহুনা মীকপ, পাউতমচাখিরে। পারি হা......ইপুংঙো ইমাকী ইপুংঙো হা——তানা চাউরোইপা
পামেল রাংপা আখোইপা নাহাকপু লাহাল্লনোং তান্না নাহাকনা নারা আঙাং ওইরিবৈ তান্না উপকপু
লেপখ্রিবৈ পামেল হৈরাং চায়াকী মাতমকুম হোয়কঙৈদা পালেম নামা ঈচুমলৈমা ঐনা হায়খিরিপা রায়বপু
কাচানাদাপাকী পারি ঈপুংঙো নাহাকপু তান্না উনিংখৌ নাচুমপাপু ওইকানো, হায়খিপাহুদি শায়ী কুহী মিশী
থাংয়াল উখোক থাংদোম উপল লেংদা ওইয়ু হায়পাপু ঈমান্না নাখৌ থোখামজপাপু পারি ঈচা নাহা-
কনা নাপল পালেম নামা ঐকী নাপাঙপু নাপল খোতিলখোল পামেল নাহাকনা পালেমকী রায়ক চানাদা-
পানা তাসিকী নুমিং আসিদা পারি কারি খোকলাপানো? হা পারি ঈপুংঙো ঈমাদি কারি ওইহৌরাশিপানো

হা • • ০ খৈরোয় চাদি লুবাংপানা কাঙমদপা য়োংনাউ য়োংশী শা খিপনা কাঙমদপা তাল্লা উনিংঙো নাচুম পাপু নৈয়না শাইওম্নকতুনা হৌ ভক্তি ইমাদি শাপল য়াংশীখকতা কাইবৈ য়েলহিং থাপাকুম ঈথাপু ঈত্তোম্মাতা থাদোকলমলাকে হায়রাপারা। পাল্লি ইপুংঙো ইথাক ইচাংশা ভাশিকিমাথৈ ম্নিংনা নৈনা ইমুং-ভালনাপাতি তুরেল রাইথুপী চাবা মানবনা মাথানা কাকপাকুম কাক্লাকালি চায়পারা। ইম্নাকী ইপুংঙো নাহাকম্না লাইরেন শাংপা য়াতারাপাতা তুপী শাংপ' য়াহিপতমলাপাদ চিংঙ্ নাকোকনা খোইমুম লাইকোক-তা মাবৈনা খোমুম লাইথৈ তাপ্রপাদা মুংপাল মাপাচা লুবাং মায়েম্ পুমনামক আহুনা কৌওমকলাহনা খৌওরি খোংজি নাখিল লোন ঔক্তি লীয়ায় লোম্না তাল্লা নাহাকপু রাকৈয় হিজিংথরাপাদা ঈপুংঙো না-কাকম্না চংনিংতাহনা খোংবা লাউবা খাংনা লাউনা খাংপা আদো ইমানা কায়মনা তলনা নাতৌপু কা-রমনা য়েংলাশিপানোনে। হবেং কৌপা চীংকী ইমুং নোংকা ভালকলাপাদি শিংজং কাইদোইচল পাবেল উক্ত তুপকে হায়রাঙেনে হায়হুনা উপী উরেল পোকপী মাথানা আহিং ইমুং শোয় মায়ারদা মিং সানা থঙাল আনিমকতা চিংজুর লাইবা ইমুং খোক থিংঙেল লাইজা ইরম থায়পাকুম মাপাম্নিনা নৈপা ননদম মায়কৈদা হালা উপি উরেল পোকপী মাথানা কোয়োও নোংলেন মাহাকনা খোংপাকুম খোংলেন মীকপথিয়ে হায়দাপারা।

৩০৭ চিংঙ্ ঈপুংঙো কৌপা চিংলেন নোংকা ভালনকলপা আসিদা লুবাং উঙিপা মুংপাল' উ-য়েংপানা নাকলাপাদা তাল্লা মাপু চিংনা য়েংদুনা শিংজং কাইদোই চল হ০০০ পাবেল উক্ত তুপলেদো লাইরেন শাংপা য়াকাতাবে হা০০০ ইপুংঙো তুপী কুমমা শাংনা য়াহিপলেদো খৌরি খোংজি নাবেং লোনম্নহন। তাল্লা উচিংথাপাপু তাল্লা মাপু লেংঙমদাবে হা০০০ পাবেল নাহাকপু চিংঙমজেদো পাবেল থাংঙমলকত্র-পাদা ঈমু খোংপাল হোংনেম লুবাং পুনশিপাদা তাল্লা নংপু শাউরাকুবো 'নাহারবোংকী নৈয়ে ওয়াং শাই-কং ইচুম য়ানাকে হায়বা হোইথিপা মংঙেএঃ মুমপী কাওংনাং ওইনাকে লোইপী ওকচাক খুদেং ওইনাকে চায়হুনা হোইথিরকপা মাংঙেএঃ যায়ম উক্ত হুককে হায়পাকী হোয়থিরকপা নংঙেয়ে চিংঙ্ খোইমুম লাইঙ য়িংথৌকী রাকৈয় থাখুংনেং ওইনাকে হায়পাকী তাল্লা মাহাকপু হোয়থিরকপানে। তাল্লা নাহাকনা মাথিং নিংনা-কানো হা০০০ পাবেল নাপাম পানম্নায়াকানো মাহাল নোংকী নৈথিয়ে। চিংউপাকী নোংঙমথোনমা হাল্লা তালা য়াংথোইপা উনিংথৌও কৌক্ত কৌপা ইঙেম্নচিকী লোকথাইদা লোকথিংঙো ওইয়াপা লাইনিংঙো

শোন্নারেনবা উপিউয়েন ওইরাহুনা হে • • • আগাঃ মাহাকপু উনিংথো ওইযু হায়রাহুনা লাংজনহনহুনা হয়েং মাতম লাকলাগা কানজা নাপা লুরাং থিংথোপু থেংনাচাহুনা নারা:রাইদা রাইথুং কমদৈ কংচাকানি হায়রাহুনা চিংউপাকী লাইপাউনা পাউজাবখিয়ে আহ নোংকী হা ০ • • পামেলতালা উনিংথো চাউথোইপা নাহাকপু পোকপা নামাদি থোংজোমনুপী মাতা তারুকমককী থরাইমককী মাচেম আজলপা নোংলেম খোমপী নামানা পোকখিপা মাচানুপা খোইরেম মাহ শ্রাকাপা হায়মা কৌপা মাহাকনা আগাঃ ওইখিপা মিরোন তানানা ঙাক-ন্নানা নোংলেন খোমপী আসিদা ইপা কাদা দা লৈপাকে মাথিংবা কারি কৌই হায়পাদা নামানা খোথিজাবে আশিদাকী ইচা মাহাকনা নামানা তাকতে হায়রাহুনা ইপা মাশক থংজাপা মাচাদি চিংচুম লাইচানা ইচিমচাক ওইনা উশিজাপা উনিংথো ওইনা মাপোকলাংওম ওইগ্রাকে ঐপু ইমাদা মারুথাখিপা ইপাপু লৈপারা হংলকপাদা ইমানা তাকউ রাখিদে আহনা ইপা মাশক থংদাপা মাতম কুমচাথাক মুথিং কাউদি নাচা ঐদি তাইপং আশিকী লকতা তিনতানা লৈকে থললাকা ইপা নাকতা লৈকে ঐপু খোইরেন নাহা শাকাপা কৌপা আগাংনা ওইখিপা অহুবে।

৩০৮ ঐকি লাংওন ওইনা চাউকু পাংথং হায়নাম্ব থংনাম্বশান্ন। ইপাকী মিংলেন ইমাকী মিংলেন আরি আসিবা উকী থিংথো উনিংথো কৌনা শায়োম লাহুনা লৈরাপাদা তাকলকপা ঙমপানা মাহাক আহুকী মাযুম লমজরদা লৈরাকে হায়রে। আহ নোংকী রায়মপু রায়ম লমতাং আসিপু হায়রাহুনা পাউমেনলাপাদা শুমাং থয়া লাকং পাইপাকুমনা মংপাম মাযুম মাজা ঊয়োক লাইচম লান্না উবৌ খোংজা লমমা রাইথুংলাপাদা ঊয়ু মুংপাল ফোংবেম লুরাং থিংথো পুনশিপানা মারাম উকু হননা কাংমৈ থাংপাক লৌরাহুনা লোইদাম মাকুম শাপাপু রাকৈয় হিশা লোইরাপাদা পাইমা পীপুক মুংদাপু নিংথল লাকলে। নাহাললোং রাকৈয় আসিপু কাবানা হিদোং হালজনলাশিপানো কায়পাকিপু লৈয়ে। ঊশাদি লুরাং পুদাংকোয় খুংকোইপাপু লৈয়ে ঊশা-পিদি ঊরুম শাদোং মকুম তুপপু শাজা হৈজাপাকী লোইরেবকী খুলপী যোকতা কোয়ৌও খোংহুম থোং রাংপল লাউদুম লাউ নোংথি ঊরুম হৌপাপু লাননং লাপাকী কোয়ৌও খোংচাপা খাপাপু থাংওমরপাদা ঐদি কোয়ৌও নোংনা পাযপা শা ওইহুনা মানেম আশিদা লৈমা থিংলাপা শাপু ওইরাহুনা শংয়োম চাকচা জমনালাকে হায়রাহুনা শাথং শংকাই থুংজা শুরাপাবে আসুমনা চীয়োং তোমপোকপা শাপু ওইখিপা

শাবি হায়দাপাবা। লোংখুম মাটৈ য়েপপাবা মাটৈ ওইখিগ! শানে শাহুনা মাত্তে নৈয়না কোয়না য়াওবো মাতুনা ওইখিপাবা চাদলি কাওহুম শল পুজেং নৈমাকী কাও লাংজেং নৈমাকী শল য়াও য়ৌও শাত্তাই তুত্তাইপা ওইখিপাকী য়াওবোও শীরুআকংপাপু কংলাচনা নৈরে ঈশাশি মাহাকমা মুঙিং চাবনা উইরে। থাপি হানমা থংখিয়ে। ঈশাশিদি লাইজা ঈরোইপা হৈখিদে ঈশাপীকী য়াওবোও শীরুআকংপাপু থম-লিয়ে। শীরু আকংপাপু বাকয়ৈ লুদা হাবনা তোংহললংশে থুদোপনা ভাইচা য়েংলোকা মাহুংনা খেকালৌয়াহুমা চাত্তাং পাকনৈনা হিংতোল নাকলৌ শিনথানা মাথা! শেনকা পোপনা চামেলমা চিদাই ই থামনা শাল শেম-শাপাদা লমলেননা চেংনৈ লুবাংজি ঈভাকনা নৈরোং ঈ থৌখুপা থাইদমনায়ী কমপোংনা বারাংয়ী কোরোও মাচি শোইশেময়ী মামোবনা লাইরেল লাইপাউ ভাইপী থিকলেন খুম চাওপী মামাবা মাপাখি লুবাং ভাখিপা ইনংলল থাকুপ-হৌপা লেমনৈ ভাহা ভানপাপু লাকভাবে চায়রাচনা য়াইপী থাকুকনা লমলেন নাখি নুংশিখোং লমলেন চেংনৈ লুবাং ঈদা খুংপাল মাপাচা লুবাং মাবেললুপুমনা হুপলাহুনা বাকয়ৈ তোংমাই লেপনা নাউবোং খোক নৌওবাং থাক ভপনা খোইবাংকী শোংবি বৌওদি বৌওবাং থাং বৌওচিল তুম নোও তোনশাক লাইজা মাহি শোক ঈমু মারোন থাবনা হিয়াং ভাংকং য়েনা লোইদাব মাকুম শাপাদি নৈনা বাইনা ভাংবা শমনা চিংভূদা খোইমুম লাইরিংখোকী য়োয়পু খোইমোম লাইরেম্মা চিংঙ, ইপুংজো ইপেম্মা বাত্তে মানাওনা বাকয়ৈ আনি থাজিকমা তোংবেংনা আনি থাপাংনানা বাকয়ৈ হিত্তামাকেত্তি চায়পাকী তুরেল লাইজা ঈলাইরেন ভাংতোই য়োই মোংপানা তুদেংকোল ইমোইমু আহোংগীব তুতোখোং তুরেল লাইজা ঈপাকথক আসিদা হে, হেং; হে, হয়াম, শা, চিংখোকলাশে হি, হি, হি, হো হাইয়ো হৈ. হৈ, হৈ, হায়ামপা চিংখোকলাশে।

### ৩০৯ (আশিদাকীদি আমাইপাবা লাউপা)

আবাইপানা — হো॰ . ০ লাইনিংথৌ মাদাইরেম মামোমপা লাইরেম্মা মামোমশা মাদাইরেমপা চৌজি-কত্তি খোয়মুকী কংনৈ মাত্তবাংদা খুনজাউনাপা নৈচাওমাপাকী বাকয়ৈ হি হোললাশে শে (খেৎরম ভাকপাকোনি) হায়রিপা বাহৈ আশিনা হায়রাপাকা কৈনা পায়রিপা মৌও আহুবা মাখুং আনিবা মাপাল লোয়দা হোন-খোকলাকানি আহুকা লাইনুংদাকী লাইপুপা মুপা আনিনা খোয়ক্লাপাকা লাইনিংথৌ পুপাবা মাইপাকী মাতুংদা

চৎকানি লাইরেম্মা পুথিপিনা মাইপীকী মাতুং ঈননা চৎকানি মাইপা মাইপীনা মাংখাদুনা চৎলাকানি আদুকা চৎকানি লাইরেম্মা ... আদুকা হি হোনপাকী মা-খোৎললোই আদুনা প্যারেং আদুনা ইকায় কাদ্দানা আদুমমক চৎলাকাদিয়ে। আদুকা আমুক ওংদা কাবল কাবল য়েংওই কাইদানা লাইনিংথৌ লাইরেম্মাকী কাংলুপনা চৎকাদাপানি। আদুকা আমুক আমূক চিললোক্লাকানি। হি হোৎপা মাতমদা পেনা। শকপানা হিকাউ হিহোন লোয়নানা ঈশৈ শকানি মাইপীনা শারিকবিংলাকাদিয়ে। আদুমনা তৌকাদিয়ে।

৩১০ (পেনা শকপানা হিকাউ হিহোন ইশৈ শকানি)

হিও হিয়ো হি নাহাকপু হোৎনেদে লাইনিংথৌপু হোনপাদি লাইনিংথৌপু হোনপানি হি ও শমদে [illegible] কারেংঙা।

(পেনা শকপানা হিহোন ঈশৈনে হিকাউলোইংনা ঈশৈ শকানি)

হিয়ো হি ও হি নংপু কোৎদেনা লাইরেমপু হোনপানি হি ও শমদে ভারেংডা ভারেংডা খুমজাওবাপা লৈ-হিয়ো হি ও হি নংপু ... হোনপানি লৈপাক নিংথৌ পুনশিনাপা হোনপানি চাউবাপা হোনপানি লৈপাক নিংথৌ মান্না শপনানাপা হোনপানি লৈপাক নিংথৌ পুনশিনাপা হোনপানি চাকহোং ভাহোংবাপা হোনপানি পানি শুকতানাপা হোনপানি। ঈযোম শোইতানপা হোনপানি কুমনী কোয়াং চাহুম চাঙাল লাপোং শিংপোং পুমাহুন। ও: ও: লাংকা হিহোললে চোথে কুমলং শিপনা লাপোং শিংপোং পুহুনা ও: ও: লাংকা হিহোললে।

৩১১ (হিহোললাকা আহানপাদা নৌ মতোল মতোল থেংনারাকানি)

আদুমনা ভরেংলক হিহোনাকা আহানপাদা পারেং আনি লৈপা কুমনা লাইনংবোমদা মাইওনশননা মাইপান্না নৌও মাতোল হাইকললোহনা লেংপানদ খোংলাদুনা পাইরাকা মায়কা মায়কা ওনশিন্নারাদুনা নৌও মাতোন মাতোল থেংনারাকানি। আসিপু নৌও খোংজেন হানাপা হাইনা কৌএ। মাথংদা আমাইপানা কায়বাহুনা নৌও আহু লেংপানদা আমুক হায়কংনারাকা হিকায়কানি। হিকাপা মাঙদা লাইরোমদা মায় ওনশনহুনা খোংথাং শপনা শপন্না লাকলাকানি মাইপানা হিকা ঈশৈ শকলাকানি আদুমনা লাইনংকি চুরি-যৌরাপা কাওপা চংশিল্লাকা হি খামসাকানি হায়পাদি লোইনা লেপলাকানি। মাতম আসিমকতাদা মাই-পানা তাবপা মাতুং ঈনলাহুনা নৌও পুমমক লাইরোমদা ওনশিনবা চংশিললাহুনা মাংদা শোরাকা লৈপ্পা।

লাংপ্লম আচংপাপু কুরুকী থাদা কোলশিললমলাকে। বাকমানা হা ইপুংতো নথুল থুমশী আচংপাকী কুমলি চাহি কুমচাকী তিনমু কংতাপা লাইমু কংতাপা পুমলামকতি হাউবৈ থাবা পাংপা মায়মদমদা কোইথায়মলাকে। আহ্নাকী আকাপা মুংতাইপা লৈপাক মাবা তপপা নিংথৌ পুমশি মুংশাংপা চাকতোং তাতোংপা থুলহোং লৈহোংপা কাউরেম শবকোল থল তায়ুম মাইকোল থনপা ঈমিংলোমদা কৌরকা ইমাংতাতোংপা থুলহোং লৈহোংপা কাউরেম শবকোল থল তায়ুম মাইকোল থনপা ঈমিংলোমদা কৌরকা ইমাংলোমদা তাদাপা কুয়াউ কামনা বাংপা নামু পোংনা তেমপাপু শীমাপীয়মউ। ঈপুংতো আসিকী মাতুং থোকপাদা নাদাইরেম থুমং আচৌপাসিকী থাবাই মাতাম্ক মীকা থাবা তাকুকমকপু মাইশা থাবাই খিশীকমকপু কোমশিললমলাকে। মাদাইরেম বাকমানা হাবি হায় শোবনা।

৩১৪ (থবাই মি কোমশিনপা কৌপা লাইপুং শংকাই)

হেদা থাবাই মাতাম্ক মিকাতা থানা তাকুকমক থাবাই নাথোইপু কোমশিললমলাকে লাউও বাকটৈ থকতা কায়কলো। বাকটৈ হিমুংদা কমলাযো। থবাই মাহাকনা য়াজায়কলে। নৌরেন থুংতা পায়বাহনা বাকটৈ হিকা তমলকলে। থোংবাং মোংপী চিংমুংহৎ তুংওই নাতৈবায়কলেদা তুপং নাতৈ শমলাহনা লমলেননা চকপী মাংওইনৈ। থমনা চৎলে হায়বাকা লাইচা ঈথোং কাংপা লমদা উচুক থোংকৈ রৈবাহনা লাইনা ঈথাই খিংলমই। লমলেননা চকপী তুংওইনৈ লাইতা ঈখিং পনকাংলি। থাবানা চৎলে হায়বাকা লমলেমনা শুকাব য়োরকলে। থাবা চাউপা বাংপুরেন লোকলেন নিংথৌ হনপা সানা মাহি চিংথ্রেমপা আতুমমকপু থুকমচৈ চিংথ, মাবা য়াপিরে। লমলেন শুকাব তুংওই নাতৈ থমলমই। থাবাই মংপু হিকাবাশে। তাংথেং নিংথৌনা মাংওইনৈ থাবানা চৎথৎলকলে হায়বাপাকা লমলেমনা মুংউ মাংওইনৈ। নিংথৌতা ঈ য়েন য়োরকলে। মুংউলাকপাপু থুকমজৈ থাবাই মাতাম্ক মিরেন তাকুকমক ঐহাকপুম্ব য়াজারে। য়াবা চৎলকলে হায়বাকা লমলেন মুংউপুম্ব তুংওইনৈ। চাইরেন লমদম মাংওইননা য়োরকলে। থুনপু লৈমাপুতি থুমমাপী পানথোইপীপু পুরুমনা থুকমজৈ। লমলেন চাইরেন তুংওইনৈ শাপন লময়াই মাংওইনৈ থমনা চৎলে হায়বাপাকা লমলেন বাংথ য়োরকলে। বাংথ তক্কা লাইরেম্বী য়েংওই নাতৈ থমলমলে। লাইরেম্বীপু থুকমজৈ। হেদা থাবাই মাতাম্ক মীকা থাবা তাকুকমক লাইরেম্বীপু তুংওইনৈ। লমলেন ঈথাই মাংওইনৈ কৌওইপীপু থুকমজৈ। ওইকী নাতৈ থৎলথলে লমলেন ঈথাই তুংওইনৈ লমলেন আযোং

মাংওইবৈ কাংশোইশী-পু তানলকলে উত্তামলেমপু হোললকলে। লমলেন খোয়ন্তাক য়ৌরকনে। লমলেন খোয়ন্তাক ছুংওইবৈ। লমলেন থাংকা মাংওইবৈ চিংনিংথৌপু খুরুমজে চাইরেল লাকপা খুরুমজে লোং দোল লৈবা খুরুমজে চিংউ থাংজিং খুরুমজে বোংশাপাপু খুরুমজে। ওইকী নাতৈ থমলমলাকে লমলেন লোত্তাক ঈশাই মাপল কাংপাপু রাইবা ছইনা যৈহুনা খোংকৈ উচেক মুহুনা ঈপাই নিপাল থিলমকে নমপুল লাকপা ঈত্তাইবম থারাই নাহাকপু কারাশে। ঈশা নিপাল পানকংলে। থরা চংলে হায়রাকা নামপুল তুখুল ইবলাহনা রাকরৈ হিপু হোললমকে। তুপং নাতৈ শবলাহনা লোয়েমবম লমদম ওই ওইবৈ শামুরো লাকপা য়েংওইবৈ। পুত্রবর য়ৌরপা মংখেমপা পুংপু তুংওইবৈ। লমলেন হিয়াংথাং য়ৌরক্তা লাইরেমপু খুরুমজে। হৈলোক লৈমা য়েংওইবৈ খোংলেন তাইপী লাংথাপাল য়েংওই নাতৈ থমলমই। হৈরাংথোইপু লমলুংশি পীতুর লৈমা য়েংওইবৈ চিংতা লৈমা ছুংওইবৈরে। মায়োকপা হিদেন মাংওইবৈ লমলেন খাইরমপমপু নমপুন লাকপা ইবোং য়ৌরাপাকা কৈথেল লাইরেমপু খুরুমজে। কংলা য়েংওইনা নাতৈনমা মাবা তুরেন হিকারম মাচোম খোংকৈ, চংশাহনা লাইমা ইথিংলমপাপু লাইমা ইকাংলানাবা কে থারাই মাত্তাবক থিকা থাবা ত্তাকমমক রাকরৈ হিয়োন ত্তবলাহনা চিংওপা কংলৈ কংলা মাত্তথাং লৈসোং ভাংতা য়ৌরাপা চিংও হিদেন ত্তাকমদি যৌপী পোপক্তেক থারাবক চিংহি সম্বাল লাংলাকা ঈরু শানেংবারাপাকা চিংও কংলৈ মত্তথাং ঙুংচেং চংপী লাইপৌ লায়োন লাথা ত্তরুং মাহমকুংদা থকত্তা থারাই মাত্তাবক থিকা থাবা ত্তাকমমক লোইনাপাকা ৭মক থিং থিংখিংলাত্তমমা কাথংলকলে থারাই থিবেন কোনলমলাপাবে।

৩১৫ অসি থত্তশীকাত্তাপাবে :—

আসি হায়রুবা থারাইবি কোনকাবি। মাসিদি পেনানা থার ইবি কোনপাকী লাইরোনবি। লাইপুং লাইকী কমপামকুংদা শিনমাহনা তেক কাইদানা কোমশবনা থারাই মিরেমপু তিমম্ লাইমুনা কংলৈ আসিকী খুনকাংথোকী লাইপুং লাইপুংকী কমপানদা চংহনমহনা চাহি তেকহনদা : কুমচা নোংহোৱাপাদা লৈহনলাহনা মাথৌ মাত্তম লোইনামক ত্তমনাপা হায়দুনা মাপি মাপা ওইপা লাইনিংথৌ লাইরেমাকী মাকমদা কমতোং ওইনা শিনমারাপা মাতুংদা আনৌপা মায়োল চোংহমপাকাত্তাপা আসিনি হাইরমই:

৩১৯ ( লাই তেথাপ্রপাকা )

মাবমদি কমদেংলিপা লাইকী মাফী মারোল আচ লোথোকলাকা লোইশিনলাচনা থমকম চানা লুপাক নংত্রাকা উপুদা থমলাকানি। মানিংদম্ভু থাবিপা হৈরুকনা লাইকোম্নাবিপা মী আচদা লাইপুদা নীখিবাকা-নিয়ে। লাইপু হায়পাদি শাকৈকী লাইকীনা শাকৈ শিপা লৈকাইকীনা খুনকী লাইশংপা নংত্রাকা লাই শেলুংপানা লাইপুনি। মী মায়ামদা য়েনখোকতৈদে খুলনে শাকৈমে মাহি লাংই থংও।

৩২০ ( য়েননাপা মাঠপা পেনাকী পোৎলম )

মাইপানা লাইমিংথৌকী মানিং থংপা ফাংখোংদা থাবিপা পোংকংমে লাইপুংথৌ মাপলমককী থাবিপা পোংক্রা লোকানিঁথোইপানা লোকানি। আহুকা পাম্বোমদা থাপা পোংকা পেনা খোংপানা কংকমতি মামাংথংপা ফাংখোংদা থাপাপোংনে। পেনা খোংপানা লোকানি।

৩২১ ( মাইপানে পেনানে য়েন্নাপা চেং )

আহুকা চেংকী মাবমদি কাংখোংদা থাবিপা লাইপুংথৌ ৯ দা হৈবিপা চেংনে আসিদি পেনা খোংপানে মাইপানে আঙিনা য়েননৈ।

৩২২ ( লাইরেমমাকী লোমদা লৈপা ফাংথোং লাইকী )

লাইরেমমাকী কাংখোং মনিং মামাং থাপাপোং আম্বপপাদো লাইকুবাকী থাবিপা পোং হৈলৈ চেংনা চিংপা পুমনামক অহুকী শরুক মাইপী খুবক লৈ হাপপি থোকললোই ইনপী মাইপীকি শরুকনি।

৩২৩ ( ঈশাইফু লৈমরেনকী )

লৈমারেন ঈশাইফু পুপিকী শরুক্তি লাই শেলুংপীকিনি। নাহান ঈশাইফু পুখিপি লুচিংপীকিনি।

৩২৪ ( লুকমাংকী পোংয়েন )

আমাদি লুকমাংদা হৈবিপা চেংনা লৈকাই খুলনাচিংপা শাকৈকী য়ুমথোং শুনা চেং খরা খরা থুংকানি চানিং হনজিনকানি। হৈরুকতি লৈকাইনাচিংপা লাকলিপা হায়পাদি তিললিপা মী পুমনামক আহদা

য়েলদাকানি । চেংদি শাকৈ মত্রকা খুন লৈবাত আদুকী আত্তোপপা মীদা পীহনে থংও। লাইনিংথৌ পুপা লাইরেমা পুপী আরিকী শাকক থারাদি লাইপুংথৌ ৯ লাইমুরাকী আসিনা খুংপিয়ো। থরাদি অসুমনা তৌকানিয়ে। চোং পুপাকীদি মাপানলোম থংপাকী পামপোমভাকী শাকক খুংপীকানিয়ে আসুম থংও।

৩২৫ (আপোকপাতি লাই হাঁরাউপা য়াদে)

পোৎ য়েননাত্তাপা শাকৈকী আপোকপা ওইরাপাদি হারাউপা য়াদে। মাইপা মাইপিনা লুকমাংতা- কী থাবা লোপাদি য়াই। আদুকা কাংখোং মাখি শেনখোংনাচিংপা লোপা য়েননাপা য়াদে থংও। আদুনা মাইপাকীনা আনম আথৌ কোকপাকী পোৎলম মাইপানা লৌকানি। পেনানা য়াকৈপাত্তা থাখিপা আ- সুমনা লৌকানি। মাইপীকিনা শারিককি থাখিপা আচ লোকানি। ইকৌখৎপাদা য়াউখিপা আদুকী পোৎ লমচু লৌনিংভাই লৈতে। আসি থংমা লাইকী মাথৌ তৌকাভাপানি থংও। আত্তোপপা মীদাদি কারি- কুমপা আমত্তা পীরাদেয়ে থংমাশি।

৩২৬ (হারাউপা লাইকী পোৎ য়েনপা লাইকী কি থমজনপা)

আমাদি হারাউপা লোইপাকী পোংচৈ মাকী মাকী য়েননাপা য়েনখোকপা লোইরাপাকা কমপাক লাইকী আম শেংদোকলাকা কি অমানা থারাপাকা আদুদাকী মাইপীনা লায়রিংথৌ লাইরেমাকী কিরোম আসুপা য়েংবে ওয়নে! কায়দানা থারাপাকা লৈহুল কায়দানা হুনলমলাকানি কমপাককি লৈহুল মাথকত্তা কি আমানা শাংনা কুপশিল্লাকা ঈকৌপাদা য়াওপা ঈকৌকু আনি আদুনা লাইখিংথৌবে লাইরেমাবে আসিকী চাকু আসি কায়দানা য়েং ওয়দা কিজিল আনি আহুদা ননলাহুনা উপনা থমলাকানি। লোংবাদি থমহৈহনে উপনা থমকানি থংও।

৩২৭ (লাই হারাউপা লাইবোয়কী শারোই থাংকানি)

মাখমদি আসিনি লাইনা তেখাপা লোইরাপাকাবদা মাইপানে মাইপীনে আনিমক চংলাকা মায়কৈ মাখিমকত্তা হৈরম লৈরম কাপোক য়ামনা চেং সুরাকা আসিকী য়ামনে লাংথেনে আদুকা হৈপী মানানা শিংজু সুহনা য়াউকানি। আদুকা পানাকী শারোয় থাংলাকানি। মাসিনা মাইপীনা মাইপানা হৌনাপী

তৌরাহনা লাইরোনকা কোনানা হারাউরিবদা তিনপা তিংমু লাইমু আয়ামপা ফংতা হাউন্দি খিপিকমক লোইনা ভানখোকলাকানি। মাসিদাক্তি মুমিং মাঙানি লাইনা হারাউপা হৌরাকানি। অাইপং মীকী কৈরোই লৈকাই লমখৈকী মীনা চংপা আমিদা লাই খোং হাংপা য়াদেয়ে। খিংইপা খোং আহু শোকপা দাবে খংবারাশি। আহুদাকী মুমিং মাঙানি হাংপা শোকপা য়াদে। লাইমাং শমহুনা চংপা কাওপা য়াদে খংও। লাই খায়োপানা য়েংখিয়ে।

৩২৮ ( লমজেন চেনপা )

মাতাং আসিদা লাই হারাউপাকী মাথোকী থোয়ম লোইরে। লাই নোংকাপা মাতুং বোংমা কোন-পাদা লমজেননে মুকনাবে তৌরাকানি। মাসি চৌপাদা লারোইনে শিংলোইনে হায়পানা পাখা আনি থোকনা খায়দোকলাকানি। আহুকা মুকনা শাম্রাপাদা পানা আমা ওইপাকী মী তারেং তারেং লোখংলাকা মুকনা শায়রাবনি আমাদি লমজেন চেনলাকানিএ নুপানে নুপীনে য়াওনিংপা য়াওপাম্মু মাই তানাপাদি নুপানা নুপা নুপীনা নুপী ঙাকতা খাইদোকনায়াকা ঙাকতা আস্থুমনা খোদোক কুম্মৈনেয়ে।

৩২৯ ( পেনাতাপা কৈরোই কৈনিং কুমপা )

লমজেননে মুকনাবে নুমিংকী নুমিদাংদা হারাওখিপা আহুকী আশোয় আঙাম পুমনাক কোকপিনাপা যুমলকতা মাকম আমাদা পেনা ভাকানি মাশিপু কৈরোই কৈনিং কুমপা হায়না কোএ: লৈকাইকীনা লাইশেন্সুংপা শাকৈকীনা পিপাকীদা লাইপুকী মাকমশিং অহুতা তোপানা কৈএ: কৈনিচাপা আশিনা চাহি কুম-কাংদে আনা আয়েক লৈমাক্তে ঈচাক ইয়ন মায়েংতাদানা থোইপাকী থোইপা কাকাকী কাপা ওইনৈয়ে।

৩৩০ ( লাইলোই নুমিং মাঙানিদা লাইদা কিকৎপা থোয়ম )

আশিদাকী মাথংদা লাই লাইয়োই নুমিং আদুতাকী নুমিং চৈশিং মাঙানি গুপ্রিকাউ আশি লোই-ত্রিপাদি লাইনিংথৌ লাইরেমাকী সানা শংকাই খোং হাংপা পাইপা ফাউয়াদে লাইপুংম্ম কাহৈদে কাপা য়াদাপা আশিনা, নুমিং ৫ নি হেক নুপাতা নুমিং আহুদা মাইপীনা কি কৎপাদা য়াওখিপা লৈছন লাংথৈ আহুদি আহু লৌখোকলাকা আনৌপা লৈছন লাংথৈনা লৈছন তৎসাকানি হাননাকি লৈছন লাংথৈ আহুদি

লাইশং মাখুং আহুদা কুমহৌনা থমলাকাখি। আতুকা কংলিপা কি আচুম্বি ওন্নকপা চাহি কাউকী হারাউ-পা মত্রকা চাকলোম কংপা কুম চম্পা যৌত্রিপা কাওপাদি লৌখোকলুপা যাদে। আসি থংনা মাথৌ তৌকাতাপানি। চিংউকী মোংদমনা আকাপা পুমনামক কুপীরমলাহুনা খুংকং কৈরোই তেক-কাইদাপা ওইনা লৈর কাঙাপা আসিপু মোংতমপীকাখি।

৩৩১ (আসিদি হারাউপাকী লৈখোমপা)

লাই হারাউপা লোইরাপা মাতুং লোংমা কোনপাদা মুকনা শান্নরাকা আসিকী মাথদা হুমনিনে মাঙানিনে ভারেংনিনে কোনপা আসিতা লাইচা তিনচা যাপা মুমিং আসিদা তিনচা লাইচাম্নু কাপা মু-মিংতা মাইপীনা লৈ খোমলাকাখি। কাপাদি মাঙাখ পামপা চংপানা কাপা হেললে। লৈ খোমপা হায়পাশি লাইরোই মুমিংকী মোংভানলমদাইদা লাই নোঙ্গাবিপা মাতুংদা আমা লাই তেখাদুনা পোংশিং পোংলোইপা লোইরাপাকা আমা মাইপীবা আনৌপা লৈহুন লাই আতুকী লৈহুমকম খোকপা লৈপোপ মাশিং কাইদানা লা আমাদা শেমলাহুনা থমলাকাখি। লাইকী তাংপলতুকী কিদা কি আমাদা তিংনা থা-কাখি। কিদা আতুকৈ মাথকতা কমদেংলমবা লাইশিং আতুকী মাপাদা কৈরোম আমা লাইরেমপীকী কমকমদা কনেক আমাদা আন্নুম থারাপাকা হুনকম খোকপা লৈহুনশিং আতু নিংথৌনা মাইপীনা হুনলা-কানী। আন্নুমবা হুন্নমবা লৈশিং আদু আশোয় আঙাম লৈবাবা হায়বা ৫।৭ নি কাউবাকী মানুং ৫ নি মুপানা কাপা হেননি। লৈকাইকী লাইকী খোপুপা নংত্রক: লাই শেল্লংপামা কৈরুংপানা লাইখোং হাংদোকতুবা মাইপীকা লোইনাবাহুনা য়েংলাকানি। লাইরোই মুমিংতা হুন্নমবা লৈশিং আতুকী আশোয় আঙাম শেমজিল্লমলাকাখি। আতুকা আনৌপা লাংথৌ মাপোপনা লৈহুন মাপমনা লৈহুন মাঙানা লৈহুন ভারেংনা আন্নুমনা লৈহুন শেম শানা হুনলমলাকানি। আতুকা হারাউবিরৈ মানুংদাকী লাইরোই কাওপাদা যাইদা কংত্রিপা লৈ আমনপাশিংতু খোমলাহুনা খোংনা খুংনা আমুক শোকতানাপা মকম আমদা লৈমনশিংতু লোইনা খোমজনহুনা লাইমুংদ কুমনা কৈ লৈত্রাকানা লাইশং শনখোং মানিংদা কুমনৈ আন্নুমনা লৈনাচিংপা লাইদা কংলিপা লোইনা কুমনিংপা কুমপা যাইয়ে।

৩৩২ (আড়ুকা লৈআনোপা কৎপাদা

লাভোনদা লাকোই লাকাং চংতাপানে আথুম আহাউ কাবোক কা মানানা চিংপা হৈকল লাকন য়াউনা হাপলহুনা ফিদু কৎপা য়াইয়ে খংও।

৩৩৩ (লৈ খোম্বাকী লাইয়োন লাইশোন)

হে কুরু চিংগু ইপুংঙো ইপেম্বাকী কুমশিকী চাহিদা নাদাইরেমশিংনা ইপুংঙো ইপেম্বাকী নুমিৎ ৫। ৭।৯।১১।১৩।১৫ শিংবুম ৭।৯। নি আসিদা হায়াওখিপা নুমিৎ মাশিং আহু হায়রাকা হায়াউ শকশেম ভমজাখিপাদো চিংগু লাইয়োই ভান্দুনা কোয়ো মোংজাপ্রপাদা মাভুং আসিদা নাদাইরেম খুজং আসিদা তিনমু লাইমু কংতাপানা তিনয়েংবায়াহুনা নামু মৌরমলেনদা মাংয়েংবাহুনা চিংখা নানখা খনমহুনা লৈহোপা পুমনামকপু মাকম মাকমদা হলহলবিপ্রো। কুমশি চাহি কুমজা আসি চিংগু খোদোন লোমলে শিংঙেল লৈ খোমলে লৈয়াং লৈকোন শললকলে হায়হুনা চিংগু নায়াখংনা নোংলেন খানা পাংপারমদা তিনমু লাইমু চিংখানানখা পুম্নামকপু হোইখাবিরমউ। খুজাও লৈচাওনা ওল্লকপা চাহি কুমজাদা চিংগু নাখৌ খজপাপু পিনাপিরমউ।

আসিকী মায়ম হায়রাহুনা হৈলৈ লাকোই লঙং কাবোক আথুম আহাউপা কংলাকা লৈকাইনা কংকানি আম্নমনা মাইপীবা লৈ খোম্বা হায়পা খোনিদি আসিদা তোবিপা আসিনা আয়োইপানি।

---

রোইরবা

